# শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা





খাইদেম নবকুমার সিংহ

# শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা

(শ্রীকান্হুচবন মিশ্রনা ইবা
দি কলট অব জগন্নাথ কৌবা লাইবিক্তা যুম্ফম ওইবা)

অইবা
খাইদেম নবকুমার সিংহ, আই:বি:পি:এস:
বিটাযাবদ এসিষ্টেন্ট ষ্টেশন ডাইবেক্টব
আকাশবাণী, কলিকতা/ইম্ফাল্ ।

Published with Financial Assistance from the Central Institute of Indian Languages (Ministry of Human Resourse Development, Department of Education, Govt. of India). Manasagangotri, Mysore - 6, vide sanction letter No. 51-12(8)95-96/MRP/GRNT, Dated March 6, 1997 under the scheme of Grant-In-Aid





কপি মশিং : ১০০০ (লিশিং অমা)

১বা খুৎনম্ : জুলাই ১৯৯৭

ফংফম : অইবগী য়ুম
উরিপোক খাইদেম লৈকাই,
ইম্ফাল, ৭৯৫০০১

লুপা - ১০০ (চাম্মা)

**Printed at** Bir Cumputer Printing Works 85 PDA Complex Lamphelpat-4 Manipur

# কখোকচবা



ঐবু গোকপীবা, নাওয়োক নাওকোন্দা ব্রাজশ্রবী,
কৌজবদা পেনবা নায়দ্রবী লাই ওইশ্রবী
ইমা ইবেম্মা লমাবম্ নিঙ্ঙোল,
খাইদেম ওংবী

## ৺ ইবেতোম্বী দেবীগী

স্মৃতিদা
হোৎনজবা পুস্বা, ঐগী,
অখাকপা লৈতনা কখোকচরে ।

নবকুমার

# ৱামাংয়ানবা

য়াম্না নৌরিঙৈদ্দগী হৌনা শ্রীশ্রীজগন্নাথ / জগবন্ধুগী মরমদা খংজনিংবগী ৱাখল অমা কন্না ফাওজখি। অকাশবাণী ইম্ফালগী থৌরম শিঞ্জ লাংজবা অমা ওইনা অখং-অঁহে কয়া বার্ত্তন তৌজদুনা ৱা ঙাংইঙেঁ; অদুবু পুক্লিংদা ফাওবা থৌরাংবা কয়া অদুদি কোক্হনবা ঙমখিদে। অদুগা করিগুম্বা ইবুঙেঙো মাগী দাশর্ণীক ওইবা উপাসনা অমসুং পুজা পদ্ধতিগী মরমদা থিবা তারবদি শ্রীজগন্নাথ্ ক্ষেত্র (পুরী) গী মরমদা ইবা নীংথিজবা লাইরিক্ অমা ফংজরবদি হায়না খঞ্জখি। অসুম্বা তাঞ্জা অসিদা অকাশবাণী ইম্ফালদা শ্রী এন: কে: মহন্তি কৌবা উরিয়া ভদ্রলোক্ অমা Programme Executive ওইনা পোষ্টিংদা লাক্পীরম্মী। মহাক্না হায়বা মতুংইন্না Prof. Dr. K.C Misra, Ph.D. গী Thesis "The Cult of Jagannatha" কৌবা লাইরিক অসি কুপ্না পাজরবা তুংদা, মসিদা য়ুম্ফম্ ওইরগা মণিপুরীদা লাইরিক্ অমা ইথোক্পা ঙম্লগদি, ইরৈপাক্চাশিংদা কান্নবা ওইগনি হায়না ফাওজখি। মদুনা ইথিল অমা ওইনা পীবিদুনা ময়ামগী মফমদা লাম্ছোকচরিবা লাইরিক্ অসি ইজখিবনি। অরোয়বা তান্না ইজখিবা নত্তে, রেডিওগী চিল্লবা থৌরম মরক্তা, পোথা-পোথানা পাইখৎচখিবনি। অদুবু লেপ্লা লৈতনা ইজরক্পনা, মাগীসু অরোইবা নুমিৎ অমা লাক্খি। (তাং ২৪।৮।৮৬ ইং)।

মরক্ অসিদা Dr. K.C. Misra দগী মাগী লাইরিক্ অসি Back-ground material ওইনা শিজিন্নজগে হায়না য়াথং লৌজখি। অঁতে-অঁতে ভারতকী চাউখৎলবা লোন্দসু মাগী লাইরিক্ অসি হন্দোক্কে হায়দুনা শ্রী মিশ্রাদা য়াম্না হায়বীরকই হায়না তাক্পীরক্খি। অদুবু মহাক্না য়াখিদে হায়নসু তাক্পীরক্খি। অদুবু মপা- চান্নবা হায়গদ্রা ঐঙোন্দদি Permission পীবীরক্খি। য়াম্না চাউখ্রবা থৌজালনি। তৌবতবু-মানা হায়বিরক্পদি লাইরিক্ মপুম্ অসিমা অনুবাদ তৌজৌ হায়না তাকপিরকখিবনি। অদুবু লাইরিক্নগা চাওবা, অদুগা সধারণ-পাঠক্শিংদা য়াম্না হেন্না কান্নরোয়দবা কয়া য়াওবনা, চুম্নাতগী Background materials ওইনা শিজিন্নজগে হায়জখি, অমসুং শ্রী মিশ্রানা হরাও-হরাও য়াবিরকখি।

লাইবিক্ অসি ইজবদা খুদোংচাদবা কযাগা মাযযোক্লবা তাখি। ভাবতকী ধর্ম্ম অমসুং সংস্কৃতীগা মবী লৈনবা লাইবিক্ ওইবনা লনাযগী লৈজবা জ্ঞান্না লাম্বা ফংদবা মতাং কযাসু যাওবক্ই। অদুগীসু মথক্তা সংস্কৃতকী শ্লোক্ কযা অমা ইংবাজী মযেক্তা ইবনা, উচ্চাবণ অমসুং বনানগী মতাংদা খুদোংচাদবা কযাগা মাযযোক্লবদি মশানা তাবনি। মতাং অসিদা Ramakrishna Mission Institute of Cultutre, Calcutta না ফোংবা "The Cultural Heritage of India", Vol I দা যাওবা Hints on Pronunciation and spelling of sanskrit and vernacular words হাযবা অদুনা ঐগী উকল ওইজখি। খুদম ওইনা লৌখৎচববদা, ( S = স ), ( S̊ = শ ), ( Ṣ = ষ ), ( !̥ = ছ ) অমসুং অতৈ অতৈ। অবংবা মতাং লাক্ত লাক্লগনা ইনাও ইবুঙেঙো, মানাবব্ শ্রী ফুবাইলাংপম্ কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মাগা তান্নৈজে। অদুনা মীমাং থোক্লদবা খঞ্জে, অদুমক্পু পণ্ডিতাশং স্কর্লাশিংনা চুমথোক্পীনবগী মতাং লৈবা মাল্লে হাযনা নিংজৈ অমসুং তবাম্লসু ওকচর্গনি।

লাইবিক্ অসি ইজবা লোযবদি কুইববান। রাজ্য সবকাব অমসুং কেন্দ্র সবকাবদা Publication grant কীদমক্তা, হোৎনফম থোক্পা হোৎনজবনি। মতৈ যানখিদে। মমৈদা মণিপুবী লোন্ অসি ভাবত সম্বিধানগী নিপালসুবা সিদালদা চল্লবা তুংদা Ministry of Human Resources Development তগী, মাণপুবী লাইবক্ ফোংনবা শেলগী তেংবাং নিবা যাবে হাযনা পাও ফংজবদগী, মন্ত্রালয অাসগী তেংবাংগা লোযননা লাইবিক্ অাস নুমিৎ-থা উগদৌববা অসিনি। অদুবু লাইবিক্ পাবগী হৈনবী খব শোনবা, অদুগা ইংবাজীদা ফোংবা লাইবিকনি হাযবগদি মমল যাম্না পিদুনা লৈনবা মণিপুবদা, কনানবু লৈবীগদবনো হাযবগী অথুক্পা অমদি থাদোকচবা ঙমজদে। অদুবু হাযজানিংবা অমদি ধর্ম্মগী বা ঙাক্তা নত্তনা লাইবিক্ অাসনা শাদোং ওইবিবা অসিদি Thesis কী ওইনা তৌবনা সধাবণ পাঠক্শংসু শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ উপাসনাগী মবমদা জ্ঞান খব ফংগনি হাযবসি অচেৎবা থাজবান।

লাইবিক অসি [illegible] ওইবিবা "The Cult of Jaganatha" গী অইবা Prof (Dr ) K C Misra Ph D না যাম্না হবা ওনা মাগী লাইবক্পু Background

Material ওইনবা শিজিন্নবা য়াবিরকপগীদমক্তা অখাক্পা লৈতনা থাগৎচরি। CENTRAL INSTITUTE OF INDIAN LANGUAGE (Ministry of Human Resources Development, Department of Education, Govt. of India) Manasagangtri, Mysore 570006 গী কর্ত্তপক্ষবু শেলগী তেংবাং পীনবীরকপা অসিগীদমক্তা হন্না হন্না থাগৎচবি। মখোয়গী চাওরবা তেংবাং করিগুম্বা ফংজবমদ্রবা; লাইরিক্ অসি পুথোক্পা ওইথোক্লমলোয়।

লাইরিক্ অসিবু নম্নবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াবিখিবা Bir Computor Printing Works, কী Prop. Tomba Laishram অমদি মাগা থবক শুমিন্নরিবা কাংবু; লাইরিক্ অসিগী মখুম্ য়েক্পদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা ঐগী-ইচাগা পাংথক্লবা শ্রীব্রাহেংবম্ গীতচন্দ্র সিংহবু কাওথোক্লল্লবা, ঐগী অচৌবা ইরান্ অমা ওইগনি।

লাইরিক্ অসি ইজনবা অমসুং পুথোক্লবা হোৎনবদা ঐবু থৌগৎপীখিবা য়াম্না য়াম্খ্রে - মমিং পনবদা য়াম্না শাংবা পরেং অমা ওইগনি। অদুবু ঐগী মরুপ্ শ্রী রাঃ কুঃ হিরন্যস্না সিংহনা বিজয় গোবিন্দদা চৎনরিবা কাংগী পুজা পদ্ধতী খিজবদা তেংবাংবিখিবা পুম্নমক্ পুদি কাওফম থোক্তে।

অরোয়বদা লাইরিক্ অসিবু পাবীগদৌরিবা অখন্নবা অমসুং সধারণ পাঠক্শিংগী মফমদা তোল্লবনা ঐগী তৌবীমল খংবা উচ্চরি।

**খাইদেম নবকুমার সিংহ**

রথযাত্রা নোংমাইজিং
ইঙেলগী নিনি পানবা,.
শকাব্দ ১৯১৯; চন্দ্রাব্দ ১২০৯
তাং ৬।৭।৯৭ ইং

---

(বামাং য়ানবগী ইংরাজী অনুবাদ অসি তঙঙায় ফদনা হাপতবা য়াদ্দুনা হাপচাবনিংঅ অইবা)

# FOREWORD

From my early days, there was a great urge to enquire about the significances of the Cult of Sri Sri Jagannatha/Jagabandhu When I became one of the programme planners of the All India Radio, Imphal, I arranged to invite local scholars and eminent persons of Manipur, to talk on the subject, but none of them was able to quench my thirst For that matter, a reliable treatise on the philosophic and ritualistic aspects of the deities of Sri Nilachal (Puri) was in a dire need As a boon in disguise one Oriya gentleman, Sri N K Mohanty by name, was posted to All India Radio, Imphal as a Programme Executive, According to his suggestion, I procured the book, 'The Cult of Jagannatha' by Prof K C Misra, Ph D (on 16 11 73) It is Shri Misra's thesis work

After having gone through the book minutely, I surmised that it would be nice to write out a book in Manipuri to share the informations with my fellow brothrens With this idea in view, I ventured to write out this book But, it was not an easy task It was not a venture to complete the work at a stretch I took up the work, casually, during the off-periods of time-bound daily duties of broadcasting of mine But, if once started, there comes a point of termination or completion (on 24 8 86)

In the meantime, I sought permission from Dr K C Misra to utilize his thesis as back-ground-materials of my present book Though, he denied to others who approached him earlier to translate his book to some major Indian-languages, he generously complied with my requests This is a great favour not to me alone Isn't it? Actually he asked me to translate the whole of the book in Manipuri But, I drew his attention to the fact that it would not

only be voluminous, but there would be some portions which would be of little use to the general readers Hence, I requested him to use his book for back-fround materials only Sri Misra readily conceded to my requests I owe a great indebtedness to Sri Misrajee for his kind permission to utilize his book for the background material of my book

With my a little knowledge of Indian philosophy and varied religious sects and Sanskrit language, I find a great difficulty in translating the book Again, as all the sanskrit slokas are in English alphabets, it were hard tasks to grasp the correct pronunciation and spelling of the slokas In this regard, 'Hints on pronunciation and spelling of sanskrit and vernacular words', contained in the Cultural Haritage of India, Vol I, published by Ramakrishna Mission, Institute of Culture, Calcutta came to my aid For example ( S = স ), ( S̊ = শ ), ( S̥ = ষ ), ( l̥ = ড় ) etc etc In cases of hard sanskrit words, I took the liberal assistance of my respected brother, Sri Phurailatpam Krishnachandra Sharma of Uripok

The writing of the book, Jagannatha Upasana was completed long back Then there arose a great financial problem in printing and publication of the same I approached the State and the Central governments for publication-grants But, it bore no fruit When the Manipuri language was recognised by the Central Government by including it in the VIII schedule of the Constitution of India, it was learnt that some financial assistance could be had for publication of Manipuri books Hence, I approached the Ministry Human Resource Development for the publication-grant Accordingly, the Directorate of C I I L (Ministry of Human Resource Development, Department of Education, Govt of India) Manasagangori, Mysore 570 006, has been very kind enough to extend me grant-in-aid for the publication of the book, but for their help, it would not be possible for the book to see the light of the day It is my bounden duty to express my deep gratitude to the Directorate

It is not a mean help extended by Shri Tomba Laishram, Prop of Bir Computer Printing Works (Lamphelpat) and his staff to print out the book It will be failing in my duties if I do not express my gratitude to Sri Wahengbam Geetchandra Singh who has taken up the onous job of designing the cover of the book

It will be a long list of names of persons, who have advised me and supported me to take up this gigantic work Nevertheless, I cannot forget the advice and guidance of Shri R K Hiranya Singh of Sagolband Bijoygovinda, in so far as the ritualistic aspect of Sri Sri Bejoy Gobindajee, particularly those of the annual Ratha-Yatra Festival, are concerned

Last but not the least, I express my deep gratitude to all the prospective readers of the book, whose valuable advice are soliciated for farther improvement of the book in future edition, if so demanded

**Khaidem Nabakumar Singh**

Ratha-Yarta, Sunday,
The 6th, July, 1997

---

*(The English foreword is in conformity with the guide-line of the CIIL, Ministry of Human Resources Development, Director of Education, Govt of India, Manasagangotri, Mysore, 570 006 who has given a grand grant-in-aid for publication of the book )*

# ৱাহৌদোক

নীংশিংবা থোক্কৃবা মতমদগী হৌনা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী পর্ব্বদিন কযা চহি খুদিংগী কাযবা লৈতনা পাংথোকই। ঐখোযনা খংজবদা ইঙাগী থানিন পুর্ণিমাদা স্নান যাত্রা, ইঙেলগী পানখৎলকপা (শুক্লা) ২ নি পানবদা রথ-যাত্রা (কাং-চিংবা), ইঙেলগী ১০ নি পানবদা পুণ-যাত্রা (কাংলেন), কাংলেন যৌদ্রিঙাযদনা লক্ষ্মী কৈথেল কাবা, ইঙেলগী (শুক্লা দ্বাদশী) পানখৎলকপা ১২ নি পানবদনা হরিশযণ, অদুগা হিযাংগৈগী ১২ নি পানখৎলকপদনা হরি উত্থান। হাযবিবা পর্ব্বদিনশিং অসি শ্রীশ্রীজগবন্ধুগা মরি লৈনবা ঙাকনি; নুমিৎশিং অসিদা ক্ষেচুরী কৎলি। ইবুঙ্গঙো চেপালৈ৬ থা ৪ গী মনুংদা ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ওইবা শুভকর্ম্ম অমত্তা পাংথোকপা যাদে। ধন্যাদা মায ওনশিনব কাংবুনা চতুর্মাস ব্রত কৎলি। হরি শযণদগী হরিউত্থান যৌদ্রিফাওবা চাকহেন ঙাহৌল্লি। কনা অমনা শম ককতে, কনা অমনা কোয কোক্কে - অঙকপা সাধনানি অঙকপা তপস্যানি। মসি পুম্নমক অসিগী ৱাহঙ্গোক্লা কবি ? অসুম্না পুক্নিংগী থুপলবা কাচিন্দা, কবিগীদমক্তা রথ যাত্রা পাংথোকলিবা ? শ্রীশ্রীমূর্ত্তি অহুম অসিনা লৌবিবা শক্তমশিং অসি, মতৌ অতোপ্পা হিন্দুগী দেবা দেবী অসিগা মওংদা মতৌদা করিগী মান্নদ্রবা, করিগী তোঙান্নবা ? শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী ইবাৎ যৌনিগী মওংশিং অসিগী বাহঙ্গোক্লা কবি ? ইবুঙ্গঙো মাগী পূজাগী মওংশিং অসিনা কযাম্না লীববা হাযবনচিংবা বাহংশিং আস হংদুনতা লাক্লে। অদুবু, কবি থোযনা খল্লুদ্রগাদি খংদে, মুন্না খঞ্জবা তাবনদ হেন্না হেন্নদুম মন্না হোঞ্জল্লকই। তৌবমক্তি চিংনজবা অসিমক্তি ঙসি ওবাংতগী নংও আঃ চহি কযাগী মমাংদগী হৌনা যাওজবক্লবান। অদুবু লেংল-লেংলগা, হেন্না হেন্না পুথনকপ লমথুংদবীগুম - খল্লে খল্লে হাযবগা মন্না হোঞ্জল্লকই। অদুনা, শ্রীশ্রীজগন্নাথজাউগী পূজা পদ্ধতি, মাগী দাশণীক ওইবা নুঙগী রা, মরুওইনা ইবুঙ্গঙো মাগী হৌবকযাম খংজানংবগী কোকশমদবা, লাংতক্লবা অমাদ খোযবাংঙবা অদুদি মমাংদৈগী হৌনা লেবকপগুম লোবি অমসুং লাখিগনি। অদুবু থেংনজবা খবদা যুম্ফম ওইবগা লাইবিক অসি ইজনবগী থৌনা লৌজে। হোংনজবা অসিগী পান্দমদি শ্রীশ্রীজগন্নাথজাউগী মবমদা তবমগী বৈষ্ণব সম্প্রদাযগা বসিক কযাগী শরুক

য়ামিন্নদুনা অফ -ফত্তা কয়া খংদোকমিন্নবা, অমসুং ইবুঙ্গোগী মরমদা হেন্না খংবীবা রসজ্ঞ কয়ানা অনৌবা কয়া হাপচীনবীদুনা ইবুঙ্গো মাবু আরাধনা তৌজসি হায়বা অসিনি। পাইখচ্চরিবা লাইরিক অসি ধর্ম্মদা য়াম্না হেন্না মায় ওনশিনবগী ব্রা ঙাক নচ্চদে। অমরোমদা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী দার্শণীক ওইবা, ঐতিহাসিক ওইবা, অমরোমদা অমুক বৈজ্ঞানীক ওইবা মওংদা চংজবা অদুনি। অসি হায় হায়দুনা ইবুঙ্গো মাগী মফমদা লৈজবা প্রেম-ভক্তি অমসুং শ্রদ্ধা অদুদি তাবা নত্তে — অমরোমদা হেনগৎলক্কদবনি হায়না লৌজে।

মতাং অসিৱাইদা ময়ামগী মাংদ থমজনিংবা ৱাফম অমা লৈজবে — ৱাফম অদুদি ময়াম পুম্নমক্না হেন্না খঙনবীরবা ঙাক্তনি। মদুদি শ্রীজগবন্ধুগী পূজা অমসুং মহোৎসবনচিংবা অসিদি, ইরৈপাক মনিপুর অসিনা বৈষ্ণবধর্ম্মদা চংজরবা মতমদতা পাংথোকপনি। অদুনা ঐখোয়না ইবুঙ্গো মাবু লাচচরিবা, অদুগা কাংনচিংবা পাংথোকলিবা অসিদি শ্রীক্ষেত্রদগী, পুজবনি, মতৌ তমজবনি। হায়রিবা ৱাফম অসি মণিপুবগীত চুম্বা নত্তে; অমবোমদা শ্রীশ্রীজগন্নাথবু উপসনা তৌজবা ভারতকী অতৈ বাজ্যশিংগীদমক্তা ওইনসু চুমদুনা লৈরগদবা ৱাফম্নি। অদুবু শ্রীজগন্নাথজীউগী রথ-যাত্রা উৎসব পাংথোক্তবা ভাবতকী রাজ্য লৈরমগনি হায়বদা চিঙনিঙ্ঙায়নি। পুম্নমক অসিগী হৌফম, মরু তাফমদি জগন্নাথ—পুরীনি। অদুনা ইবুঙ্গো মাগী মবমদা থিবা, য়েংবা তারবদি উবিষ্যা রাজ্যগী পুবীদা মায় ওনশিনবা তায় হায়বসি ককপা যাদ্রবা ৱাফম্নি। অদুমকপু পুম্নমক অসি পায়খৎচদ্রিঙৈগী মাংদা ইমা লৈপাক মণিপুব লৈময়োন্দা করম্বা মতমদগী, কবম্বা মৈদিঙ্গুগী স্না-হাক্তক্তগী পাংথোকখিবগে হাযবা অসি পঞ্জনিঙ্ঙী। মসিগী মতাংদা চপ-চাবা লাইরিক ফংজদবনা মবম ওইবদুনা খুদোংচাদবা খরাগা মাযযোকনৈ — মীচৈ তাগদ্রা হায়বগী পুক্নিংদা থুকচবা অমসু ফাওজে -- অদুবু পুম্নমক মণিপুবগী ইতিহাসকারশিংগী মফমদা লাম্থোকচরে; অরান অহুই কযা শেমদোকপীনবা অমসুং অনৌবা মঙাল কয়া পিবীনবা।

চৈথাবোল কুম্বাবগী মতুংইন্নদি মণিপুবদা ইহান হান্না কাংচিংখিবা অসি মৈদিঙ্গু চিংলেন নোংদ্রেমখোম্বা, শ্রীযুক্তা গম্ভীরসিং মহাবাজগী স্না হাক্তক্তনি হায়রি। হৌজিক হৌজিক লাইবিক ওইনা ফোংলবা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি . . . . . . . . .

." থাংজম উবাবগী কুম শোক ১৭৫৪ (খৃ: ১৮৩২) ১২ নি শগোলশেন্দা শজিবুগী সংক্রান্তি ওইএ।. . . . . ১৩ নি থাঙজদা কালেনগী সংক্রান্তি ওইএ। ২০ নি নোংমাইজিংদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাকপা পান্দা বামন্না জগন্নাথবু শাবা হৌএ। . . ২৫ নি ইবাইদা কাংখোঙ ১২ শুবা শাবা হৌএ। উদি হৈপোক্তগী হৈনৌ যানলে।. . ইঙেল থাদি ইবাইনা হনএ। অদু নুমিত্তা জগন্নাথ জীবন্যাস তৌএ। ২ নি থাঙজদা বথ চিংবা হৌএ। কাংখোঙনা তকখাযদুনা নিংথৌজম অবুংতোন শফাই খনবা শিএ।"*

মথক্কী 'সিদগী খংবা ঙম্বদি মণিপুরদা বথ যাত্রাগী উৎসব অসি, লৈপাক্কী ওইনা পাংথোকখিবা অসি ঙসিদগী চাওবাক্লা চহি ১৬৫ বোমগী মমাং শকাব্দ ১৭৫৪ (খৃ: ১৮৩২) থাংজম উবাবগী কুমগী ইঙেল ২ নি পানবা থাংজদা শ্রীযুক্তা গম্ভীরসিংহগী স্না হাক্ততনি হাযবা অসিনি। অদুবু চিংনজবা অমদি মসিনা অগানবা ওইগদ্রা নত্রগা মতোন ইবুঙ্ঙো অনন্তশাই মন্ত্রী পুন্সিবনা পানবা মতমদা পল্লিবা অসিনা ওইগদ্রা ' কবম্বনা অহানবনো হাযবা অসিনি। বাফম অসিমক্তি লাংতাই কাযপিবোল হাযবা পুযাদা যাওই হাযনা তাকপি। চপচাবা লোন্দা অদুমক্তি শজিন্নদ্রবস্, মদুগী চাওবাকপা বাবোলদি খৃষ্টাব্দ ১৭৭৯ (শক ১৭০১) গী হিযাঙ্গৈ ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপদা মতোন ইবুঙ্ঙো, নোংপোক লৈবিখোম্বা মন্ত্রী পুন্সিবনা, শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দ লাংপা হৌই, অদুগা মথংগী চহি খৃষ্টা: ১৭৮০ (শকাব্দ ১৭০২) গী কালেন ৩নি পানবদা পূর্বীদগী চন্দ্রশেক্ষব পাণ্ডা কৌবা ব্রাহ্মণ অমা থোবক্তুনা জগন্নাথ, সুভদ্রা অমসুং বলবামগী মূর্ত্তি অহুম পুথোবক্তুনা পিবৈ অমসুং হার্যাববা চহি অসিগী ইঙেলগী নিনি পানবা, চাকচা মাংদা কাং (বথ) চিংবা হৌখি। হৌজিকসু হার্যাববা মূর্ত্তি ৩ অসি শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগীদা লেংদনা লৈবি।* অদুগা অতোপ্পা খবা চাওবা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেব মাচন মনাও অহুম অসিদি কোন্না নিরূপণ তৌবানি। অদুনা শ্রীবিজয় গোবিন্দগী আখবাদা কাং চিংবা অসি মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহগী মতমদা চিংখিবদগীদি চহি ৫২ ঙনখৎলে। অদুগা শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দদা চিংবা কাংগা, শ্রীশ্রীগোবিন্দ (কোনুং) কাং চিংবগা খেন্নবা খবা লৈ হাযবসিদ মযাম্না

---

* চৈথারোল কুম্বাবা অনীশুবা খুৎনম্ ইং ১৯৮৯ চেনা ২৪১

*হার্যাববা মূর্ত্তি ৩ অসি অবিবা পোৎশরকনি হাযদুনা Indian Antiquities Act কী মখাদা Registered তৌদুনা থমখ্রে।

খংনবীববনি। চাওনা খেন্নবা অমনা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগীনা চাকচামাংদা, অদুগা শ্রীশ্রীগোবিন্দগীনা নুমিৎ যুংবা মতুংদা, খুল্লক্কী অতৈ কাং চিংনদ্রিঙৈগী মমাংদা চিংই। অদুগা কাং মনুংগী নুংতিগী আবতি কৎপা অমসুং জয়দেব চোংবদা শকলিবা ঈশৈসু খেঁন্নৈ। কাং মনুংদা শ্রীশ্রীবিজয় গোবিন্দগীদা সন্ধ্যা আবতি কৎপা লোয়বগা, লাইকোয়বদা মৈহুম (দেহুত) পায়দুনা কোয় অদুগা লাইকোয়বা লোয়বগা বৈঠকখানাদা দেহুত অহুম অদুদা চিংখি, মোইবাং লাইজী (শঙ্খোং), কৌব্র, মৈবমদা লেপ্লগা কবোক অয়াবা চায়খৎলি অদুগী তুংদা দেহুত্তা ৩ অদু বেঠক্কী ময়ায়দা পুল্লপ পুন্সন্দুনা কবোক চায়খৎলগা লোইশিল্লি। মাসিগী মনুংগী বাহঙ্খোক কবি ওইবগদগে তাথবা খংজদে, অদুবু পুবাদগী লৌবগা শ্রীশ্রীজগবন্ধুদা কৎপা মৈবা মশাল দিল্বাদগী* মওং লৌবসু ওইনা লৌবমগদ্রা হায়না খঞ্জে।

কাংচিংবগী খেন্নবাশংগী মবক্তা অমা ওইবিবদি শ্রীশ্রীবিজয় গোবন্দদা জয়দেব চোংবগী মতাংদা শকপা দশবতাবগী মতাং অসিনি। জয়দেব কবিনা লেংবা শ্রীগীত গোবিন্দদা যাওবিবা "প্রলয় পয়োধি জলে. . . . . . "না হৌবা দশবতাব অসি শকই হায়দুনা জয়দেব চোংবা কৌবিবনি হায়বসি ময়াম্না হেন্না খংনববা ৱাফম্নি. নৌনা অমুক নীংশিংজনিঙঙায় ওইদ্রবা। অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা পাইখৎচগদৌবিনা শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা অসিদসু যাওবি মদুদি জয়দেব কবিনা লেংবা শ্রীগীতগোবিন্দ যাওবা ঈশৈ নওনা অতোপ্পা ঈশৈ জগন্নাথক্ষেত্রগী মন্দিরগী পবিকোয়বদা শক শোনবা যাদে হায়বি।* অদুবু শ্রীশ্রীবিজয়গোবিন্দদদি, তোঙানবা মওংগী দশবতাব অমা শকই। হায়বিবা ঈশৈ অসি 'আদায়বেদা সকলা সুমুদ্রা নিহত্য সঙ্খংবিপ. . . . .অসুম্না হৌবগা সঙ্খং সুচক্রং সুগদা, সবোজং জাতিদঘানাং গব দাদি কঢং শ্রীবচ্ছ চিহ্নং জগদাদি মুলং তমালনিলং হৃদি বিস্মীবে।" অসুম্না তৌই। মসি অহল অমনা পায়বম্বা কোর্বেক অমদগী ফংজবনি। মসি "বাঙ্গালীগী "সাত নকলে, অসল জায়" হায়বদুনি। অদুবু মসিদি ওইফম থোক্তে খঞ্জবদুনি।

---

*১ "জগন্নাথ উপাসনা" গী লমায় ১২৩

*২ " " গী লমায় ৩৪ - ৩৫

অদুবু মসিদি ওইফম থোক্তে খঞ্জবদগী অসুম থিজবদা মসিদি "বিষ্ণোর্দশাবতাব স্তোত্রম" হাযবা অদুনি হাযদুনা থেংনৈজে। যাম্নদি শাংখ্রনি কিজবনি অদুবু স্তোত্রম অসি ফজমনখ্রদুনা অমসুং বৈষ্ণবশিংদা মমল যাম্নবা অমা ওইগনি খঞ্জবদগী হাপচবি। ঙাকপিগনি।

**বিষ্ণোদর্শাবতার স্তোত্রম্ ।***

আদায বেদাঃ সকলা সমুদ্রাৎ
নিহত্য শঙ্খং বিপুমত্যুদগ্রম্ ।
দত্তাঃ পুবা যেন পিতামহায
ত্বং মৎস্যরূপং প্রণমামি বিষ্ণুম্ ॥
দিব্যামৃতার্থং মথিতে পযোধৌ
দেবাসুবৈর্ব্বাসুকি মন্দাবাভ্যাম্ ।
ভূমের্মহাবেগবিঘূর্ণিতাযা
স্তং কূর্ম্মমাধাবগতং স্মবামি ॥
সমুদ্রকাঞ্চী সবিদুত্তবীযা
বসুন্ধাবা মেরু কিবীটভাবা ।
দন্তাগ্রতো যেন সমুদ্ধৃ তাভূৎ
তমাদিকোলং শবণং প্রপদ্যে ॥
ভক্তার্ত্তিভঙ্গক্ষমযা ধিযা
যস্তম্ভান্তবালাদুদিত নৃসিংহ ঃ ।
বিপুংসুবাণাং নিশিতৈর্নখাগ্রৈ
বিদাবযন্তং তমহং নমামি ॥
চতুঃ সমুদ্রাভবণা ধাবিত্রী
ন্যাসায নালং চবণস্য যস্য ।
একস্য নান্যস্য পদং সুবাণাং
ত্রিবিক্রমং সর্ব্বগতং নমামি ॥
ত্রিসপ্তবাবং নৃপতান্নিহত্য
যস্তপর্ণং বক্তমযং পিতৃভ্যঃ ।
চকাব দোর্দ্দণ্ডবলেন সম্যক

তমাদিশূরং প্রণমামি বিষ্ণুম্ ।।
কুলে রঘুণাং সমবাপ্য জন্ম
বিধায় সেতুং জলধের্জলান্ত ঃ ।
লঙ্কেশ্বরং যঃ শময়াঞ্চকার
সীতাপতিং তং প্রণমামি ভক্ত্যা ।।
হলেন সর্ববান্ নৃপতীন্ নিহত্য
চকার চূর্ণ মুষল প্রহাবৈঃ ।
যঃ কৃষ্ণমাসাদ্য বলং বলীয়ান্
ভক্ত্যা ভজে তং বল্লভদ্র রামম্ ।
সম্রাজ্যসৌখ্যং তৃণবদবিহায়
সন্ধাবযংশ্চী ববচিহ্নবেশম্ ।
নিনিন্দ বেদং পশুঘাতনংবা
দযামযং তং প্রণমামি বুদ্ধম্ ।।
কল্পাবসানে তুবগাধিরূঢ়ো
সংঘটয়ামাস নিমেষমাত্রাৎ ।
যস্তেজসা নির্দ্দহতাতিভীম্
স্তং কল্কিনং বিশ্বপতিং ভজামঃ ।।
শঙ্খং সুচক্রং সুগদাং সবোজং
দোর্ভিদধানং গরুড়াধিরূঢম্ ।
শ্রীবৎসচিহ্নং জগদাদিমূলং
তমালননীলং হৃদি বিষ্ণুমীড়ে ।।
ক্ষীরাম্বুধৌ শেষবিশেষতল্পে
শযানমন্তঃ স্মিতশোভিবক্ত্রম্ ।
উৎফুল্ল-নেত্রাম্বুজমম্বুদাভং
আদ্যং শ্রুতীনামসকৃৎ স্মরামি ।।
প্রীণযেদনযা স্ততত্যা জগন্নাথং জগন্ময়ম্
ধর্ম্মার্থ কামমোক্ষানামপ্তয়ে পুরুষোত্তমম্ ।।
ইতি শ্রীবিষ্ণোদর্শবতার স্তোত্রং সম্পুর্ণম ।।

*বৃহৎ স্তব কবচমালা, এষ্টবা পণ্ডিত শ্রীকালী প্রসন্ন বিদ্যবত্ন, (সন ১৩৩২) লমায় ৩২

কাংচিংবা অনি অসি কবম্বনা হানবনো হাযবা ব্রাহংশিং অসি তুংওইননা থমলে হাযবগা, শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী বথ-যাত্রা অসি লৈপাক কুম্মে অমা ওইনা কযাদা ভৌখিনা ইনিংথৌশিংনা পাল্লিভৈদা পাংথোক্লম্বা হাযবসি মতাং অমা পঞ্জদবা ঙমদ্রে। নুংশিখিবা শ্রীলশ্রীযুক্ত মণিপুবেশ্বব মহাবাজ ⁄চুডাচান্দ সিংহজী, KCSI CBE না পানবা মতমদা কবম্না পাংথোক্লম্বা হাযবা অদু মখাগী অসিদগী খংবা ঙম্নীগনি। ইনিংথৌ অসিনা পাল্লিভৈদা শ্রীশ্রীজগবন্ধুনচিংবা মূর্ত্তি অচৌবা অহুম অদুগা শ্রীজগবন্ধুগী মূর্ত্তি মচা ১ (মসি শুম খঞ্জবদা শ্রীক্ষেত্রদা সুদর্শণ হাযদুনা অমা যাওবিবা অসিগী প্রভাব ওইবমগদ্রা হাযনা নিংঙৈ) মূর্ত্তি ৪ অসি মন্দিবদগী বথ (কাং) তান্না লেংবা শোভা যাত্রাগী মওংদি মখাগী অসিনি।

১। শ্রীমূর্ত্তিশিংনা শাদোংবা দোলাযগী হেক পক্লবদা পূজাবী বামোনশিংনি; মসিগী মথংদা মন্দিবগী সেবকশিংনা কাংহায চামোব থৌগনগনি।(মন্দিবগী সেবকশিংগী মনুংদা যুম্মাং খোংমাংবা যাওবগনা সেলুংবশিংনা মহুৎশিন্দুনা কাংহায চামোব থৌগনগনি)

২। কৈকংবা লোযশংগী কৈকংবশিংনা পে থৌগনগনি, গোযাল ভক্তশিংনা দোলায পুগনি।

৩। মসিগী মথংদা গাবোত ফম্নাইবশিংনা হৌনবী থাং তা, চুঙ্গোযনাচিংবা খুৎজু খুৎলাই পাযদুনা থৌগনগনি।

৪। মসিগী মথংদা সপ্ত সম্প্রদায পালাশিং (ক) পালাহন্, (খ) পালানহা, (গ) লৈপাক চাবা, (ঘ) সেবক পালা, (ঙ) অখনবা অবিবা, (চ) অখনবা অনৌবা অমসুং (ছ) বামন পালা অসিনচিংবনা থৌগল তৌগনি।

৫। অসুম্না লেংথোবকপা শোভাযাত্রা অসি থোঙ্গালদা বাসাই খোংবা কাংলুপ অমনা ওক্কনি।*

* বৃটিশনা ˆহ শিংনা বেষ্টর্ন ম্যাজিক্কী ফজববা সুব অমা গোবন্দগা শেম্লেম্মী। সন্ধ্যার্ত্তিগী মতমদা গোবন্দগী মন্দিব মনাঙ্গা মণিপুব বাইফলসকী বেন্দনা নমিৎ খুদংগা খোংলম্মী। হৌজাক্তি কোনুং কাং নুমিত্তদা বথ যাত্রা অমসুং কাংলেন নুমিত্তা খোংলি। জগন্নাথ, সুভদ্রা অমসুং বলভদ্রা কাং ত্তম্না লেংথোবকপদা ম্যাজব মসি মণিপুব বাইফলসকী বেন্দনা হান্নদি কবৃই শাক্তনা খোংলমই হৌজাক মৈংনা খোংলে। ব্রাস ম্যাজিক্কী গ্লোব নোটেশনগী ফজবদি, মতম অমদা, বটিশকী মতমদা তাথবা সুব অদ পেচানা হৌজকসু তাবৈবাসান। কাবিগুম্না অমত্তা খেন্নদে, শম্না মযৈ অমা যাওবা হাযবা যাই মৈংনা খো বাং কবইনা খোংবসু। ব্রাস ম্যাজিক্কা গ্লাফ নোটেসংগা থম্না সুব লেংদে।" বৃটিশনা পনম্না গোবন্দদা কংলম্ন পুং কোনুং কাংনুমিত্তা হৌজকসু থাইন শুম চিক্না লেম্না ফজবি।" মমবগী চিঠি, পাক্রুম, ৩১.০১/৬/১ ইঙ্গেলগী নিনি পানবা, ইবাই।

অসুম্না শোভা যাত্রা অসি লেংলক্লবা তুংদা শ্রীযুৎনা মহারাজনা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী মফম অসি উৎসর্গ তৌববা কাংদা (বথদা) লেংখৎকনি অমসুং আবতি কৎলবা তুংদা কাংচিংবা হৌগনি। গোবিন্দজীউগী কাংদা লাংবা চংখোনবা থৌরম অসি মণিপুরগী অঁতে পর্ব্বদিন্দা লাংবা উদে হায়বা যাই।

স্নান যাত্রা নমিত্তা গোবিন্দগী থোঙ্গাল মনাক্তা বথগী কাংখোং অমা পূজা তৌবগা চাহি অমগী বথগা যাত্রা থুন্নি।* পুরীগীদি অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তা যাত্রা থুন্নি। মসিগী মরমদি লাইথামশিংনা পৃথিবী শেম্না লোয়খিবা অসি অক্ষয় তৃতীয়া নুমিত্তনি হায়না থাজনৈ অদুনা বথ শান্নবগী যাত্রাসু অক্ষয় তৃতীয়া (কালেনগী পানখৎলকপা থুমনি পানবা) নমিত্তা থুন্নবনি।*

শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী বথ যাত্রা অসি মণিপুরদা পাংথোকখিবা অসি করম্না হানবগে হায়বা অসিগী তাংদাংবা লেপ্পা থমদ্রগস্ ইবুঙ্গো মাগী প্রভাব অসিদি মণিপুরদা তারকপা ওইরে হায়বগী সাক্ষী প্রমাণ মতিকচানা লৈরে। মথক্তা পঞ্জাখবা অদুনি ইনিংথৌ মৈদিঙ্গু গম্ভীর মহারাজনা কাং (বথ) লৈবাক্কী ওইনা ইহান তান্না চিংখিবসি শকাব্দ ১৭০৪ (খৃ: ১৮৩২) দনি। অদুবু কুম অসিগী চহি ৩ রোমগী মমাংদা খৃ: ১৮২৯ দা বৃটিশনা হায়জবকপা মতুংইন্না ইনিংথৌ অসিনা খাসযাশিংগা সাহেবকা লানা তৌনবদা তেংবাংবা চংপদা, শ্রীহট্টা লৈবা মতমদা, কুম অদুগী বথ যাত্রা নুমিৎকা মুসলমানগী মহরম নমিৎকা, নোংমতদা পুন্না তামিনখি। মুসলমানশিংনা বথ যাত্রা নামৎ নোংমা যেথোকপাউ মহরমনা হান্না পাংথোক্কে হায়রবদা, সাহেবশিংনাদি যারে। অদুগ পর্ব্বতা যুদ্ধ বিশারদ (চাংগী লান্দা হৈ শিংলবা) শ্রীগম্ভীর সিংহ মহারাজনা হিন্দুগা বথ যাত্রানা হান্না চিংগনি হায়দুনা নিংঙাম তৌবা মুসলমানশিংবু যুগাইরে হায়রগা পর্ব্বদিন কায়দনা, শ্রীহট্টা (হৌজিক্কি বাঙ্গলদেশতা লৈখ্রবা) বথ যাত্রা পাংথোকখি অমসুং লৈবাক মীয়ামনা শ্রীযুৎপু যাম্না থাগৎনখি।* মসিনা তাকপাদ শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী উপাসনাগী মমি অসি যাম্না কুইনগী

---

*১। শ্রী জগন্নাথ উপসনাগী লমায - ৯১

*২। " " লমায ১০০

* ১। চৈথারোল কুম্বাবা (২ শুবা খুৎনম্) লমায ২৩১

* ২। অচ্যুতচরণ চৌধুরীনা লেংবা শ্রীহট্টের ইতিবৃত্ত (মন ১৩১৭) আনশুবা পার্টকী চেপ্তর ৫ লমায ১১৫

*৩। অরিবা মনিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস (শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রসিংহ) লমায ১৯৭

মমাংদগী তাবক্কে হাযবা অসিনি। মসিগী সাক্ষী প্রমান, চৈথাবোল কুম্বাবা কৌবা পুযাদা পল্লিবা থৌদোক মচা মচাশিংনা মদুগী অবাবা খুদম ওইবি। খুদম ওইনা সেকমাই মুবগী কুম শক: ১৫৯৯ (খৃ: ১৭৭৭); ৱাইখোম লমখামী কুম শক: ১৭০৩ (খৃ: ১৭৮১); শঙাইপ্রৌ লাইগী কুম শক: ১৭০৬ (খৃ: ১৭৮৪); থাংকা হেবাগী কুম শক: ১৭২৮ (খৃ: ১৮০৬), হার্যবিবা চহিশিং অসিদা জগন্নাথকা মৰী লৈনবা থৌদোক বাথোক, চৈথাবোন কুম্বাবদা পল্লি। অদুগা মতাং ওইনা পঞ্জানংবনা, মৈতৈ বামোনশংগী হৌবকফম, লাকফমগী মতাংদা, পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রসিংহনা, লাইপুবম হাযবা বামোন কাংলুপ অসি তাকপদা, "মৈদিংঙু চবাইবোংবগী হাক্তঙা কটক চানাগডদগী শ্রীপুরুষোত্তম ঠাকুব মণিপুবদা লার্কখি . . শ্রীশ্রীবলভদ্র-সুভদ্রা জগন্নাথ পদুনা লাকপদগী ব্রাহ্মণ অসিগী যুম্নাক লাইপুবম কৌখি।* মূর্ত্তি ৩ অসি হৌজিকসু, বামোন লৈকাযদা সেবা চৰ্লি। লাই মূর্ত্তি অহুম'সিগী মনুংদা ইবেম্মা সুভদ্রাদি কবিগুম্বা মতমদা মৈতৈগী ফনেক থোল্লি — অমসুং ভক্তশিংনা ইবেম্মাগীদমক্তা ফনেক মযেক নাইবা কৎলৈ হার্যাব।

মথক্কী অসিনা উৎলিবদি, হায়সু পঞ্জখবা, শ্রীশ্রীজগন্নাথজীউগী প্রভাব অসি মণিপুবদা চংলব পা কুইবে হাযবা অসিনি। অসুম্না বথ যাত্রাগী কুম্মৈ পৰ্বদিন মণিপুবদা ১প২৭ পাংথোক্লবকাখ। মণিপুবগী লৈকায, খুঙ্গং খুদিংদা, লৈবা মন্দিব খুদিংদা শ্রীজগবন্ধুগী মূর্ত্তি লিংদবা কাং চিংদনা লেকায খুঙ্গং লৈতে হাযবা হাযবমক যাই। হবাও অসেম্বা পান্না চাবা থকপা মবাং কাযবম্বা মণিপুবদা কাংগা মতমদা ন্নুমিৎ ১০ নিবোম চপ্না নুমদাং খুদিংগী জযদেব চোংদুনা নুপা নুপী, অহল অমসুং অংগা খুবাক ঈশৈ শক্না', কাবমুক হাযগনি, লাইবিক তম্ফম স্কুলশিং ফাওবা কাং মনুংদ হুপী তম্লা থাদুনা শ্রীশ্রীজগবন্ধুগী বথ যাত্রা মহাৎসব পাংথোক্লম্মী। পবৰ্বদিন অসিগা লেপাক্না ওইনা পাক চাওবা অমসুং পাম্নবা অসি, উদুনা ইং কুমজা ১৯৬৫ গী আগষ্ট তাং ১৫ দগী লিংবা হৌখিবা আকাশবাণী, ইম্ফালনা, ইং কুমজা ১৯৬৮ গী জুনগী তাবিখ ২৮ ইবাইদগী হৌনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী বথ যাত্রাগী Running commentary) মিংনা উবা পাউদম, চহি চহিগী ওইনা পাংথোক্লুনা লাক্লে। হৌখিবা চাহ খবা

---

"ধম্ম পাউজেল" মেগাজিন, আগষ্ট ১৯৯৪ ভো নং ৮ 'মৈতৈ বামোনশংগী হৌবকফম লাকফম' শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ লা ৬

অসিগী মনুংদা মণিপুরদা রথযাত্রাগী কুম্মৈ খবতা নত্তে, যাম্না হন্থবক্লে হাযবা যাই। মাসগী মবম নীংশিংজবগী কান্নবা লৈতে, অওনবা নাইবা সমাজনি; অদুগা হন্থবক্লিবা অসিগী অফ ফত্তগী মবম অমসুং মতাং, পঞ্জবগী লাইরিক অসিগী পান্দম নত্তে। অদুবু মণিপুরনা বৈষ্ণব সম্প্রদাযদা চংজবিবা মখোদ, পিকপা চাওবনা ৱাফম অমনি, রথযাত্রাগী কুম্মৈদি মুংখিবোয হাযবসি যাম্না চন্নবা মতনি। অদু ওইববদি ঐখোয, মবম খংনা পর্ব্বদিন অসি পাংথোকপনা ওইজগদ্রা হাযবসিসু লন্নাইগী মতনি। পর্ব্বদিন অমসু, শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উপাসনা, পূজা পদ্ধতি পুম্নমক্তি শ্রীশ্রীজগন্নাথকী মশাইগোল ওইরিবা "শ্রীক্ষেত্রদা চৎনরিবা মওং পুম্নমক অদুগী দার্শণীক ওইবা ৱাফম কযা, শ্রীকাহ্নুচরণ মিশ্রনা ইবা "The Cult of Jagannatha" কৌবা লাইরিক অদুনা যুম্ফম ওইরগা (অইবা মশামক্তদগী অইবা ওইনা যাথং ফংজববা তুংদা) নৌনা অমুক ইথোকচরনি, হাযরদি (adopt) তৌজরনি। ইবুঙঙো মাগী নুঙগী ওইবা থৃপ্লবা থেংনজবা মগুণবু, লৈবাক্কী ইচিন ইনাও মযামগা পন্না অস্থাদন তৌমিন্নবা হাযনা আসনা লাইরিক আসগী পান্দমনি, মদুদগী কবিগুম্বা থোযদোকপা পান্দম অমা লৈববা অমসুং থেংনরীববদি হোৎনজবা পুম্না অরেম্বান হাযনা লৌজগনি। মথংদি লাক্কদৌরিবা লম্মাযশিংদা পানিবিরশিংগী মিৎযেং চিংশিঙ্গবি।

---



শ্রীক্ষেত্রগী জগন্নাথ্দেব মচিন-মনাও অহুমগী মুর্ত্তিশিং ।

বৈষ্ণবশিংনা মণিপুবগী জগন্নাথ্কী মুর্ত্তিশিংগা শ্রীক্ষেত্রগী মুর্ত্তি অহুমগা নযনদা খেৎনবা অসি যেংবিগনি - ইবুঙ্গোগীনা নুমিৎ অমসুং থাগী মওং লৌগনি। বলভদ্র অমসুং সুভদ্রাগীনা থম্বাল লৈনানি।



শ্রী শ্রী গোবিন্দজীগী শ্রীবল্লভদ্র শ্রীসুভদ্রা ১সুং শ্রী জগন্নাথ।



বিজয় গোবিন্দজীউগী শ্রীজগন্নাথ মচিন মনাও অহুম।
মুর্ত্তিমচা অহুম অসিনা পাণ্ডা অমনা পুরকখিবনি।



বামোন লৈকায (ব্রহ্মপুর) দা লাইপুনমনা সেবা চৎনরিবা মুর্ত্তিশিংনি
(হিরেম্মা সুভদ্রা অসি নৈতৈগী ফনেক ময়েক নাইবা
কবিগুম্বা মতমদা থোল্লি হায়নে।)

শ্রীশ্রীনীলাচল ক্ষেত্রগী মন্দিরগী ইবুঙ্গো জগন্নাথ্কী লুকহৌনবা মৈফম।







ইবুঙ্গোদা কৎনবা ভোগ্ পুশিনবা।





নত মন্দিরগী ফক্লাংদা য়েক্তুনা লৈবা দশবতার।
(৯সুবা অবতারদা জগন্নাথ্পু বুদ্ধ ওইনা লৌরি)

# হিরম লমায়

# শ্রীশ্রীপুরুষোত্তম জগন্নাথ্ জয়তে
# জগন্নাথ উপাসনাগী য়ূম্ফম

শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ দেবগী মবমদা নৈনবা মতমদা, ইবঙ্গেঙ্ও মানা হৌবকফমগা লোয়নবা ইতিহাসকী ওইবা মচাক খব খঙদোকপা তঙাযফদে হায়না খঞ্জে। হায়নবা লৈ, ইতিহাসকী মিৎযেংদগী। যেংলবদি মীওইবনা লাইদগী হাল্লী হায়না, মবর্মদি, ঈশ্বর অমা ং মাগা মবী লৈনবা পুম্নমক তাইবঙ মী ওইবনা তং তানা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈববা মতমদতা ঈশ্বর নত্রগা ভগবান হাযবনচিংবা কযা থোবকর্পনি। বেদ, উপনিষদ, দর্শণশাস্ত্র হায়বিবা পুম্নমক অসি তাইবং মীওইবগী কোক্ অমসুং বাখলদগী থোবকর্পনি। অসি হায় হাযদুনা মহাপুরুষশিং, যোগী ঋষি কয়াগী মফমদা ঐখোযনা নোল্লুক্চবা অদুদি থাদোকফদে।

জগন্নাথ দেবগী পূজা অসি ইযাং নাইনা চেল্লকপা ঈযুং ঈচেল কযানা পুল্লপ চেনশিল্লকপা সমুদ্র ঈপাক অচৌবগুম্বনি। মওজৌননা পঞ্জবা তাববদা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী পূজা-পদ্ধতি অসি বৌদ্ধধর্ম্ম, জৈন্য ধর্ম্ম, বৈষ্ণব ধর্ম্ম, শৈব্য অদুগা আঃ মমাংঙৈদগী হৌনা লমদম অসিদা লৈবক্লবা শাববা নত্রগা পুলিনদা হায়না খঙনবম্বা আদিবাসীশিংনা লাৎলম্বা লাই অমসুং পাঙথোক্লবম্বা পূজাগী মওং মযাম অদু পুল্লগা ওইখিবনি হাযবা যাই। অদুনা, কবম্বা মতাংদা, কবি কমদৌনা ইথিলশিং অসি চঙলকখিবা অমসুং হাযবিবা তোঙান তোঙানবা শম্নবা যাদ্রবা ধর্ম্ম নীতিশিং অসি পূনশিল্লে হাযবগা ফজববা ধর্ম্ম প্রথা অমা ওইবকখিবনো হাযবদু নৈনবদা মতিক ওই হায়না খঞ্জে। মবম অদুর্নান শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী মৈহৌবোল থিবগী মতাংদা ইতিহাসকী ওইবা মচাক খব থি-হুম্বগী তঙ্ঙাইফদবা লৈ হায়না নীঙশিংর্জবিবা অসি। মতাং অসিদা মথক্তসু পঞ্জখ্রবা অদুনি জগন্নাথ দেবগী হৌবকফম থিগে হাযববদি হৌজিক্লা উবিষ্যা, মমাংঙৈগী মতমদনা কলিঙ্গ হায়না কৌবা বাজাবোমদা ঐখোযনা মায় ওনশিনবা তাই। অদুগা উবিষ্যা বাজ্যনা চহী তাঙ্কক কযাদা লৌবা শক্তমগা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবগী হৌবকপগী ৱাবী মতাংদা শাগোন্নদুনা চৎলী হাযবা অসি ককফদ্রবা ঐতিহাসিক ওইবা ৱানি।

মহাভারততা থাবস্থা মতুংইন্না বৈতরণী তুরেলগী মপান্দা তাবা লমদম অদুবু কলিঙ্গ হায়না খঙনবস্মী, হৌজিক্কা বাঙ্গোপ সাগরগী মপান্দা তাবা; উরিষ্যা হায়না খঙনবিবা রাজ্য অসিনি। নিংথৌরেল অশোক্কী মতমদসু লম অসি কলিঙ্গ হায়না অদুম খঙনবস্মী। কলিঙ্গ জয় তৌবরা মতুংদা তুংদা কলিঙ্গবু খা ৱাং হায়দুনা খায়দোক্লস্মী। অদুগা, তোশালী অমসুং সোমাপা না মথংশীংনা কোনুং ওইবস্মী। হৌজিকঐখোয়না খঙনবিবা উরিষ্যা রাজ্য অসি মযাযথংবা যুগকি অঙনবা শরুক্তা তোশালীগী অৱাংথংবা শরুক্তা লৈবা ওড্রা বিশয়া হায়না খঙনবস্মী। অদুগা মতম অদুদা মহানদী তুরেলগী মথক থংবা শরুক, দাক্ষিণ কোশলা হায়না খঙনবিবা অসি সোমাবাংশী কাঙবুনা পানবা মতমদা উরিষ্যাদা তিনশিনখি। হায়রক্লিবশিং অসিগী মথক্তা ইতিহাসকী তাঙ্কক কযাদা উরিষ্যাগী মফম খরদি তোঙান তোঙানবা মমিং থোনখি। হৌজিক্কী অৱাংথংবা শরুকপু উৎকল অমসুং মসি দণ্ডভুক্তি নএগা হৌজিক্কী মিদনাপুর হায়বা অসিগী নক্লনা লৈবস্মা। হৌজিক্কী গঞ্জাম অমসুং পুরীগী খা থংবা শরুক অদুবুনা কোঙ্গদা হায়না খঙনবস্মী। অদুদগী, মযাযথংবা যুগতা খাদা, কোঙ্গদাগী খা থংবা শরুক্তগী গোদাবরা তুরেলনা চপ্পুনা লৈবা লমদম অসিবু কলিঙ্গ হায়না খঙনখি। হায়রিবা উরিষ্যা রাজ্যগী মফমশিং অসিদা শ্রীজগন্নাথদেব উপাসনা পোকখি অমসুং মপুঙ ময়ৈ যানা চাওখৎখি।

হৌবকপদদি উপাসনা মখল অসি লম খজিক্তংদা চৎনবস্বদগা, গঙ্গা সম্রাজ্যনা শন্দোবকপগা মতুংইন্না অসুম অসুম পাক শন্দোবকখি। খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা, কলিঙ্গ হায়রিবা মফম অসি ধর্ম্ম অমসুং উপাসনা কযাগী পোক্লফম তিন্নফম অমা ওইবস্মা হায়রসি উরিষ্যাগী হিতহাস অমসুং অর্কীওলোজীগী পোৎশক কযানা সাক্ষী ওইদুনা লৈরি। বুদ্ধদেব মশামক কলিঙ্গদা লেঙবীবক্লস্মী অমসুং লমদম অসিদা ব্রহ্মা (ম্যানমার) দা চৎনবা ৱাবা অমগী মতুংইন্না, উৎকলগী তপসু অমসুং ভল্লীকা কৌবা ইনাক কৈবাক খুনবা ললোনবা অনীনা বুদ্ধদেব মশামক্তদগী বৌদ্ধ ধর্ম্মগী দিক্ষা ফংখি হায়নৈ। শন্না হায়রবদা পুরুষত্তোম জগন্নাথ উপাসনা অসি ধর্ম্ম অমসুং উপাসনা কযাগী মচি ওইবা শরুক ভাওনা ওইখিরনি হায়রসি শ্রীমিশ্রানা মাগী লাইরিক অসিদা অকনবা মত ফোঙদোকপিরি।

খৃষ্টমাং ৬ শুবা শতাব্দীদা কলিঙ্গ হায়রিবা মফম অসি বুদ্ধদেব অমসুং মহাবীরগা যায়্না নকশিন্নবা মরী লৈবস্মা। অদুগা, ভারতকী ইতিহাসতা অনী অসিগী ইথিল যায়্না

চাউনা লৈবম্মী। জৈনা সম্প্রদাযগী "হ্রব ভদ্রীযা বৃতি" কৌবা লাইবিক অদদ' কলিঙ্গগী নিংথৌগা মহাবীববু পোকপা মপা ইবুঙ্ঙোগা যাম্না লুনা চান্না তিন্নবর্ম্মী হাযনা ইবি। অদুনা, জৈন্যগী পাউ তাকশিং শন্দোক্লবা মহাবীব মশামকপু কলিঙ্গদা লাকপিনবা কৌবম্মী। অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা বৌদ্ধ অমসুং জৈন্য ধর্ম্ম অনামক অসি কলিঙ্গদা নিংথৌবেল অশোক অমসুং খাবাবেলা অনীমক্কী তেংবাং মথংশীংনা ফংলম্মী। অদুনা কলিঙ্গ জয তৌববা তুংদা নিংথৌবেল অশোক্কী মপূকচেল পূমহোং হোংখি হাযবসি মশাগী মবন্নাই ব্রাখল ওইবম্লোই। অমবোমদা মফম অদুদা হান্না লৈবম্বা বৌদ্ধ লম্বোইবশিংগী ইথিল শোযদনা যাওবমগনি হাযবসি থাজনবি। অতোপ্পা অমবোমদনা অমুক জৈনা নিংথৌ খাবাবেলানা ধর্ম্ম খুদিংমকপু মিৎযেং অমত্তনা যেংলম্মী হাযবসি উৎলী; মহাক্না দেবা দেবী কযাগী লাইশঙশিং শের্মাজিনখি হাযবসি খৃষ্টমাং অহানবা শতাব্দীদা ইবম্বা হাটিগুম্ভগী নৃঙদা হকপশিংদা যজনা থেংনৈ।

সমুদ্রগুপ্তনা পানবা মতমদা খৃষ্টগী তুং ৪ শুবা শতাব্দীদা গুপ্ত নিংথৌশিংনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম ভাবত শীন্নুংনা শন্দোক্লম্বগী বা, খৃষ্টগী তুং ৪ শুবা শতাব্দীদা হক্লম্বা এলাহবাদক' নৃঙগা যম্বাদগা থেংনৈ। মসিদগী খঙবা ঙম্বা হাযববু কলিঙ্গদা নত্তনা ভাবত পুম্বদ বৈষ্ণব ধর্ম্মবু পান্নহনখবা অসি গুপ্তনিংথৌশিংনা পানবা মতমদগীনি হাযবা যতি। অদগা অতোপ্পা বাযম অমনা গুপ্তনিংথৌশিংনা বিষ্ণুবু মাধব হাযনা পূজা তৌবম্মী হাযবা অসি গুপ্ত সম্বৎ ১৩৫ (খৃঃ ৪৮৫) দা গুপ্তগী মবমদা এবান (Eran) গী নৃঙগা যৃম্নাদা হক্লম্বা শ্লোক অসিনা তাকলি ঃ

> জযতি, বিভশ্চতুর্ভূজ চতুবার্ণাভবিপুল সলিল পব্যাণকঃ।
> জগতাস্থতি উৎপাতি লাল্যা হেতুর্গরুড়কেতুঃ ॥

অর্থ ভগবাননা জয ওইবে, মখুৎ মবি পানবা ইবুঙ্গো মাগী শঙ্খাদি সমুদ্র ঈবম মর্বানি, তহিবং পানববু শেম্বীব., যোকপিবা, মাঙহনবীবসু মহাক্লি অদগা মগা শদোংদ গাকর্ডান।

অদুগা মসিগা চপমান্নবা মওংদা কলিঙ্গগী গঙ্গা নিংথৌশিংগা শ্রীএক কাঙবুন গোকর্ণেশ্বব (শিব) গী মতাংদা শৈথাবা অদু মখাগী অসুম্না তৌই।

উবিষ্যাদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইথিল কন্না লৈ হায়বসি কলিঙ্গদা, মথক্তা পঞ্চখ্রবা, মঠাবাশিংনা শিজিন্নবা পবর্মদৈবত হায়বা ৱাহৈ অসিনা শেংনা তাকচবে। দৈবতম্ দেবতনাঞ্চ হাযবা ৱাহৈ অসি বিষ্ণু সহস্রনামদা যাওবিবা দায়বতম্ হাযবা বৈষ্ণবশিংনা শিজিন্নবা বিষ্ণুগী গুণ অসি শোয়দনা ওইবমগনি হায়দুনা পণ্ডিত খবনা মত্ পীবি।

গুপ্ত শাগৈগী হেক মথংদা পালহৌবা মঠাবাশিংনা মোহেন্দ্র হাযনা কৌবা মখোযগী ইষ্টদেবতা লাৎলক্ষ্মী। নৃণ্ডদুম তবেৎনা ফজনা ইখোক্লগা শাবা লাইশঙ্ অসি গুপ্ত মতমগী ওইনা তৌবক্ষ্মী। অসিগুম্বা নৃণ্ডজাউ মাপলনা ইখোক্লগা শাবা লাইশঙ্শিংসু থেংনৈ। মসিদগী ঐখোযনা খণ্ডবা যাবদি মোহেন্দ্র চীঙদা শাবিবা ফূডাশিং অসি ভগবত উপাসক, কলিঙ্গদা পাল্লম্বা মঠাবা নিংথৌশিং অমসুং মখোযগী মমাঙদা পাল্লম্বা নিংথৌশিংনা শাবম্বা ঙাকনি। হাযবিবা মন্দিরশিং অসিদা মাধব নত্রগা নাবায়ণগী মূর্ত্তি লাৎলমগদ্রা হাযনা খন্নে; অদুবু হৌজিকমক্তি বিষ্ণুগী ওইবা মূর্ত্তিশিংগী মহুত্তা লিঙ্গ ঙাক্তা লাৎনবে। মসিনা তাকপদি মঠাবা নিংথৌশিংনা পানবা মতমদা মোহেন্দ্রপর্ব্বত কৌবা চীঙ্ অসি ইচম-চম্বা চীঙ ওইনা লৈবমদে। অমবোমদা, সাধু-বৈষ্ণব কযাশিংনা তত্তনা চৎপা তীর্থস্থান ওইবর্ম্মা।

মহাভাবত পুবাণগী বন পর্ব্ব মতাংদা পাণ্ডবশিংনা কলিঙ্গ যৌনবা চৎপা লম্বীদা বৈতবণী তুবেলদা স্নান তৌখিবগী ৱা থেংনৈ। অদুগা, মখোযবু লমজিংদুনা লাক্লম্বা লোমশ্ মুনিদা, কাশ্যপ মুনিনা পীবা পাডতাক মতুংইন্না ভূর্দেবানা থোনগৎলম্বা বেদীদা কানব হার্যাখ। লোমশ্ অমসুং যুধিষ্টীবনা দেবশাঙ ফংনবা বেদী অসিদা কাখি হায, অদুগী মথংদ' সমুদ্রস্নান তৌববা তুংদা অহিং অদুমা মোহেন্দ্র পর্ব্বততা পোথাখি হার্যাব। মহাভাবততা পল্লিবা বেদী অসি হার্যবিবা পুবী নত্রগা নীলাচল অসি ওইবগদ্দা হাযনা খন্নাব অদুবু, উবিষ্যাগী লম্মিং তুমিৎকী মতুংইন্নদি পুবীগা নক্লবা মফমদা নত্রগা সমুদ্র খোঙবান্দা চীঙদুমগুম্বা অমত্তা লৈতে। অদুবু, ডাঃ কেঃ সিঃ মিশ্রাগী মত মতুংইন্নদি মোহেন্দ্র পর্ব্বত হাযবিবা অসি কলিঙ্গ নত্তনা অতৈ অতোপ্পদি লৈবল্লবোই হাযদুনা মাগী অকনবা মত পীবি। অদুগা, ৱাবী অসিগা চাশিন্নবা ৱাফম অমনা মোহেন্দ্র পর্ব্বত হাযনা খঙনবা চীঙথক অসিদা যুধিষ্টীব, ভীম, কুন্তি হাযন কৌদুনা লাইশঙ মচা অহুম অমসু লৈবি। মদোমদগী খন্নববসু হার্যবিবা চীঙ অসি মহাভাবতকী মোহেন্দ্র পর্ব্বতকা যাম্না চাশিন্নব।

কোঙ্গদাগী নিংথৌশিং শাইলোদভাব নিংথৌশিংনা মোহেন্দ্র পর্ব্বত অসিবু মপা মপুগী খুভমনি হায়না লৌই। কলিঙ্গদা হান্না পাল্লম্বা গঙ্গাশিংনা গোকর্ণেশ্বরবু মখোযগী ইষ্টদেবতানি হায়না খল্লম্মী; অদুগা মতুংদা পাল্লকপা কোঙ্গদাগী শাইলোদ ভার্বশিংনা স্বযম্ভূবু মপা মপু পোকপা লাইনি হায়না খল্লম্মী। হায়বিবা গোকর্ণেশ্বর অমসু, স্বযম্ভূ কৌবা দেবতাশিং অসি মোহেন্দ্র চীঙজাউগী মথক্তা লাংলম্বা য়াই হায়না থাজনৈ।

কলিঙ্গগী নিংথৌশিং, দাক্ষিন কোশলা নত্রগা মহাকোশলা অমসুং ভেঙ্গীনচিংবা লমশিংগী নিংথৌশিংনা ভগবত উপাসনাবু মখোয মখোযগী লৈপাক্কী ধর্ম্ম ওইনা লৌনবর্ম্মী। গুপ্তশিংনা পাল্লিভৈগী মতমদা অমসুং পুশ্যাভূতিশিংগী মতমদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি দক্ষিন কোশলা, ভেঙ্গী অমসুং কলিঙ্গদা মীয়াম্না যাম্না পাম্নবর্ম্মী। গুপ্ত নিংথৌশিংনা পানবা মতম অসি বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং অনৌবা-ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম (Neo-Brahmism) গী হৌখিল, মাগা লৈপাক শীন্থুংনা খা ভাবত ফাওবা শন্দোকখি।

'বাজিম মহাত্ম্যা' কৌবা লাইবিক অদুদা মহানদী তুবেল অসি উৎপলেশ্বরী হায়না মিংথোল্লম্মী, অদুগা তুবেল অসিগী ঈচেল অসি জোঙ্ক তুবেলগা শম্নদুনা চৎলিবা মফম হৌজিক ফাওবদসু চিত্রোৎপলা হায়না কৌবি। হায়বিবা মহাত্ম্যা অসি ১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা চহী তবা অদুবাইদা Richard Jenkins কৌবা নুপা অমনা থেংনবান হায়না Cunningham না হায়রবনি।

অদুগা বাজিমদা লৈবা বাজীভালোচানাগা লাইশঙ্গী অকোযবদা লাইশঙ্ মযাম অমা লৈ। হায়বিবা লাইশঙশিং অসিদা ব্রহ্মা, নবসিংহ; বদ্রিনাথ, বামন অমসুং জগন্নাথ, বাজেশ্বর অমসুং দানেশ্বর হায়বা লাইশিং অসি লাংলি। অদুগা, অনি অর্মাদ শিব লাংলী। মসিদগী ঐখোযনা খঙবদি তিববদেবগী মতমদগী হৌদুনা পাণ্ডুবংশী নিংথৌশিংনা বিষ্ণুবু তোঙান তোঙানবা মওংদা লাংলম্মী হায়বা অসিনি। পাণ্ডুবংশী নিংথৌশিং অসি জগন্নাথদেবগী মৈহৌবোনগী মতাংদা অচৌবা শক্তক যাখিবা শাববা কাঙবুগী শূথাঙ পুথাঙনি হায়বসি লেঙবা যাদ্রবা খুদম প্রমাণ কয়ামকম লৈ।

ব্রাহ্মণ সম্প্রদায (Brahmanism) বু ধর্ম্মনি হায়না লৌজবা দক্ষিণ কোশলাদা পাল্লম্বা কাঙবুশিংনা ব্রাহ্মণশিংবু লুনা তৌবম্নগুম, বৌদ্ধশিংবুসু চান্না অদুম তৌবিকম্মী। মহাশিবগুপ্তগী মতমদা ইবম্বা কোবী কোম্পাক অমদা তবদংসক হায়বা মফম অদুদা

লৈবা বৌদ্ধ-বিহারদা আর্য্য ভিক্ষু তরামরি লৈরম্মী হায়। অদুগা হায়রিবা বিহার অসি কীরাদেবগী নুপী অষ্কানা কৎপনিসু হায়রম্মী। শাবরী নারায়নানচিংবা মধ্য ভারতকী মফমশিংদা বুদ্ধদেবগী নূঙগী মূর্ত্তি কয়া কয়া ফংবা অসিনা তাকপদি লমদম অসিদা বৈষ্ণব ধর্ম্মদগী বৌদ্ধ ধর্ম্মনা হেন্না মমি তাখ্রে হায়বা অসিনি। অদুগী মথক্তা মফম অসিদা হান্না খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরম্বা শাবরাশিংনা বৌদ্ধ ধর্ম্ম উপাসনা অসি য়াম্না নীঙথিনা শৌগৎলম্মী।

অমরোমদা অমুক চীল্কা পাৎকী অকোয়বদা পাল্লম্বা শাইলোদভাবশিংনা মখোয়গী মিংথোল ওইনা পবম্মহেশ্বর হায়বসি শীজিন্নরম্মী অদুগা বাজপেয় অমসুং অশ্বমেধনচিংবা বেদগী ওইবা যজ্ঞ কয়া পাঙথোক্লম্মী। মধ্যামারাজগী মমাঙদা পাল্লম্বা মাধবরাজনা, শৈব্য অমা ওইজরবসূ, মশামকপু চক্রধব নত্রগা ভগবান মাধবমক্তি হায়না লৌজবর্ম্মী। অদুনাদি চক্রধর (বিষ্ণু) গা ভগবান মাধবকা অমত্তা ওইনা শীজিন্নরে। মসি ঐখোয়না নৈনরিবা ব্রাফমগা য়াম্না নুংঙাইরবা মতাংনি। নিংথৌবেল অশোকসূ ধর্ম্মচক্র হায়দুনা চক্রবু মাগী মোহব (চাজূম) ওইনা শীজিন্নরম্মী। অদুগা অঙ্গুতাবা নিকয়া নত্রগা মহাসূদর্শণ সুত্ত কৌবা পালি ময়েক্লা ইবা লাইরিকশিংদা নিংথৌ অমনা মগুর্ণলৈবা পোৎশক তরেৎকী মপু ওইগদবনি, মদুগী মনুংদা চক্র, বত্র হায়বসিসূ অমনি। উরিষ্যাগী আঃ মমাঙ্ঙেদগী থাজনবী অমগী মতুংইন্নদি নীলমাধবকা ভগবান পুরুষোত্তমগা অমত্তনি হায়না লৌই। মরম অদুনা চক্রধর-মাধব হায়বসি য়াম্না মকওইখ্রে হায়না লৌনবা তাবে।

মথক্তসূ পঞ্জখ্রে মদুদি মোহেন্দ্র পর্ব্বতকী অকোয়বদা খুন্দা-লৈতাদুনা শাববাশিংনা পান্দুনা লৈরম্মী হায়না। অদুনা দক্ষিন কোশলা অমসুং কোঙ্গদা অনী অসি শাবরা হাযরিবা ফ্রকপ অসিদগী লাকপনিনা মখোয় পূম্নমক্কি ধর্ম্ম উপাসনাগী মমাঙদদি অমত্তনি হায়না অদুম লৌবা য়াই। মোহেন্দ্র হায়বিবা চীঙ অসিদা পুলিন্দা নত্রগা আদিবাসী শাববাশিংনা মখোয়গী উনা শাদুনা লাৎলম্বা লাই অদু মখোযগী হায়বদি আদিবাসীশিং অসিগী মমিংদা লাৎলম্নবসূ, ভগবত উপাসক নারায়ণ লাৎপা মঠবাশিংনা লৈপাক্কী লাই ওইনা নারায়ণ নত্রগা পুরুষোত্তম নারায়ণ হায়না কৌদুনা নিংথৌ লাই ওইনা লাৎলম্মী।

শাইলোদ্ভাব শাগে হায়বসি অহানবর্দদি বৌদ্ধ ধৰ্ম্ম চৎপা কাঙবুনি। অদুবু, মখোয়না কোন্না শৈবা ওইখি অদুগা মখোয়না লিঙ্গ পূজা তৌখি। মতৌ অসুম্না মখোয়না শিবগী খুদম লিঙ্গগা ভগবান বুদ্ধগা অমত্তনি তৎন-থানবা যাদবনি হায়না লৌখি। মরম অদুনা মখোয়না শিব লিঙ্গদা "যো ধৰ্ম্ম হেতু প্ৰবভা হেতুরযাস্যা টাথাগাটাঃ" হায়না ই। অসুম্না মূৰ্ত্তি অমা বালাসোব জীলাদগী ফংখি।

মতাং অসিৱাইদা বৌদ্ধধৰ্ম্ম, শৈবা অমসুং বৈষ্ণব ধৰ্ম্মশিং অসি করম্না পুন্না চৎমিন্নবগে হায়বগী মতাঙদা যাভাগী বৌদ্ধধৰ্ম্ম চৎপা নিংথৌশিংনা শিববু কবম্না লাৎলম্বগে হায়বগী মতাঙদা খন্নবা যাম্না নুংঙাইগনি। মসিগী মতাংদা সংস্কৃতকী শ্লোক অমা লৈ। মদুগী চাউরাকপা অৰ্থদি ঃ-

তাইবঙ্বু শেম্বিবা ব্ৰহ্মাবু কৌজবি; ইবুঙ্গো মহাক্তি শেম্বীবা অমসুং ঙাকপীবা মতমদা গুণ অহুম্না লৈতেংঙি অদুগা মাঙহনবা (প্ৰলয)গী মতমদনা গুণ পুম্নমক থাদোকই।

তাইবঙপান 'পুম্বনা খঙবীববা ত্ৰিবিক্ৰম (বিষ্ণু) বু খুকৰ্মজৈ; তাইবঙপানবদা পাঙ্গল্লবনি হায়দুনা লৈরবা লাইয়াম পুম্নমক্তি মকোক ওইবীরিবা ইন্দ্ৰদেবনা ইবুঙ্গো মাগী মফমদা নোল্লূকচৈ।

কল্পবৃক্ষদগী হেন্না পীনহৈবা শিববু নোল্লূকচৈ; ইবুঙেঙা মহাক্তি স্থানু (লেঙদবা) হায়না খঙনববসু শাফু কন্না থাঙনা চৎলী অমসুং ইবুঙ্গো মহাক্লা হিংদুনা লৈরিবা জীব'পুম্বগী অপাম্বা খুদিংমকপু থুংহল্লী। *

অদুগা যাভাগী কেলু হায়বা মফমদুদা শকাব্দ ৭০৪ হায়বদি খৃঃ ৭৮২ দা জগন্নাথদেবগী কোয়রাওনবা মিৎ, কোয়দানবা খদাং পানবা মঞ্জুশ্ৰী কৌবা বৌদ্ধশিংগী লাই অমা থেংনখি। হায়রিবা মূৰ্ত্তি অসি ব্ৰহ্মা, বিষ্ণু অমসুং মহেশ্বরগী অপূনবা শক্তম্নি হায়না লৌই। হায়রিবা মূৰ্ত্তি অসিদা অসুম্না থাই ঃ-

অয়ম স বজ্ৰধৃক শ্ৰীমান ব্ৰহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর ঃ।
সৰ্ব্বদেবতা স্বামী মঞ্জুবাগিনি সিয়াতে॥

---

* বিজন রণ চেট্টাৰ্জিনা ইবা **India & Java** হায়বা লাইরিক অদুগী লাঃ ৬৫, ৬৬ অমসুং ৭১।

মসিনা তান্ত্রিকবাদি বৌদ্ধধর্ম্ম চৎপা যাওদসু সৃষ্টি, স্থিতি, প্রলয় হায়বিবা গুণ অহুম অসিনা লৈতেংবা বিষ্ণু ভগবানবু অবাধনা তৌই হায়বসিনি। হায়বিবা দেবতা অসিমক মঠবাশিংনা নারায়ণ, গঙ্গাশংনা গোকর্ণেশ্বর অদুগা শাইলোদ ভার্বাশিংনা স্বয়ম্ভূ হায়না কৌবম্মী। বিষ্ণু, ব্রহ্মা অমসুং শৈবাশিংনা মখোয়না শকখঙদবা উমংলাই গুম্না অমবসু অদুম কায়দনা পূজা তৌবম্মী। মসিমক্কী মবর্মাদি লৈপাক্কি লৈঙাক্লোন্দা লাম্মী অমা ওইনা আদিবাসীশিং অসিনা থবক তৌবম্মী। সববাশংনা লৈবা লমদমশিং অসিদা স্বাইগা মান্নদবা জগন্নাথদেবগী মূর্ত্তি অসি থেংনববদি মখোয়না লাৎপা লাই অদুমক্কি হায়না চিংনবা লৈতনা হায়বা যাবনি। অদুমকপু, মদুমক্তি নওবনা পুরীগী লাইশঙদা লাৎলিবা পুরুষোত্তম শ্রীজগন্নাথদেব অমসুং মহাক্কী লোয়নবাশিংগী শ্রীমূর্ত্তিশিং অসিগী হৌবকফম থিবগী তঙাইফদবা যাম্না লাকই।

থায়না মমাঙ্ঙেঙদগী হৌনা ভবিষ্যা বাজাদা চৎনবকপা অমা লৈবকই। মদুদি, যুম খুদিংদা, খুঙ্গং খুদিংদা, সহর খুদিংদা অমাদি লানবন খুদিংদা লাই অমমম ঈবাৎ পূজা তেক তেক তৌনৈ। মখোয়শিং অদুবু মখৎশিংনা গৃহদেবতা, গ্রামদেবতা, নগর দেবতা অমসুং দূর্গদেবতা হায়না খঙনৈ। মতৌ অসিগুমদুনা লৈবাক্কী ওইনসু লাই অমা পূজা তৌই। মদুবুনা রাষ্ট্রদেবতা হায়না খঙনৈ। অসিগুম্বা চৎনবী মখল অসি হায়বদি লাই লাইশিং অসিগা ঈমুং মনুং, খুঙ্গং, সহর, লানবন অমসুং লৈপাক নিংথৌগী অৱা অনা থাকথোক্কপিগনি হায়বসিনি। মবমদুনা চৎনবিসী হৌজিকসু অদুম চৎনবি। হায়বিবা অসি আদিবাসীশিংনা লৈবা মফমশিংদসু অদুম চৎনবি। হায়বিবাসিগী ফজবা খুদম অমা মঙাশুবা নত্রগা তরুকশুবা শতাব্দীদা কলিঙ্গ অমসুং অশ্বকাশিংগা লৈপাক অনি অসি লাহৈংনবা মতমদা, হায়বিবা লৈপাক অনি অসিগী লৈপাক্কী লাইশিং হায়বদি রাষ্ট্রদেবতাশিংনা অত্তৌবা অমসুং অমবা মচুগী শল্লাবা অনিনা বাইনখি হায়বগী বাবা "চুলা কলিঙ্গ জাটকা" হায়বা লাইবিক অদুদা ইবা থেংনৈ।

নাগ (লিল) পূজা তৌবা অসি চাউমীশিংনা মৈতৌবোন্দগী তৌনবকপনি হায়না থাজনৈ। অদুবু, ব্রাহ্মণশিংগী ইথিল চঙলক্লবা মতমদাদি মখোয়না নাগ অসি শেষ নত্রগা অনন্ত নাগনি হায়না লৌনবক্লে অমসুং ঈশ্বর অসি শ্রীকৃষ্ণগী মযাম্বা বলদেবগী শায়োন্নি হায়না লৌনখ্রে। মবম অদুনা নাগউপাসনা লিল পূজা তৌবা অসি ভারতকী অতৈ মফমদসু পাঙথোক্লবক্লে। হৌজিক হৌজিকমক অৱাং উরিষ্যাগী বালাসোর জীলাদা বলদেবগী মূর্ত্তি অমা লাৎলি, মসি শেষ নত্রগা অনন্ত নাগ কি অবতারনি হায়না

লৌনৈ। জীলা অসিমক্কী সুবর্ণবেক্ষা কৌবা তুবেলগী তাফমদা মনিনাগগী মন্দিব অমসু লৈ। মসিদগী ঐখোযনা লৌশিনবা যাবদি তোশালী কৌবা বাজ্য অসিদা মনিনাগ অসি লৈপাক অসিগী বাষ্ট্রদেবতানি অদুবু মীবোল অসুম অসুম চৎখিবনা বলদেবগী শাযোন্নি হাযনা লৌনখ্রে। শাইলোদ ভাবশিংনা লৈখাতাগ্রবা তুং, ভাওমাকাবশিংনা কোঙ্গদা অমদি তোশালীদা নিংথৌ ওইদুনা পানবদা, পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র অমসুং স্তম্ভেশ্ববী হার্যবী দেবী অহুম অসি নৌনা শেমগৎলকপা লৈপাক অসিগী বাষ্ট্রদেবতা ওইনা পূজা তৌবম্মী। হাযবিবা ৱাফম অসি পুরুষোত্তম জগন্নাথগী মূর্ত্তি অহুম- জগন্নাথ্, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা হার্যবিবা দেবা -দেবীশিং অসিগী মূর্ত্তিশিং অসিগী হৌবকফম ওইগদ্রা হাযনা খন্নবা যাই।

জগন্নাথদেবগী হৌবকফমগী মতাংদা শববাশিংগী ইথিল চঙবা মবম্না। মখোযগী লাইনিং লাইশোল থাজনবী কযাগী মবমদা নৈনবদা মতীক চায। শববশিংগী থাজনবগী মতুংইন্না বাম অমসুং ভীম * হাযবা মচীন-মনাউ অনী অসি মোহেন্দ্র পর্ব্বত চীঙজাউদা মতম অমদা খুন্দাদুনা লেবম্মী। মবানিনা লৈবম্না মফম অসিদা লৈবম্না চীঙজাউ অসিনা শন্দোকখিবা অসি মধ্য ভাবত ফাওবা যৌবম্মী হাযনা থাজনৈ। অতৈ আদিবাসীশিংনা খনবগুম, শববশিংসু মখোযগী লাইনিং লাইশোন (ধর্ম্ম) গী মতাঙদা থাজজবা অমা লৈবম্মী। মখোযগী লৈপাক, মখোযগী শিন্‌ফম অমসুং ইমুং মনুংগী যাইফনবগীদমক্তা তোপ তোপ্পা মখলগী লাই মখল কযামকম পূজা তৌনবর্ম্মী। পুন্সিগী থৌদোক ৱাথোক খূদিংমক্তা শকউদবা, শক্লাইদবা শক্তি অমনা অফ-ফত্ত 'পূম্বগী খূর্জ্জি পার্যাবিবি হাযনা থার্জজৈ। মবম অসিদগী অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্ম কাঙলূপ খূদিংগী লাই তিল কযাবুসু মখোযনা লাচ্চবা লাইবেম্বী লাইবেম্বা কযাগী মবক্তা পূর্নশিল্লর্ম্মী অমসুং মখোযনা পামজবা মতুংইন্না, চপচাবা মওংদা নত্রবসু পূজা তৌনবম্মী। খূদম ওইনা হাযববদা লব-কুশ মচীন মনাউনা পোর্কাখিবনি হাযনা খন্নবা শুকং অমদা সীতানি হাযনা খন্দুনা নূঙগী মূর্ত্তি অমবু পূজা তৌই। হাযবিবা মফম অসি উবিষ্যাগী কিওনঝাব জীলাগী সীতাবিঞ্জী কৌবা মফম অদুদনি। অতোপ্পা খূদম অমনা মুখালিঙ্গমগী মধুকেশ্বব লিঙ্গ অসি শববাশিংনা থেংনবনি অমসুং পূজা তৌবনি। অদুবু গঙ্গা শাগৈনা পানবা মতমদা ব্রাহ্মণশিংনা কাইনথংদা লৌশিনখিবনি।

---

* বাম অমসুং ভীম কবম্না মচীন-মনাউ ওইবিবনো হায়বদু লাইবিরুদি খব তৈনবে। মসি শববাশিংগী থাজবনি। [ J K H R S Vol III - P 110 ]

মৈহৌবোন্দগী শাববশিংনা লৈবক্না মফম অসি য়াম্না পাক শন্না কোল্লম্মী। ব্রাহ্মণশিংনা মফম অসিদা লাকপা মতমদা শাববশিংনা "কিতুঙ্গ" হায়না কৌজবা লাই মখল কয়ামকম, ব্রাহ্মণশিংনা লাকপগী অসিরাইদা মফম অসিদা ঈবাংলম্মী। হান্না লৈবক্না আদিবাসীশিংগী মপূক্লিংদা নুংঙাইতবা পোকখিনি হাযদুনা নৌনা লাকপা ব্রাহ্মণশিংনা হান্না লৈবক্না লাইশিং অসিবু মাঙহন্নিংলমদে অমবোমদা মখোয়নদুম পূজা তৌবা হৌখ্রে। অদুমকপু মখোয়না হান্না লৈবক্না লাইশিং অসি সংস্কৃতকী ওইবা মমিং থোল্লে। খুদম ওইনা "স্তম্ভেশ্বরী" "স্বয়ম্ভূ" অসিনচিংবা। মতাং অসিদা "স্বয়ম্ভূ" হাযবা রাহৈ অসি ব্রাহ্মণশিংদা শিব নত্রগা 'ব্রহ্মা'বু খঙনবা শিজিন্নবতা নত্তনা জৈন্য গুরু তীর্থঙ্করশিংবু খঙনবগীদমক্তসু শিজিন্নে।*১ অদুগা খৃষ্টগী মাবশুবা শতাব্দীদা বৌদ্ধগী লাইশঙ্ ওইরিবা মফম অসিদা জগন্নাথ দেবগী মূর্ত্তি কবম্না লৈবক্না হাযবনাচিংবগী অকৃপ্পা মবোলদি Rev J Long না ইং ১৮৫৯ গী জানুয়ারি থাদা উরিষ্যাদা লক্লম্না মতুংদা মানা ইবক্না Account (রাবোলশিং) অদুদগী খঙবা ঙমগনি।*২

খৃষ্টগী তরামাবশুবা শতাব্দাগী অঙনবদা লৈবক্না উরিষ্যাগী মমিং লৈববা কাব সাবলাদাসকী মত মতুংইন্নদি জগন্নাথ অসি শববী নারায়ণদগী পুরীদা পুরকখিরবনি হাযর্বাসিনি। মতাং অসিদ শববী নারাযণ হাযর্বাস শববী কৌবী নুপী অদুনা লাচ্চবম্মি হাযবা রামগী মূর্ত্তি অদুনি। অদুবু নুপী অসিনা পামজবা মতুংইন্না মাগী মমিংনা হান্না মাঙ্ থাবগা খঙনবা শববী নারায়ণ হায়বা মূর্ত্তি অদুনি হায। অসুম্না বৌদ্ধ, জৈন্য অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মশিং অসিনা পূনাখিবা মতাং অমসুং মখোয় ময়াম অসিদগী অপূনবা মূর্ত্তি অমা ওইবকখিবরা হাযবগী মতাঙদা খন্নবদা মতীক ওই।

মথক্তা খন্নাবরা রাফম অসি কোশলাগী পাণ্ডুবংশী নিংথৌশিংনা পাল্লম্মী হায়বঙ নত্তে; অমবোমদা মফম অসিদা বৌদ্ধ অমসুং জৈন্যগী মূর্ত্তিশিং ফংবা আসমক্লসু মফম অসিদা মতম অমদা অশেংবা লম অমা ওইবম্মা হাযবসিনি। লমদম অসিদা বৌদ্ধ নত্রগ জৈন্য নিংথৌশিংনা লৈপাক ঙাক্তুনা পাল্লমদ্রবসু নাগার্জ্জুন নচিংবা বৌদ্ধ ভিক্ষুক কয়াদি লৈবম্মী। হাযরিবা মূর্ত্তিশিং অসি মখোয়না "সকল কোশলাধীপ" হায়না কৌজবা পাণ্ডুবংশ নিংথৌশিংগী থায়নগী কোনুং ওইবক্না শাববীপুর নত্রগা সিবপুরগী অকোয়বদা ফংই।

---

*১ অভিধান চিন্তামনি, লাঃ ৯ শ্লোক ২৪ ২৫।

*২ T A S B 1859 No III Vol XXVIII লাঃ ১৮৫ ১৮৭

আদিবাসীশিংগী লাইশিং অসি মহাযন। কাঙলূপগী বৌদ্ধ ধর্ম্মদা লৌশিনখি হাযবসি বৌদ্ধগী ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা ইবি। অসুম্না পর্ণা শাববী কৌবী লাইবেম্বী অসি মহাযনা কাঙলূপকী বৌদ্ধ ধর্ম্মদা অচৌবা খুদা অমা যাই। মতৌ অসুম্না দক্ষিণ কোশলা, কলিঙ্গ অমসুং কোঙ্গদাগী শাববাশিং অসি ব্রাহ্মণ ধর্ম্মগীতা নত্তনা মহাযনা কাঙলূপকি বৌদ্ধ ধর্ম্মগসু যাম্না নক্লবা মবী লৈনৈ। অমবোমদা শববাশিংসু মখোযনা লাচ্চবা "কিতুং" হাযনা খঙনবা লাইবেম্বা-লাইবেম্বীশিংগী মনুংদা শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ যাওনা ব্রাহ্মণগী লাইশিংসু লাৎপা হৌখি। লাইশিং অদুদি ভীম, বাম, হোদেপুলু, পেডা, বংজং, তুমেবন্না, গবসদা, যগন্ত, মুট্টু, তীতা অসিনচিংবা।*

শববাশিং অসি হৌজিক্তি কাঙলূপ তবেৎ থোক্লা খাযদোকপ্রে। মখোযশিং অদুগী মনুংদা জাবাশবেবা হাযবসিং অসিসু কাঙলূপ অমনি। হার্যবিবা কাঙলূপ অসিনা নোংচুপথংবা উবিষ্যাগী ইন্দ্রাবটি অমসুং শাববী তুবেলগী ঈতিনফমদা লৈ। হার্যবিবা জাবাশবেবাশিং অসিবু বাজু নত্রগা কাঙলূপকী নিংথৌ হাযনা খঙনৈ। মখোযনা থাযনগী মওংদা, যাম্না চাওখৎপা মওংদা লাক্রগসু মখোযগী শাগেগী লাইদি নীলমাধবনি।

বিষ্ণুগুম্না নীলমাধবসু গুণ (attribute) মবি ফোঙদোকপা ওইনা পাম্মোম মবি পাল্লী। বাজু শবেবাশিংনা কর্ন্টিল্লো উবিষ্যাদা লৈবা নীলবাধবপু দর্শণ তৌবা চৎলী অমসুং মফম অসি মখোযগী যাম্না সেংবা তীর্থস্থানর্নি হাযনা খঞ্জে। উবিষ্যাগী মফম কযাদা মমিং তোঙান তোঙানবা থোন্দুনা মাধবকী মূর্ত্তি কযামকম লৈ। মখোয অদুদি খুদম ওইনা নিযালী মাধব, ললিত মাধব, গঙ্গা মাধব, শার্ব্বী মাধব, মুদগলা মাধব অসিনচিংবা। অসুম্না উবিষ্যাদা মাধবকী পীঠ (চক) তবামবি লৈ হাযবা যাই। মবর্মদি হৌজিক তৌজিক নীলাচলদা লাৎলিবা শ্রীশ্রীজগবন্ধু অসি মমাইংঙদদা নীলমাধব হাযনা খঙনবম্মী। হৌজিক খঙনবিবা জগন্নাথ অসি মমাইংঙদা শবেবাশিংনা লৈবা খুঙ্গশিংদা "জগনেলো" হাযনা মিংথোন্দুনা উনা শাবা মূর্ত্তি ওইনা লাৎলম্মী। শবেবাশিংগী মবোলদা লাই অসিবু "সোনাম" অদুগা মূর্ত্তি অসিবুনা "কিতুঙ্গ" হাযনা খঙনবম্মী। মথক্তা পঞ্জখিবা অদনি, লাইগী মূর্ত্তিশিংবু শবেবাশিংনা কিতুঙ্গ হাযনা কৌই হাযদুনা। কিতুঙ্গশিংগী মনুংদা "জগনেলো" হাযবা অসিনা খ্বাইদগী অথোইবনি। মসিবু মখোযনা দেবতাশিংগী মকোক বিশ্বগী গাযবদি তেংবানবগী মপূনি হাযনা থাজনবম্মী।

* Castes and Tribes of Southern India Vol VI P 335

বৌদ্ধ ধর্ম্মনা শবেবাশিংদা পীবা চৈথেং অসি উবিষ্যাগী খা অমদি নোংচুপ থংবাবোমদতা নওনা অৱাং নোংপোক উবিষাদসু হাইদোক্লম্মী। মহাযনা কাঙলূপকী বৃদ্ধিষ্টশিংনা শবেবাগা লোয়ননা লাইবেম্বা লাইবেম্মী কথা পূজা তৌবম্মী। খুদমগী মশক ওইনা কিওনঝব তাঁলাগা সীতাবঙ্গা কৌবা মফমদা শবেবাশিংনা পূজাবী ওইদনা লাংলম্বা লাইশিংগী মূর্ত্তি থেংনে। মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না ব্রাহ্মণশিংনা শবেবাশিংগা লোযননা "মুখালিঙ্গ", "গণেশ", "কার্ত্তিক" অসিনচিংবা শৈব্যগী লাইশিং অসি লাংখিবগী খূদম ফংই। অদুগা অমবোমদা অমুক, সুবর্ণবেক্ষা তুবেলনা সমুদ্র তাফমদা বৌদ্ধ বিহাব খব লৈবম্বগী খূদম থেংনৈ। হাযবিবা মফম অসিদা আর্য্য ভিক্ষু, সঙ্ঘ কাঙলূপকি মহাযনা বৌদ্ধশিংনা লৈবম্বগী খূদমসু থেংনৈ।

লেপাক অসিদা বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা মখোয মশেল ভাব তাননা লৈবম্মী। হার্যাবর্দি অশোক মহাবাজগা মতমদগী ওইবম্বা যাই। অদুবু অনি অসিগী মবক্তা নংশিনদবগা সাংম অমা লাকখি। মাস খৃষ্টগী তবেংশুনা শতাব্দীদা বাজনৈতিক অমসুং অর্থনৈতিককী সাংমদা অওনবা লাকপদগী ওইবম্বা যাই। মবমদি মতম অসিবাইদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম চংপা হমবর্দ্ধননা কনৌজদা, অমবোমদা হিন্দুনংথৌ শশাঙ্কনা কর্ণ সুবর্ণদা মথংশিংনা পাল্লম্মী। নিংথৌ অনী অসিনা মাগা মাগী ধর্ম্মব চাওখংনবা হোৎনবন মখোযগা মবক্তা নংশিননবা তেল্লকপা হাযবসিদি মশানা তাজবর্বান।

মযাযথ বা যুগক লোইশিল্লকপা অদুবাইদদি বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মণ অনিগা মবক্তা মক্লবা অসি মপান থোবক্লে। হৌজক হৌজিক উবিষ্যা ষ্টেট মুজিযমদা থম্লিবা নেংশা মকোব অসদা হল্লিবা মথকাশ, অসিদগা গুপ্ত সম্রাজ্যনা উবিষ্যা যৌশিল্লকপা অদুগী অমমাঙদগী সম্প্রদায অনা অসি মক্লবক্লে হাযবসি খঙবা ঙমগনি। গুপ্ত যুগনা লোইশিল্লকপগা অদুবাইদা বৌদ্ধ বিহাব কযা থুগাইবগা মদুগী মহূতা শিব মন্দিবনা শাজিল্লবগী মওং অমা চথবকখি। মসিগী মহয ওইনা হিন্দু লাইশঙ কযাদা বুদ্ধগী মূর্ত্তি কযা লাৎপগী খূদম হৌজিক হৌজকমক উবিষ্যাগী মফম কযাদা থেংনগনি। অদুবু চযেৎনবা মূর্ত্তি মযাম পুন্না লাৎপা অসি কবম্বা মতমদগী হৌখবনো হাযবদুদি চপচানা লেপ্পা ঙমাদ্র।

শশাঙ্কগী মতমদা লৈপাক অসিগী মীযামগী ধর্ম্মগী মীৎযেং কবম তৌবম্বগে হাযবদু শুভকীর্ত্তি অমসুং সোমদত্তগী মিনাপুব প্লেটতগী খঙবা ঙমগনি। কোবা কোম্পাক অদুদা

ঊবম্নাশং অদুদি "বিষ্ণু পত্রোগ্রাবিক্ষেপা কৃষ্ণ ভাবিত সাধ্যসাম সেষা শেষা শিরোমাধ্যা মধ্যাসীনা মহৎনু। কামাবাতিস্রো ভ্রষ্ট গঙ্গৌ ধ্বগধ্বস্ত কলমশাং শ্রীশশাঙ্কে মাহমপাতে চতুর ঞলাব মেখলাম ॥

মথক্কী শ্লোক অসিবু ডাঃ আরঃ সিঃ মজ্জুমদাবনা অসুম্না অর্থ তৌই।

সমুদ্র মবিনা খ্বাঙ্গোইবী, কামদেব (শিব)গী কোকথওগী চেষ্টবকপা গঙ্গানা পাপ খুদিংমক শেংদোকপি, মহাক্কী চাউববা হকচাংনা খৈনাইদ্রবা শেষা কৌবা লিলগী মকোক্তা পুবিবী পৃথিবী অসিবু পাঙ্গল্লবা শশাঙ্কনা ঙাকপিবি অমসুং বিষ্ণুনা (ওক্কী মশকলৌদুনা) পৃথিবীবু থাঙ্গৎনবা শুৎ শুৎ কাম্বা মতমদা মহাক্না শাউই"...

শতাব্দী তবেৎশুবা লোইশিল্লকপা অদুবাইদা কোঙ্গদাদা পাল্লম্বা ধর্ম্মবাজগী মহাবানী কল্যান দেবী কৌবানা একজাতা প্রবুদ্ধচন্দ্র কৌবা গুরুদা লম খব দান তৌবগী ব্রা থেংনৈ। মসিদগী ঐখোযনা খণ্ডবা যাবদি কল্যান দেবী হাযবা অসি বৌদ্ধবা নত্রগা জৈনাবা হাযর্নাসিনি। অদুগা অমুকসু লৈপাক তৌবদগী, পূবা জীলাগী বনপুব সালিযা তবেল খোঙনুংদগী বুদ্ব দেবগী মূর্ত্তি থাম্না থংখি। হাযবিবা মূর্ত্তিশিং অসি ব্রজযানা সম্প্রদাযগী তান্ত্রীক বুদ্ব ঙাক্তা ওইনা তৌই। বনপুব হাযবিবা মযম অসি তান্ত্রীকী, ভাগবাতগী উপাৎ পূজা তৌযম্ম হাযনা থাওই। হাযবিবা লাইবেম্বী অসি ব্রাহ্মণশিংনা পূজা তৌনবম্মা। মবন অদুনা, হাযবিবা বনপুব কৌনা মযম অসি ব্রাহ্মণ তন্ত্রীক অমসুং ব্রজযনা নত্রগা তন্ত্রযনাগী বৌদ্ধ সম্প্রদায মযম অসি পুল্লপ পূনশিনাগবা ওইবমাল্লে হাযনা লৌবা যাই।

অমব্ ওইববসু অমবু ওইববসু, পুবোষত্তম নত্রগা নীলাচল হাযবা বাহৈশিং অসি ইতিহাসকী মচাক ওইবা প্রমান কযানা তবেৎশুবা শতাব্দীগী মমাঙ চখৎনা থেংনদে। মতম অদুদা যংবা শেল মযেক্তা ফাওবা নীলাচল নত্রগা নীলগিবী হাযবা বাহৈ অসিমকসু থেংনদে।

অমবোমদ অমুক শ্রীজগন্নাথ মন্দিব অসি নীলাদ্রি নত্রগা নীলাচল নত্রগা নীলগিবী কৌবা চীঙ অমগী মথক্তা লৈ হাযনা থাজনৈ। অদুবু, তশেংবমক্তি ইবুঙ্গোঙাগী মন্দিব অসি চীঙ মথক্তসু লৈতে অদুগা পুবীগী মনাক্তা চীঙ অমওসু লৈতে। তশেংবমাক্ত শ্রীমন্দিব অদু লৈঙোইগী লৈতোঙ মথক্তা লৈ অদুনা প্রমাণ

ওইনবা নীলগীরি (অশংবা চীঙ) হায়দুনা থোনখিবা ওইরম্বা য়াই। চীঙ মথকমক্তদা লৈত্রবসু ভূবনেশ্বরগী লিঙ্গরাজগী মন্দির অসিসু স্বর্ণদ্রী নত্রগা স্বর্ণ-গীরি হায়না কৌবা চীঙ অমগী মথক্তা লৈ হায়না থাজনৈ। মসিসু কৈলাশতা লৈবা ইবুঙ্ঙো শিবগী স্থান অসি হেমকুট, স্বর্ণকুট নত্রগা স্বর্ণগীরি মিং তোঙান-তোঙান্না লৈবা মরম্না ভূবনেশ্বরগী লিঙ্গরাজগী মন্দির অসিসু স্বর্ণগীরি হায়না নাঁতৈ চানবা থোনখিবা ওইরমগনি। অদুনা লিঙ্গরাজগীনা স্বর্ণগীরি থোনখ্রবা মরম্না জগন্নাথকীনা নীলগীরি হায়না থোনখিবনি। অদুগা অতোপ্পা অমরোমদনা ইবুঙ্ঙোগী মন্দিরনদি ৱাংবনিনা গীরি (চীঙ) অসুম্না থোনখিবা ওইরম্বা য়াই। তৌববুদি লমদম অদুদা থাজনবগী মতুংইন্না মন্দির শারিবা মফম অসিমক্তদা লৈঙোইগী পৃঙ অমদি লৈরম্মী হায়।

বিরাঞ্জানগর নত্রগা হৌজিক্কী কটক জীলাগী জয়পুর হায়বা মফম অসিদা ভাউমা কাঙবুনা বৌদ্ধধর্ম্ম চংলম্মী। মখোয়না অতৈ অতোপ্পা ধর্ম্মবু তাথী তাওইনা তৌরমদে। মখোযগী কুলদেবতাদি গুহেশ্বর পাতকা হায়না কৌরম্মী। তন্ত্রধর্ম্মগী মমিসু হায়রিবা নিংথৌশিং সিনা পানবা মতমদা থেংনৈ। পুরুষোত্তম অমসুং বল্লভদ্র হায়বা ৱাহৈশিং অসি শাগে অসিগী শুভকরদেব (অহানবা) কৌবা নিংথৌগী মতমদা ইরম্বা কোরী কোম্পাক্তগী ইহান হান্না থেংনখি। নীলমাধব নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা ইবুঙ্ঙোসি বৌদ্ধ ভাউমাকারশিংনা লাৎলম্মী ; মখোয়না ভগবান বুদ্ধগী খুদমশিং অসি শীজিন্নরম্মী অমসুংবৌদ্ধধর্ম্মগী পূজা-পদ্ধতিনচিংবসু শিজিন্নরম্মী। খুদম অমা ওইনা লৌখচ্চরবদা ইবুঙ্ঙো পুরোষোত্তমগী কাং-চিংবা অসিসু বৌদ্ধধর্ম্মগী চৎনরোলদগী লৌবা ওইরমাল্লে হায়না থাজনরি।

অদুমকপু নীলমাধব নত্রগা পুরোষোত্তম হায়বা মিংথোলশিং অসি কলিঙ্গগী গঙ্গানিংথৌ শাগেশিংনা পানবা মতমদা থোনখিব্রা নত্রগা মমাঙদরা হায়বগী মতাংদা চয়েৎনবা অমদি লৈবি। মসিগী মতাঙদা খৃঃ ৩০৮ দা গঙ্গা শাগেগী নিংথৌ দেবেন্দ্রবর্ম্মনা মহেন্দ্র চীঙগী লম অমবু পুরুজাবন নত্রগা পুরুষবণ হায়না কৌদুনা কখোকখিবগী মতাংদা ইরম্বা কোরী-কোম্পাক অদুদগী খঙবা ঙমগনি। গঙ্গাশিংনা পানবা মতমদা পুরুষোত্তম হায়বা অসি পঞ্জত্রিবা কোরী-কোম্পাক অসিদগীদি খঙবা ঙম্লে। মরমদি পুরুষোত্তম নত্রগা পুরুসথম হায়বা অসি পুরুষবণ নত্রগা পুরজবন হায়বা ৱাহৈশিং অসিদগী থৈথরকপা শোয়দনা ওইরম্বা য়াই। নীলমাধব নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা দেবতা অসি

ব্রাহ্মণ অমসুং বৌদ্ধশিংনা ব্যবহাব তৌনবতা নত্তনা জৈনাশিংনসু ইকাই খুম্নবম্মী। জেন্যশিংনা নীলমাধবপু মখোযগী তীর্থাকবশিংগী মনুংদা অমা ওইনা লৌবম্মী। ৱাযম অসি হেমচন্দ্রনা ইবা অভিধান চিন্তামনি কৌবা লাইবিক্তগী থেংনবিগনি।*

কলিঙ্গদা পাল্লম্বা নিংথৌ শাগৈশিং অসি ইতিহাসকী যাওন মতুংইন্না হোংদোক হোংজিন কযামুক তৌখ্রে। মদুগী মবমদা ঐখোযনা কৃপ্না নৈনকবগী থেইনা কান্নদমাল্লে হায হাযনা নীঙজে। কৃপ্না থিজিনবীনিংবা কাঙবুনা he cult of Jagannatha কৌবা লাইবিক অদদগী থেংনবিগনি।

মধ্যভাবতগী চেনথবকপা মহানদী তুবেলনা পুবীগী সমুদ্রাদা ইতাদ্রিঙৈদা, মদগী মপান্দা তাবা মযমশিংদা লাইশঙ কযামবম বিষ্ণুগী নামদা কৎলম্বা থেংনৈ। মখোযশিং অদুগী মমিং পনবা যাবশিংদি ললীত মাধব, নীযালমাধব, নাপালিযা মাধব অমিনাচংবা। অসুম্না শববাগী খুল্লাকপা বিশ্ববসুনা লাৎলম্বা নীলমাধব কৌবা মূর্ত্তি অসি মমৈদা পুবোষোত্তম জগন্নাথ হাযনা খঙনখি। প্রমাণ অসি খব হেন্না নর্কশিনবগী মশক ওইনা "জাবাসাবব বংস বিববনী" কৌবা কোনামনাদা ইবা লাইবিক অসিদগী খঙবা ঙমগনি। হাযবিবা লাইবিক অসি শ্রী এসঃ এনঃ বাজগুরুনা ইকুই কুইখিদ্র, পাবলা খেম্মুণ্ডি তালুকী দির্মিবিঝোলা কৌবা খুলদুদগী ফংবনি। হাযবিবা লাইবিক অসিদা মূর্ত্তি অসি মহেন্দ্র পর্ব্বতা শবেবাশিংনা লাৎলম্মী হাযনা যাওই।

থাইনা, থাযনা মমাঙতৈদা মহেন্দ্র চীঙজাউদা শাবব আদিবাসীগী যুম্নাক তবানিথোই লৈবম্মী। মখোযনা যুম তবানিথোই শাবম্মী। যুমশিং অসিবু বাব ঘাবিযা হাযনা খঙনবম্মী। মখোযনা চুম্না দারুবক্ষ (উকক) অমা ওইনা নীলমাধবপু স্থাপনা তৌবম্মী অমসুং অমাঙ-অতা থোকপদগী কল্লম্মী অদুগা মহেন্দ্র পর্ব্বতকী চীঙদোন্দা লৈবা শবব খুঙ্গংগী শত্রুসালা শববানা লাৎলম্মী।

থাইনা মমাঙৈদা মাগ শাগৈগী ইন্দ্রদ্যুম্ন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাক্লা শবব খুঙ্গংদা লৈবা ইবুঙ্গো নীলমাধবপু নমদুনা লৌনিঙলম্মী। মবম অসিদগী মহাক্লা শাবব শত্রু শালাবু ফাদুনা থল্লম্মী। অদুবু লাইগী দেব-বাণী অমা লাকপদা শত্রুশালাবু থাদোক্লম্মী। হাযবিবা দেব-বাণী অসিনা ইন্দ্রদ্যুম্নদা নীলকনগব (পুবী) দা যাম্না ৱাং-চাউববা লাইশঙ অমা শানবা যাথং তাউথবম্মী। যাথং অসিগী মতুংইন্না লাইশঙদি

* অভিধান চিন্তামনি লাঃ ৯ শ্লোক ২৫ দেবকাণ্ড।

7218/Ma.

শাবে, অদুবু লাৎনবা লাইদি লৈত্রে। মবম অসিদা নীলমাধব কৌবা ইবঙ্গো অসি খিননবা বিদ্যাপতী কৌবা ব্রাহ্মণ অমা নেক্রম্মী। মহেন্দ্রগীবিদা লৈবা শববগী খুঙ্গং তান্না লাক্লে। অদুবু মফম অদুদা লালিতা কৌবী মশক মতৌ চঙখোল্লবী নূপীমচা অমা থেংনদুনা, নুংশিনদুনা লুহোঙলে।

নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্নগী অবোনবা পাউমী অমা ওইনা বিদ্যাপতীনা লাই অদু খিবকপদা অশূকপা উমং অমদা লৈবে হাযবা খঙলদুনা নিংথৌদা পাউ পীকবে অমসুং দারুব্রহ্ম (উকক) অদু পুবক্লুনা লাই শাননবা শবব নহা খবদা শিন্নবক্লে।

নিংথৌগী অনীঙবা মতুংইন্না শেংলবা উকক অদু পুবক্লে হায়বগা পুবীগী মনাক্তা লৈবা বঙ্কিমুহনা কৌবা হিথাঙফমদা পুককতুনা থাঙদুনা থল্লবে। হৌনবী কয়াগা লোযননা অমসুং যাম্না ঙৌখিনা উকক অদু লাই অহুমগী মূর্ত্তি শাফম তান্না পুবক্লে। হৌজিকফাওবদা মূর্ত্তি শাফমগী শঙ অসি লৈবি। অসুম হায়না থাজনবী অমা লৈ। মদুদি, ঈশ্বব মশামক্তা অহল মতম ওইববা উশুবা অমগী শক্তম লৌবগা মূর্ত্তি শাবা লাক্লে অদুগা নিংথৌদা মূর্ত্তি শাবা লোইদ্রিবফাওবা থোঙ হাংদোকপা যাদে হায়না তাকপিববে। অদুবু হাযবিবা স্বর্ত অদু ঙাক্তবদগী মূর্ত্তিশিং অসি লোইশিন্দনা হৌজিক ফাওবদা অসুম্না লৈবি। নীলমাধবকা পুবোষোত্তম শ্রীজগন্নাথগা অমত্তনি হায়বা অসি উবিযা বৈষ্ণবশিংগী য়াম্না শীঙথানিঙাই ওইবা বিচাবনি। শ্রীজগন্নাথকী মূর্ত্তিগী মওংশিং অসি ব্রাহ্মণ, বৌদ্ধ অমসুং অতৈ আর্য্য নত্তবা মূর্ত্তি খূৎশা কয়াদগী লৌথোকপনি হায়বা অসি মথক্তা পঞ্জব্রে।

অসুম তৌনা মফম অসিদা আদিবাসীশিংনা লাৎলম্না লাই কয়া ব্রাহ্মণ ধর্ম্মদা নূপশিনবি। পূম্নমক অসিগী মহুম্ন ওইনা থোককই, পুবোষোত্তম কৌবা অপূনবা শক্তম অমা। মবম অসিননি হৌজিক ফাওবদা শ্রীজগন্নাথ দেবগী পূজা পদ্ধতীদা লমদম অসিগী লাইনিং-লাইশোলগী মমি কয়া তাবিবা। অদুবু, কাঙবু খবনা ইবুঙ্গো অসিগী পূজাদা অমসুং মূর্ত্তিগী মওংদা বৌদ্ধধর্ম্মগীনা য়াম্না হেন্না মমি তাই হায়বা ৱাফম অসিদি খব হোংদোকফম থোককই। শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবগী উপাসনাগী হৌবকফম খিবদা তোঙান তোঙানবা মত ফল লৈদুনসু; মসিদি লমদম অসিদা চংনবম্না লাইনিঙ-লাইশোল কয়াগী অপূনবা শক্তম্নি হায়বসিদি ইতিহাসকী মচাক কয়ানা সাক্ষী প্রমাণ ওইববা ককপা য়াদ্রবা ৱাফম্নি।

# শ্রীশ্রীজগন্নাথ্ দেবগী ইতিহাস্

ভৌমশিংনা তোসালীদা খৃষ্টগী নীপালশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদগী তবাশুবা শতাব্দী হৌগৎলকপা ফাওবা পাল্লম্মী। মখোযগী কোনুংদি হৌজিক্কী জযপুব নত্রগা বিবাজা ক্ষেত্রদগী পঙলাপ লাপ্তুনা গুহেশ্বব পাটকা কৌবা মফম অসিদা ওইবম্মী। ভৌম শাগেনা পানবা লোইশিল্লকপগী অদুবাইদা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু মখোযগী লৈপাক্কী ধর্ম্ম ওইনা লৌবম্মী। দক্ষিণ কোশলাদগী লাকপা সোমাবম্সী শাগেগী নিংথৌ মহাশিব গুপ্ত যজাতী অনীশুবগী মতমদা ভৌমাশংগী নিংথৌ খুভম মুনখি। মহাশিবগুপ্ত যজাতী যাম্না পাঙ্গনবা অমসুং পূকচেল চাউবা নিংথৌ ওইবম্মী। মহাক্না কর্নাট, লাটা, গুবজব, কলিঙ্গ, গৌড যাওনা উৎকল অমসুং বাঢা হার্যাববা লৈপাকশিং অসি জয তৌবম্মী। মবম অসিদগী নিংথৌ অসি মবল মথুম যাম্না লৈবমগনি অমসুং মতম অদুগা চৎনবী ওইনা মন্দিব কযা শাবমগনি হাযনা ঐখোযনা লৌবা যাই। ভৌমশিংনা তাল্লম্বা লম্ভুম পূম্নমক মাগা মখূওা তাবমগান অমসু, হার্যাববা লম্ভুমশিং অসি লাইশং কযা শাবদা শোযদনা শীজিন্নবমগনি হাযবদা চিংননিঙাই লৈতে। অদুগা, মহাক্না ভৌমশিংনা চৎলম্বা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু থাগোঞ্জবর্ম্মী। মবম অদুনা ভৌমশিংনা লাৎলম্বা লাই কযাগী লাইশঙ, যজাতীনা লম্ভুম কযা অসিনা শাবম্বা যাই। হাযবিবা ব্রাফম অসিমক মাদলা পঞ্জি কৌবা শাগে পুযা অসীনসু প্রমাণ তৌবি। যজাতী কেশাবীনা জগন্নাথকী মন্দিব অসি শাবম্মী হাযদুনা লাইবিক অসিনা হায। মাদলাপঞ্জি কৌবা লাইবিক অসিদা পল্লিবা যজাতী কেশবীগা মহাশিব যজাতী অনিশুবগা মীশক অমত্তনি হাযনা লৌববদি, মহাক্না অৰাং ভাবতত্তগী ব্রাহ্মণ কযা পুবক্লগা মহাক্কী কোনুং জযপুবদা যজ্ঞ অমা পাঙথোকখি হাযবি। মতৌ অসুম্না হান্না বৌদ্ধধর্ম্মগী মফম ওইবম্বা লমদম অসিদা ব্রাহ্মণ ধর্ম্ম পুশিল্লকখি হাযবসি উৎলী। মহাক্না জগন্নাথকী মন্দিব অসি শাবা হৌগৎলম্বতা নত্তনা মহাক্কী শাগেগী দেবতা মহেশ্বরগীদমক্তা ভূবনেশ্বরগী লিঙ্গবাজ লাইশঙ অসীসূ শাবা হৌবর্ম্মী। *

মাদলপঞ্জি কৌবা লাইবিক অসিদা ইবিবা অসি ঐতিহাসিক ওইদে হায়দুনা লংথোকপস্ যাদে। মবর্মদি পুবীগা পুবোষোত্তমগী মন্দিব অমসুং ভূবনেশ্ববগী কৃত্তিবাসকী

---

* প্রাচী সমিতনা উবিযা লোলদা ফোঙবা মাদলপঞ্জি অমসুং খুৎই ওইনা ফোঙদনা সংস্কৃততা লৈবিবা জগন্নাথকৈফৎ।

মন্দিৰ, হায়বিবা মন্দিৰ অনী অসিনা সাক্ষী ওইদুনা লেপ্লুনা লৈবি। নৃঙদা হক্লুনা লৈবগ্বা কৰ্যানসু মসিগী প্ৰমাণ তৌবি।

শ্ৰীধামগী পুৰোষোত্তমবু খৃষ্ট ১০২২ ২৩ নোংপোক চালুক্যগী নিংথৌ ৰাজৰাজ অহানবনা লাংলম্মী হায়বাসি নিংথৌনা তৌবগ্বা দান অমগী ৰাহীদোক্তা অসুম্বা ইবম্মী ৹

"শ্ৰীধামঃ পুৰুষোত্তমাস্যা মহত
নাৰায়ণস্যা প্ৰভোৰ নাভি
পঙ্কেৰুহাদ ভাবজগতঃ সৃষ্ট স্বয়ম্ভুঃ সম্মত॥"

মাসদগী ঐখোয়না' খঙবদি শ্ৰীধাম নএগা শ্ৰীক্ষেত্ৰদা লৈবিবা জগন্নাথগা মন্দিৰ অসি ছোড গঙ্গাগী শাগে নীতে ওইবা নোংপোক চালুক্য শাগেগী ৰাজৰাজ অহানবনা খোহদাজহি। ছোড গঙ্গা শগোশংনা জয় তৌদ্ৰিঙেদা উৎকলদা ইবুঙ্গো পুৰষোত্তমবু শ্ৰদ্ধা ভক্তিগা লোয়নন লাংলম্মী হায়বাস ঐখোয়না' মসিদগী খঙবা ঙম্ম। অসুম্বা যথাতনা জগন্নাথগী মন্দিৰ অসি শাবা হৌবদুগা লৈহিশিন্দনা থনম্মী। ছোড গঙ্গানা লৈহিশিন্দনা মন্দিৰ অসি শাবা লৌইশিনখি।

২ দলপাঞ্জিগা অতোপ্পা মতাং অমদনা যবনগ। নিংথৌ ৰক্তবাহুনা অচৌবা জহাজ অম পদুনা সমুদ্ৰগা লম্বাদা লাক্লগা পুৰীবু চাহৎখাযবম্মী। মদুদা মীযাম্বা কিবদুনা জগন্নাথক শ্ৰী ৰ ওৰ সোনাপুৰদ লোত্তুন হম্মখি। শতাব্দী অম তঙ্খায চপচানা চৈ ১৪৬ ৰ মতুংদা ৰখাত কেশৰীনা মত্ত ঐস নৌনা অমুক লাংখি অমসুং অনাশুবা চন্দ্ৰদন্দ্ৰ হাৎবা মংথোল অাস যংখি। ৰক্তবাহু কনানো অমসুং লান্দাবকপা অাস কলম্বা ম মদলে হায়বগা ৱাৰী ৱাখোঙ অদুদ থোহনা কান্নদবা মাপ্লে হায়না' লৌখচন্দ্ৰে।*

খৃষ্টগী শতাব্দী তৰাগী অদুৱাইদা যজাতি কেশৰী অনাশুবনা শাবা হৌবম্লবস, জগন্নাথকী মন্দিৰ অাস লৈহিশিন্দনা যাম্বা কুইনা লৈবম্মা। মাসগী মৰম য়াম্বা লৈবগ্বা যাই। অদুবু মখোযদা শেবা ওইবা মৰম্বা ভুবনেশ্বৰগী লিঙ্গৰাজগী মন্দিৰ "কৃত্তিবাস" শাবদা থৱায যাওবগুম জগন্নাথ মন্দিৰ শাবদাদ অদুৰ হাক্লা থৱায যাওশিল্লমদে। হাযবিবাসসু মৰম অমা ওইবগ্বা যাই। মমৈদা ছোডগঙ্গা কাঙবুগা শাগেগী নিংথৌ অনন্ত বৰ্ম্মননা, যজাতিনা শাবা লৌইশিল্লমদবা মন্দিৰ অাস শাবা লৈইশিন্নবা হেংনবকপদা গঙ্গা সম্ৰাজ্যগী প্ৰৰষ্টি ইৰশিংনা নিংথৌবু থাগতুনা অসুম্বা ইবম্মী ঃ

---

*কপ্পা থিজিনবীনংবশিংনা The cult of Jagannath কী লা. ৩১ ৩২ য়েংবিয়ু।

"পাদৌ যস্য ধবান্তবীক্ষমখিলম্
নাভিস্তুত সর্ব্বদিশঃ
শ্রোত্রে নেত্রযুগং ববীন্দুযুগলম্
মূর্ধাপিচ দৌবসৌ
প্রসাদং পুরুষোত্তমসা নৃপতেঃ
কো নাম্ কর্ত্তুমং ক্ষম ঃ
তস্যেত্যাদ্য নৃপৈরুপেক্ষিতময়ম্
চক্রেথ গঙ্গেশ্বব ঃ"

অর্থঃ মখোঙ অনীনা মবোল অহুম ওইবিবা, মখোযদৌনা অতিযা মকোয ওইবিবা, মনাকোংনা পৃম্নমক্কী হৌবকফম ওইবা, মীৎম্না অনীনা নুমিৎ থা ওইবিবা, ইবুঙ্গো পুরুষোত্তমগী হান্নগী নিংথৌশিংন লাযথোক্লুনা থম্লুববা মন্দিববু গঙ্গেশ্ববনা লেন্ঠিশিল্লে। হাযবিবা নিংথৌ অসীমক্না লাক্ষ্মীগী মন্দিব শাবগী মতাঙদা অসুম্না ইবন্মী ঃ

"লক্ষ্মী জন্মগৃহম্ পযোর্নিধবসৌ সংভাবিতস্য
স্থিতির্নানাসি শ্বশুবস্য পৃজ্যত ইতি
ক্ষিবাব্ধীবাস ধ্রুবম নিবভিন্নঃ পুবষোত্তমঃ
প্রমুদিতস্তদ্ধাম লাভাদ্রমা প্যেতদ
ভর্ত্তৃ গৃহম্ ববম্ পিতৃ গৃহাৎ
প্রাপ্য প্রমোদান্বিতা।।" *

অর্থঃ মহাসাগব অসি লক্ষ্মীগী মপাম্নি, অদুনা নুংশিনা চান্না ফনা তৌজববসু বিষ্ণুনা মকূবোক্কী মযুমদা লৈ হাযবা রাখল অসিদা নুংঙাইজবমদে। মবম অসিনা ইকাই ফাবক্লুববা ভগবান পুবষোত্তম্না অনৌবা যুম অসি ফংবদা পেনবীবম্মী অদুগা লক্ষ্মীসু মপামদা লৈবদগীদি মপুবোইবগী অনৌবা যুম আসদা লৈবনা যাম্না হেন্না নুংঙাইজবম্মী।

পুরুষোত্তমগী মওং মতৌ, মবোল অহুমগী মপূনি হাযনবা অমসুং ভগবতগীতাদা বিশ্বরূপ হাযনা ইবুঙ্গো মাবু শৈথাবদু হন্দক্কী মতাঙ অসিদা অইবা ওইনা থেংনৈ। উজ্জিযানগী নিংথৌ ইন্দ্রভূতিনা ইবা "জ্ঞানসিদ্ধি" কৌবা লাইবিক্তা জগন্নাথ হাযবসি বুদ্ধগী অতোপ্পা শক ওংনি হাযনা থেংনৈ। ইন্দ্রভূতি হাযবিবা অসি বৌদ্ধধর্ম্মগী বজ্রযান সম্প্রদায হৌদোকখি।

* J A S B Vol LXV 1896 Part 1 page 229

জগন্নাথ দেবগী মন্দিব শাবগী মবী লৈনবা ৱাকম অমগা লৈ । হায়বিবা ৱারী অসিদী ছোড গঙ্গাগী পুন্সি-ৱাবীগা মবী লৈনে। অৱাংদা গঙ্গা তমপাক্তগী ৱাদা গদাবরী তুবেল ফাওবা শন্দোক্লিবা লৈপাক ' পূম্ববু গুক্রম্বা ছোড়া গঙ্গানা উৎকল অমসুং ভেঙ্গ নিংথৌশিংবু জয় তৌবম্মী। মহাক্কী শাম্মু লীশিং মবিফুমাপল লৈবম্মী মহাক্কা লৈপাক অনী অসি খুদুম চল্লবা তুংদা বিজয়স্তম্ভ অনী য়ুংলম্মী। মীয়াম্মা থাজনবী অমগী মতুংইন্না মানা লান্দগী ফংলকপা সনাশিং অদু শামুদা হোল্লক্লগা হৌজিক হৌজিক জগন্নাথ দেবগী মন্দিবগী পবিকোবদা লৈবা "সুনা কৌন" হায়না খঙনবা গুহা অসিদা হৈজিন্দুনা থমখি। অসুম্না গুহা অসি সনানা পিক থল্লবা মতমদা মন্দিব অসি শাবা হৌখিবনি হায়নে। মণ্ডলা পঞ্জীগী মতুংইন্নদি গুহা অসি অনঙ্গভীমদেবনা তৌখি হায়নে। অদুনা লাইব্রিক অসিগী মতুং ইন্নদি জগন্নাথকী মন্দিব অসি শকাব্দ ১১১৯ নত্রগা খৃষ্টাব্দ ১১৯৭ দা অনঙ্গ ভীমদেব অহুমশুবনা শাবম্বনি হায়বসিনি। মসিগী মতাঙদা খৃঃ ১২৩০ গী অনঙ্গভীমদেবগী নাগবী কোবী কোম্পাক্কী মতুংইন্না, শ্রী এসঃ এনঃ বাজগুরুনা হায়বিবনা নিংথৌ অসিনা ববান্সী কট্টক নত্রগা হৌজিক্কী কট্টক্তা জগন্নাথদেবগী মন্দিব অসি শাখিবনী অসূম্না। অদুবু মণ্ডলপঞ্জীদা ইবিবা অসিদা ববান্সী কট্টককী মন্দিববু, পুবীগী জগন্নাথ্ মন্দিব ওইনা লৌবমাল্লে হায়বসি চিংনদবা ঙমদে। ছোডাগঙ্গানা মতম শাংনা কালচুবি অমসুং চেদিগা লান তৌনববা তুংদা অদুগা লৈপাক্কী লমখৈদা হৌবকপা লালহৌ কয়াবু নমথববা তুংদা নিংথৌ অসিনা পুবীগী জগন্নাথকী মন্দিব অসি শাবদা মায ওৎশিনখি হায়দুনা পণ্ডিতশিংনা ফোঙদোক্লিবা অসি য়াম্না চুম্মী। ৱাকম অসিমক অনঙ্গভীমদেবগী মশূনূপা বাজবাজদেব অনীশুবগী (খৃঃ ১১৭০ ১১৯৩) মতমদা ইবম্বা দাসগেবা কোবী-কোম্পাক্তা ইহান হানবা ওইনা থেংনৈ।

মতাং ওইনা হংবা য়াবা ৱাকম অমনা পুরুষোত্তমবু লাই অমা ওইনা গুন্নিঙে মতম অদুৱাইদা মশক খঙনবক্কত্রা হায়বা অসিনী। মবমদি মধ্যযুগকী মতমদা কলিঙ্গ, তোশালী অমদি দক্ষিন কোশলাদা লৈবা ব্রাহ্মণশিংদা পীবা দানসূত্র ময়ামদা অমত্তা থেংনদে। অদুবু মধ্যপ্রদেশকী সাত্না জীলাগী মনুংচন্না লৈবা মাইহাব খুঙ্গংদগী ফংবা কোবি-কোম্পাক অমদা ইবম্বা দানসূত্র অমদা ভগবান পুরুষোত্তমগী মবমদা পনবা ইহান হান্না থেংনৈ।* ডাঃ ডিঃ সিঃ সবকাবনা মসিদগী পুবষোত্তমগী ৱাকম অসি ১০ শুবা শতাব্দীগী ৩ংখাইদগী ওইবম্বা য়াই হায়না লেপ্লি। অসুম্বা থায়নগী ওইবা পোৎ

* E I Vol XXXV pp 171-175

চৈ কযানা পীবা প্রমাণগী মতুংইন্না ওদ্রাদেশকী ভগবান পুবষোত্তমবু মধ্যপ্রদেশকী মীযাম্না ফাওবা শক খঙনবম্মী হাযবা অর্সিনি।

পূম্নমক অসিগী মথক্তা ১০ শুবা শতাব্দীগী হৌগৎলকপদা পাল্লম্বী, দণ্ডি মহাদেবীনা লম খবা দান তৌবগী সূত্রদা কাশ্যপ্ গোত্রগী ভট্টপুত্র পুরুষোত্তম হাযবা মিং অসি পল্লী। অদুবু, খন্নবিবা মতম অসিদগী ঙনখৎনিংঙাযগী মচাকসু লৈ। নেউলপুবদগী ধংবা সুভাকবদেব অহানবনা ব্রাহ্মণদা লম খব পীবগী দানসূত্রদা পুরুষোত্তম বলভদ্র কৌবা ব্রাহ্মণ অমা অনিগী মমিং থেংনৈ। হার্যবিবা কোবা কোম্পাক অাস খৃষ্টগী ৮ শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অদুবাইগীনি হায। অদুর্নাদি পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র হাযবর্শিং অসি মাযাম্না পাম্নবা লাৎলম্বা মবম্না মচা-মশূশিংগী মমিং থোনখিবনা হাযনা লৌবা যাই। অদুনা পরষোত্তম, বল্লভদ্র হাযাববা দেবতাশিং অসি খৃষ্টগী ৭ শুবা শতাব্দা অদুবাইদা মূর্ত্তি ওইনা লাৎলমলে হাযবদা হাযমনবা থোক্কেই।

মথক্কা বাফর্মাশিং অসি কদায ফাওবা চুম্বগে হাযবদু ঐখোযনা যেংনবা সংস্কৃত সাহিত্যদা মায অমক ওনশিল্লসি। মুবারীনা ইবা অনবঘবসবন কৌবা উপন্যাসকী প্রস্তাবন অসি পুরষোত্তমগী রথ্ যাত্রাদা রখোকপা ওইনা তৌই। হার্যবিবা ড্রামাগী লাইবিব অসি এস. কেঃ দে অমসুং এসঃ এন' দাসগুপ্তনাচংবা পণ্ডিতশিংনা ৯ শুবা শতাব্দীগী লোইশিল্লকপা অদুগা ১০ শুবা শতাব্দীনা হৌগৎলকপা অদুবাইগী ওইনা মতম লেপ্লা। কৃষ্ণ মিশ্রানা ইবা অতোপ্পা, প্রবোধ চন্দ্রোদয কৌবা সংস্কৃত ড্রামাদনা ভগবান পুরুষোত্তম অসি দেবযন্ত হাযনা শক তাক্লি। হার্যবিবা নাট্যকাব অসি চন্দাল্লা নিংথৌ কীর্ত্তিবর্ম্মনগী (১০৪১ ১০৭০) রাজ কবিনী। দেবযন্ত হাযবা অসি পুবীগী পুরুষোত্তম জগন্নাথ নত্তনা অতৈ কনা অমগী মিং নত্তে। ড্রামা অসিনা পুরুষোত্তমগী মন্দিব অসি যজাতিনা শাবা হৌবগা ছোডগঙ্গানা লোইশিনখিবান হাযবা ব্রাফম অসি কাঙলি। অদুবু মন্দিব অসিগী তাংদাংবা মফমদি লেপ্লমদে।

হার্যবিবশিং অসিগী মথক্তা জগন্নাথকী মবম অসি খৃষ্ট শতাব্দী ১০ দগী ১১ ফাওবগী ইবা তান্ত্রিককী লাইবিক খবদা থেংনৈ। অসুম্না রুদ্রযামালা কৌবা তান্ত্রিক্কী লাইবিক অমদা জগন্নাথকী মবমদা পনবা থেংনৈ। মসিদা নত্তনা ব্রাহ্মযামালা, তন্ত্রযামালা অমসুং কালিকা পুবাণ হার্যবিবা লাইবিকশিং অসিদা পনবা থেংনৈ। অকোনবগী লাইবিক অনি অসিদা দারুরূপা জগন্নাথ অসি উৎকলগী পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী মপুঙ ওইবা লাইনি

হায়না পল্লি। কালিকা পুরাণদদি জগন্নাথ অসি উড্রদেশকী খ্বাইদগী চাউবা লাইনি হায়না পল্লী।

(ক) "ভারতে চোৎকালেদেশে ভূস্বর্গে পুরুষোত্তম ঃ
দারুরূপী জগন্নাথ ঃ ভাক্তানাম ভয়প্রদঃ (তন্ত্রমালা)॥
(খ) জগন্নাথম্ ওদ্রেশম্ চ প্রপূজয়েৎ॥

(কালিকা পুরাণ)

কোঙাদা অমসুং তোশালী হায়রিবা মফমশিং অসিদা ভৌমশিংনা পাল্লম্মী। মখোয়না পানবা লোইশিল্লকপা অদুবাইদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎখি অমসুং মখোয়না পুরুষোত্তম অমসুং বল্লভদ্রবু লৈপাক্কী লাই, রাষ্ট্রদেবতা ওইনা লাৎলম্মী হায়বসি ইতিহাসকী মচাক কয়ানা প্রমাণ তৌরি। মূর্ত্তি খর ফংবনা মরম ওইরদুনা, মফমশিং অসিদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী বজ্রয়ান সম্প্রদায়সু চৎলম্মী হায়না তাক্লি। পুম্নমকসিগী মথক্তা, ভুবনেশ্বরগী মনাক্তা লৈবা হীরাপুর অমসুং বোলাঙ্গীর জীলাগী রাণীপুর অমসুং ঝারিয়লদা "৬৪ যোগিনী পীঠ" অনি থেংনবা অসিনা, উরিষ্যাগী মফম খরদা তান্ত্রিকধর্ম্ম চৎলম্মী হায়না লৌবা য়াই। অমরোমদনা অমুক শঙ্করাচার্যনা শৈব্য ধর্ম্ম শন্দোরক্লবা হোৎনরকপদগী লৈপাক্তা থোরক্লদবা ইরাং কয়া নমথনবা হোৎনবদা হিন্দু ধর্ম্ম অমসুং বৌদ্ধধর্ম্ম অনী অসি পূনশিন্নবা হোৎনখি। হায়রিবসি ভৌমকরশিংনা পানবা মতমদনি। অসুম্না ভৌমকরশিংনা বৌদ্ধধর্ম্মগী লাইরেম্বা-লাইরেম্বী কয়াদগী লৌখৎপা মূর্ত্তি অহুম পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র অমসুং স্তম্ভেশ্বরীবু রাষ্ট্রদেবতা (লৈপাক্কী লাই) নি হায়না খনবা মতমদা, হিন্দুশিংনা অমরোমদা মূর্ত্তি অহুম অসি ভাগবত পুরাণগী কৃষ্ণ, বলরাম অমসুং সুভদ্রানি হায়না থাজনরম্মী। মখোয়শিং অসিগা "চক্র" গা মরী লৈনহনবসি নেটভঞ্জদেবগী কোরী কোম্পাক্তা ইবা দান যুত্রদগী থেংনগনি। মদুদি ঃ-

"পুরুষোত্তম চক্র প্রতিষ্ঠায়াম"

শ্রী কেঃ সিঃ পানিগ্রাহিগী মত মতুংইন্না মূর্ত্তিশিং অসি ভঞ্জশিংনা মখোয়গী শাগেগী লাই ওইনা লাৎলম্মী হায়। হায়রিবা খ্বাফম অসি ভৌমগী চৈচৎ ১৯৮ (খৃঃ ৯৩৪) দা, উত্থান দ্বাদশীদা লম দান তৌবগী অহৎপা সুত্রদা ইরি। যৌদোক অসি শত্রুভঞ্জগী মতমদনি। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবদি মতম অদুদা কলিঙ্গ অমসুং খা-ভারততা, মতম অমা

ফনা চৎনরম্বা শ্রীসম্প্রদায় কাঙলূপকী বৈষ্ণবধর্ম্মবু ভঞ্জশিংনা লৌরম্মী। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা য়াবদি বৌদ্ধগা তান্ত্রিক উপাসনাগা পূনশিন্দুনা শেমখিবা শ্রীসম্প্রদায় কাঙলূপকী বৈষ্ণব ধর্ম্ম উপাসনাগা মরী লৈনবা লাইশিংনি, পুরুষোত্তম, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা হায়রিবা লাইশিং অসি।

খৃঃ ১১১২ গী অদুৱাইদা ছোড়গঙ্গানা পুরীগী জগন্নাথকী লাইশঙ অসি শাবা হৌখি। হায়রিবা মতমসি সোমবংশীগী লৈপাক্কা কলিঙ্গগা অনি অসি পূনশিনখিবগী মতুং অদুৱাইদনি। মহাক্কা পরম মহেশ্বর হায়বা মিংথোল অসি শিজিন্নখি। মিংথোল অসিমক্তি মঠরাশিংনা পাল্লবা মতুংদা কলিঙ্গশিংনা লৌশিল্লবা তুংদা পরম মহেশ্বর হায়বা মিংথোল অসি শিজিন্নবা হৌরকখ্রবনি। মসিনা প্রমান তৌরিবদি সাঙ্গশিং অসি মৈহৌরোনদগী শৈব্য ওইরম্মী, অদুবু ছোড় গঙ্গাগী মতমদগিদী শৈব্য অমসুং বৈষ্ণব অনী তুনা চৎখ্রে। খৃঃ ১১১১ দগী নত্রগা ১১১২ ফাওবা মহাক্কী কোনুং অসি মুখলিঙ্গম (কলিঙ্গনগর) দা ওইরম্মী। মমৈদা মহাক্কী হৌজিক্কী কট্টককী মনাক্তা হোংলকখি অমসুং মফম অসিদা মহাক্কা খৃঃ ১১৪৭ ফাওবা পাল্লম্মী। হাযরিবা মতম অসিৱাইদনি কলিঙ্গদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি অনৌবা মওং অমা ওল্লকখিবা। তাঞ্জা অসিৱাইদা খা-ভারততা বামানুজনচিংবা শ্রীবৈষ্ণবকী কাঙবুনা বিশিষ্ট-দ্বৈতবাদ-কী দর্শণ অসি শন্দোরকখি। খা-ভাবতকী চোল অমসুং চালুক্যশিংগা ছোড়গঙ্গাগা য়াম্না লোন্দিন্নরম্মী। মরম অদুনা নিংথৌ অমসুং মাগী মন্ত্রীশিংনা খা-ভারতকী শ্রীবৈষ্ণবধর্ম্ম অসি পাল্লম্মী। অদুনা উৎকল জয় তৌর্দ্রিঙৈদদি শৈবা ওইরম্বনি, অদুবু মহাক্কা নিংথৌ ওইবা লোইশিল্লকপা মতম অদুৱাইদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌখি।

উৎকলদা পুরুষোত্তম উপাসনাগী মতাঙদা মতম অদুদা লৈরম্বা চয়েৎনবা কয়া, অমসুং শ্রমণ অমসুং ব্রাহ্মণশিংগী মরক্তা চয়েৎনবা কয়া অদু ধর্ম্মদা চেৎনা থাগোন্নবা নিংথৌবেল ছোড়গঙ্গানা মতাংচানা কনখি। অৱাং-নোংপোক ভারতকী মুসলীমশিংনা মাগী লৈপাক্তা লান্দারকপগী শেম-শাবা অদু নিংথৌ অসিনা খঙখি।* মরম অসিনা বৌদ্ধ অমসুং ব্রাহ্মণ কাঙলূপ অনী অসি, লৈপাক্কী স্বার্থদা, চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নহন্দবা য়াদে হায়বা অসি নিংথৌ অসিনা কন্না ফাওখি। লৈপাক্কী ৱায়েল থৌদাদা অমসুং ধর্ম্মদা অকনবা মিৎয়েং চঙবনা মরম ওইরদুনা মাগী লৈপাক অসি মুসলীমশিংনা চহী অহুম খর হেন্না লৌশিনবা ঙমখিদে। মহাক অসি হিন্দুশিংনা য়াব, নিংথৌশিংনসু য়াবা নিংথৌ

* History of Orissa by R D Benarjee Vol. I pp. 109-110

অমা ওইবতা নত্তনা, মবৈবাক নত্তবা শ্রীলঙ্কাগী বৌদ্ধনিংথৌশিংনা যাম্না ব্যবহাব তৌবম্মী। মহাক্না সিংহল (শ্রীলঙ্কা) দা চৎলুবা অমসুং সিংহলগী বৌদ্ধ নিংথৌশিংগা অমসুং কলিঙ্গগী নিংথৌ শাগৈগা চাবৌ-মৌবৌনবগী বাবোল "মহাবংশ" কৌবা লাইবিক্তা থেংনবিগনি।

গঙ্গা ইন্সক্রিপ্সনদগী খঙবা গুম্বদি খৃঃ ১১৪২ দা ছোডগঙ্গানা লোইশিনখিবনি। তৌবমক্তি পুবীগী জগন্নাথকী লাইশঙসি খৃষ্টগী ১০ শুবা শতাব্দীগী মযাযদা যযাতী অনীশুবনা শাবা হৌখিবনি অমসুং খৃঃ ১১১৩ ফাওবা লোইশিন্দনা অসুম্না লৈবম্বদগী ছোডগঙ্গানা মন্দিব শার্বসি অমুক পাযখৎলক্কুনা খৃঃ ১১৪২ দা লোইশিনখি। মাগী মচানীপা কামনর্ভাবু যুববাজ ওইনা শেংলবা মফম অসিদা যজ্ঞ তৌদুনা হাপখি।

লাইশঙ অসি শাবা লোইববা তুংদা পুবী অসি ভাবত পূম্বগী যাম্না মকুওইবা ধর্ম্মস্থান অমা ওইবক্লে। পুণ্ড্রবর্ধনা (বেঙ্গল)গী নিংথৌ ভোজবর্ম্মদেবনা মাগী উৎসর্গদা ভগবান পুরুষোত্তমবু অসুম্না শৈথাই ঃ

"ইতিযাম গুণগাথা ভিতুষ্টো পুরুষোত্তম ঃ
মজ্জযন্নিব বগ ব্রহ্ম-মাযা নন্দ মহোদধৌ ॥"

জগন্নাথ দেবগী লাইশঙ অসি শাবা লোইশিন্দ্না ছোডগঙ্গানা বাজনীতি অমসুং ধর্ম্মনীতি অনিগী ওইবা থৌদাং অনী পাঙথোক্লম্মী। মমাঙগী নিংথৌশিংনা শাবা লোইশিল্লমদবা বাষ্ট্রদেবতাগী মন্দিব অসি শাবা লোইশিন্দুনা কলিঙ্গগী মীযামগী পুক্নিং জয তৌবম্মী। অদুগা মন্দিব অসি শাবা লোইশিনবা মবম্না খা-ভাবতকী ধর্ম্ম-প্রচাবকশিং অমসুং পণ্ডিত কযাগী মিৎযেং চিংশিন্দুনা মাগী লৈপাক্তা তৃঙনফম ওইবম্মী। মসিদ নত্তনা মুসলমানশিংনা ওৎ নৈবদগী গৌড, বাধা হাযবনাচিংবা মফম অসিদগী হিন্দু অমসুং বৌদ্ধশিংনা কলিঙ্গদা শাইদাংফম ওইখি। মতম অদুগী ধর্ম্ম সাহিত্য কযাদা পুবীবু অমসুং জগন্নাথবু শৈথাদুনা ইবম্মী। ভাবতকী তোঙান তোঙানবা "ধাম" (ধর্ম্মগী অশেংবা মফম) মবিগী মনুংদা পুরুষোত্তম ধামসু অমা ওইবম্মী। "ধাম" মবি অদুদি ঃ অব্বাংদা, হিমালয চীঙথক্তা লৈবা বদ্রিনাথ, খাদা, বামনাথ ধাম, নোংচুপ্তা, গুজবাট তা লৈবা দ্বাবকানাথ ধাম অমসুং নোংপোক্তনা পুবীগী জগন্নাথ ধাম অসিনি। মতমগী মতুংইন্না পুবী হাযবা অসি যাম্না মকুওইবা তীর্থস্থান অমা ওইবক্লে। মবম্দি অতৈ অতৈ ধামশিং অসি দর্শণ তৌববা মতুংদা পুবীদা হেক হেক লৌশিন্নবম্মী।

খৃঃষ্টগী ১২ শুবা শতাব্দী লোইশিল্লকপা অদুৱাইদা মুসলমানশিংনা অৱাং অমসুং নোংপোক ভারততা লান্দাবক্লম্মী। ইটিয়ার উদ্দিন বক্টিয়ার খীলজী কৌবা নুপা অমনা গৌড নমদুনা লৌশিন্দুনা লৈপাক ঙাক্তুনা পাল্লম্মী। মতাঙ অসিৱাইদনি গৌড়, মগধ অমসুং বিন্ধ্য চীঙজাউগী ৱাংমা ফাওবদা মুসলমানশিংনা লান্দাশিল্লকপনা ব্রাহ্মণ্য-ধর্ম্ম অসি খুদোংচাদবা নংলম্মী। মবম অদুনা হিন্দু কয়ামরুম উরিষ্যাগী নিংথৌ গজপতিগী মখাদা শাইদাংফম ওইর্জখি। গঙ্গা শাগেগী নিংথৌ, ছোড়গঙ্গাগী মশৃনীপা রাজবাজ অহুমশুবনা, মুসলমানশিংনা উবিষ্যা হাইজিল্লকপা থিংনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। রাজবাজ অহুমশুবনা মপু ইবুঙ্ঙো ছোডগঙ্গাগী মতমদগী হৌনা উবিষ্যাবু লান্দানবা হোৎনরকপা, চেডি নিংথৌশিংনা মখোযগী হোৎনবা অদু অবেম্না তাখি।

বাজবাজ অহুমশুবগী মতুংদসু মুসলমানশিংনা উবিষ্যাবু খুদুম চন্নবা হোৎনবা অদু লেম্না তোকখিদে। মখোযনা মশীঙ যম্লবা লান্নী অমগা লোযননা উৎকল নিংথৌগী মথক্তা লান্দাবক্লম্মী। অনিযঙ্ক ভীম অহুমশুবা, পাঙ্গল্লবা, মথৌনা মবৌশিং লৈববা নিংথৌ অসিনা লক্ষ্মণবতী লানফমদগী হৌবক্কদবা অদু অবেম্না তাহনখি। হন্দক্কী মতাঙ অসিদগী মুসলমানগী লান অসি ফনা কুইনা লেপ্তুনা লৈখি। অসুম্না গঙ্গাগী যুববাজ অনঙ্গভীমদেব ৩শুবনা জগন্নাথকী লাইশঙ অসি শেমগৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনখি। মরম অসিমক্তা, মহাকপু জগন্নাথদেবগী লাইশঙ শাখিবা মীশক্তি হায়দুনা "মাদলপঞ্জী"* কৌবা লাইরিক্তা পল্লম্লিবা অসি। মাগী মতমদগী হৌদুনা পুরুষোত্তমবু নিংথৌরেল, অদুগা মশামকপুনা মহাক্কী প্রতিনীধি ওইনা খঞ্জরম্মী। ছোডগঙ্গাগুম্না মহাকসু পরমবৈষ্ণব অমসুং পরমমহেশ্বর হায়বা মিংথোলশিং অসি লৌজরম্মী। অদুতসু নত্তনা পরম ভট্টরক অমসুং দুর্গাপুত্র, শ্রীপুরুষোত্তমপুত্র অমসুং রুদ্রপুত্র হায়বা মিংথোলশিং অসি থাগোন্নজখি। অকোনবগী মিংখোল অহুমসিমক্তা পুরীগী মকওইবা লাই অমসুং লাইরেম্বী অহুম-বিষ্ণু, শিব অমুং দুর্গা (শক্তি) হায়রিবা অহুম অসি লিংখিবনি হায়না লৌবা য়াই। অনঙ্গভীম অহুমশুবা, পুরুষোত্তম, দুর্গা অমসুং বল্লভদ্র হায়বিবা লাই অহুম অসিবু য়াম্না শ্রদ্ধা লৈনা পূজা তৌবা নিংথৌনি। মরম অসিনা মহাক লাই অহুম অসিগীদমক্তা মাগী কোনুং বরাণসী কট্টক নত্রগা অভিনব বরাণসীদা লাইশঙ অমা শারম্মী। মফম অসি হৌজিক্কী মতমদা হায়বগা পুরীদগী মাইল ৫৭ চৎলগা লৈবা কট্টক

*মাদল পঞ্জীগী লাঃ ৩৪

অসি ওইবম্বা যাই হাযনা লৌনবি। নিংথৌ অসিনা অমসুং মাগী ধাবানালাশিংনা পুরুষোত্তমগা লোযননা সুভদ্রা অমসুং বল্লভদ্রনচিংববু পূজা তৌবম্বনা, মমৈদা অতোপ্পা উপাসনা মওং অমা থোবকখি।*

উবিষ্যাগী গঙ্গা সম্রাজ্যগী মতাঙ খন্নবদা অনিযঙ্কভীম ২ শুবগী মবমদা পনবদা মতীক ওই। মবমদি অতৈ মমাঙদা হৌখিবা নিংথৌশিংদগী মাগী মতমদনা হেন্না পুরুষোত্তমগী লাইনিং মওং অসি হেন্না কনশিন্না পাঙথোক্লম্মী। ভঞ্জ নিংথৌশিংনা থনম্বা খুৎই-লাইবিক কযাদগী মখোয শ্রীবৈষ্ণব সম্প্রদায অসিবু থাগোন্নজবম্মী হাযবা খংবা ঙম্মী। পুরুষোত্তমগী খুৎলাই ওইনা চক্র নত্রগা চক্রনাবাযণ শিজন্নবা ওইনা উৎলিবা অসি মতাঙ অসিরাইদগীনি হাযবা অসি উবিষ্যা যাদুঘবদা লৈবা কযা অসিদগী খঙবা ঙমগনি। চক্রবু পুরুষোত্তমনা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবিবা অসিগী ব্রাহস্নোক্তি কোন্না নৈনজবা তাবে। হৌজিক্কিদমক্তা ওইনা ঐখোযনা খঙবা থাবা হাযবদু পুরুষোত্তম উপাসনা অসি উবিষ্যাগী সমুদ্র খোঙবান্দা তাবা লমদমদগী হেন্দোক্কনা লম কন যাম্না পাক চাউনা শন্দোকখ্রে হাযবা অসিন।

মদলপঞ্জীগী মতংইন্না, অনঙ্গভীমদেবনা শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরগী শাসন মওং অসি যাম্না মমৃত্তানা শেম্লম্মী। "ছাত্তিশ নিযোগ" কৌবা ইবুঙ্ঙৈভাগী সেবাকাবীশিংনা পাঙথোকযম থোকপা শিন্না ৩৬ অসি যাম্না যজনা মচা খাযনা তাক্লম্মী।

খৃষ্ট ১৯ শুবা শতাব্দীদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোক্লবা মিসন শেমগৎপা অদুগুম্লদনা, অনঙ্গভীমদেবগী ঙাক্তক্তা পাঙ্গা প্রথা অসি চৎনবা হৌদোকখি। পাঙ্গাশিং অসিগী মথৌদি মীযামদা পুরুষোত্তম উপাসনা শন্দোকপদা নত্তনা, লৈপাক্কা লৈপাক্কা, নিংথৌগা নিংথৌগগী মরক্তা মরূপ মপাং ওইবা (Deplomatic Relation) গী থৌদাংসু লৌবম্মী। পাঙ্গা অমসুং মখোযগী খোঙলোযশিংনা থৌদাং অমা পাঙথোক্লম্মী। মখোযনা শ্রীক্ষেত্রদা যাত্রিক কযা পুশিল্লকপদা নত্তনা, যেক্লবনা কবি কবি মাঙনবা তৌবিবগে হাযবদু নিংথৌগী নাকোংদা যৌতল্লম্মী। পাঙ্গাশিংনা

* নাগবি কেবী কোম্পাক্কী মতুংইন্নাদ অনঙ্গভীম অষ্টম শুবনা শাগবা লাইশঙ অদু হৌজিক লেত্রে। ১৬ শুবা শতাব্দীদা মুসলমানশিংনা লান্দাবকপা মতমদা মন্দির অসি থুগাইবম্না যাই হাযনা থাজনবি। লাইশঙ অসি হৌজিক্কী কটক সহরগী তুলসীপুর মন ঙাশিনবম্না হায হাযনা থাজনবি। মবম অসিদগী মগম গসব .হৌজিকসু দেবান সাতি হাযবদি লাইশঙ লম্নী হাযনা খঙনবি।

তোঙান-তোঙানবা মফমদগী লকাপা যাত্রিকশিংগী মরোল অমসুং চৎন-লোনচৎসু তম্লম্মী। অসুম্না যাত্রিকশিংগী খুদোং চাব-চাদ্‌বসু য়েংশিল্লম্মী। অসুম তৌনা মখোয়না পুরুষোত্তম উপাসনা অসি ভাবত অপূম্বগী ওইবা লাইনিং মওং অমা ওইনা ওইরক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং য়াখি।

অসুম্না যাম্না শীওথানিংঙাই ওইবা পাণ্ডা প্রথা অসি অনঙ্গভীমদেব ৪ শুবা হায়না ময়াম্না খঙনবা, অদুগা মশাগী শেল-মযেক্তদি অনিয়ঙ্ক ভীমদেব ৩ শুবা হাযবসিনা হৌদোক্লম্মী। নিংথৌ অসিনা তৌবম্বা থবক্তি অসিনসু লোইবা নত্তে। জগন্নাথদেবগী লোইশিল্লমদবা মন্দিব লোইশিনখিবা অসি মহাক্কী মিংগা শাগোন্নে। মন্দিব অসি শাবা লোইশিল্লগা মন্দিব অসিগী জগমোহন-নচিংবা শাবা লোইববা তুংদা, নিংথৌ অনঙ্গভীমদেবনা নিংথৌ ওইনা পানবা চহী ১৫ শুবকপা, ফালগুণগী পানখৎলকপা ১০ নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা মূর্ত্তিশিং অসি জীবন্যাস তৌদুনা মন্দিব অসি শঙ্গাখি। হার্যবিবা নুমিৎ অসি ইংবাজী কুমজাদা পাবর্বাদ খৃঃ ১২৩৫ গী মার্চ্চ তাং ১, শগোলশেল নুমিৎ তাই। হাযবিবা ৱাফম অসি মাদলপঞ্জিগী মতুংইন্না হাযজবনি। অদুগা, স্বামী কান্নু পিল্লাইগী* মতুংইন্নসু নুমিৎ অদু দশমীনা অযূক্কী পৃঙ ১১ মখাই লোইপ্রগা একাদশীগী পৃঙফম্না চঙলকপা মতমদা পাঙথোকখি হায। অদুনা মাদলপঞ্জিদা পীবিবা ৱাফমগা, ঐতিহাসিক ওইবা মিংযেংগদী ফন-যাম্না নকশিন্নবি। ইবুঙ্ঙোগী মিংদা খুঙ্গং খবসু দান তৌখি। অদুত নত্তনা পুবী অমসুং কট্টকতা লৈবা ব্রাহ্মণশিংনা লৈজনবা লম খবসু দান তৌখি।

অনঙ্গভীমদেব যাম্না হৈশিংবা লৈঙাকপা অমা ওইবতা নত্তনা, বৈষ্ণব ধর্ম্মবু চেৎনা থাগোন্নজবা নিংথৌ অমসু ওইবম্মী। মহাক্লা বাঙ্গলাগী মুসলমানশিং অমসুং অকোযবদা লৈবা চালুক্য অমসুং চেদীগী হিন্দু লৈপাক্কী নিংথৌশিংনা লান্দাবকপা যাই হাযনা খল্লম্মী। মবম অদুনা নোংপোক্তা অমসুং খাদা গোদাবরীফাওবা শন্দোকখ্রিবা কলিঙ্গ অমসুং উৎকল হাযবা অপূনবা লৈবাক অনী অসি তাইবংপান 'পূম্বগী মপূ ওইবা পুরুষোত্তম জগন্নাথকী মফমদা কথোক্লে হায়না লাউথোক্লম্মী। অসুম্না হিন্দুগী থাজনবী মতুংইন্না লাইগী লমদি শোকপা যাদে হায়বা লৈবনা, অকোয়বদা লৈবা হিন্দু নিংথৌশিংনা উৎকল অমসুং কলিঙ্গ হাযবা লৈপাক অনী অসিদা লান্দাবক্লবা হোৎনবম্না তোকখি।

---

* Indian Ephimens By Swami Kanm Pillai (Vol VI p 72)

অদুবু নোংপোক্লোমগী গৌড়গী মুসলমানশিংগী মখুত্তগী কন্ননবা নিংথৌগী লৈজবা লাম্নী কয়া থোমজিন্দুনা থন্নম্মী। অনঙ্গভীমদেবনা লৈপাক্কী নুতি-নুতিগী ওইবা থৌদোক ৱাথোক্তি পুরুষোত্তমগী প্রতিনীধি ওইনা পাঙথোক্লম্মী। মবম অসিনা হিন্দু সমাজদা মাগী মমিং য়াম্না ৱাংনা লৈবম্মী। অদুত নত্তনা উবিষ্যা হায়বা অসি শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী লৈপাক্লি খুৎ থাবা যাবা নত্তে হায়না লৌবম্মী। তশেংবমকসু লান্দাবকপা কয়াবু যাম্না শাথিনা মাযথীবা পীখি। মদূ'পুম্বা অদু বিষ্ণু ভগবাননা দণ্ড পীবনি হায়না লৌনবম্মী। অসুম্না মবৈবাকপু যেক্লবগী মখূত্তগী কনবতা নওনা লৈপাক্তা, ৱাজনীতিগী ওইবা অপূনবা শক্তম অমসু শাগৎলম্মী।

খৃষ্টগী শতাব্দী ১৩ লোইশিল্লকপা অদুৱাইদা, নরসিংহ ২ শুবনা পানবা মতমদা কলিঙ্গদা নবহরি তীর্থ কৌবা কবি অমসুং দার্শনীক অমা লাক্লম্মী। মহাক্না শ্রীকুর্ম্মক্ষেত্র, হায়বা, মতম অদুদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মফম ওইবম্বা অদদা লৈবম্মী। মতম অদগা চৎনবা অমা ওইনা অৎাং ওইরিবা কলিঙ্গগী নিংথৌ (নবসিংহ দেব) গী প্রতিনীধি ওইনা লৈপাক ঙাকপগী থবক তৌবম্মী। মমৈথঙদা নিংথৌ অসি মাগী শিষ্য ওইখি। নবহরি তীর্থনা মহাক্না গুরু আনন্দ তীর্থনা হায়বা মতুংইন্না, উবিষ্যাদা বৈষ্ণ ধর্ম্মগী মাধ্বা সম্প্রদায শন্দোকখি। নবহরি তীর্থ হায়বা নাপা অসিবু জগন্নাথ (পুরী) দগী রাম অমসুং সীতাগী মূর্ত্তিশি় লৌকনবা থাবকখিরনি।' শ্রীকুর্ম্মদা ফংবা অরিবা খৃৎইগী মতূংইন্না, খৃঃ ১২৮১ দা মহাক (নবহরিতীর্থ) না লাইশঙ অমা শাবগা যোগানদা নবসিংহগী মূর্ত্তি স্থাপন তৌখি। শ্রীকুর্ম্মগী লাইশঙ অসি বৈষ্ণবশিংগী অশেংবা মফম ওইবতা নত্তনা উৎকলগী গঙ্গানিংথৌশিংগী গুরুপিঠ হায়বদি গুরুশিংগী অশেংবা মফমনি। লাইশঙ অসিদা লৈরিবা আর্চকাশিং অসি বৈষ্ণবকী রামানুজ সম্প্রদাযগী ভক্ত ওঅনি।" *

অনঙ্গভীমদেব ৩শুবগী মশূশিং নরসিংহ অহানবা অমসুং ভানু অহানবগী মতমদা উবিষ্যাগী ফীভম অসি যাম্না ফগৎলম্মী। মখোযগী লৈজবা লম্ভুম সম্পতি পূম্বা

[R G Bhandakar s Vaisnavism Saivism and minor religious system p 82]

*কলিঙ্গগী গঙ্গা নিংথৌশিংনা মখোয় মখোযনা লৈবম্বা মফমশিংদা রামবু, রামাস্বামী হায়না কৌদুনা পূজা তৌবম্মী। পবম পবাগী ওইবা চৎনবী অসি হৌজিকসু গঙ্গাশিংগী শূথাঙ পবলথামূন্দিশিং (গঞ্জাম জীলা) গী নিংথৌ শাগেনা অদুম পাঙথোক্লি। মমাইঙ্গেগী ওইবা লাইশঙশিংদা রাম অমসুং সীতাগী মূর্ত্তি থেংনৈ। মসিনা তাকপদি মমাংঙদা উবিষ্যাদা রাম উপাসনা চৎলম্মী হায়বসিনি।

লাইশঙনচিংবা শাবদা শীজিনখি। অহানবগী নিংথৌ অসিনা কোনাবক নত্রগা নুমিৎ কৌবা লাইগা মন্দিব অসি উবিষ্যাদা শাখিবনি। কোনাবক লাইশঙবু শাবম্বা নর্বসিংহ-না, মহাক্কা শাবা লাইশঙদা জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রাবু দুর্গা, শিব অমসুং জগন্নাথ অসুম্বা পূজা তৌবম্মী। উবিযাগী বৈষ্ণব সম্প্রদাযদা, মাধবকা দুর্গাগা পুন্না লাংমিন্নবসি খ্বাইগা মান্নদবা মওং অমনি। ইতিহাসকী তাঙ্কক অসিব্রাইদা শৈবা, শাক্ত অমসুং বৈষ্ণব হার্যবিবা সম্প্রদায অহুম অসি পুনর্শিনবগী ভঙাইফদবা তাঙ্কক অমা লাকখি।

মথ ক্তসু পঞ্জশ্রে মদুদ মসলমানাশংনা উবিষ্যা মকওইনা পুবী লৌশিন্নবা অতৎপা লৈতনা হোৎনবম্মী। ভানুদেব ২ শুবা (১৩০৮ ১৩২৮) গী মতমদা গিযাস উদ্দিনগী মচানীপা উলঘ খাঁনা উবিষ্যাদা লান্দাবক্লম্মী। অদুগা জাজনগবদগী শামু নিফৃবোম মাদুনা পৃখি (১৩২৩) হাযাব। দীল্লিগী সম্রাট ফিবোজনা বাঙ্গলাগী পাণ্ডুবাদা লান্দাবকপা মতমদা মফম অসিগী মুসলমান নিংথৌশিংবু উবিষ্যানা তেঙবাংখি। মতাং অসিদা পশ্চান চবা যাম্না নুঙাইবা বাফম অমাদ বাঙ্গলা লৈপাকী মুসলমান নিংথৌশিংগা উবিষ্যাগী গঙ্গপাত নিংথৌশিংগা লান শোক্লবা মতমদা জগন্নাথ মান্দবগী পাণ্ডাশংনা যাম্না ফজনা তেঙবাংলম্মা। মখোযনা গুপ্তচব (Spy) গী থবক তৌদুনা ফিবোজগা অমসুং অতৈ অতে লান্নাশংনা কদোমদা কবি তৌববা হাযবা পাউ নিংথৌদা পীবম্মী। জগন্নাথদেবগী পাউজেল পুদনা মখোযনা ভাবতকী মফম খুদিংদা চৎলম্মী লোয়নন্না যেক্লবগী অবোনবা পাউ হেক হেক পুবক্লম্মী। থবক থৌওং অসি মতম শাংনা ফন্না বজনা চঙ্খবম্বান, হিন্দুমশেল যেংথানবনা মবম ওইবদুনা হোৎনবা পূন্না অবেম্বা তাখে। মাসগী মহয ওইনা ফিবোজনা অনীবকশুবা ওইনা লান্দাবকপদদি মায পাকখ্বা। জাজনগবগী বালি পত্র কৌবা অমাদ মশামক য়েক্লবগী মযমদা চঙজখা। অসুযবন হাযবাদ মুসলমানশিংনা উবিষ্যা জয তৌদুনা মফম অসিগী হিন্দুগী লাইগী মূর্ত্তিশিং অমসুং মন্দিরশিং মাঙহনখা। মসিদা মখোযনা শোকপা ঙমখিদবাদ জগন্নাথকী মন্দিব আসতানি। হার্যবিবা মতম অসিদা দেবতাশিং অসি মযাম্না শোক্লোইদৌবা মফমদা পুদুনা লোৎলম্মী। হিন্দু অমসুং মুসলমানশিংনা লান শোক্লবা অসি ইংবাজী কুমজা ১৮ শুবা শতাব্দীদা মাহবট্টাশিংনা উবিষ্যাদা পাল্লদ্রিযাওবা চঙ্খবম্মী। লৈপাক অসিনা অকা অকুম কয়া থেংনখী অদুবু জগন্নাথ, সুভদ্রা, বল্লভদ্র অমসুং বাং চাউববা লাইশঙ অসিদী খুদোংথীবা কয়া অসিনা শোকপা ঙমখিদে।

ভানু মরিশুবগী মতুংদা উরিষ্যাদগী গঙ্গা সম্রাজ্যগী শাগে মৃৎখ্রে। শাগে অসিগী তুংদা সুর্য্যবংশী শাগেগী কপিলেশ্বরনা উরিষ্যাগী সিংহাসন কাখি। মহাক অসি মপাঙ্গল মথৌনা য়াম্না লৈবা অমসুং ব্রাহ্মণ্যধর্ম্মবু হেক য়ারিবমখৈ ঙাক্কে হায়না খনবা নিংথৌনি। মহাক্না খা-ভারতকী হিন্দুশিংগী স্বার্থদা মতম অদুগী দীল্লিগী সুলতানশিংবু য়াম্না শাথিনা মায়থীবা পীখি। কপিলেশ্বরনা জগন্নাথ দেবগী মন্দিরদা হক্তুনা থম্লম্বা মাগী নিংথৌগী স্নায়াথংশিংনা মহাক অসি কয়ামুক মগুণ লৈবা অমসুং ধর্ম্মদা থাজবা নিংথৌনি হায়বা উৎলী। মন্দিরদা হক্তুনা থনম্বশিংদুগী মরক্তগী অমগী অর্থ অসুম্না হায় ঃ-

"উরিষ্যা কৌবা মফম অসিদা পানবা নিংথৌ খৃদিংমক্না সর্ব্বব্যাপী ওইবা ভগবানগীদমক্তা থবক তৌগদবনি। পাপকী মশক ওইবা থবক কয়া থাদোক্কে হায়রগা পুণ্য চেনবা মীশক অমা ওইগদবনি। সর্ব্বভৌম দেবতাগী ফত্তনবা থবক তৌরবা মখোয় পূম্নমক লৈপাক্তগী তাগ্নোক্কনি অদুগা মখোয়গী মরল-মথুম লোইনা মৎকনি।" মন্দির-ফক্লাংদা অসুমনা লৈপাক নিংথৌগী য়াথং হক্তুনা থম্বা হায়বসি ভারতকী ইতিহাসতা য়াম্না তাঙনা থোকপা থৌদোক্নি।

মহাক অসি মপাঙ্গল কনবা নিংথৌ অমা ওইবতা নত্তনা ধর্ম্ম অমসুং সাহিত্যবু ফজনা শৌগৎপা নিংথৌ অমসু ওইরম্মী। পরশুরাম বিজয় কৌবা ড্রামা লাইরিক অসি মাগী মতমদা ইরম্বনি। লাইরিক অসি কপিলেন্দ্রদেবনা দক্ষিনাত্যগী মুসলমানশিংবু জয় তৌবগী মতাঙদা ইবনি। নাটক অসিগী পন্দুপ ৫ গী অহৌবা খৃদিংমক দেবতা ৪ অমসুং দেবী ১ গী মিংদা কখোকই। মখোয়শিং অদুদি (১) বিষ্ণু, (২) পুরুষোত্তম, (৩) রুক্মিনী, (৪) শ্রীকৃষ্ণ অমসুং (৫) শিব। মসিনা তাকপদি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা নত্তনা শৈব্য ধর্ম্মবুসু পামজনা তৌরম্মী হায়বসিনি। অদুগা মরিশুবা পন্দুপ অসিনা রুক্মিনীদা ওইনা কখোকপা অসিনা মতম অদুদা উরিষ্যাদা "রাধা উপাসনা" অসি চৎনরমদে হায়বসি শেংনা তাক্লি। ড্রামা অসিদা পৃথিবীগী ক্ষেত্রী 'পূম্ববু মাঙহনখিবা পরশুরামগা কপিলেশ্বরগা চাংদম্নরি। খৃঃ ১৪৫৮ গী অদুৱাইদা মহাক্কী শক্তি অমসুং চাওখৎপগী থাক অদুৱাইদা মহাক্কী শক্তি অমসুং চাওখৎপগী থাক অঙকপা ফংনা ৱাংখৎখি। কপিলেন্দ্রদেবগী মতমদা ইরম্বা গোপী নাথপুরগী মতমদা নৃঙদা হক্তুনা ইরম্বা অদুদা খৃঙ্গং অদুগী জগন্নাথদেবগী মন্দির অদুবু য়াম্না ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা ইরম্মী। পঞ্চখ্রিবা অহকপা নৃঙগী লাইরিক অসিদা অনীঙবা 'পূম্ববু থুংহল্লীবা মুক্তা চিন্তামনি হায়না শৈথাই। অদুগা মন্দির অসিবুনা মনিমুক্তাশিং অসিবু হাপ্পা তাবুগা চাংদম্নৈ।

হৌজিক খন্নবিবা নৃঙদা হঙ্কুম্বা অসিদগী খঙবদি খৃষ্ট ১৫ শুবা শতাব্দী অদুৱাইদদি সুভদ্রাদেবী অসি ভগবতী দুর্গা ওইনা খন্নবম্মী। হায়রিবা লাইরেম্বী অসি কপিলেশ্বরদেব কৌবা নিংথৌগী মন্ত্রী গোপীনাথ মহাপাত্র কৌবা অমনা শাবা মন্দির অমদা লাংলম্মী। মহাক (নিংথৌ) না ভগবান জগন্নাথকী মফমদা দান কয়া তৌবম্মী। নিংথৌ কপিলেশ্বর দেবনা নিংথৌ ওইদুনা চহী ১৫ পানবা মতমদা জগন্নাথ দেবগী মন্দিরগী লৈবিবা চেকপল অসি শাখিবনী হায়না মদলপঞ্জিদা ইবি। নিংথৌ নত্রগা প্রজাশিংনা অমসুং অচৌ-অশাংশিংনা (খণ্ডাপালা অমসুং সামান্তশিংনা) অৱা-অনা তাবকপা মতমদা পূন্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউবা ভগবান জগন্নাথকী মফমদা হাযজবগা মখোয়গী অৱা-অনা পূন্নমক কোকই হাযনা থাজনৈ। মবম অদুনা ইবুঙ্ঙোগী কৃপাদগী লৈপাক অসিদা অৱা-অনা কয়াদগী কোকই হাযদুনা থাজনবা অমা লৈ।

খৃঃ ১৪৬৭ দা, কপিলেশ্বরগী তুংদা মাগী মচানীপা পুরুষোত্তমনা উবিষ্যাগী নিংথৌ ওই। নিংথৌ পুরুষোত্তম অসি দুর্গাবরপুত্র হায়না খঙনৈ। মসিনা তাকপদি মহাক অসি পঞ্চদেবতাগী সাধকনি। মহাক্না ভগবান জগন্নাথকী সেবাগীদমক্তা মা লূপা, লম-৩ কযা ইবুঙ্ঙো মাগী নুতি-নুত্তিগী সেবাগীদমক্তা কখোকখি। মহাক্না অসুম্না নিংথৌগী ওইবা মা যাথং লাউথোক্লম্মী, "পৃথিবী অসিনা লৈবিবমখেদী উবিষ্যাগী নিংথৌ খূদিংমক্না, হৌনবী শ্রদ্ধাগা লোয়ননা ব্রাহ্মণ খূদিংমক্তা অখাকপা লৈতনা দান তৌগদবনি। ব্রাহ্মণ খূদিংমকসু যজ্ঞ তৌগদবনি অমসুং কনাগুমবগী মফমদসু নত্ত-ওইদবা চংলোইদবনি। হায়রিবা য়াথং অসিগী মায়োক্তা চংপা অদুদি জগন্নাথকী মায়োক্তা লাল হৌবনি হায়না লৌগনি। অদুগুম্বা মীশক অদুদি য়াম্না চাউবা পাপীনি হায়না লৌগদবনি। পাপ হায়বা অসিদী অতে পাপ পূন্নমক্না চপ মান্ননা লৌগনি। হায়রিবা অসি মীপূম খূদিংগী পূকিনংদা লৈগদবনী অমসুং থবক কন্না শূগদবনী, শূগদবনী, শূগদবনী।"

ভগবান জগন্নাথকী মফমদা মহাক্না কয়ামুক থাজজবগে হায়বদা ইবুঙ্ঙো মঙোন্দা লঙজবা মী মহাক অদুদি মহাপাতকা অমগা পাংখক্লি হায়রম্মী। অদুতসু নত্তনা ধর্ম্ম-শাস্ত্রদা পল্লিবা পঞ্চ-মহাপাতকা অমসুনি হায়রম্মী। মসিমক্না ভগবান শ্রীজগন্নাথকী মফমদা কযামুক শ্রদ্ধা-লৈবা মীশক্রো হায়বা অদু উংলি। মহাক অসি ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অমসুং দেবা-দেবীশিংগী মফমদা শ্রদ্ধা লৈবা মীশক অমা ওইবতা নত্তনা, মহাক

অসি লৈপাক্লা শকখণ্ডলবা মপাঙ্গল লৈবা নিংথৌ অমসু ওইবস্মী। মহাক্লা খা-ভাবতলোমদা বামেশ্বব ফাওবা মহাক্কী লৈপাক শন্দোক্রস্মী। মহাক্লা বিজয়া নগবদা বিজয় স্তম্ভ অমা যুংলস্মী। নিংথৌ পুকষোত্তম্না অন্ধ্র-প্রদেশকী নোংপোক্তা লৈবা নগল পল্লিদা অগ্রাহবা (শাসন) লিংখৎলস্মী অমসুং মফম অদুদা ভগবান জগন্নাথকী মন্দিব অমসু শাবস্মী।

মাদলপঞ্জিদা অসুম্না হায়নবা লৈ। মদুদি, মহাক্লা কাঞ্চীগী নিংথৌবু মাযথীবা পীবগা, নিংথৌ অদুগী মচানুপী পদ্মাবতীবু লুহোঙদুনা লৌখি। ৱাবী অমা লৈ, মর্দুদি কাঞ্চীগী নিংথৌনা বথযাত্রাগী মতমদা পুবীদা লাকপা মতমদা বথকী ফম্বাক অদু নিংথৌনা শুমজিৎ পাযদুনা ৱাই শীত্তুনা লৈবম্বা উবদা, নিংথৌনা তৌবস্মীবা মতৌ অদু উবদা, ভগবান জগন্নাথকী দর্শণ যাওবা তৌদনা হনখ্রে। ৱাফম অসি উবিষ্যাগী নিংথৌ পুকষোত্তমগী নাকোং যৌখ্রে। শাউবনা মৈেতৌববা নিংথৌনা, কাঞ্চীগী লৈবাক্তা লান্দাবে অমসু, যাম্না শাথিনা মাযথীবা পীবে। নিংথৌ পুকষোত্তমগা কাঞ্চীগী বাজকুমাবী পদ্মাবতীবু যাদুনা পুবকপদা নত্তনা কাঞ্চীদা লাৎলম্বা গনেশপুসু পুদুনা লাকখি। থৌদেক অসি গুপ্তচা মন্দিবদা হক্লগা ইদুনা লৈবি। হার্যাববা গনেশকী মূর্ত্তি অসি, মীযাম্না থাজনবী মতুংইন্না, হৌজিকসু জগন্নাথকী মন্দিবদা "ভন্দা গনেশ" হাযনা কৌদুনা লাংলে। ভগবান জগন্নাথ অমসুং বল্লভদ্র অনী অসিনা উবিষ্যাগী নিংথৌবু মতম লৈবা খিবিত্তা তেঙবাংদুনতা লাকই, মবম অদুনা হিন্দুশিংনা দেবতাশং অসিবু অমসুং নিংথৌবু যাম্না হেন্না ব্যবহাব তৌই। সুব্রমনিয়মগী মত মতুংইন্নদি নিংথৌ পুকষোত্তমনা কাঞ্চি কাভেবীদা লান্দাখিবা অসি খৃঃ ১৪৭৬ ৭৭ কী অদুৱইদনি হার্যাবি। থাঙ্গৈশেংবদি সাক্ষীগোপালগী মূর্ত্তি অসি বাজমহেন্দ্রদগী পুবকপনি। মীযাম্না থাজনবা অমা লৈ, মদুদি জগন্নাথকী মন্দিব দর্শণ তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা সাক্ষীগোপালবু হান্না দর্শণ তৌগদবনি। মসিমক্লা পুবীদা পাল্লম্বা গজপতি নিংথৌশিংবু ব্যবহাব তৌবনি।

পুকষোত্তমদেব হাযবা নিংথৌ অসি কবি কযাবু যোকখৎপদা নত্তনা স্মৃতিবু ইবা মীশক অমসু ওইবস্মী। মহাক্লা পানবা মতমদা অভিনভ গীতগোবিন্দ কৌবা সংস্কৃতকী লাইবিক অমসু ইখি। চৎনবী অমগী মতুংইন্না জগন্নাথদেবগী মন্দিবদা জযদেব কবিনা ইবা গীতগোবিন্দগা, অভিনভ গীতগোবিন্দগা পুন্না জগন্নাথদেবগী

মন্দিবদা শকই।* অদুবু দেবতাশিং অসিবু হকচিন্না থাজবা সাধকশিংনদি ঈশৈ অনীসি পূন্না মন্দিবদা শকমিন্নবদি কযা যানিংদে। হান্নগী গীতগোবিন্দগী মবক্তা অভিনভ গীতগোবিন্দগী ঈশৈ হাপচিনুদা শকই। অদুবু থাজনবা খবগী মতুংইন্নদি অসূম্না ঈশৈ অনী পূন্না শকমিন্নবা অসি ভগবান জগন্নাথনা নিংথৌগী স্বপনদা হাযবদি মমগুদা তাক্লম্বনি হার্যবি।

নিংথৌ পুরুষোত্তমগী মতমদা উবিষ্যা সাহিত্যদা নত্তনা সংস্কৃত সাহিত্যসু যাম্না চাওখৎখি। মতম অসিৱাইদনি উবিষ্যাদা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী ভক্তি উপাসনানা চঙলকখিবা। নিংথৌ পুরুষোত্তমনা থূপখ্রবা তুংদা মাগী মচানীপা প্রতাপরুদ্রদেবনা উবিষ্যাগী নিংথৌ ওইখি। উবিষ্যাদা বৈষ্ণব ধর্ম্মনা চাওখৎলকখিবা অসি মাগী মতমদগীনি। মহাক্না পানবা মতমদা লৈপাক অসিদা চৈতন্য অমসুং মহাক্কী খোঙলোয্শিং লাকখ। সুব্রর্মানিযমগী মত মতুংইন্নদি চৈতন্যনা পুবীদা লাকখিব অসি খৃষ্ট কুমজা ১৫০৯ গী ফেব্রুযাবী মার্চ্চ লোন্নবা অদুবাইদনি হার্যবি। মহাক্না কাশী মিশ্রাগীদা অতিথি অমা ওইদুনা লৈখি। উবিষ্যাগী মীযাম্নসু চৈতন্যদেবগী প্রচাব অসি যাম্না পাম্ননা তৌখি।

চৈতন্যদেবনা মীওই কযা অমা দিক্ষা পীখি , মখোযগী মনুংদা অমদি নবন্যাযগী পণ্ডিত বাসুদেব সর্ব্বভৌমনি। চৈতন্যনা খা ভাবতলোমদসু চৎখি অমসুং খৃঃ কুমজা ১৫০৯ গী জুন থাদা বায বামানন্দগা গদাববী তুবেল মপান্দা ৱাবী কযা শানখি। ভক্তিগী তোঙান তোভানবা তাক্কক কযাবু বামানন্দনা চৈতন্যদা তাকখি। মসি চৈতন্য চবিতামৃত কৌবা লাইবিক্তা যাম্না শুগাইনা ইবি। নিংথৌ প্রতাপরুদ্রদেবসু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অনৌবামওং অসিদা দীক্ষা লৌখি; লোযননা পুরুষোত্তম উপাসনাদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অনৌবা ইথিল অসিসু পুশিল্লকখি। উবিষ্যাদা হান্না লৈবম্বা তন্ত্রধর্ম্ম অমসুং নৌনা লাকপা বৈষ্ণব ধর্ম্মগা অনি অসি পুর্নাশিন্দুনা ভক্তি উপাসনাগী অনৌবা শক্তম অমা লৌখি। অসুম্বা অহোংবা কযা অসিনা চৈতন্যদেবগী সেবকশিংনসু অনৌবা মওংগী সাহিত্য অমা পুথোবকখি। চৈতন্যগী পঞ্চসখা কৌবা সেবক অসিনা উবিষ্যাগী সহিত্যদা অনৌবা অওনবা কযা পুবকপদা নত্তনা লম অসিগী সমাজিক পুন্সিদা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপ্লম্মী।

*O H R J Vol VII P 203

চৈতন্যদেবগী মমাঙদা হান্না লৈবল্লবা কবি জয়দেবগী গীতগোবিন্দনা মীযামদা অঙকপা ইথিল অমা হান্ননা পীদুনা লাকখ্রবনি। গজপতি শাগৈগী নিংথৌ প্রতাপরুদ্রদেবনা কবি জয়দেববু অমসুং মহাক্কী গীতগোবিন্দবু যাম্না পামজনা তৌবন্মী। জগন্নাথদেবগী মন্দিবদা জযদেবগী গীতগোবিন্দ নত্তনা অতৈ অতোপ্পা ঈশৈ শকপা যাদে হাযবসি মন্দিবগী ফক্লাংদা হক্লগা ইদুনা লৈ। ইবল্লিবা অসিবু শ্রী এমঃ এনঃ চক্রবর্ত্তিনা মখাগী অসুম্না অর্থ হন্দোকই ঃ-

"থৌনা লৈববা, শামুগী মবুঙ্ঙো, গৌডবু শাসন তৌদুনা পাল্লম্বা নিংথৌগী ৯ শুবা অঙ্কগী পানখৎলকপা ১০ শুবা তিথিগী ককডা যূমশাকৈশ নুমিত্তা মহাবাজ প্রতাপরুদ্রদেবনা অসুম্না স্না-যাথং তাউথবিখী - মযাম্বা ইবুঙ্ঙো বলবাম ঠাকুব অমসুং গীতগোবিন্দ ঠাকুব হাযবদি জগন্নাথকী ভোগ মতমদা জগোই শাগদবনি। জগোই অসি সন্ধ্যাগী ধূপকী মতমদগী বডশিঙ্গাব ধূপ হাযবদি শযণ ফাওবা শাগদবনি। বডঠাকুবগী জগোই শাগদবা কাঙবু অসি . . . . . . . .   . . গীতগোবিন্দ নত্তনা অতৈ ঈশৈ শকপা যাদে। অদুগা অতৈ অতোপ্পা মখলগী জগোইসু শাবা যাদে। জগোই শাবগী মথক্তা, ঈশৈ শকপা বৈষ্ণব সম্প্রদায মবি অমসু লৈবি। হাযবিবা সম্প্রদায অসিসু গীতগোবিন্দ নত্তনা অতোপ্পা ঈশৈ শকপা যাদে .   . . . . . অদুগা অতোপ্পা ঈশৈসু তম্বা যাদে। খঙনা খঙনা লাইগী সেবাবীশিংন অতৈ অতোপ্পা মখলগী ঈশৈ শকহনবা তাববা, নত্রগা অতৈ অতোপ্পা মখলগী জগোয শাহনবা তাববদি, জগন্নাথদেবগী মাযোক্তা থওই উশিত্তবনি হাযনা লৌগনি।"*

মথক্তা পঞ্জাখ্রিবা অসিদগী খঙবদি প্রতাপ রুদ্রদেবগী মতমদা জগন্নাথকী মন্দিবদা বর্ডশিঙ্গাবগী মতমদা নাম সংকীর্ত্তণ তৌবা সম্প্রদায মখল মবি, জগোযশাবী অমসুং যন্ত্রখোংবা কাংবু মবি লৈবম্মী হাযবা অসিনী। হাযবিবা কাঙবু অসিদি মতম অদুদা পুরীদা লৈবম্বা মকওইবা বৈষ্ণব সম্প্রদায মবি অদুনি হাযনা লৌনাব। হৌজিকসু হাযবিবা সম্প্রদায মবি অসিগী তোঙান-তোঙানবা মথৌশিং মন্দিব অসিদা অদুম পাঙথোক্লি। সম্প্রদায মবি অদুদি ঃ (১) বামানুজ পন্থি, (২) বিষ্ণুস্বামী পন্থি, (৩) মাধ্বা পন্থি অমসুং (৪) গৌডিযা পন্থি। পূম্নমক অসিনা তাকপদি চৈতন্যদেবনা প্রতাপরুদ্রদেব কৌবা নিংথৌগা শম্নখিবা অসি খৃষ্ট কুমজা ১৫০০ গী অদুবাইদা নিংথৌ অসিনা পানবা চহী মবি-শুবকপা অদুবাইদা ওইবম্বা যাই হাযনা থাজনবি।

১। * J A S B Vol LXII 1898 - Pp 96-97

। The Cult of Jagannatha Pp 54-55

পূম্নমক অসিদগী খণ্ডকম থোকপা অমদি শ্রীজগন্নাথদেবগী মন্দিরদা জয়দেব গোস্বামীনা লেংবা গীতগোবিন্দ হাযবা অসি তত্তনা শকই হায়বা অসিনি। বৈষ্ণবশিংনা মসিবু যাম্না ব্যবহার তৌই। নিম্বার্কা, ভল্লবচার্য্য, শ্রীচৈতন্য অমসুং অতৈ বৈষ্ণব আচার্য্যশিংনা লাইবিক অসি ভক্ত অমসুং ভগবান অনিগী মরক্তা লৈনবা মরীবু রাধা-কৃষ্ণ অনিগী প্রেমধার ওইনা শাগৎপনি হাযনা লৌনৈ।

তাঞ্জা অসিরাইদা কাউফদ্রবা উবিষ্যাগী কবি অমা ওইখিবা মমিং লৈববা মীশক জগন্নাথদাস কৌবা অসিনী। মহাক্না উবিযা লোন্দা ভাগবত ইদুনা যাম্না-লাযবা ম ওংদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মচি-ওইবা শকক কযা খণ্ডহন্নবা হোৎনখি। মহাক্কী দার্শনীক ওইবা ভাব-ধারা অসি যাম্না চম্মী, মীযামদা লাযনা খণ্ডহল্লী। মরম অসিনা উবিষ্যাদা মসিবু যাম্না লুনা-চান্না তৌনৈ ; যূমখোঙ খুদিংদা মসিবু পাঠ তৌই অমসুং পূজা তৌনৈ। হায়রিবা অসি হৌজিকসু উবিষ্যাগী খঙ্গং খুদিংদা তৌনবি। মসিনা তাকপদি মীযাম্না শ্রীশ্রীজগন্নাথবু বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মকুওইবা শুমেকনি হাযনা লৌনবা অসিনি। অসুম্না উবিষ্যাদদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি গৌড়িযা সম্প্রদাযগী সুদ্ধভক্তি অদু নত্তে, অমরোমদা জ্ঞান-মিশ্র ভক্তিনি। (জযদেব কবিগী পোকফম-শাৎফমগী মতাঙদী পাযখচ্চবিবা লাইবিক্তা থোইনা হৰ্কচিন্নবা মরী লৈনদে খঞ্জবদগী হাপচদ্রে। মসিগী মরমদা অকূপ্পা রাবোল খণ্ডবীনীওবাশিংনা The cult of Jagannath কী লাঃ ৫৬ ৫৭ তগী খণ্ডবীবা তাবে।)

উবিষ্যাদা রাধা উপাসনাবু সাহিত্যদা পুশিল্লকপা অসি জয়দেব কবিনা ইহান হানবনি। মহাক্কী মমাঙদা রাধা কৃষ্ণ উপাসনা অসি অতৈ লাইবিক্তা থেংনদে হাযবা অকনবা মত লৈ। কৃষ্ণ ভগবান অসি বিষ্ণু ভগবানমক্নী। অদুনা ইবুঙ্গো মহাক অসি বিষ্ণুগী অবতারশিংগী মনুংদা চন্দে অদুমকপু খন্নবিবা মতম অসিগী উবিযা বৈষ্ণবশিংনা কৃষ্ণবু বিষ্ণুগী অবতারশিংগী মরক্তা অমনি হাযনা হাপচিল্লী। হাযবিবা অবতার অসিবু বিষ্ণু কৃষ্ণ হাযনা মিংথোল্লী। বিষ্ণু কৃষ্ণ অবতারগী পাম্প্রেম মরি পাল্লী। শঙ্খ, চক্র অমসুং মুকুলী থোল্লী। অসুম্না নীওথিজবরা মূর্ত্তি অমা হৌজিকসু ভূবনেশ্বরগী ষ্টেট ম্যুজিযমদা লৈ। অদুগা, অতোপ্পা অমনা পুরীগী জগন্নাথ বল্লভ মঠদা সেবা চৎনরী। হাযরিবা মূর্ত্তি অসি জয়দেব কবিগী মমাঙদা শারমগদ্রা হাযনা খন্নবি। মরমদি, কবিগুম্বা মাগী মতমদা নত্রগা মতুংদা শারম্না থোক্লবদি শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিগা শ্রীমতি রাধিকাগী মূর্ত্তিগা

শোযদনা লোনবমগদবনি। গীতগোবিন্দদা বাধা কৃষ্ণ উপাসনাগী ব্রাফম পুশিল্লুবগী মবমদি, মহাক্কী মতমদগী হৌনা অবিবা বৈষ্ণব সম্প্রদায অসি অনৌবা বৈষ্ণব সম্প্রদায অমদা ওল্লক্লে হাযজকুবগী ব্রার্তনি।*

ভগবান বিষ্ণুগী অবতাব ১০ শকপা মতমদা, ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু জযদেবনা জগদীশ হবে হাযদুনা হেক হেক শোল্লী। মসিনা তাকপদি, অবতাব খুদিংগী থৌবু ওইবা জগদীশকা হবিগা অমত্তনি হাযবসি জযদেব গোস্বামীনা উৎপনি। হার্যববা অসীমক ইন্দ্রভূট্টীনা মাগী লাইবিক জ্ঞান সিদ্ধি কৌবা অদুদা বুদ্ধদেববুসূ অব্বাহন তৌই। ইন্দ্রভূটীনা "জগন্নাথ" অদুগা জযদেবনা "জগদীশ" হাযনা শীজিন্নবিবা বাহৈ'শং অসি তান চাকদুনা হাযবা নত্তে। জগদীশ অমসু, জগন্নাথ হাযবিবা অনি অসিমক যাম্না মযেক শেংখ্রবা ডাক্তনি। জগদীশ নত্রগা জগন্নাথ হাযবা বহৌশং অসি জযদেবনা হবি ওইনা লৌজে, অদুগা অতোপ্পা অমদনা বুদ্ধদেববু ওইনা লৌই। ভবিষ্যাগী মপুঙ ওইনা পাবিবা জগন্নাথ অসি মতম অদবাইদগী হৌনা খুঙনবক্লে হাযবা অসি মথক অসিদগী ককথদনি অদগা বুদ্ধদেববুনা মতম অদুদগী হৌনা অবতাব ১০ গী মনুংদা অমনি হাযনা লৌনখ্রে।

সাহিত্যগী চৎ-বোল মতংইঃ জযদেবগী পোকফম অসি উবিষ্যাগী পবী গালাং কেন্দুলী হাযবা গঙ্গংলনি হায়ং হার্যৈ। অদুগা লিঙ্গবাজ মন্দিরগী ফক্লাংদা হল্লিবা অদগী মতুংইন্নস জযদেববু পল্লা হাযনা থাজনবি। খৃষ্টগী ১৪ শুবা শতাব্দীদা নারীযণ দাসনা ইবন্বা সর্বাঙ্গ সন্দবী টিকা অমসুং খৃষ্টগী ১৫ শুবা শতাব্দাদা চিতোবগী বাণাব স্তুনা হবম্ব বসিকপ্রিয়া টিকা কৌবা লাইবিক অনিমক অসি গীতগোবিন্দগী মবমদা ইবা ডাক্তনি। অদব অবাবাদ, জযদেবগী গোত্র অসি কনা অমত্তনা হাযবা মমদে। বিলব মঙ্গলা অমসুং কবিকর্ণ পুবনা লৈবম্বা শ্রীকাকুলম তশেংনা হাযববদা শ্রীকূর্ম কৌবা মফম অসিদা শ্রীবৈষ্ণব সমপ্রদাযগী মফম ওইবম্মী। শ্রী কৃমমদগা পঙলাপ লাপ্তনা, বংশধব তুবেলগী তোবর্নদা, উবিষ্যাগী কবপুট জীলাগী শালিহন্দমদা মহাযনা বৌদ্ধ বাহুবুগী সম্প্রদাযসু লৈবম্মী। হার্যববা ব্রাফম অসি লৈনুংদগী তৌদুনা ফংবা

---

*মন্দিব অসিদা পাঙথোক্লিবা সেবা অহুম অঙ্গিলা, চক্ষু অমসুং মহানাযক হাযবিবা সেবা অহুম'সিগী মনুংদা অহানবগী অঙ্গিলা নত্রগা পৌবানীক সেবা হাযবা অসিনা খ্বাইদগী মক ওই। সেবা অসিগা শক্তক অমা ওহনা নুমিৎ খুদিংগী ধূপ অনীগী মতুং দা জযদেবগী গীতগোবিন্দ তত্তনা শকই।

পোৎশক কযাদগী ফংবনি। অসুম্না বাধা-কৃষ্ণ উপাসনাগী লম্বী অসি ছোড়গঙ্গানা উৎকল জয তৌবা মতমদা অমসুং পুরুষোত্তমগী মন্দিব অসি শাবগী হাক্তক্তা অওনবা কযা অসি পুবকখিবনী হাযনা ঐতিহাসিক ওইবা ৱাফম অসি লৌবা যাই। প্রতাপরুদ্রদেবগী মতুংদা, মহাক্কী মন্ত্রী গোবিন্দবিদ্যাধবনা সিংহাসন কায। মহাক্কা সিমহাচলমদা দান খব তৌবম্মী। মহাক্কী দানসুত্র অসি পুবীগী জগন্নাথ মন্দিবদা ইদুনা লৈ। মসি এমঃ এমঃ চক্রবার্ত্তীনদি নিংথৌ গোবিন্দ বিদ্যাধবনা ইবম্বনী হাযবনি। অদুবু মথৈদা পণ্ডিত বাজগুরুনাদ মসি নিংথৌ বিদ্যাধবনা ইহল্লম্বা নত্তে, অমবোমদা মহাক্কী মচানীপা চক্রপ্রতাপনা ইহল্লম্বনি হাযনা কোন্না পুথোকখি। হাযবিবা দানসুত্র অসি উবিযা লোন্দা ইবম্বনি। মসিগী চাউবাকপা অর্থদি এমঃ এমঃ চক্রবর্ত্তিনা মখাগী অসুম্না হন্দোক্লম্মী ঃ

"প্রতাপদেব মহাবাজনা ভগবান জগন্নাথগী মমাঙদা অমসুং প্রাঙ্গনদা অসুম্না ইদুনা খঙহাল্ল, মদুদি - জয জগন্নাথ, ইবুঙঙো নঙগী নখোঙ খুযা থম্বালবু দর্শণ তৌনবা লাকপা অমসুং চৎপ নঙনা, পূম্নমক অসি নবক্কী মশক্কম্বনি। বিন্ধ্য চীঙজাউদগী, উদযাগীবিদা লৈবিবা, তীর্থস্থান (লম) শিং লোযননা মনুংগী অমসুং মপানগী মী ওই খূদিংমক ইবুঙ্ঙো মাগী ঙাক্তনি। গুজবাটকী নিংথৌনসু বাফম অসি যাগদবনি। বাফম অসিবু যাদ্রবদী জগন্নাথকা মথক্তা লান হৌবগা চপ মান্নে অমসুং ব্রাহ্মণ অমবু মশামক্না হাৎপগা চপ মান্নে।"

মসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙমবদি উবিষ্যাগী নিংথৌশিংনা, লৈপাক ৱাযেনবা অমা ওইনা লৈপাক্কী থৌদা কযা পুদুনসু ভগবান জগন্নাথবু ব্যবহাব তৌই হাযবা অসিনি। অদুগা মহাক্কী মখাথাবশিংদা অমসুং মন্দিবদা থবক তৌবিবশিংদা অতৎপা লৈতনা যাথং কযা পী হাযবসিনী।

খৃষ্ট শতাব্দী ১৬ শুবগী তংখাইয যৌবকপা অদুৱাইদা উবিষ্যানা খূদোংথীবা কযামকম মাযোক্লবা তাখি। সেৱেলনা মুস্লিমমশিংনা ইবম্বা কযাগী মতুংইন্না, গোলকোণ্ডাগী কালীকুটব শাহনা উবিষ্যাদা লান্দাবক্লম্মী অমসুং নিংথৌ গজপতিবু বাজাহমুন্দ্রিদা মাযথীবা পীবম্মী।* হাযবিবা মতম অসি উবিষ্যাগী ইতিহাসকী তাঙ্কক্তা যাম্না খুদোংচাদবা মর্তম্ন। মহাক্কী নীঙতম্বা অসি মাযকৈ খূদিংদগী মাঙহনবা যাবগী মিপাইনীঙাই ওইবম্মা। অৱাং নোংপোক অমসুং অবাংলোমদা বাঙ্গলা অমসুং দীল্লিগী

*Histocal Inscription of South India Page 248

মুসলমানশিংনা লান্দাবক্লম্মী অদুতসু নত্তনা খাবোমদনা গোলকোণ্ডাগী নিংথৌশিংনসু উবিষ্যাদা লান্দাবক্লম্মী। অদুবু, লাইবক ফবা হাযবা তাবে; মুকুণ্ডদেবগুম্বা মতীক-মথৌনা লৈববা মীশক অমনা উবিষ্যাগী নিংথৌ ওইনা সিংহাসন কাববদা, লান্দাবকপা মযাম অসি ঙাকথোকপদ নত্তনা বাঙ্গলাগী মযায চবূক ফাওবা লানশিন্দুনা লান্দাবকপশিংবু তানখাযখি। খৃঃ ১৫১৩ দা প্রতাপ রুদ্রদেবনা, বিজযানগবগী নিংথৌ কৃষ্ণদেববাইগী মখুত্তা মাযথীববদা উবিষ্যাগী বাজনীতিগী ফীভম অসি কাং-খোং চাইবম্মী। মথৌনা কযা লৈতবা মাগী মচাশিংবুসু খাবোমদগী লাকপা মুকুণ্ডদেবনা মপাঙ্গল যাওদবা নিংথৌমচাশিংবু যাম্না লাযনা জয তৌখি। নিংথৌ মুকুণ্ড, নোংপোক-চালুক্য শাগেনী। মবম অদুনা, মহাকপু তেলঙ্গনা মুকুণ্ড হায়নসু খঙনৈ। নিংথৌ মুকুণ্ডগী মতমদা বাঙ্গলাগী মুসলমানশিংনা তত্তনা লান্দাবকপনা উবিষ্যাদা বাজনীতিগী ওইবা তঙ-তাদবা অমা লৈবগসু, মহাক ভগবান জগন্নাথবুদী যাম্না চেৎনা থাগোঞ্জে অমসুং মহাক্না পাল্লিঙৈগী মতমদা অৱা-অনা তাবা খূদিংমক ইবুঙ্ঙো মঙোন্দা হেক হেক শিন্নজে, হাযবদী চঙজে। মুকুণ্ডনা উবিষ্যাদা খৃঃ ১৫৫৯ দগী ১৫৬৮ ফাওবা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী। মথৌনা লৈবা, পাঙ্গনবা নিংথৌ অমা ওইবা মবম্না, দীল্লিগী মোগলগী সম্রাট আকববনা মহাকপু মৰূপ শান্নবম্মী।

মণ্ডলপঞ্জিগী মতুংইন্না মহাক্না গৌডগী মুসলমানশিংগা যাম্না অকনবা লান থেংনবম্মী। তাঞ্জা অসিদা মাগী মখা-থাবা মীওইশিংনা, মরুওইনা বামচন্দ্রভঞ্জ কৌবা অমনা মাগী মথক্তা লান হৌবক্লম্মী। বামচন্দ্রভঞ্জগী মতেংনা মুসলমানশিংনা উবিষ্যাগী মনুংফাওবা তকশিল্লক্লম্মী। তাঞ্জা অসিদা নিংথৌসু উবিষ্যাদা লৈবমদে। খূদোংচাবা অসি লৌদুনা কালাপাহাড কৌবা মুসলমান লুচিংবা অমা নিংথৌগী কট্রক্তা লৈবা বাবাবাটি কৌবা কোনুং ফাওবা লৌশিল্লম্মী অমসুং লৈপাক অসিদা লৈবা লাইগী মূর্ত্তি কযা থুগাইবম্মী। মহাক্না পুবীগী জগন্নাথ মন্দিব ফাওবা লান্দাশিল্লকখি। অদুবু মূর্ত্তিশিং অদুদি মুসলমানশিংনা যৌবক্লিঙৈ মমাঙদা অবোনবা মফম অমদা থৈদোক্লুনা লোত্তুনা থম্লম্মী।

মহাক্না পানবা মতম খব অসিগী মনুংদা, মুকুণ্ডদেবনা মহাক্কি মমিংদা ব্রাহ্মণশিংগী শাসনশিং লিংখৎলম্মী। মহাক্না জগন্নাথ, শ্রীকুর্ম্ম অমসুং সিংহাচলমদা দান কযামকম তৌবম্মী। মুকুণ্ডদেব নিংথৌ হাযবসি মতীক-মথৌনা যাম্না লৈবা নিংথৌনি হাযর্বাস হাযজগ্রে। মহাক্না নিংথৌ ওইদুনা পানবা চহী ১০ শুবকপা অদুৱাইদা অন্ধ্রপ্রদেশকী,

নোংপোক-গোদাববী জীলাদা লৈবা দ্রাক্ষবামনা, মশাগী অক্বম্বগা মান্নবা মনি-মুক্তা কযা কচ্চখি হায। মহাক্না গৌড হাযবদি বাঙ্গলা জয তৌববা তুংদা, মপা-মপুগী অমসুং মশামক্কী পুন্যগীদমক্তা শ্রীপুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী ভগবান জগন্নথাকী মমাঙদা ব্রাহ্মণশিংদা দান কযা তৌখি। মহাক অসি উবিষ্যাগী ইকোন-কোনবা মনীঙ-মখা তম্বা নিংথৌনি। মহাক্না বাঙ্গলাগী মুসলমানশিংবু যাম্না শাথিনা তৌখি। মবম অদুনা বাঙ্গলাগী মুসলমানশিংনা উবিষ্যাদা লান্দাগে হাযনা খনখিবনী। মবম অসি লৈবদগী কালাপাহাড়না উবিষ্যাগী লাইশঙশিং অমসুং দেবা-দেবীশিংগী মূর্ত্তি কযা থুগাইনবা লান্দাব্রুন্মী অমসুং জগন্নাথ মন্দিবগী মূর্ত্তি কযা লৌথোক্লগা মৈ থাদোক্লন্মী। হাযবিবা অসি মুকুন্দদেবনা শিখ্রবা তুংদা কিওনঝাবগী মখা থোংবা নিংথৌ বাজা বামচন্দ্রভঞ্জগা লৌতূনদুনা পাঙথোকখিবনী।

মুকুন্দদেবনা শিববা তুংদা মহাক্কী মচানীপাবু, বামচন্দ্রদেব ভঞ্জনা তাম্থোকপিবে। অসুম্না হাযনৈ মদুদি, মচানীপানা মাগী মাঙখ্রবা নিংথৌ-খুঙম হঞ্জিলহনবীযু হাযদুনা সম্রাট আকববদা হাযজখি। খৎনবা অসি তাইশিলহন্নবা হাযদুনা, আকববনা বাজা মানসিংহবু উবিষ্যাদা থাব্রুন্মী। চন্দন-যাত্রা উৎসব পাঙথোক্লিঙৈদা মানসিংহনা পুবীদা লাক্রুন্মী। জগন্নাথকী সেবকশিংনা হাযবদা যাবদুনা, সুদ্র ওইববসু বামচন্দ্রদেববু উবিষ্যাগী নিংথৌ হাযদুনা লাউথোক্লুন্মী। বামচন্দ্রদেব অসি মথৌনা লৈবতা নত্তনা, জগন্নাথদেববু যাম্না শ্রদ্ধা লৈবা নিংথৌ অমসু ওইবন্মী। মবম অদুনা মহাকপু মুবাবী হাযবা দেবতাগা চাংদম্নবন্মী। (ৰাফম অসি মুকুন্দদেব অনীশুবগী মতমদা ইবা মুকুন্দ-বিজয গনিত দর্শণ নত্রগা স্বব-পদ্ধতি কৌবা লাইবিক অদুদা ইবি।)

মাদলপঞ্জিগী মতুংইন্না, বামচন্দ্রদেবনা পানবা ৯ শুবা চহীদা, দেবতা অসিগী মরুওইবা শরুক (বীজ) ব্রহ্ম অসি কুজঙ্গ লানবন্দগী পুবকখি অমসুং দেবতা অসিগী মূর্ত্তি ইনৌ-নৌনা অমুক শাবা মতমদা খুবদা কৌবা মফমদা বনযজ্ঞ পালন তৌখি। হাযবিবা নুমিৎ অসি কাকবা চৈচৎকী ১১ শুবা চহীগী ১৮ শুবা নুমিৎ হাযবদি শ্রাবণ মাষগী পানখৎলকপা (শুক্লা) গী ৯ নি পানবদনি। নুমিৎ অসিদা পুরুষোত্তমগী শ্রীমূর্ত্তি অসি শ্রীমন্দিবগী বত্নসিংহাসনদা নৌনা অমুক লেঙশিনখি। ইবুঙ্ঙোগী ব্রহ্ম (জগন্নাথকী মরুওইবা শরুক) অসি বিসাব মোহন্তি পুবা নাযিক কৌবা নুপা অমনা পুবকপনি। শ্রীকেদাবনাথ মহাপাত্রগী মতুংইন্না মথক্তা পনখ্রিবা নুমিৎ অসি ইং কুমজা ১৫৭৫ গী

জুলাই তবিখ ১৭ নি। মসিদা নবমীনি, দশমীনি হাযনা য়েৎনবা খব লৈ; মদু থোইনা কাযবা লৈতে। কালাপাহাড়না মাগী মুসলমান খোঙলোযশিংগা লোযননা, ইবুঙ্গোগী মকওইবা মূর্ত্তিবু নৌনা অমুক স্থাপন তৌবগীদমক্তা, নিংথৌ বামচন্দ্রদেবদা অভিনব ইন্দ্রদ্যুম্ন, হাযবদি অনৌবা ইন্দ্রদ্যুম্ন হাযবা মিংথোল অসি পীখি। হাযবিবা ব্রাফম অসি শ্রীকৃষ্ণ ভক্ত বাসল্য চবিতম কৌবা সংস্কৃত-ড্রামা লাইবিক্তা পল্লি।

হৌজিকমক্তি ফোঙদ্রিবা, খুৎই-ওইনা উবিষ্যাগী যাদুঘবদা থল্লিবা, চাঁদা কৌবা কবি অদুনা ইবন্বা লাইবিক্তা নিংথৌ অসিবু অসূম্না শৈথাই ঃ

"নবদিন যাত্রাশেষে<br>
জগন্নিবাসে<br>
নীলপ্রবেসে বাম মন্ উল্লাসে<br>
অভিনব ইন্দ্রদ্যুমন অবতাবা, যুগে যুগে<br>
বখিলে কিবতি বিসতাবা<br>
বামচন্দ্রনবপতি দুর্লভ কীর্ত্তি ঃ

হল্লধব মিশ্র কৌবা কবি অমনসু, মহাক্লা ইবা বসন্ত স্তব মহাকাব্যম্ কৌবা লাইবিক অদুদা, নিংথৌ অসিবু ইন্দ্রদ্যুম্নগী অনৌবা শাযোন্নি হায। হাযবিবা মিংথোল অসিমক মাগী মহুৎ শিলোহৌবা নিংথৌ বীবকিশ্বব দেবনসু শীজিন্নহৌই। নিংথৌ অসিনা পাল্লিঙৈদা শাক্ত ধর্ম্ম অসি উবিষ্যাদা যাম্না নিংথিনা চৎলম্মী অমসুং দুর্গাসব চন্ত্রিকা কৌবা লাইবিক অমা ইখি মদুদা বামচন্দ্রদেব অসি অম্বিকা নত্রগা দুর্গাবু যাম্না থাজনা ঈবাৎলম্মী।

বীবকিশ্ববদেবনা পানবা মতমদা উবিষ্যাগী নীঙ-খা তম্বা পূম্মাঙ মাঙ্খি হাযবা যাই অমসুং লৈপাক্কী ব্রাযেল-থৌদা পূম্নমক মোগলগী খূত্তা তাখি। মতম অসিদা উবিষ্যাগী খা-থংবা পূম্বা, বাহমনি সুলতানশিংগী মখূত্তা তাখি অমসুং মখোযগী লম অসি খা-থংববোমদা চিলকা-পাৎ ফাওবা শন্দোকখি। অসিগুম্বা ফীভমদা উবিষ্যাগী ভোয শাগৈগী ফীভম যাম্না পাঙলমদে, মখোযগী লৈপাকসূ যাল্লমদে অদুগা আযসু ইকা-কাবমদে। অদুবু হিন্দুশিংগী মান-সন্মান অমসুং মখোযগী সমাজদা লৈবা থাক্কা মতুংইন্না, মখোযবু উবিষ্যাগী ঠাকুব বাজা হাযনা খঙনবম্মী। জগন্নাথ মন্দিবদা দর্শণ

---

*লাইবিক অসি ফোঙদ্রি, ভূবনেশ্ববগী ষ্টেট ম্যুজিযমদা খুৎই ওইনা লৈবি। [হাযবিবা ব্রাফম অসি Sri K C Misra না ইং ১৯৭১ দা যোংবা লাইবিক্তা ইর্বনি হৌজাক্তি যোংলম'দ্রা ?]

তৌদ্রিঁঙেদা নিংথৌ অসিবু হান্না দর্শণ তৌবম্মী। তশেংনা হাযববদা, আকবব শাহ্গী মতমদা খুবদাগী ঠাকুব বাজাশিং অসিনা মন্দিব অসি পান্নবা, য়েংশিনবা মীশক হায়বদু ওইবম্মী। হিন্দুশিংগী অব্রাবা অসি খবমখৈ কোক্লবা অমসুং কালাপাহাড়শিংনা ওৎ-নৈবদগী কন্নবা হাযদুনা, জগন্নাথবু লুনা থাগোন্নজবা, হিন্দুসু ওইবা মানসিংহবু আকববনা উবিষ্যাদা থাব্রুম্মী। অসুম্না যানবা অমগী মখাদা বাজা (নিংথৌ) গী ইকাইখুম্নবা অমসুং থাক 'পূম্বা হঞ্জিন্দুনা, ধর্ম্মগী ওইবা মতাঙদা তেক্ত-কাযদনা থম্লম্মী।

বামচন্দ্রদেবগী তুদা, জগন্নাথ মন্দিববু হৃকথেংননা যেংশিনবশিংদী বীবকিশ্বৰদেব অমসুং মাগী মমাইবেম্মনি। মখোযনা মন্দিব অসিবু শেমজিন শাজিনবতা নত্তনা অনৌবা খবসু হাপচিল্লম্মী - খুদম ওইনা হাযববদা ভোগ-মাণ্ডপ, স্নান-মাণ্ডপ, স্নান-বেদী অমসুং বত্নবেদীবুসূ অমুক শেমজিঞ্জখি। কনক মাণ্ডপ নত্রগা নির্মল্য-মাণ্ডপ অসিসু বীবকিশ্বৰদেবগী মবোক-ইবেম্মা বানীনা শাখিবনী হাযনৈ। মহাক্কী বানী পাট্টামহাদেবীনা মন্দিব 'পূম্বা অসি অস্তব তৌখি হাযবগী প্রমাণ ফংই। নিংথৌ অসিনা খাদা শঙ্খোংগী গোপুব নত্রগা গুমতা অমসুং স্নান বেদীগী শিডী অসিসু শেমজিনখি। মহাক্না মূর্ত্তিশিং অসি সেবা চংনবা মখল মখলগী উৎসব-মেলাদা চণ্ডগদবা বেষ (ফিজোল) কযা তূহনখি।

মোগল অমসুং মাহবট্টা অনিগী মবক্তা তৌনবা সন্ধিগী মতুংইন্না, বীবকিশ্বৰদেবগী মতমদা (১৭৩৭-১৭৯৩) উবিষ্যা অসি মহাবট্টাগী মখূত্তা লৈহনখি। মহাক্না পানবা মতমদা উবিষ্যাগী সর্ব্বভৌম-শক্তি পূম্নমক শিন্নখী। মদুতসু নত্তনা চহী চনিবোম হেন্না মুসলমানশিংগী খূত্তা তাকববা, মাংথোক্তুনা লৈকববা জগন্নাথ অসি নৌনা অমুক জীবন্যাস (শেংদোকপা) তৌখি। মহাবাট্টাশিং অসি মহৌশানা হিন্দুধর্ম্মবু যাম্না চেৎনা থাগোন্নজবা অমা ওইনা, শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উৎসব মেলা, পূজা পদ্ধতিনচিংবা পূম্নমক কাযদনা পাণ্ডথোক্লবা হোৎনখি। ইং ১৭৫৫ দা ইবুঙ্ঙোগী সেবা চৎননবা অমসুং মন্দিববু তত্তনা মেবামত তৌনবা হাযদুনা নিংথৌগী লঙ্গৈদগী "ছাত্তাইস হাজাবী মহাল" হাযনা কৌদুনা লূপা লীশিং কুনতবেৎকী শেনফম অমা কাইথোকখী। লাইগী লম অমসুং লৌ-চা খাক্লম্মী, অদুতা নত্তনা লাইগী সেবাদা কোন্নদবা খবচ পূম্নমক নিংথৌগী লঙ্গৈদগী মেনখৎলম্মী। মহাবট্টাশিংনা জগন্নাথ মন্দিবগী পবিকোব মনুংদা অনৌবা যূম্নচিংবা শাবম্মী। কোনাবক লাইশঙদগী শীজিন্নবা যাদ্রবা নূঙ কযা পুবক্তুনা জগন্নাথকী ভোগ-মন্দিব শাবদা হাপচিনখি। অদুগা কোনাবক্তগী পুবকপা অকনা যূম্বীবুসু পুবীগী মন্দিব মমাঙমক্তদা খিনখি।

খুরদাগী নিংথৌনা মহারট্টা রাজ্যগী মীহূৎ ওইনা লৈরমনীদি হায়ববু, মন্দির সেবাগী মতাঙদদি মহাক্কী খূৎ পঙথিং থিংজিনবা য়ারমদে। চহী অমদা যাত্রিকশিংদগী লাকপা আয় (Pilgrim Tax) লুপা লাক্ষ মাপললোম অসি মহারট্টা সরকারদা অদুম কারম্মী। মসিদগী খঙবা য়াবা অতোপ্পা ৱাফম অমনা যাত্রিকশিংনা লাইদা পৈশা য়াম্না কৎনরম্মী হায়বা অসিনি। লাইশঙ অসিবু য়েংশিন্নবা সেৱাজী পণ্ডিত, জগন্নাথ রাজগুরু অমসুং আমনা পণ্ডিত হাযনা কৌদুনা পরিছাস অহুম লৈরম্মী। মখোয়গা প্রহরিশিংগা মরক-মরক্তা হেক-হেক খৎনরম্মী হায়বসি জগন্নাথকী কলেক্টর অমসুং কট্টককী মরমদা য়েংশিন্নবা থম্বা কমিস্নারগী সেক্রেটারীগী মরক্তা চৎনবা চে-চাংদগী খঙবা ঙম্মী। অদুবু খৎনবা পূম্নমক কট্টককী একাদী পণ্ডিতনা ৱাবোই হেক-হেক পী। মসিদগী ঐখোয়না খঙবদি মথক্তা পনখ্রিবা পণ্ডিত অহুম অসিনা মন্দিরগী নুতি-নুতিগী ওইবা সেবাদা য়েংশিন্নবনি অদুগা পণ্ডিত অহুম অসিগী মতেংনা কট্টক্তা মীহূৎ ওইনা থম্বা একাদী পণ্ডিতনা মন্দির অসিগী কামদারনি।

খৃষ্টাব্দ ১৮০৩ দা, অথিংবা অমত্তা মায়োক্লবা তৌদনা বৃটিশনা উরিষ্যা অমসুং জগন্নাথকী মন্দির লৌশিনখি। বৃটিশনা মন্দির অসিবু ব্রাহ্মণ অমসুং ভক্তশিংনা ধর্ম্মগী ওইবা থাজজবা কয়াবু ঙাক্লবা অকনবা যাথং লোর্ড ৱেলেসলীনা বৃটিশকী অফিসারশিং অমসুং সিপাহীশিংদা অকনবা পাউতাক পীরম্মী। মহাবাট্টাশিংদা মন্দিরদগী ফংলকপা শেল হায়বদি আয় পীনরম্বগুম্না, বৃটিশ সরকারদা পীরোইদবনী হায়বগী থাজবা পীরম্মী অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা উৎসব-মেলা পাঙথোকপদা অকায়বা কয়া থোক্তনবা য়েংশিনগনী হায়বগী থাজবসূ পীরম্মী। অদুগা মন্দির অসিবু ঙাক-শেন্নবা অমসুং য়েংশিন্নবা বৃটিশ সবকারনা হিন্দু সিপাহীশিং থল্লম্মী। হায়বদি অতোপ্পা ধর্ম্মগী মীওইশিং শীজিন্নরমদে। বৃটিশ সরকারনা লৌশিনবগী অহানবা চহি অমদি মহারাট্টাশিংনা মন্দির সেবাগী মরমদা চৎনরম্বা পথাপ অদু কায়দনা অদুম চৎলম্মী। চাগাদগী চাদিংনা হেনবা অৱাৎপা শেল পূম্নমক সরকারনা হকথেংননা পুরম্মী।

বৃটিশ সরকারনা হেক পায়বা হৌবদগী, মন্দিরগী থবক থৌরম খূদিংমক পরিছাশিংদা শিন্নরম্মী। মতাং অসিৱাইদা জগন্নাথকী মরমদা থৱায় য়াম্না য়াওমনপ্রে হায়দুনা বৃটিশ সরকারবু খৃষ্টান মিসন্নরীশিংনা আলোচনা তৌরম্মী। মরম অসিদগী মূর্ত্তি পূজাগী মতাঙদা লৌরুবা থৌদাং কযা অদু থাদোক্লগে হায়না সরকারনা ৱারেপ

অমা লৌখি। অসুম্না সবকাবনা মন্দিবগী থবক অসি যেংশিন্নবা পণ্ডিত অহুম খন্দুনা অমসুং হাপ্তুনা, ইং ১৮০৬ কী বেগুলেসন ৪ শুবগী মখাদা শিন্নবম্মী। খৃঃ ১৮০৩ দগী কোকথেক্লুববা, (Pilgrim Tax) যাত্রিকশিংদগী লৌবা খাজনা অদু অমুক খৃঃ ১৮০৬ তগী লৌবা হৌখি। যাত্রিক খাজনা লৌবগী মতাঙদা যাত্রিকশিং অসি মখল অহুম থোক্লা খাযদোক্লম্মী। বৃটিশ সবকাবগী মতমদা চহী খুদিংগী মন্দিব অসিদগী সবকাবগী লইঙ্গেদা লুপা' লাক্ষ মখাযদগী অমফাওবা কাবম্মী।

খৃঃ ১৮০৯ গী ৪ শুবা বেগুলেসনগী মতুংইন্না, পণ্ডিতশিংগী সভা মৃথৎলগা খুবদাগী নিংথৌদা মন্দিবগী থবক থৌবম খুদিংমক শিন্নখী। মদুদগী মহাকপু চাবোল-শবোলশিংনা পুহৌগদবা মন্দিববু যেংশনগদবা মাশক অমা ওইনা অদুম শিন্নখ্রে। সর্ব্বভৌম শাক্তপাববা নিংথৌবু তেঙবাংনবা হাযদুনা মকওইবা সেবাবী অহুম হাপ্লম্মী। খৃ. ১৮০৪ দা লালহৌবগী মবান্দা বন্দি লৈকববা খবদাগী বাজা মুকুন্দদেব অনিশুবনা, বান্দদগী থাদোক্লবা তুংদা মন্দিব যেংশিন্নবা থবক শিন্নবম্মী। সবকাবনা তেঙবাং ওইনা পীবা লুপা ৫৫,০০০/ অদু মান্দব চলাইবদা শীজিন্নগদবনী হাযবা বাবোল অমস যাওবম্মী। 'মালিকানা' হাযনা কৌদুনা সবকাবনা মাঙোন্দা থা থা খুদিংগী লুঃ ২,৩৩৩/ চাং কাযদনা পীবম্মী অমসুং পুবীদা লৈগদবনি হাযবা যাথং অমসু পীবম্মী।

যাত্রিক-খাজনাদগী ফংলকপা পাউণ্ড ৫৯৫৫ অসি মূর্ত্তি লাৎপবু সবকাবনা শৌগৎপনী হাযনা East India Company না লৌবম্মী। মবম অসিদগী ইং ১৮৪০ দা পাস তৌখিবা Company Act-x গী মতুংইন্না যাত্রিক খাজনা মুথৎখী অমসুং পুবীগী নিংথৌদা পুন্নমক শিন্নবম্মী, অদুমকপু মন্দিবগী সেবা চৎননবা লুপা লীশিং ৫৫ গী শেলফম অদুদি কাযদনা অদুম পীবম্মী।

ইং ১৮৪৩ দা "সাইতিস হাজাবী মহল" হাযনা কৌবা শেনফম অদু নিংথৌদা শিন্নখ্রে। মবক অসিদা মন্দিব অসিদা আয যাম্না লাকপগা অদুগা অতৈ অতৈ কযা অমনস তেঙবাংনবকপগা, অমাদ বাজাদা জামিন্দাবগী অধিকাবগা পীথোকপগা লোযননা বৃটিশ সবকাবনা হকথেংননা মন্দিববু যেংশল্লম্বদু তোকখ্রে। মসিগী মতাঙদা ট্রান্সফাবগী সান্ধ অমা পুবী বাজাগা ইষ্ট ইণ্ডিযা কম্পানীগা তৌনখি।

চৈবক অসিদা বাজা বীবকিশ্বেবদেব শিখিবনা মবম ওইবদুনা, লুখ্রা ওইহৌববী সূর্য্যমান পাট্টমহাদেবী, মাগী পৌষ্যপুত্র দিব্যসিংহদেবনা অশাং ওইনা পুহৌবা তাখি।

বাজা দিব্যসিংহ দেবনা মী অমা হাৎলুবদগী ইং ১৮৭৮ দা মপুন্সি চুপ্পা জীলা-খাবিস তৌবা তাখি। অদুবু ইং ১৮৪০ গী এক্ট ১০ গী মতুংইন্নদি বাজানা বন্দি ফনা লৈদুনসু মন্দিব যেংশিনবা যাবগী ব্রাবোল অমা থাওবনা, মন্দিব সেবাগী মতাঙদা চযেৎনবা অমা থোক্লি। ইং ১৮৮৪ দা, অঙাং ওইবিবা মুকুণ্ডদেবগী মবোক ইবেম্মা অমসুং অবিভাবক সূর্য্যমনি পাট্টামহাদেবীনা দবখাস্থ থাবকপদগী, অঙাং ওইবিবা মুকুণ্ডদেবদা 'বাজা'' হাযবা উপাধী অসি মপূঙ ফাদ্রিবা নিংথৌমচাদা পীখি। জগন্নাথ মন্দিব অসিগীদমক্তা কামদাব ওইবা যানবা হাযবদি সেবক-বাজা ওইবা যানবা বাজা হাযবা উপাধি অসি তঙাইফদে। মীযামগী স্বার্থ যেংদুনা অমসুং মন্দিব অসিবু ফজনা যেংশিন্নবা হাযদ্না সবকাবনা কেশ অমা পুখত্তুনা খৃঃ ১৮৮৫ দা সুপবিন্টেন্দেন্ট হাযবা ফম অসি লৌথোক্তুনা ''ট্রষ্টি'' অমা শেম্নবা থৌবম অমা লৌখৎখি। সবকাবনা পুখৎলকপা কেশ (suit) অসিবু যাম্না কন্না আলোচনা তৌনখি। পাউজেল চেশিংদা ধর্ম্ম হাযবসি খদোংথানিংঙাই ওইবে হাযনা ইনবকখি। কলিকতা হাযকোর্টতা সূর্য্যমনি দেবীনা থাবকপা দবখাস্ত অসি লোইশিন্দনা লৈবিঙে তাঞ্জা অসিদা, খৃঃ ১৮৮৮ দা যানবা অমা পুবকখি। যানবশিং অদগী মনুংদা অমদি বাজানা শাবেপ ফাদ্রিফাওবা, মেনেজব অমগী মতেংগা লোযনবা মতাক্কী মবোক ইবেম্মানা মন্দিব অসি যেংশিনবা হাযবাসিনি।

বাজা মুকুন্দদেবনা, মপুঙ মবে ফাববদা, মন্দিব অসি চল্লাইবদা থেইনা মপুক্লিং চঙখিদে অমসুং মন্দিব চল্লাইবদা চনেনবা খব লৈখি। অসিগুম্বা ফীভম অসিদা সবকাবগী কর্ম্মচাবী অমবু মেনেজব ওইনা হাপ্পগী তঙাইফদবা লৈখি। মসিগী মতুংইন্না, খৃঃ ১৯০২দা ডিপুটি মাজিষ্ট্রেৎ বায বহাদুব নাজকিশ্ববদাসপু মন্দিব অসিগা ইহান হানবা মেনেজব ওইনা খনখী। বাজা মুকুন্দদেব হাযবা অসি বামবা বাজ্যগী নিংথৌমচা অমনি। বামচন্দ্র দেবনা পৌষ্যপুত্র ওইনা যোকখিবনা। মমৈদা অসুম্বা পৌষ্যপুত্র য়োকপা অসি যাদে হাযনা শীঙনখি। মসিগী মহম ওইনা, মাগী স্বর্থদা বায অমা তাবিযূ হাযনা বামচন্দ্রদেবনা পাটনা হায কোর্টতা দবখাস্থ অমা থাখি অমসুং মদুবু অযাবা পীখ। অসুম্না বাজা মুকুণ্ডদেবনা শিববা তুংদা বামচন্দ্রদেবনা মন্দিব অসিগী সেবাযৎ (Superintendent) ওইনা লৌখি। হৌজিক পাল্লিবা বাজা অসি বাজা বামচন্দ্র দেবগী মচা মশূশিংনি। মমৈদা উবিষ্যা বাজ্য বিধান সভানা টেম্পল এক্ট ওফ ১৯৫২ পাস তৌববা তুংদা মন্দিব অসি হৌজিক ''বোর্ড ওফ ট্রষ্টিজ'' অমনা চল্লাইবি অমসুং বোর্ড অসিগী মনুংদা হৌজিক নিংথৌ, বাজা বীবাকিশ্ববদেবসু মেম্বব অমা ওইনা যাওব।

# জগন্নাথকী মৈহৌরোল

জন্নাথকী হৌরকফম থিবা অসি অরায়বা নত্তে। ৱারী-ৱাখোঙ ওইনা পঙতম-তম্নবা নত্তনা, বৈজ্ঞানীক ওইনা থিবা তারবদি পঙলায়-লায়বা থবক নত্তে। মসিগী মতাংদা সংস্কৃত সাহিত্যগী বেদ অমসুং পুরাণদা করম্না ইরম্বা হায়বদু ঐখোয়না য়েংশিনবা য়াই।

ঋগ বেদগী সুক্ত অমদা 'দারু' হায়দুনা ৱাহৈ অমা য়াওরি।

"অদা যাদ্দারু প্লাবতে সিন্ধু পারে অপূরষম্।,
তদা রভস্ব দুরহনো তেনা গচ্ছ পরসতরম ।।*

সায়নাচার্য্য (খৃঃ ১৩০০-১৩৮০) না সুক্ত-অসিবু অসুম্না অর্থ তৌরম্মি মদুদি, য়াম্না লাপথ্রবা সমুদ্র খোঙবান্দগী খর চৎলগা সমুদ্রগী ঈশিংদা, পুরুষোত্তম কৌবা উগী মূর্ত্তি অমা তাউদুনা লৈরম্মী। মাঙফদ্রবা উ অসিবু মী মহাক অদুনা লাচ্চরবর্দি বৈষ্ণবশিংনা নীঙজরিবা বৈকুণ্ঠ কৌবা ধাম অদু ফংজৈ।

মশানদি য়ানিংদ্রবসূ মতম অদুদা চৎনরম্বনী হায়না থাজনরম্বা অর্থ অমসু মশামক্লা তৌরম্মী। অনিশুবা ব্যাখা অসিগী মতুংইন্না হায়রিবনা - শারোয়-ঙারোয়শিংনা দারু হায়বদী উ অসিবু হি ওইনা তোংলগা অথাপ্পা দ্বীপ অমদা চৎখিগদবনি। হায়রিবা ৱাফম অসিমক চপ মান্নদ্রবসূ খর থৈদোক-থৈজিন তৌদুনা অথর্ব্ব বেদ-দসু য়াওরি। শ্লোক অনিমক অসি বেদ অনিমক্তা য়াওবা অসিমক্কী খরদি নাতে হুক্তে, অদুবু পুরুষোত্তম নত্রগা দারু-ব্রহ্ম পূজা অসি নীঙশিংবা থোক্ত্রবা মতমদগী চৎনরক্লে হায়বা অসিমদি ময়েক শেংলে।

সায়নাগী মতমদা উৎকলদা দারু-ব্রহ্ম উপাসনাগী ইথিল অসি য়াম্না কল্লম্মী; অমসুং পুরুষোত্তমগী উগী মূর্ত্তি অসিগী মরমদা মতম অদুগী বৈদ্যিক অমসুং ভারতকী অতৈ-অতৈ পণ্ডিতশিংগী ৱাখল য়াম্না কন্না চিংশিল্লম্মী। পুরুষোত্তম্ তত্ত্বদা রঘুনন্দন্না ঋগ বেদ অমসুং অথর্ব্ববেদদা য়াওবা শ্লোকশিং অসি পুরীগী পুরুষোত্তম জগন্নাথকী মরী লৈননা ব্যাখা তৌই।

---

*স্কণ্ড পুরাণ

সাযনাগী মত মতুংইন্নদি ঋগবেদদা যাওবিবা সুক্ত অহুমদি ব্রহ্মগী খুদম লৌবা দাকনি হাযবি। মশক হোংবা যাদবা ব্রহ্মবু, মশক হোংবা য়াবা, চপ লেপ্তুনা লৈবা মউ, মশাদি মবাং কায়না লৈবা উগা চাংদম্নবী। "বৃক্ষ ইব দিভিতিষ্টেত্যেকা"। মুনি ঋষিশিংনা – উ অসে কবম্বা উ-দা ওইবমগদগে ? অদুগা উ অসিনা কবম্বা উমংদা হৌবি ? অদুগা উ অসিদগী ঈশ্বরনা পৃথিবী অমসুং স্বর্গবু মতৌ কবম্না শেমখিবগে ? হায়বগী মতাঙদা সুক্ত আসদা য়াওবিবা ৱাবোল অসিগী মবমদা যাম্না কন্না খন্নে। সায়না না সুক্ত অহুম অসি কৃপ্না নৈনববা তুংদা যাম্না অর্থ চেল্লবা ফল অমা পুথোকখিবনি। মাগী ৱাখল্লোন্দা উ অসিদি মাঙহন তাকহন ঙমদ্রবা যাম্না লীববা ব্রহ্ম মশামক্তি হাযর্বাদনি। হায়্রিববা সাযনাগী মত মতুংইন্নদি উ অসিবু ব্রহ্মগী মশক তাক্লি অদুগা প্রণভনা ব্রহ্মগী খুদম্নি। প্রণভকী মন্ত্র মবি অসিনা ব্রহ্মগী পাদ মবিবু তাক্লি। মমেদা প্রণভ পূজাবু তন্ত্রিকক্কী মওং অদুগী তুংদা পৌরানিক মওং লৌবকাখ। মতৌ অসুম্না কাইনখংদা দারু ব্রহ্ম অমসুং প্রণভ পূজা অসি বল্লভদ্র, সুভদ্রা, জগন্নাথ অমসুং সুদর্শন অসুম্না ওল্লকাখি। হৌজিক মতমদা চৎনবিবা জগন্নাথ উপাসনাগী থক্ষম ওইবা পদ্ধতি অসি পম্লমক হৌদনা খঙজিনবা যাই।

মতম অসিদগী কুইববা হায়র্বাদ লাযওইববা অমসুং অচৌবা উ শিংবু মীয়ম্না লাই ওইনা পূজা তৌবা অসিদা ঙক্লিংঙাই ওইদে। ঙসি ফাওবদা ভারতকী কুঞ্জশিংদা অচৌ অচৌবা খোংনাং অমদু হরিখাগোক পাম্বী কযা লাইগুম্না ঈবাংনবি। মতৌ অসুম্না দারু (উ) গা ঈশ্বরগা মবা লৈনহল্লকপা অসি কুইববনি। দারু পূজা তৌবগী মতাঙ অসি ভাগবত গীতাদসু যাওবি।

উপনিষদ চৎনববকপা মতম লাকপা অদুৱাইদা, সংসারবু শেম্বা অসি পুরুষনা হাযনা শৈথানবকই। দারু উপাসনাগা পুরুষ উপাসনাগা অমর্ত্তান হাযনা লৌনবক্লে। পুরুষপু থাবা অসিনা উপনিষদকী তোপ তোপ্না শক্তম অমা ওইবক্লে। শ্বেত শ্বেতর অমসুং কেবল্য হায়বিবা উপনিষদশিংনা পুরুষপু মখোঙ মখৃৎ পান্দবা, মীং (নয়ন) যাওদ্রবসু পূম্নমকপুদি উবা ঙম্বা, মনাকোং (কর্ণ) যাওদ্রবসু পূম্নমক তাবা ঙম্বা অমদুং খঙদবা মাঞ্জববসু পূম্নমকপু খঙবা ঙম্বা অসুম্না শীঙথানৈ। অসুম্বা পুরুষকী অনৌবা অর্থ অমা হল্লকপদগীদি পুরুষোত্তম অমসুং মহাপ্রভুকী লোযনবশিংগীসু হাম্না ওইবমদবা মওং অমা ওইবক্লে।

---

১। শ্বেতশ্বের উপনিষদ ঃ ৩/১৯
২। কেবল্য উপনিষদ ২১ শুবা মন্ত্র

বামায়ণগী উত্তবাকাণ্ডদা; বামনা বিভীষনদা ইক্ষ্বাকু শাগেগী (নুমিৎ-শাগে) লাই জগন্নাথবু পূজা তৌনবগী ৱা বাল্মিকীনা মাগী বামায়ণদা পল্লী। তশেংনা হায়ববদা হৌজিক ফাওবদসু জগন্নাথকী মন্দিবদা বিভীষণ বন্দাপনা হাযবা পূজা পদ্ধতি অমা যাওবি। পণ্ডিত কযানদি জগন্নাথকী ৱা বামাযণদা পুশিল্লকপা অসি কোন্না হাপচিল্লকপনি হাযদুনা, যাদে; অদুবু বামাযণগী কিস্কিন্ধা কাণ্ডদা মাঙখ্রবা সীতাবু থিবা চৎপদা মখোযনা মেক চীঙদা চৎপদা থেংনগদবা মযাম অদু সুগ্রীবনা যোং-লাম্নীশিংদা পল্লী। পৃবীগী মন্দিবদা লৈবমগদবা মূর্ত্তি মযামশিং অদুগী মবমদসু পল্লী।* অদুমকপু মসিদসু পণ্ডিত বিনাযক মিশ্রনা যানিংদবা ফোঙদোক্লি।

থাযনদগী চৎনবকপী অমা ওইনা পরুষোত্তম উপাসনাগা ইন্দ্রদ্যুম্নগা মবী লৈনবগুম হেক হেক তৌবকই। মহাভাবততসু ইন্দ্রদুম্ন্য নিংথৌগী ৱা অসি ফজনা পল্লা। নিংথৌ অসিনা যজ্ঞ লীশিং অমা তৌখি হাযনৈ। যজ্ঞগীদমক্তা পুবকখিব ষণবীশিংগী মখোঙতনা তোক্তুনা পৃথ্রী অমা তৌখি হাযবগী বাবীনবা লৈ। অমসুং পৃথ্রী অসি ইন্দ্রদ্যুম্নগী মিং লৌদুনা ইন্দ্রদুম্ন সবোবব হাযদুনা থোর্নাখি।@পৃথ্রা অসি পুরুষোত্তমগা মবী লৈনহর্নাখি। মহাভাবততা পাল্লবা 'বেদীগা' অদুগা শ্রীশ্রীজগন্নাথদেবনা হৌজিক হৌজিক লেঙশিল্লীবা অন্তব বেদীগা অমর্ত্তনি হাযনা লৌবা পণ্ডিত কোঙ্গায অর্মনি। অদুগা বেদী আসগী মতাঙদা তৈত্রেয সংহিতাদা অসুম্না হায ঃ মদুদি,

ইযম্ বেদীঃ পবো অন্তঃ পৃথিব্যা
অযম যজ্ঞো ভূবনস্য নাভিঃ।
পৃথিব্যাঃ প্রধাণবত্যাঃ ভূম্যঃ পবোহন্তঃ
পবাত্মা পবজ্যাবযম্ ইযম বেদীঃ
নাহি ভেদ্যাতিবিক্ত ভূমিবস্তি ॥

(অর্থঃ- বেদী অসি পৃথিমাতাগী অবোইবা খ্বাইদগী খন্নবা মফমনি। মফম অসি যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পীবগী খ্বাইদগী মকওইবা মর্ফান্ন। মসিদি পৃথিবীগী খোযদৌনি। বেদী অসিগী ৱাংমদা পৃথিবীগী অতৈ মফম অমা অমুক লৈত্রে।)

---

@ মহাভাবত অহুমশুবা সর্গ অধ্যায় ১৯৮ শ্লোক ১
*বাল্মীকি বামায়ণ (উত্তবাকাণ্ড ১০৮ - ২৮
"কিম চান্যাদ্বাকতু মিচ্ছামি বাক্ষযেন্দ্র মহাবলঃ।
আবাধায়া জগন্নাথম্ কুলা দাইবতম্॥" C J p 98

অদুমকপু মহাভাবততা অমসুং উপনিষদ-তা হায়বিবা বেদীগা, জগন্নাথকী বত্নবেদীগা অমত্তনি হায়না লেপকদবা অসিগী মবমদা থিনিংঙাই ওইবা মচাক কয়ামকম ব্রাংলি। অন্তববেদীগী মতাঙদা বিষ্ণু ধর্ম্মত্তব পুবাণদা হায়বিবা ব্রাফমশিং অসি নৈনবদা নাতৈ-হুক্তবা হায়বা অদুদি ওইবোই। মসিদা হায়বিবা (যজ্ঞেসু দেবয়াজন্ন অন্তববেদী প্রাকৃর্তিতঃ) মসিনা মফম অসি যজ্ঞ তৌফম্নি হায়বা তাক্লে। মহাভাবতকী ব্রাসি তোপ্পা থল্লগা, স্কণ্ড পুবাণগী মতুংইন্নদি শ্রীজগন্নাথদেবগী অন্তব বেদী অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন মহাবাজনা মথক্তা পঞ্জখিবা যজ্ঞ লীশিং অমদু পাঙথোক্লুবা তুংদা ওইবমগনি হায়না লৌবা য়াই। মহাভাবতকী শান্তিপর্ব্বদা শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উপাসনাগী মবমদা অসুম্না ইবি ঃ

নাবদেণ তু সম্প্রাপ্তহঃ সবহস্য সসম গ্রহঃ
এসোধর্ম্ম জগন্নাথাৎ সাক্ষাৎ নাবায়নাৎ নৃপঃ।
এবেমেষ মহানধর্ম্ম সতে পূর্ব্বনৃপতম্
কপিতো হবিগীতাষু সমসা বিধি কলপিতঃ ॥

পুকষোত্তম হায়বা মিংলেন অসি লৌদুনা ঋগবেদগী মতমদগী হৌদুনা, কলিঙ্গগী সমূদ্র খোঙবান্দা লৈবা ইবুঙ্ঙো অসিবু খণ্ডনবক্লবনী। মহাভাবতকী মতমদা ইবুঙ্ঙোগী উপাসনা অসি লৈবৰ্ম্মী লৈবমদে হায়বগী যেৎননিংঙাই ওইবা বাফম কযামুক লৌব; অদুবু পূম্নমক অসিনা তাকপদী শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উপাসনা অসি যাম্না লিববনি হায়বা অসিমদি পম্নমকশিং অসিনা প্রমাণ ওইদুনা অদুম্মক লৈবগনী।

পুবাণশিংদা পুকষোত্তম ক্ষেত্র অমসুং জগন্নাথ অসি কবম্না পল্লম্নগে হায়বদু ঐখোয যেংসি। পুবাণশিংগী মনুংদা মৎস্য পূবাণ অসিনা খ্বাইদগী লিববনি হায়নৈ। হায়বিবা পুবাণ অসিদা ইবুঙ্ঙোগী ব্রা পল্লী। অদুবু জগন্নাথকী মূর্ত্তিগী মবমদা নত্রগা ইন্দদ্যুম্ন মহাবাজগী মতাঙদি ব্রা অমত্তা পল্লমদে। মৎস্য পুবাণদা পল্লিবদি পুকষোত্তম ক্ষেত্রদা বীমলা কৌবী দেবীগী মূর্ত্তি লৈ হায়বা অসিতনি। অদুবু মতুংদা ইবকপা পুবাণশি মকওইনা বিষ্ণু, অগ্নী, পদ্ম, নাবদ, ব্রহ্ম, স্কণ্ডনচিংবা পুবাণশিংদদি ইবুঙ্ঙো জগন্ন কবম্না স্থাপন তৌখি[illegible], কবন্ব মফমদা লৈবা হায়বনচিংবা অসি যাম্না শুগায়না ইবে মথৰ্ধি। পুবাণশিং অসি [illegible] ইসি বযামুক [illegible] [illegible] অসিন কমদৌনা শাখি ইন্দ্রদ্যুম্ন মহাবাজনা কবি থৌদাং যাথিবা হায়বনাচিংবা অদু মবীক চুম্না ইবে।

অগ্নী পুরাণগী অধ্যায় ১৩ শুবদা বিষ্ণু, বল্লভদ্র অমসুং ভদ্রা (সুভদ্রা) অমদি মখোয়গা লোয়নবা সুদর্শণ (চক্র), পঞ্চজন্য (শঙ্খ), শ্রীপুষ্টি অমসুং অতৈ-অতৈ। পুরুষোত্তমগী তরেৎ থোক্লা খায়বা মূর্ত্তিশিং অসিবু নীলাদ্রি মহৃদয়না অসুম্না তাক্লম্মী। মূর্ত্তিশিং অদুদি শ্রী(পুষ্টি), ভূ, মাধবা, চক্র, চক্রী, অবনিভৃত (অনন্ত বল্লভদ্র), ভদ্র (সুভদ্র)। অদুনা অগ্নী অমসুং নীলাদ্রি মহৃদয় হায়রিবা পুরাণ অনি অসিনা ইরম্বা চাউরাক্লা মান্নরম্বগী মরমদি মখোয়না ইরম্বা মতমদা পুরীগী মন্দির অমসুং মূর্ত্তিশিং অসি লৈরম্লে হায়বগী চাউরাকপা মওং অমা তাক্লি।

ইন্দ্রদ্যুম্নগী* ৱা থোইদোকপা পন্দনা পদ্ম পুরাণদা পুরুষোত্তমগী মতীক মগুণ অমসুং মন্দির অসি কয়াগী মতীক শেংবা হায়বদু তাক্লি।

ব্রহ্মপুরাণদা জগন্নাথদেবগী মরমদা অসুম্না ইরি। মদুদি, ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রদা লাক্লগা সংকর্শণ, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথ অহুমসি মানা শাজবা মন্দিরদা স্থাপন তৌরে। ব্রহ্মপুরাণদা ইহান-হানবা ওইনা মূর্ত্তিশিং অসিগী মমিংশিং অসি মচা-খায়না পল্লম্মী। পুরুষেশ নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা অসিনা নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্নগী মমঙদা সমুদ্রদা তাউদুনা লৈরম্বা দারু হায়বদি উ অদুবু তাক্লি। ব্রহ্ম পুবাণদা ৱারী পবিং চথরকপদা নীলমাধব, সনাতন, বাটারাজা হাযবনচিংবা অসিসূ শীজিন্নবি। ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌগী মতাঙদা ব্রহ্ম পুরাণদা পল্লিবা অসিগা নারদ পুরাণদা পল্লিবা অসিগা অমত্তা ওইনা তৌই। অদুবু স্কণ্ড পুবাণদা পল্লিবা অসিবুদি খর কুপথনা নৈননিংঙাই ওই। স্কণ্ড পুরাণগী ৱারী অসিদি শাংমনবা মরমদগী হাপচদ্রে।স্কণ্ড পুরাণমক নত্রগসু শ্রীমিশ্রাগী The cult of Jagannath কৌবা লাইবিক (লাঃ ৭৬-৭৮) পাবগা অদুম খণ্ডবিগনী। অদুগা মপূঙ ওইবা ৱাবী পবিংদি করম্না শ্রীবিষ্ণু ভগবাননা দারুগী মওংদা লৈবম্বদগী ভগবানগী লাইফাওদগী মূর্ত্তি অহুম অসি শাখিবনো হায়বা অদুনা মপূঙনি। মহারাজ ইন্দ্রদ্যুম্ননা করম্না মূর্ত্তি অহুম অসি শাদুনা লাৎখিবনো হায়বদু হঙ্জিন্না হায়বা থেক্লগদ্রা অমসুং পাবিরিবশিংগী স্বার্থ মাঙগদ্রা হায়বগী কিজবা অমসু লৈজবে। অদুগা তশেংনা হাযজবা তারবদী স্কণ্ড পুরাণদা ইরিবশিং অসিদি মহাভারত অমসুং অতৈ পুরাণশিংদা ইখিবশিং অদু পুল্লপ খোমজিল্লগা ইবা ঙাক্তনি। স্কণ্ড পুরাণদা ভগবান পুরুষোত্তমগী

---

* পদ্ম পুবান পাতাল খণ্ড ১৮ শুবা অধ্যায় পুম্নমক।
(The Cult of Jagannath app 75-76)

ব্লাবী লীবকপদা, অতৈ পুবাণদা পন্দবা অমসুং খেন্নবা খবদি উবা ফংই। মদুদি, পদ্ম পুবাণদা পুরুষোত্তম অসি ভীল জাতীশিংনা লাংলী হায়বগী মহূত্তা, শাববশিংগী দেবতানি হাযদুনা স্কণ্ড পুবাণ-না পল্লী। অমবোমদা হাযবগা বিশ্ববাসু কৌবা শাববগী নিংথৌনা মূর্ত্তি অসিবু শ্রদ্ধাগা লোযননা লাংলম্মী হাযবা অসিনি। অদুগা মহাভাবততা শীজিন্নবা ব্রাহৈ, বেদীগী মহূত্তা স্কণ্ড পুবাণদনা মহাবেদী অন্তববেদী হাযবা বাহৈশিং অসি শীজিন্নৈ। পুবীগী মন্দিবগী মহাবেদীদা লেঙশিল্লিবা মূর্ত্তি অসি মবিনি চতুর্থা মূর্ত্তি অসুম্না পল্লী। বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথদা কৎলিবা মন্ত্রশিং অসিসু তোঙান তোঙাল্ল মথং মনাউ নাইনা (পুরুষসুক্তা, দেবীসুক্তা অমসুং অষ্টিকাযাবা) হাযবা মন্ত্রশিং অসিনি হাযবসি স্কণ্ড পুবাণদা পল্লী। অদগা মূর্ত্তি অহুম অসিগী বর্ণ, মখোযনা থোল্লিবা যিজেৎ নমথা, অসিস যেংশিনবদা মতৌক ওই। অদুগা মূর্ত্তিশিং অসিগী মওং মতৌ কবম কবম তৌবা হাযদনা স্কণ্ড পুবাণদা পাল্লবা অসিসু নৈনবদা যাম্না কান্নি ওই ওই।

সংস্কৃত লোন্দা ইবা অতৈ অতোপ্পা লাইবক খবদসু পুরুষোত্তম ধাম, পুরুষোত্তম, সুভদ্রা অমসুং বল্লভদ্রগী মবমদা থেংনৈ। মখোযশিং অদুদি বাচস্পত্য সুত্রম, কপিল সংহিতা, তীর্থ চিন্তামনি, ক্ষেত্র মহাত্ম্য, নীলাদ্রি মহোদয, পুরুষোত্তম চন্দ্রিকা, রুদ্রযামালা, তন্ত্রযামালা, পুরুষোত্তম তত্ত্ব, সৌভাগ্য মুঞ্জুষা, অসিনাচনবা। অদুবু নীলাদ্রি মহদয নওনা, পুরুষোত্তমগী বাযম অসিদী স্কণ্ড পুবাণদা পাল্লবা অদুগা অক্মা ওইনা অদুম তৌই। অদুনা লাইবিককশিং অসিদা পল্লিবশিং অসিদি স্কণ্ড পুবাণদা পাল্লবশিং অসিগা পওখেন খেন্নদে।

পুরুষোত্তম জগন্নাথকী পূজা পদ্ধতী কযাগী মবমদা নীলাদ্রিমহদযদা যাম্না ফজনা ইবি। স্কণ্ড পুবাণদা লাবিবা বাবা পাবংগী মতুংইন্না, শ্রীমান্দব অসি শাগৎলবা মতুং নুমিৎ ১৪ না চোঙ্গবগা সপ্তমূর্ত্তি নত্রগা মূর্ত্তি তবেৎ চোংথোবকখি। মখোযশিং অদদি পুরুষোত্তম জগন্নাথ, বল্লভদ্রা, সুভদ্র, সুদর্শণ, মাধবা, শ্রীদেবী অমসুং ভূদেবীনি। অকোনবগী অহুম অসিদি স্কণ্ড পুবাণদা হান্না যাওখ্রবা মবা অদুগা মথক্তা হাপচিল্লকপনী। নীলাদ্রি মহদযবু ইবাবিবা অসিগী বাখলদা পুরুষোত্তম পীঠ বু সপ্তবর্ণ পাঠ ওইহন্নিংলম্নদগী ওইবম্বসু যাই। মবমদি, অদুম্না তৌববদি তাপানীজদা যাওববা বৈকুণ্ঠ ধামগা সপ্তবর্ণদা যাওববা বৈকুণ্ঠ ধামগা মান্নহনবা যাগান।*

---

*মাত্ত চিন্তামান অমস পুরুষোত্তম তাপান অধ্যায ২ শুবা লাঃ ৭

মূর্তিশিং অসিগী মওং মতৌ বর্ণনচিংবা কযা হান্না ইবম্বা লাইবিকশিংদা কযা থেংনদে। অদুবু নীলাদ্রিমহদয কৌবা লাইবিক অসিদদী থেংনৈ। মসি শ্বওজিনবদা যাম্না নুংঙাইনীঙাই ওই। মসিদা শ্রীজগন্নাথকী মওং-মতৌ কমদৌবা কবম্বা মওংঙী মূর্তি খূৎশানো হাযবা অদু তাক্কে। লাইবিক অসিগী মতুংইন্না, ইবুঙ্ঙোগী বর্ণ (কুচু) অসি অতিযা মচুগুম্না নীম মচু মাল্লী। নযন (মীৎ) না থম্বাল মনাগুম্না কোযদানৈ। স্কণ্ড পুবাণদা হাযবা অদুগা যাম্না খেন্নবা, জগন্নাথ অমসুং বল্লভদ্রগী পাম্বোম অনী পাল্লী। অনী অমনা লোত্তুনালৈ। বল্লভদ্রগী চবণ অনী ডদে গুপ্তপার্দান অদুগা মকোক তবেৎ লোঙবা লীলনা কোকথক্তা খাল্লী, অদুগা বর্ণ (কুচু) না কুন্দ নত্রগা' থা নত্রগা মেইবুংগুম্না ঙৌশ্রোক ঙৌই। নযন (মীৎ) না থম্বালগুম যুংশাংনৈ। সুভদ্রাগী খূৎনা মখাদা থাধে, যাইঙং মচুনি। সুদর্শণগী মূর্ত্তিদ যুম্বিগুম্বা, মাদ পূক্লিং হকচাং লাকাশনবা ৬ম্বা জীতেন্দ্রিযনী অদুগা অতৈ মূর্তি মচা মচাশিংদি মওং অমও ওইনা তৌবগুম উই।

উবিহ সাহিত্যদা জগন্নাথকা মবমদা কবি কাব ইবম্বগে হাযবদু নৌনবমদবা গোক্লেবদি অবাৎপা অমা হাযবদু ওইবগনি। মবম অদুনা মাধকৈ অসোমদা অমুক এখোয যেংশিনবা যাই। মতাং অসিদা খৃষ্টগী শতাব্দী ১৫ শুবা অদুবাইদা শাববী নাবাযণ কৌবা শাববাশংগী পিবা অহলনা পানবা মতমদা শাবলা দাস কৌবা পণ্ডিত অমনা মহাভাবত* অমা ইবম্মী। শাবলা দাসনা জগন্নাথ উপাসনা অসি মাধব নত্রগা নীলামাধব, অদুগা থাযনঙৈদা শাববশিংনা শাববী নাবাযণ হাযনা খঙনবা অদুদগী হৌবকপনি হাযনা ইবম্মী। বাবী অদুদি অসুম্না তৌই ঙবা শাববগী মচানীপা বাসু শাববনা (বিশ্ববাসু) মখোযগী কাঙলূপকী ওইবা পাবী পূবাগী লাই মাধবকী নৃঙগী মূর্তি অসি লোন্না কনা খঙহন্দনা লাচ্চবম্মী। লোন্না পূজা তৌবা অসি মাধব কৌবা ইবুঙ্ঙো অসিমক্কী যাথংদগীনি হাযনা লৌনৈ, মবমদি কলি যুগতদী মহাকপ্ (লাই অসিবু) লোন্না-থূপ্না পূজা তৌবা অসি পামজৈ; অবোনবা অসি কবিগুম্বা মযামদা তাকথোক্লেবদি মাগী শগৈ পূম্নমক মাঙহনগনি হাযনা বাস্ (নিংথৌ) দা কিহল্লম্মী। শাবলা দাসনা অসিগী মতুংদা কাঞ্চীগী নিংথৌ গালমাধবকী বাবী অমস অমুক পূশিল্লকখি। নোংমা বসু হাযনা মিঙৌবা নিংথৌগী বাজ পূবোহিতনা শাবব পল্লীদা নীলমাধব কৌবা ইবুঙ্ঙো অমা লোন্না-থূপ্না লাংলি হাযনা নিংথৌদা পাউ তম্লম্মী। গালামাধব নিংথৌনা মাগী পূজাবী বসুবু নীলমাধবকী লৈফম থিকনবা থাখবম্মা। বসুনা বসু শাববাগা মকপ শাশিন্নবে অমসুং লাইফম অদু তান্না মমাৎ খুমজিল্লগা।

* শাবলাদাসনা ইবা উবিযালোনগী মহাভাবত, মুশালী পর্বব পূম্নমক।

পুদুনা চৎমিন্নরে। অসুম্না চৎপসিদা মপূক ফত্তবা গালমাধবকী পূজারীনা লম্বীদা চেও-হৱাই খর থাদ-খাদদুনা চৎলম্মী। অসুম্না মহাক্না কোন্না অমুক লোন্না লাকপা য়ানবা লম্বী ফাৎলগ্রে। নীলমাধবকী অরোনবা লৈফম অদু গালমাধবনা মাগী লাইগী পূজারী বসুদগী খণ্ডোক্লবা তুংদা, লাই অদু মাগী ওইরগে হায়না নীওলদুনা শাবর পল্লীগী মথক্তা লান্দানবা লাম্নী পুদুনা চৎলম্মী। অদুবু অণ্ডকপা হায়দুনি লাই অদুদি লৈরমদ্রে। নীলমাধব ভগবান-না জরা (বসু শবরগী মপা) দা ভগবান মশামক বুদ্ধ ওইনা নীলগীরিদা অবতার তৌগে হায়রম্মী। লাইফমদগী মাণ্ডখিবা লাই অদু তাকউ হায়দুনা গালমাধবনা শাবরশিংদা লান্দারে। অকনবা লাম্ছেংনরে অদুগা মীকোক অমখক্তং নত্তনা শাবর পূম্বা তুম্না হাৎলে। হিংহৌরিবা মী অদুনা শাবর পূম্নমকপু তুম্না হাৎপা গালমাধবতা, মাগী বংশ পূম্নমক মূৎপা ওইসনু হায়দুনা শাপ তৌরে। চৈরক অসিদা লৈহৌরিবা শাবর অসিদি ভগবান্দা শ্রদ্ধা য়াম্না লৈবা মীনি। মাবুদি হাৎপা য়াদে হায়দুনা আকাশতগী লাউথরক্লে। অসুম্না গালমাধবকী ৱারী লোইখ্রে। মখাগী ৱীদি ইন্দ্রদ্যুম্ন মহারাজগী ওইনা শমথরক্লে।

ইন্দ্রদ্যুম্ন বিষ্ণুবু য়াম্না থাজজবা মীশক অমা ওইরম্মী। অদুনা কৃষ্ণ উপাসনাগী মরমদা জরাগী মফমদগী তাজবদগী মণ্ডোন্দা অণ্ডকপা ইথিল অমা ফাওখ্রে। পুরীদা লৈবা ঘমেশ্বর মহাদেবদা পূজা কচ্চরবা মতুংদা মহাক্না মন্দির শাবা লোইশিল্লম্মী। অদুবু মন্দির অসিদা করম্বা মূর্ত্তি লেংশিনগদগে হায়বা অসিদা মাগী চিন্তা ওইরম্মী। ইন্দ্রদ্যুম্ননা জরাগা ৱা তানরম্মী অমসুং জরানা বিষ্ণু ভগবানগী তঙ্খায়দং মৈ চাকথোকখ্রবা দেহ (হকচাং) অদু রোহিনী কুণ্ডদা লৈরি হায়দুনা হায়রম্মী। জরা (শাদানবা) গী তেন্না পাল্লবা শ্রীদেহ অদু মৈ থাবদা, মৈনা লোইনা ৱায়দ্রিবা হকচাং অদু সমুদ্রদা লংথোকখিনবা আকাশতগী য়াথং অমা লাউথরক্লম্মী। পূম্নমক তুমদ্রিবা শ্রীকৃষ্ণগী দেহ অদু অসুম তাউথরকপনা রোহিনী কুণ্ডদা মীয়াম হৌদুনা হোৎনবদা রোনীহি কুণ্ডদগী লৌখৎপা ওমদ্রবা তাঙ্গাদা, শ্রীকৃষ্ণনা ইন্দ্রদ্যুম্নগী মমণ্ডদা "মহামেরু-গুল্লবা" দারু অসি অচম্বা উকক্ নত্তে শ্রীকৃষ্ণমক্কী পিণ্ডনী (হকচাং) নি মসিবু লৌখৎকে হায়রবদী জরা শাবরগা বাসু ব্রাহ্মণগা অনী পূন্না থাদুনা লৌখৎহল্লুচো হায়রম্মী। মণ্ডতাক অসীমক ইন্দ্রদ্যুম্ননা ইল্লে। "জরা" অমসুং "বাসু" অনীনা দারু অদু সমুদ্রদগী লৌখৎপা ওল্লে। মতাং অসিদা ওক্লিংওই ওইবা ৱাফম অমদি - মী লীশিং-লীশিং হৌদুনা চিংখৎপদা ওমদ্রবা দারুবু সভ্যতা মান্নদবা মীওই অনী হায়বদী আর্য্য অমসুং অনার্য্য অনীখক্তনা পূল্লগা লৌখৎপা ওমখিবা অসিনী।

দারু অসিদগী করম্বা মূর্ত্তি শাগদগে হায়বা অসিদা ইন্দ্রদ্যুম্নদা য়াম্না চমম্নবা অমা পোক্লে। মবম অদুনা মহাক্লা ভগবানগী য়াথং অমুক নিরক্লে। মমঙদা ভগবান লেঙবিরক্লে। জরাবু মূর্ত্তি শাহল্লু হায়না তাকপিবম্লে। ইন্দ্রদ্যুম্ননা হায়জবা মতুংইন্না, জরানা মূর্ত্তি শানবগীদমক মন্দিরদা চঙম্লে। মূর্ত্তি শাবা অসিদা ফীভম য়াম্না শোক্রবা ব্রাহ্মণ অহল অমসু যাওবম্মী। দাক অসিদগী খ্বাইদগী চাউবা অমা, য়াইমরপ্পা অমা অমসুং খ্বাইদগী পীকপা অমা, অসুম্না মূর্ত্তি অহুম শাবে। লাইশাবগী নুঙথং মখোল তারক্লবদা ওইহৌমদ্রবা ইন্দ্রম্যুম্ননা হোৎচিনখিদুনা মন্দিরগী থোঙ অদু খংহাং হাংদোক্লুবে। ইন্দ্রদ্যুম্ননা তোঙান-তোঙানবা বর্ণ (মচু) গী মূর্ত্তি অহুম - অঙৌবা, নাপু-মচু অমসুং অমুবা মচুগী মূর্ত্তি অহুম বেদীদা লৈবা অদু উকবে।

জবাগা লোযনবিবা ব্রাহ্মণ অদুদা মূর্ত্তিশিং অদু কবি-কবিনো হাযনা ইন্দ্রদ্যুম্না হংবদা, ব্রাহ্মণ অদুনা, অঙৌবা অসিনা শিবনী; নাপু অসিনা ব্রাহ্মানি অদুগা অমুবা মূর্ত্তি অসিনা ইবুঙ্গেঙা শ্রীকৃষ্ণমক্নি হাযনা খুল্লম্মী। সাবলাদাসনা মূর্ত্তি অহুম অসি সত্ত্ব, বজ,তম ঃ ত্রিগুণগী প্রতিক খুদমনি হাযনা মাগী মত পী। অদুগা মহাক্না লীবা ৱাবী পবিংগী মতুংইন্না ব্রাহ্মানা সুভদ্রা ওইনা নুপীগী শক্তম লৌবিবা অসি মর্মাঙ্গেঙদা ব্রহ্মা মশামক্কী শাপ অমা লৈবননী হায।* মূর্ত্তি অহুম অসি কবম্না পূজা তৌগদগে হাযবসু ইন্দ্রদ্যুম্নদা তাকপিবম্মী। সাবলাদাসনা মাগী লাইরিবক্তা অসুম্নসু ইবি মদুদি ঃ- জবাগী থাবা-নালানা দৈত্য হাযনা খঙনখি অদুগা বাসুগীনা ব্রাহ্মণ পূজাবীশিংনি। হার্যবিবা কাঙলূপ অনীমক অসি জগন্নাথকী মন্দির সেবাদা পূন্না অসুম তৌমিন্নবি।

নীলাম্বর দাসনা ইবা দেউলাতালা হাযবা লাইরিক অসিদনা মথক্তা পনখ্রিবা অসিগা খব ওন্ন তৈনৈ। হন্দক্কী লাইরিক অসিদনা মালব দেশকী নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্ননা বিদ্যাপতিবু মূর্ত্তি অসি থিকনবা থাবকপগী মতাঙদগী খংহৌ হৌবে। শাববগী পিবা অহল বিশ্ববসুগী মচানুপী ললিতাগী মতেংদগী, বিদ্যাপতিনা মূর্ত্তি অদু থেংনবে। পাউ অসি তাবদা, ইন্দ্রদ্যুম্ননা লাম্মী তেঙ্গোল অচৌবা অমা পুদুনা উবিষ্যাদ লান্দবক্লে অদুগা বিশ্ববসুগা কক্টক জীলাগী বাক্কী হাযবা মফম অদুদা উনবে। মখোয অনী মরূপ শান্নবে। অদুবু নীলমাধবতী মাঙখ্রে। ইন্দ্রদুম্ন নুমিৎ ২১ নি চবা হেল্লে। মদুদা পেল্লদুনা নীলমাধব ইন্দ্রদুম্নগী মমঙদা ফাওবক্লে। সমুদ্রদা তাউদুনা লৈবিবা দাক (উকক) অদু লৌখৎলু অদুগা বিশ্বকর্ম্মাবু মূর্ত্তিশিং শাহল্লু হাযনা তাকপপিবম্লে। বিশ্বকর্ম্মানা মূর্ত্তি শাবা

* প্রেমভক্তি ব্রহ্ম গীতা ৫ শুবা অধ্যায় অমসুং বসকল্লোল লাঃ ১ (প্রচি ইডিদন)

লোইদ্রিফাও থোঙ হাংদোক্কনু হায়নসু তাকপিরম্লে। অদুবু মাগী মহারানী গুণ্ডিচানা তকশিনবদগী হায়নখিবা মতম শুদনা থোঙ হাংদোক্কুরে। অসুম তৌদুনা মূর্তি অহুম হায়বদি :- বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথ অহুম্মক্কী তঙ্খায়দং লোইশিল্লীবা অসিনি হায়না নীলম্বর দাসকী লাইরিক্তা ইরি।

গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংগী ৱারীনা ময়াম অসিদগী অমুক থৈনরে। নোংমা শ্রীকৃষ্ণগী পট্টমহিশি নীপালনা নন্দগী শঙ্গায় মনুং ইচন-চনবা কাদা বৃন্দানা (খর অমনা রোনিহিনি অদুগা খর অমনা দেবকীনি হায়নৈ) ইবুঙ্ঙো কৃষ্ণগী লীলা ময়াম্বু লীবা অদু তারম্মী। অতৈ অতোপ্পা নীপা অমত্তা চঙ্ঙহল্লকপা য়াদে হায়দুনা সুভদ্রাবু থোঙ শঙদুনা লৈহল্লম্মী। বৃন্দাবনগী লীলা অমসুং গোপীশিং অসিগী মতিক-মগুণ কয়ামুক লৈবা; হায়বগী ৱারী মতাং চত্থরকপা অদুৱাইদা, কৃষ্ণ-বল্লরাম থুংলরে। ইমুং চঙগে তৌবদা সুভদ্রানা থিংলে। ইমুংদা লীনরিবা ৱারীশিং অদু তাবদা- মহাভাব অমসুং সাত্ত্বিক বিকারগী মখল নীপাল য়ৌরকপগী অদুৱাইদনী; ঙাঙন-শক্করিবা ময়াম অদু তারিবা সুভদ্রা অমসুং মবুং অনীমক পঙশুম শুক্ষৎখ্রে। মখোয় অহুমগী শাওং-শাদাদা অহোংবা কয়া লাক্লে। মখোঙ-মখূৎ খূদিংমক অসুম অসুম পীকশিনখ্রে। ভক্তিগী ওইবা ৱাফম কয়া অদু তাবদা ঙকখিবনা মমিৎশিং অদু লাওথোরক্লে। রাধাগী মহিমা তাবা মতমদদী মখোয়গী অবয়-মূর্তি হোংবগী পৌখ্লে য়ৌরে।

অসুম্না অঙকপা ফংলবা, অৱাংবা থাক্কী ভাব-না লাকহত্তুনা মমীৎ লাওথোকপা, মখোঙ-মখূৎ য়াওদ্রবা কৃষ্ণ-বলরামনা নাক-য়েৎ লৈবগা সুভদ্রানা' য়ায়দা লৈরম্বা মতাঙ অসিদা নাবদ মুনি থুংলরে। অসুম্বা ঐশ্বরীক (devine) ওইবা ফীভম অসিদা, নারদনা মখোয় অহুমগী মখোঙদা তুরদুনা, অসুম্বা মূর্তিশিং অসি কলি যুগকী মীয়ামদা দর্শণ পীনবিয়ু হায়না নিজরম্মী। নারদনা হায়জবা অসি তাবিরদুনা, কলি যুগতা নীলাচল (পুরী) দা মূর্তি অহুম অসিমক উবা ফংগনি হায়না তাকপিরম্মী। অসুম্বা পৌরাণীক্কী ওইবা থৌদোক অসিবু কাহ্নাই খুন্তিয়না মাগী লাইরিক মহাভাব প্রকাশ (অধ্যায় অহুমশুবা) দা সনাতন গোস্বামীগী বৃহৎ ভাগবতামৃতদগী লৌথোক্লুনা ইরম্মী।

মন্দির অসি শাবা অমসুং মূর্তিশিং অসি স্থাপন তৌবগী মতাঙদা শিশুকৃষ্ণদাসনা ইবা দেউলতোলা হায়বা লাইরিক অদুদসু খরমখৈদি ইরি। ৱারী মপুঙদী মথক্কী অসিগা চাউবাক্কা মান্নরবসু ইন্দ্রদ্যুম্না নীলমাধবকী মূর্তি থিবদা কয়ামুক ৱাখিবা হায়বা অদু লাইরিক অসিদা ইরি। ইন্দ্রদ্যুম্ননা থাখিবা পাউ লৌবা কাঙবু মরিগী মনুংদা, বিদ্যাপতিনা বিশ্ববসুগী মচানুপী ললিতা লৌদুনা লীলমাধবকী লৈফম থেংনরে অদুগা নীলমাধবসু মহাকপু দারু-

ব্রহ্মা ওইনা নীলগীবিদা পূজা তৌজৌ হায়না তাকপিবক্লে। তাকপিবম্বগী মতুংইন্না, ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা মন্দিব শাবে অমসুং পশুধাব তৌনবা ব্রহ্মাবু স্বর্গদগী লেঙথবিবকউ হায়জবে। ব্রহ্মা লেঙলকপদা মতম যাম্না চঙখিবা মবম্না মন্দিব অদু লৈঙোইনা হাজিন্দুনা লৈখ্রে, মমৈদা গালমাধব নিংথৌনা লৈঙোইনা হাজিল্লবা মন্দিব অদু শেংদোক্লে। অদুগা, মন্দিব অদু মানা শাবনি হায়না কন্না হায়জিল্লক্লে। অসুম্না ইন্দ্রদ্যুম্ন অমসুং গালমাধব অনীগী মবক্তা কন্না খংনবে। মসিগী বাযেলদী ব্রহ্মানা তৌবে। অচুম্বা অদু খঙদোক্লবা "কাক ভূষণ্ডা" কল্পবট তা চত্তুনা হংলুবদসু ইন্দ্রদ্যুম্ননা শাবনি হায়বক্লে। অদুদগী অমুক ইন্দ্রদ্যুম্ন পৃথ্বিদা চংখিদুনা মদুদা লৈবিবা লায ওইববা থেঙ্গু মযাম অদুদসু হংলুবে। ইন্দ্রদ্যুম্ননা শাবা তশেংবনী. মন্দিব অসি শাবণা নৃগু তেনবদা মখোযগী মনঙ্গন অদু নৃগুদৌনা কল্লবান। অদগা নৃগু অমবস্ তেল্ল হ যবক্লনী হাযবা কিবদগী পৃথ্বি আসদা থেঙ্গ এন্দুনা লৈবির্বানি তাক পবক্লে। অসুম্না গালমাধব মার্যাথিববদ ব্রহ্মানা লাইশংগ অদু পশুধাব তৌবে। মৃত্যুশং লেঙাশল্লবা তংদা ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা বব মাবিথক নিংথি। ববশিং অদুদি অহানবদ, বিশ্ববসুগা মচা মশাশং আস দেওতা হানা কৌদুনা জগন্নাথকা যিডেং লৈতে, মক ওইনা বথ যাত্রা অমসুং অনবসবাদা থৌদাং য জবা ওইসন। অনাশুবা ববনা লালতাগা ধ বা নালাশিংনা সুআব (শুপকাব) হায়না খঙনদ। জগন্নাথকী লৃকতৌবা পুজাবা হায়বদু ওইসনু, অহুম শুবা ববনা বিদ্যাপতিগী থাবা নালানা, জগন্নাথকী পূজ কংপ শংভাবা ব্রাহ্মণ ওইসনু, অদুগা মনি শুবা ববনা মাগী চাদা নাওদা লৈববদি ইবুঙ্গোগা মন্দিব আস মপা মপগী ভাবিবক্তান অদুনা মচা পোকতনবিগনু হ যদুনা নিজেবকপা ববাশং অদ হংলানা ইন্দ্রদ্যুম্না হাযবগ জগন্নাথনা লোইনা পানাবখি। অসুম্না ইন্দ্রদ্যুম্নগা মশাগী ওইজনা থাদোকপা ত সিগী দম্ক্তা শিশুকৃষ্ণদাসনা থাগত্তনা হাব।

জগন্নাথ দাসনা হবা "দাব ব্রহ্ম গীতা" দা মথক্কী বাবীশিং আসগা খব থেনবপ তৌনা অসুম্না হবি। মদুদি, জবা কৌবা শাদানবগী তেন্না পাল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং অদু কবম্না পোংলেইশগে হায়না খল্লম্মা। মতাং অদুদা সহদেবনা, নালগাবি চাওগী মনাক্তা লৈবা স্বর্গদ্বাব তান্না পুবগা পোংলোহকসি হায়না ব্রাবেপ তাবে। শ্রীকৃষ্ণগী অশিবা হকচাং অদু জবাচন্দনগা কায শাবগা পুব ক্তনা নীলগীবি যৌবে। নীলসুন্দব কৌবা জঙ্গলদগী জাবচন্দন থিকদুনা চিতা শেল্লগা সংস্কাব তৌবে। অদুব শ্রীকৃষ্ণগী খোঙগা খৎকা চাকথোখত্রগা লেমহৌবা হকচাংগী শরুক অদুদি মৈদা তৃপ্মু হাযবা ইযামক যাদ্রে। মতাঙ অসিদা আকাশবাণী অমা লাক্তুনা, শ্রীকৃষ্ণগী অবেম্না হকচাং অদু সমুদ্রদা থাদখ্রো

হাযবক্নে। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণগী পিণ্ড অদু পুরী তম্না সমুদ্রগী ঈশিংনা চেন্থখ্রে। মসিবু রসুনা খ্বাইদগী ইহান-হান্না থেংনদুনা খুঙ্গৎলগা বোহিনী মনাক্তা লৈবা খোংনাং পাম্বী অমগী মনাক্তা থমখি। মতৈ অতোপ্পা ৱাবীদি মথক্কীশিং মসিগা চপ মান্নবে।

মথক্তা পনখ্রিবা সংস্কৃত অমসুং উরিয়া সাহিত্যশিং অসি পূৰ্ববা অমত্তা ওইনা যেংবা তাববদা পুরুষোত্তমগী শ্রীমূর্ত্তিশিং অমসুং শ্রীক্ষেত্রগী মন্দির অসিনা ইন্দ্রদ্যুম্নগা মরী ইবৈদ লৈনবে। মতৈ অতোপ্পা মীশক পম্নমক থাদেক্লগা ইন্দ্রদ্যুম্নতবু জগন্নাথকা মরী লৈনহল্লবা কবিগীনো হাযবসি ইতিহাসকী অমসুং পরমপরা (Tradition) গী মিৎযেংদগী যেংবা যাই। মহাভারত্তা খণ্ডদে উপনিষদকী লাইরিককাশংদা খণ্ডদে ইন্দ্রদ্যুম্ন হাযবসি মতিক মগুণ লৈবতা নত্তনা ধর্ম্ম লৈবা মীশক অমা ওইনা অদুম যেক্লপ্নে। অদুনা, পুরাণ গ্রন্থকর্ত্তা কয়ানা শ্রীজগন্নাথবু নিরূপন তৌদনা পজা কৎপা তৌবসি ইন্দ্রদ্যুম্ননা পাঙথোকহনখিবা ওইনা তৌরে। মতাক্কী মতের মযাই অসি কয়ামুক চাউরগে হাযবসি নিঙ্গশিংহন্নবা "ইন্দ্রদ্যুম্ননা .... দীপদান শ্রাদ্ধে ....." হায়না খণ্ডনবা মেলা অসি পাঙথোকই। অসুম্না মতাব অসি Legendry figure ওইনা লৌনরে। অদুবু ইতিহাসকার খরনাদি মহাকপ ... মীশক অমা ওইনা লৌনিঙই। খুদম ওইনা Buckingham না মহাকপু পাল শাগৈ ... বোরিনা নিংথৌনি হায়না মতৌ পীবি, অদুগা অমরোমদা V A Smith না পাল শাগৈগী ইন্দ্রদ্যুম্ন ... কৌবা নিংথৌ অমনি হায অসিনাচিংবা। অদুবু পুরাণশিংদাদ মহাক অসি ম... অবন্তি দেশকী নিংথৌনি হায়না অমত্ত পন্দে। দারু ব্রহ্ম ... ইন্দ্রদ্যুম্ন হাযবসি মীশক মীওই নাইনা লৈনম্বা নত্তে, নিংথৌ শাগৈ অমগা মিংথোনহনরর অসিনা খন চমগদ্রা হায়না কে. সি. মিশ্রনা মত পীর।* অসুম্না, যযাতি ... ইন্দ্রদ্যুম্ন অনীশুবা, অদগা ... শাগৈগী রামচন্দ্ররেব অসিনা ইন্দ্রদ্যুম্ন অসুম্ন মিংহন ... । হায়নবা নিংথৌ ... মন্দির অসি শারদা অমসুং মন্দির অসি স্থাপন তৌবদা শঙ্কর যাখিবা ... ।

... সাহিত্যকারশিং না "দারু" অসি শ্রীকৃষ্ণগী তঙ্গ্যায চাকথোক্লবা দেহ অদুনি হায়না ... মরী থম্মিংবগী মরমদি দ্বাপরগী শ্রীকৃষ্ণ অদুমক কালযুগকী জগন্নাথ অসিমক্কি হাযবসি উৎনরগীদমক্তনি। অমরোমদা হায়রগা জগন্নাথ অসি শ্রীকৃষ্ণ অদুমক্কি হাযবসিনী। অদুগা মখোযনা পুরিবা ভাব অসিমক বিষ্ণু পুরাণগী অহৌবমক্তা কৃষ্ণ, জগন্নাথ নত্রগা পুরুষোত্তম অমত্তনি খেন্নদে হাযদুনা ইবি। মদুদি ঃ

* The Cult of Jagnnatha - by K C Misra p33

"কৃষ্ণ কৃষ্ণ জগন্নাথ যানে ত্বম পুরুষোত্তমঃ"

পরম্পরাগী ওইনা চৎনরকপদা বিশ্ববসু হায়বা অসিমগা অদুম শাগোন্নদুনা লৈরে। অতোপ্পা ৱাফম অমনা জগন্নাথগা শাবরশিংগী লাই-শিংগা মরী-লৈনবা অসিনী। শাবরশিং অসিবু ঐতরেয় ব্রহ্মনা বিশ্বামিত্রগী শাপ ফংলবা মচা-মশৃশিংনি হায়না লৌই। অদুগা, বিশ্বকর্ম্মনা মূর্ত্তিশিং অসি শাখিবনি হায়না পুশিল্লক্লিবা অসিনা জগন্নাথ অসি আর্য্যশিংগী মায়কৈরোমদা চিংশিল্লক্লবনি। অদুগা মূর্ত্তিশিং অসি লোইশিন্দনা থল্লম্বগী মরম অসিনা, তাইবঙ মীওইবনা নীর্গুণ ব্রহ্মবু চপ-চানা শাবা ঙম্ফম থোক্তে হায়বা অসি উৎনবগীদমক্তনি।

জগন্নাথ উপাসনাগা শাগোন্নবা ৱাবী অসি ভারত পূম্বতা নত্তনা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা শন্দোকখ্রে। খব শম্পৎনা পঞ্জরবদা জগন্নাথকী পরমপবা ওইবা মওংশিং অসিগা মান্নবা কয়া অতৈ অতৈ লম কয়াদা মকওইনা জভা অমসুং বালী, ব্রহ্মাদেশ (ম্যানমার), নোংপোকলোমগী দ্বীপ কযাদা, অমসুং শ্রীলঙ্কাদা থেংনৈ। তৌবদবু জগন্নাথকী মূর্ত্তি লিংখৎপা অমসুং শাবগী মহুত্তা বুদ্ধদেবগী মূর্ত্তি শাবগা মরী-লৈনৈ।* মসিদগী খঙবদী জগন্নাথদেগী ৱাবী অমসুং প্রভাব অসি অতৈ অতৈ লৈপাক্তসু শন্দোকখে; ভারত-সভ্যতাগী মমি অসি অতৈ লৈপাক্তসু তাখ্রে হায়বসিনী।

অতোপ্পা চৎনরকপা ৱাবী অমনা - ভগবান জগন্নাথ অসি সূর্য্যদেবতা (নুমিৎ) কৌবা লাই অদুনি হায়নৈ। অদুনা উরিষ্যাগী সমুদ্র খোঙবান্দা নুমিৎ পূজা তৌবা অসি থায়নঙৈদগী চৎনরক্লে। ভগবান জগন্নাথ অসি সূর্য্যদেবতামক্নি হায়রি। খালিকোতে হায়না কৌবা তালুক্কী মনূংচন্না লৈবা সুমণ্ডল হায়না কৌবা মফমদগী কোরী-কোম্পাক অমা ফংই। মদুদা ইরিবা ধর্ম্মরাজ কৌবা নিংথৌ অসি সূর্য্যদেবতাবু নীঙই হায়দুনা ইরি। মহাক্কী মিংথোল সহস্ররশ্মীপাদ ভক্ত হায়বসি পীরম্মী অমসুং মহাক্না ব্রাহ্মণ কয়াদা লম কয়া দান তৌরম্মী। অসুম্না জগন্নাথ উপাসনা অসি নুমিৎপূ পূজা তৌবগা অম্মানী হায়দুনা প্রমান তৌনিংঙাই ওইবা মচাক কযামুক লৈরি - মসিগী মতাঙসি লাইরিক অসি চাউমনখিগদ্রা হায়না কিবদগী পঞ্জদ্রে।

পরম পবাগী ওইবা কয়াদা অমসুং ইদুনা থল্লম্বা লাইরিক কয়াদা ভগবান পুরুষোত্তম নত্রগা জগন্নাথ অসি অশেংবা লাইনী অদুগা পুরুযোত্তম ক্ষেত্রবুনা পূজা তৌনফম অমসুং দর্শন তৌনফম ওইবা তীর্থস্থাননী হায়দুনা হায়রি। মসিগী মরম করিনো

* খব কুপথনা খঙবিনীংলবদি K C Misra গী The Cult of Jagnnatha গী লাঃ ৮৪-৮৬ ফাওবদা য়েংবীয়ু।

হায়না হংনিগুওাই ওইবা ৱাকম্নি। শম্না হায়রবদা জগন্নাথ হায়বদি পুরুষোত্তম অসি "তাইবঙপান্বগী মপূনী অমসুং স্বাইদগী মগুণ লৈবা" লাইনি হায়রি। (ভগবতগীতা অধ্যায় ১৪, শ্লোক ১৫)। হৌজিক হৌজিক সেবা চংলিবা নত্রগা পূজা তৌরিবা হায়গদ্রা মূর্ত্তিশিং অসি সুদর্শণ থারগা মরিনি। ভারতকী পাঞ্জিকা (computation) গী মতুংইন্না, চহী ১২/১২ না যুগ অমমম শাই। অদুনা চহী ১২ খূদিংগী মূর্ত্তিশিং নৌনা অমুক শিন্দোকই অদুবু মূর্ত্তিশিং শারিবা উ অসি নৌনা শিন্দোক্রবসু, মখোয়গী মওং মতৌ, পাক-চাউবদি করি অমত্তা খেন্নহন্দে। অদুনা মূর্ত্তিশিং অসিগী শাওং-শাদাদা অকায়বা অহোংবা করি অমত্তা লৈতবা মরম্না হান্নগী মৈহৌরোন্দগী লৈরকপা অদু করি অমত্তা কায়দনা যুগ যুগ কয়াদগী লেঙদনা অসুম লৈরক্নি। মূর্ত্তিশিং অসিবু শারিবা উ হায়বদি "কলেবর" অদু হোংজরবসু মূর্ত্তিশিং অসিগী মওং-মতৌ, খূদম অমসুং খূৎকমশিং অদুদি হান্নগী অদুগা করি অমত্তা কায়হন্দনা অসুম লাক্নি।

অদুগা মূর্ত্তিশিং অসিবু শারিবা উ অসিসু অখন্নবা নীম্ব হায়বা অদুনী - অতৈ উনা শাবা য়াদে।

করিগুম্বা তাঙ্কক অমত্তদা মূর্ত্তিশিং অসি নুঙনা নত্রগা ধাতুনা শাগে হায়না তৌখিদে। মসিদগী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বদি মূর্ত্তিশিং অসি শারিবা পোৎশক অদুবু নত্তে মরুওইনা লৌরিবদি অমরোমদা মূর্ত্তিশিং অসিগী মওং-মতৌ অমসুং খূদম লাক্তম অদুতবু লেঙদনা থম্মবগীদমক্তনি। মতম মতমগী ওইনা ধর্ম্মগী চৎনবী মতুংইন্না, তেঙান তেঙানবা মিংথোল হেক হেক লৌই। অদুম ওইনমক, মূর্ত্তি মশামক (মওং নত্রগা খূদম লাক্তম) অদুদী হোংবা লৈতে। ইতিহাসকী মমাঙদগী লৈরম্বা শাবরশিংনা তোঙানবা মিংথোল পী; খর থীন্থরকপা মতমগী শাবরশিংনা অমুক অতোপ্পা মিং থোনখি, অদুদগী মথংগী মীরোলশিংনা নত্রগা ধর্ম্মচৎপা কাঙবুনা মিংথোল কয়া পীদুনা পূজা তৌনখি। অদুবু, মূর্ত্তি মওং, খূদম-লাক্তম পূম্নমক অদুদি করি অমত্তা কায়বা লৈতনা আঃ থায়নঔেদগী চত্থরকপ মওংদা পূজা অদুম তৌই। কাঙবু খরগী মত মতুংইন্নদী পুরীগী মন্দিরদা লাংলিবা লা অসি, লম অদুগী হান্না লৈরম্বা আদিবাসীশিংনা লাংলম্বা উদা হত্তুনা শাবা (Totem) গ মওংদা পূজা তৌবনী হায়না লৌনে। পুরুষোত্তম জগন্নাথকী উপাসনা মওংদা তাঙ্কক কয়াদ অহোংবা কয়া লৈরম্বদী য়াই হায়ববু, পূম্নমক অদু মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না অদুম অম ওইনা পূনশিন্নখ্রে হায়বা অসিমদি ককনিঙাই ওইদ্রবা ৱাকম্নি।

পণ্ডিত খবনা জগন্নাথ মন্দিরগী মূর্ত্তিশিং অমসুং খুদম-লাক্তমশিং অসি বৌদ্ধধর্ম্ম অমসুং জৈন্য ধর্ম্মদা পুশিন্নবা হোৎনৈ। পণ্ডিতশিং অসিগী মনুংদা স্বর্গীয় নীলকণ্ঠদাস পণ্ডিতনা জগন্নাথ উপাসনা অমসুং মসিগা মরী লৈনবা পুম্নমক জৈন্যধর্ম্মদগী হৌবকপনি হায়না অকনবা মত পী। বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথ অসি জৈন্যধর্ম্মগী সম্যকজ্ঞনা, সম্যক-চরিত্র অমসুং সম্যক-দৃষ্টি হায়বা ত্রিগুণ ভাবনি হায়না মত পী।* অদুবু মানা হায়রিবা কৈবল্য-মুক্তি হায়বদী খাওঁহ্বেগী গুণ, জাৎ-বিজাৎ খায়দবা, হায়বনচিংবা অসিদী জৈন্য ধর্ম্মতদা থেংনবা নত্তে। অমবোমদা বৌদ্ধধর্ম্ম অমসুং হিন্দু ধর্ম্মদসু অদুম থেংনৈ। দীন কৃষ্ণদাস কৌবা উরিযাগী ১৬ শুবা শতাব্দীগী কবিনা জগন্নাথ উপাসনাগী মুক্তি হায়রিবা অসি "কৈবল্য-মুক্তি" হায়বদু নত্তনা অতৈ অতোপ্পা কবি অমত্তা নত্তে। "কৈবল্য মুক্তি" হায়বা অসিদা যুম্ফম ওইবগা জগন্নাথ ধর্ম্ম অসি জৈন্য ধর্ম্মদগী লৌথোবকপনি হায়না দাস পণ্ডিতকী মত পীরি।

নৈকিতা, Sanctity of exclusivness যাওদে হায়বসিমদী কাউথোক্লবগুম তৌবে, অদুগা "অবহৎ"হায়বা অসিদী তোল্ল তাববা, অৱা অনা কযা -ফংলবশিংবু চিংখৎনবা অমত্তা ঙাযববা পাম্বৈনী। 'কৈবল্য'দা যাওরিবা আত্মাগী অমত্তা ঙাববা মতৌ অমসুং অতৈ কবিশু খন্দবা হায়বা অসিদী সাঙ্খ্য যোগগী দর্শণতদা ফংই। মসিনা মথামক্কী ওইবা নত্তবা লন্নাই লন্নাই ওইবা মুক্তি অদু ফংই। অসুম্না মাগী মত অদু ককলে। মরমদি কৈবল্য-জ্ঞান্দা যাওরিবা কেবলী অমসুং কৈবল্য মুক্তি হায়বা অনী অসি অমত্তা ওইনা লৌশিনবগুম তৌবে তশেংবদি অনী অসি তোঙান তোঙানবনী।

জৈন্যধর্ম্মগী কেবলীগা সাঙ্খ্যযোগগী কৈবল্য-মক্তিগা অনী অসি যাম্না খেন্নখ্রে। কৈবল্যগী অর্থদি কবি গুম্বা অমত্তগা মরী লৈনদবা হায়বনী। হায়বাদি "তোঙান্নবা তাবা" হায়বনি। মসিমক্তি জৈন্যশিংগী আদর্শ তোল্ল-তাববশিংবু আত্মা শক্তিনা "অবহৎ" অমনা চিংখৎনবা হোৎনবগা যাম্না খেন্নখ্রে। জৈন্য ধর্ম্মদা কেবল হায়না শিজিন্নরিবা অসিগী অর্থদি চপচানা অমকপা লৈতবা জ্ঞান ফংলবা হায়বনী। (তত্ত্বার্থ ধিগম সুত্র অধ্যায ১,৯) অদুগা মসিনা পুম্নমকপু খঙবা (Omniscient) হায়বা অদুগী অর্থসু তাক্লি। (অধ্যায ৬, ১৩) সাঙ্ক্ষ্যাকারিকাগী ১২ শুবা শ্লোকনা হায়রি ঃ

* The Hints on the Significance and History of Jagnatha (C H R J Vol II No 1 pp 2-3

"পুরুষেস্যা দর্শণাবথম কাযবল্যাবথম তথা প্রাথানমঃ।"

নাথ্ হাযবা শব্দ অসি তপশিনবনা মবম ওইবদুনা দাস পণ্ডিতনা খুদোংচাবা লৌনবা যাম্না হোৎনৈ। জৈন্য সাধূশিং নত্রগা তীর্থাঙ্কবশিং খদম ওইনা অদিনাথ্, পার্শ্বনাথ গুম্না জগন্নাথসু অমনি হাযদুনা মাগী মত্ ফোঙদোকই। মসিদী যুম্ফম যাওদবা ওইনা থোক্কনি। পুবাণগী যুগশিংদা 'ব্রত্য শৈব' উপাসনা নত্রগা যোগমার্গ নাথ ধর্ম্মনা অৱাংবা থাক যৌখি। শৈব্যধর্ম্ম চৎপা কাঙবুনা শিববু নাথ হাযনা কৌনৈ। বেদান্ত দর্শণদা, ব্রহ্ম, সাঙ্খ্যা যোগতা, ঈশ্বব হাযবগুম্না নাথ্ হাযবদী মপু নত্রগা শক্তি পীঙম্বা, বব পীঙম্বা অসুম্না খঙনৈ। মাসগী প্রমানদি, পানানিনা হায :

"নাথ নাথ মঙ্গতপম স্নব্যা ষিৎধু ॥" (সিদ্ধান্ত কৌমুদী অধ্যায ৭ লাং ৬৭)

ভ বষ্যাগা মযম কযামকমদগা জৈনা সাধূশংগী নঙগী মূর্ত্তি কযামকম লৈনুংদগী তৌদুনা থংখ্রে। মূর্ত্তিশিং অসি যাম্ন থক্কে অদবু পুবাগী উনা শাবা মুর্ত্তিশং অসিগা হক মান্নদে। অদুগী মথক্তা জগন্নাথকী মূর্ত্তি শাবিবা উ দাব আসদী "পুরুষোত্তম," মীশক মান্না শাবা নত্তে। জগন্নাথ পুরুষোত্তম ওইবতা নত্তনা অপুরুষনী, জিনগুম্না মাশক মানবা নত্তে। জৈনা সাধূশিং অসি ইতিহাসনা প্রমাণ তৌবদা যাবু যাববসু, যাবু যাদ্রবসু মখোযদা মীশক মীওঙ মান্দবা হাযবা অদুমদী লৈতে। অমত্তা ওইনা লৌশিনবগা মতাঙ্দা, জৈনগী চৎনবী কথা, পূজা মওং খব লৌশিল্লম্বা যাই ; মদুমক্তা জগন্নাথ্ উপাসনা অসি জৈনাধর্ম্মমক্তি নএগা মাগী ধর্ম্মগী হৌবকথমদী জৈন্য ধর্ম্মনি হাযকববদা মথক্কী প্রমাণশিং অসদগী অবানবা ওইগনি।

জগন্নাথকা মন্দিবদা চৎনবিবা মখল মথেল যামখ্রবা পজা মওংশিং অসি জৈনা মন্দির্বশিংদা কাবসু কৎনদে। তীর্থঙ্কবশিং অসি মী লক্তুগী অথোইবা, জ্ঞান ফংলবা জীবশিংব্ কনবীবা ঙম্বা মীশক ওইনা ব্যবহাব তৌই, পূজা তৌনৈ, অদুবু ভগবান জগন্নাথদী ঈশ্ববমাক্ত হাযনা সংসাবব্ শেম্বীবা, যোকাপিনা অমদি মাঙতনবীবা (সৃষ্টি, কর্ত্তা, সংহাব) অমসুং পোল্লোইদা মঙোন্দা তৃঙনযম্ ওইবা অমত্তা ঙাযবা ভগবান ওইনা পূজা তৌই। মবম অদুনা ভগবান মহাক্তি জিন-দগী পৃমতোপ তোপ্পনী অদুগা ঈশ্বব যাম্না হকচিন্না খাজবা উপাসন মওং অমবু ঈশ্বববু লৌতে হাযনা লৌবা ধর্ম্ম অমদগী হৌবকপনী হাযনা লৌবা অসিমক পৃম্লান লানবা যুম্ফম যাওদবা অমান।

জগন্নাথ উপাসনা অসি জৈন্য ধর্ম্মদগী হৌবকপনী হাযবগী মতাঙদা পীবিবা প্রমাণ অমনা খ'যবেলাগী হাটিগুফ্ফাদা যেক্লিবা মযাম অদুদা যাওবিবা কলিঙ্গ জিননা ওইগনি হাযদুনা পাণ্ডিত খবনা মত্ পীবি। অদুগা জগন্নাথ উপাসনা অসি জৈন্য ধর্ম্মগী উযমদা হকপনি হাযবদী শচ্চানী হাযবি। অদুবু প্রমাণ পুম্নমক অসিদী য়াম্না কোইনা, লাপ্না পুবকখ্রবা প্রমাণ ঙাক্কনি, যুম্ফম যাওদবা।

উবিষ্যা যাওনা নোংপোক থংবা ভাবত্তা চৎনবম্বা বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌদুনা জগন্নাথ্ উপাসনা অসি তৌখিবনী হাযনা শাগৎনবা কাঙবু অমনা যাম্না কন্না তোংনৈ। বৌদ্ধধর্ম্মস্ ঈশ্বব হাযবসী লৈতে হাযনা থজবা ধর্ম্মনি, অদুবু বুদ্ধদেব মশামক্না থাজবমদবা বাযম অদুগী ওন্না তৈনবদা মহাকপ্ ঈশ্ববমাক্ল হাযনা ঙবাৎ পূজা তৌনবা থাওবে। ভগবান জগন্নাথ উপাসনা অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদা যুম্ফম ওই হাযদনা কাঙবুশিং অদুনা পীবিবা প্রমাণদ ০

(১) বৌদ্ধ ধর্ম্মদা 'ত্রিবত্ন' হাযবদা বুদ্ধ, ধর্ম্ম অমস, সঙ্ঘ হাযবা খুদম অহুম অস পূজা তৌই,

(২) জগন্নাথকী মূর্ত্তিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী শঙ্খ মচেৎ অমা য়া ওই হাযনা খ'জনে, অদুগা ব্রাখল্লোন অসি পুবিবা কাঙবুনা জগন্নাথদ যাওববা শঙ্খ মচেৎ অস বুদ্ধ মশামক্কিনী হাযনা মত পী,

(৩) জগন্নাথকী স্নান যাত্রা অমসুং বথ যাত্রা অসি বৌদ্ধধর্ম্মগী ওইবা যাত্রাশিংগা যাম্না মান্নে, অসুম্না যাত্রাশিং নত্রগা উৎসবশিং অসি ফা হিযান (চিন দেশগী লমকোইবা) গী মতমদা থেংনবগী বা পল্লম্মী।

(৪) হিন্দু ধর্ম্মদদী বর্ণ ভেদ অসি কন্না চৎনৈ। অদুগা, বৌদ্ধ ধর্ম্মদদা বর্ণ ভেদ হাযবা অসি লৈতে। (কাঙলুপ মশেল নাইবদা চৎনৈ)। অদুবু বুদ্ধদেব মশার্মক্তি ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোক্লিংলম্মী হাযবা অসি "ললিত বিস্তব" কৌবা লাইবিঙা ইবি।

অহানবগী পীবিবা প্রমাণ অসিগী মতাঙদা পনবা যাবদি, জগন্নাথ মন্দিবদা লৈবিবা মূর্ত্তিশিং অসি অংম নত্তে মবিনী। মসিগী সাক্ষী অগ্নি, পদ্ম, ব্রহ্মা অমসুং স্কন্ড পুবাণনা পীবি। মবম অদুনা বত্ননা কবি'গুম্বা মূর্ত্তিশিং অসিগী মহুৎ শিনব ওইবল্লবদী বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ত্রিবত্নগী মহুত্তা বত্ন মবি হাযবমগদবনী।

মূর্ত্তি মবি অসি ব্রহ্মাগী পাদ মবি নত্রগা উপনিষদকী প্রণভ মবিগা চাননা শেম্বনী হাযবি। অদুনা মশীঙনা প্রমাণ ওইবা তাবগদি ভগবান জগন্নাথকী চতুর্ধা মূর্ত্তি (বল্লভদ্র, সুভদ্রা, জগন্নাথ অমসুং সুদর্শণ) অসিনা বৈদিক, আগমিক নত্রগা উপনিষদ উপাসনাগা চূশীন্নবা হেল্লী। বৌদ্ধ ধর্ম্ম নত্রগা জৈন্য ধর্ম্ম অসিদী চাশিন্নবা ৱাংলী। কবিগুম্বদা মূর্ত্তি মবিগী মহূত্তা মূর্ত্তি অহুম ওইবল্লবদী বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌথোবকপনী হাযবা অসিদা যাম্না চুল্লমগদবনী। মবমদি হিন্দু নত্রগা ব্রাহ্মণগী চৎনবীদা অহুম-অহুম্না শাবা দেবতা কযা লৈবি। মদুদি, খূদম ওইনা ঃ ব্রহ্মা-বিষ্ণু-মহেশ্বব, সত্ত্ব বজ তম, পশু-পাশ-পশুপতি, ইঙলা-পিঙ্গলা সুসুম্না, জাগ্রত স্বপ্ন সুশুপ্তি, বাম লক্ষমণ সীতা অমসুং কৃষ্ণ-বল্লবাম সুভদ্রা। মবম অসিদগী মূর্ত্তি মপূঙফানা লোইশিন্দবা দেবতাশিং অসি বৌদ্ধধর্ম্মগী বুদ্ধ ধর্ম্ম সঙ্ঘ নত্রগা জৈন্য ধর্ম্মগী ত্রিবত্ন,

১। সম্যগ দর্শণ নত্রগা সম্যগ দৃষ্টি;

২। সম্যগ জ্ঞান, অমসুং

৩। সম্যগ চবিতম্

হাযবদু নত্তে হাযবদ্ মশামক্লা প্রমাণ অদুম তৌজবে।

অনীশুবা ওইনা পীবিবা প্রমাণ হাযবদি জগন্নাথ দেবগী শ্রীমূর্ত্তিদা যাওবিবা অস্থি অসি বুদ্ধদেবগী শক্ত মচেৎনী হাযবা অসিমসু লৌবা যাদবা ৱানী। বিগ্রহদা যুমদুনা হাপ্লিবা অসি শক্ত মচেৎ নত্তে। অমবোমদা, শালগ্রাম শিলাগা শাগোন্নবা তান্ত্রিক যন্ত্রনী হাযনা মান্দব মনুংদা পূজা কৎলিবা পুবোহিতশিংনা হাযনৈ। অদুমকপু চপচাবা কবম্না পোৎশক্লা অশেংবা ওইগদগে হাযবদু খঙদবনা বুদ্ধদেবগী শক্ত মচেৎনি হাযনা লেপ্পা লানগনি। অদুগা অমবোমদা অমুক হিন্দু ধর্ম্ম শাস্ত্রগী মতৃংইন্না শক্ত ভাক্ত পূজা তৌবা যাদে। তৌইশুম্নসু, বুদ্ধগী ওইবা নত্রগা মাগী খোঙলোয (শিষ্য) শিংগী অস্থিনচিংবা লৈবা মফম স্টুপা কযা শা শাদুনা থম্মী। মখোযশিং অদু বৌদ্ধ ধর্ম্মগী অশেংবা মফম "বিহাব" হাযনা খঙনৈ। অদুবু ভগবান জগন্নাথকদী অসুম্না চৎনবী অসি লৈতে; অবিবা অমসুং অনৌবা মঠ খূদিংমক হিন্দুগী ওইবা ভাক্তান। হিযুযান-শাং (চিন দেশকী লমকোযবা মী) না লাকপা মতমদা চে লি তা লো হাযনা কৌবা মফমদুদা বৌদ্ধধর্ম্মগী "বিহাব" মঙাখক থেংনবগী বা ইবম্মী। হাযবিবা লমদম অসি হৌজিক্তি উবিষ্যা অসিনী হাযনা পণ্ডিত খবনা মত পীবি * বাফম অসিমসু সধাবণ ওইনা লৌবা যাদবা ৱাযম্নি। পূম্নমকপু মিৎযেং চপ মান্ননা লৌবা

---

*"লালিত বিস্তোব" কৌবা লাইবিক্তা।

অসিমক্না জগন্নাথ উপাসনা অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌবনি হায়বা অসিসু হিন্দুগী চৎনবীদা অঙকপা অমা নত্তে। হিন্দু ধর্ম্মনা বুদ্ধদেববু তোঙানবা মিৎযেংনা য়েংবা লৈতে। অমবোমদা বিষ্ণুগী অবতাবশিংগী মনুংদা বুদ্ধদেবসু অবতাব অমা ওইনা হাপ্লিবনী। অদুগী মথক্তা পুবীগী হিন্দুশিংনা অঁতে অতোপ্পা ধর্ম্মগী সংস্থান কয়া খৃদম ওইনা, মযাযথংবা যুগকী সন্তশিং কবীব, নানকনচিংবগা মবী লৈনবা সংস্থান কযাবুসু ফজনা অদুম নাউকোল্লী।

পুবী সহব অমসুং র্মসিগী অকোযবদা বৌদ্ধ অমসুং জৈন্য ধর্ম্মগা মবী লৈনবা সংস্থান অমত্ত লৈতে হাযবসি অচুম্বর্মক্লি। অদুবু উবিষ্যাগী ভূবনেশ্ববগুম্বা, কট্টক্লচিংবা অঁতে মফমশিংদা লৈবম্বা অসিদগী খণ্ডবা ঙম্বদী, মযাযথংবা যুগতা বৌদ্ধ, জৈন্য অমসুং ব্রাহ্মন্য হিন্দু ধর্ম্ম অহুম অসি পূন্না চাওখৎমিন্নবম্মী হাযবসিনী।

ভগবান জগন্নাথকী মঞ্চ স্নান অসি পুবীদা জৈষ্ঠ পূর্ণিমাদা চঠী খৃদংগী পাঙথোকই, অদুগা বুদ্ধ দেবগী স্নাননা, শ্রীলঙ্কাগী চৎনবী মতুংইন্না বৈশাখ্ পূর্ণিমাদা পাঙথোকই। বথ যাত্রা পাঙথোকপা অসিনা মবম ওইবদুনা, ভগবান জগন্নাথ অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌখিবনী হাযনা প্রমাণ তৌনবা হোৎনৈ। অদুবু মতাঙ অসিদা খণ্ডজিনবদা কান্নগদবা অর্মদি, বৈদিক অমসুং উপনিষদকী মতমদগী হৌবদুনা বথ শীজিন্নবা অসি হিন্দুধর্ম্মগী চৎনবোল অমা ওইনা অদুম লাক্লে। মন্দিব অমদা কবিগুম্বা মূর্ত্তি অমা স্থাপন তৌবদা মন্দিব অদু কোযনবা হাযবদী পবিক্রমা অহুম্নক তৌনবা বথ অসি আঃ মমাঙ্গেঙদগী হৌনা অদুম শীজিন্নবক্লে। লাইযামশিংনা মর্তদা লেঙথবক্লবা বথশিং শীজিন্নবগী ৱাফম অথর্ব্ব বেদদা অসুম্না ইবম্মী ঃ

"এভিবগ্নে সবথঃ যহ্যা ববঞ
নানা বথংবা বিভবোহ্যাশ্বা।
পত্নীবত স্ত্রিংসতং ত্রিমস্তা দেবাননু
স্বধ মাবহ মদযস্ব ॥"    (অথর্ব্ব বেদ ২২:২:১৪)

মবিশুবা ওইনা পীবিবা প্রমাণ অসিমক্তি যৃম্ফমদী যাম্না শোনগ্রে। মসিনা হাযবি মদুদি জৈন্য অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্মগী বর্ণ ভেদ লৈতে, অদুগা জগন্নাথকীসু বর্ণ ভেদ লৈতবা মবম্না, জগন্নাথ উপাসনা অসি বৌদ্ধ অমসুং জৈন্য ধর্ম্মগী মমি তাহ হাযবা ৱাযম অম থাংজিল্লক্লি।

জাৎ-বিজাৎ হায়বা লৈতনা জগবন্ধুগী মহাপ্রসাদ ফংমিন্নবা অসিমক্কা জগন্নাথ ধর্ম্ম অসিদা তাইবংপান পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা য়েংবগী ৱাফম অমা উৎলি। মহাপ্রসাদকী মহয় অসি কয়ামুক মতিক ময়াই লৈবগে হায়বা অসি - পদ্ম, বিষ্ণু, ভবিষ্য, ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত, বরাহ, গরুড়নচিংবা পুরাণশিং অমসুং ব্রাহ্মণ, রুদ্রায়মলনচিংবা তান্ত্রিক্কী লাইরিকশিংদা পল্লী। ভক্তশিংনা মহাপ্রসাদ ফংলবা মতুংদা অশেংবা মাঙহৈ-তাহৈদ্রবা পোৎনী হায়দুনা মখূৎ হামদোকপগী মহূত্তা মকোক্তা তৈশিল্লী। হায়রিবা অসি বৈদিক যুগতসু অদুম চৎনরম্মী; মুনি-ঋষিশীংনা সোম যজ্ঞ পাঙথোক্লবা তুংদা চারু-অন্নম ফংলবা তুংদা, মখূৎ হামদোকপগী মহূত্তা মকোক্তা তৈশিল্লী।

পুরীগী জগন্নাথ উপাসনাদা য়াম্না মরু ওইবা শরূক অমা ওইরিবা, প্রসাদ ফংবগী চৎনবী অসি বৌদ্ধ নত্রগা জৈন্য ধর্ম্মদদী লৈতে। কাঙলূপ নাইবা হিন্দুগী চৎনরোলদগী কাঙলূপ নাইদবা ধর্ম্ম কয়া কয়ানা পোকখিবা অমসুং শন্দোকখিবা হায়বা অসি দার্শণিকশিং, অমসুং ইতিহাস কারশিংনা নৈননিঙ্ঙাই ওইবা সমস্যানি। (শ্রীকেঃ সিঃ মিশ্রাগী মতনি)। অদুগা উপাসনা কয়া, থাজনবী কয়া হিন্দু ধর্ম্মদা অমত্তা ওইনা লূপশিনবা য়াই হায়বা অসিদা চিংননীঙাই লৈতে। মরম অসিদগী হিন্দু ধর্ম্মবু খৈনাইদ্রবা অমসুং বিশ্বগী ওইবা ধর্ম্ম সনাতন ধর্ম্ম কৌবিবা অসি। মন্দির অমসুং রথবু ৱাই শীৎপা অমদি তৈথোক-নাম্থোকপা অসি জৈন্যগী চৎনবীনি হায়না লৌই। তশেংবমক্তি মসি নত্তে। ককচেং অমসুং তীল কাঙশিং অসি জীবনি নেৎখায়বিগনী হায়না কিবদগী জৈন্যশিংনা মখোয়-মখোয়না চৎকদবা লম্বেলশিং অদুবু ৱাই শীত্তোকই। অদুবু ভক্তি-প্রেমগী মশক ওইবা মন্দিরনচিংবা শেংদোকপা ৱাই-তৈবনচিংবদী তৌদে। জৈন্য ধর্ম্ম হায়বসিদী ঈশ্বর লৈ হায়না থাজদবা ধর্ম্মনী; অদুনা মতম শাংনা চথরক্লবা জগন্নাথকী রথপু পুরীগী রাজানা ৱাই শীৎপগী চৎনবী অসি জৈন্য ধর্ম্মদগী পূবনী হায়না লৌবা য়াবোই। হিন্দুগী পূজা অমা পাঙথোক্লমদাইদা লৈমায ৱাই-তৈথোকপা হায়বনচিংবা অসি পূজারম্ভগী শরূক অমনী। অদুনা, থৌদৌ অসিমক জৈন্য ধর্ম্মগী ওইবা নত্তে। থাযনগী সহব খূদিংমক মন্দির অমগী অকোয়বদা তাই। লম অমগী নিংথৌ মশামক লাইগী মনাই (সেবক) অমা ওইবতা নত্তনা, মশামক্কী মমিংদা মানা সেবা চচ্চরিবা ইষ্টদেবতাগী মমিং হাপচিনবা হায়বা অসি অশেংবা (সুদ্ধ) নি হায়না লৌজৈ। খূদম ওইনা ত্রিভাঙ্কুরগী মহারাজগী মিংহুল অসি

* সুন্দরানন্দ বিদ্যা বিনোদনা ইবা বাঙ্গলা লোলগী

"শ্রীক্ষেত্র" কৌবা লাইরিক্কী লা: ৪৪।

পদ্মনাভদাস - অসুম্না কৌজৈ; অসিগুম্বা চৎনবী অসি খা-ভারতকী নিংথৌশিংনা অয়াম্বা চৎনৈ। করিগুম্বা মতাঙদা উৎকল্য রাজ্য পূম্নমক অসি ভগবান জগন্নাথকীনি অদুগা নিংথৌ মশামক্না সেবক (মনাই) নি অমসুং ইবুঙ্ঙোগী মন্দির পান্নবা মীশক্নি হায়না লৌজৈ। মরম অসিনা জগন্নাথকী রথকী ফম্বাকপু নিংথৌনা ৱাই-রম শীৎ-শেংবা অসি হিন্দুশিংগী চৎনবী ওইবতা নত্তনা, উরিষ্যাগী অখন্নবা চৎনবীনি। পুরীগী নিংথৌনা থবক অসি করি মরমদগী পাঙথোক্লিবনো হায়বসিগা মরী লৈনবা ৱারী কয়ামরুম লৈরি। ভক্তি হায়বদী লৈজবা পূম্নমক কথোকপা হায়বা অসি জগন্নাথ উপাসনাগী যূম্ফম্নি।

জগন্নাথ ধৰ্ম্ম অসি ধৰ্ম্ম অমসুং উপাসনা কয়ানা পূশিল্লগা ওইরকখিবনী। ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়ানা অমসুং অতৈ-অতৈ ঈচেল কয়ানা তাইবঙ পূম্ববু কোনবা ওম্বা ধৰ্ম্ম অসি ওইরকখিবনী। কল্পবট অমসুং নীলচক্রনা মরম ওইরদুনা মসি জৈন্য ধৰ্ম্মগী মমি তাই হায়বা য়াওই। তৌইগুম্বসুং মত অসিবু শৌগৎপা খূদিংমক্না কাউফম থোক্তবা ৱাফম অমদী, ভারত্তা লৈরিবা বৈষ্ণবকী লাইশঙ, খূদিংদা কল্পবট অমসুং নীলচক্র থেংনগনী; মসি সূপ্নদং জৈন্য ধৰ্ম্মগীতা ওইবা নত্তে। কাংলূপ খায়দবা জগন্নাথবু হিন্দুগী নত্তে হায়না খনবা অরানবা ওইগনি। হিন্দু ধৰ্ম্মদী নীঙশিংবা থোক্তবা মতমদগী হৌরগা হৌজিক ফাওবদা, ভারতকী কাঙলূপ নাইবা ধৰ্ম্মশিংগী চৎনরোল কয়াবু লৌশিল্লি, পূনশিল্লী অমসুং মশাগী ওইশিল্লী। মসিনী জগন্নাথ ধৰ্ম্ম, মসিনী সনাতন ধৰ্ম্ম। ধৰ্ম্ম অসিদগী অতৈ ধৰ্ম্মগী চৎনরোল কয়াবু থক্তোকপা লৈতে; অমবোমদা ইতিহাসকী তাঙ্কক কয়াদা হৌখিবা ধৰ্ম্মগী ঈহৌ কয়াবু মঙোন্দা লোইনা চূপশিল্লী।

পুরীগী জগন্নাথ মন্দিরদা শাবরশিংগী ঈথিল অসি য়াম্না কনখ্রে। দৈত্যপতি হায়না খঙনবা জগন্নাথকী সেবকশিং অসি শাবরশিংগী চাদা-নাউদানী। মখোয়গী মপূঙ ওইবা মূৰ্ত্তিশিং অসিগী সেবাদা মরুওইনা "নবকলেবর" অমসুং রথ যাত্রাগী মতমদা অচৌবা থৌদাং লৌই। ভক্তি অমসুং সেবাদা মখোয়না কযামুক মথৱাই লূপচবগে হায়বা অদু কূপ্না য়েংলবদী উবা ফংগনি। মখোয় মশামক অসি ভগবান জগন্নাথকী ইমুং-মনুংনী হায়না লৌজৈ। "নবকলেবর" লোইরবা তূংদা অরিবা মূৰ্ত্তিশিং অসি লৈনুং-চনবদগী হৌরদুনা শ্রাদ্ধনচিংবা লোইদ্রিফাওবা, হিন্দুগী অশি-অনা তারবা ইমুং অমনা ঙাকফম থোকপা পূম্নমক চপ চানা মখোয়না ঙাকই।

পরম-পারদগী চৎনরকপী অমা ওইনা দ্বাপুর যুগতা ভগবান কৃষ্ণ "যদু" শাগেদা পোক্লম্মী। "যদুবংশ" অসি "সত্ত্বত বংশ'গা অক্ষানী। শ্রীকৃষ্ণগী মপাইবুঙ্ঙো বসুদেবগা বসু শাবরগা মচীন-মনাউনি। মরম অসিদগী বসুশাবর "সত্ত্বত" শাগেগী ঈ-মরীনি। শ্রীকৃষ্ণনা স্বর্গাহন ওইরবা তুংদা, ইবুঙ্ঙোগী থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু শাবরশিংগা পাণ্ডবশিংগা সংস্কারগীদমক্তা মুন্নরম্মী। খৎনবা অসি তাইশিন্নবা হায়দুনা অর্জ্জুন অমসুং জরানা থৱায় য়াওদ্রবা হকচা অদু সমুদ্র খোঙবালগী নোংপোক্তা থাপ্লবা মফম অমদা পুখিদুদা পোৎলোইহনুরে। সংস্কার তৌবা মফম অদুবু পুরীগী "কৈবল্য" নত্রগা "কোয়লি বৈকুণ্ঠ" হায়না খঙনরিবা অসিনী। শাবরশিংসু মফম অদুদা লাক্লুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পোশাককী লৈতেং ওইরিবা ইন্দ্রনীলমনি অদু পায়শিনখ্রে। শাবরশিংনা মনি অসিবু ইবুঙ্ঙোমক্কি হায়দুনা নীলমাধব মিংথোন্দুনা পূজা ফনা কুইনা কচচরক্লে। চৈরক অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী স্না-হকচাংগী লেমহৌবা শরূক অদুনা দারু ওইনা অকিবগী মশক ফংলবা সমুদ্রাদা কোয়তাউ-তাউদুনা লৈরম্মী। নীংবা কায়রবা তৌফম খঙদ্রবা, শোয়দুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা তেন-না থৌগল তৌকবা জরা শাবরনা ইবুঙ্ঙোগী স্না-হকচাং অদু কোর্যথি থিরকপদা ফংলে। স্না-হকচাং অদুবু লোন্না-থূপ্না মফম অমদা লোত্তুনা থম্লে, আদিবাসীগী ইচম-চম্বা মওংদা পূজা তৌবা হৌজবক্লে। জরা শাবরগী মচানীপা বিশ্ববসুনা শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা মপা লৈখিদ্রবা তুংদা অমুক পূজা তৌবা হৌরক্লে। মালবকী নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্নগী মমঙদা উজবা অদু হন্দক্কী থৱায় য়াওদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীদেহ অদুমক্কি হায়না থায়নঙৈদগী চৎনরক্লবা ৱারীনা হায়রি। দারুব্রহ্ম অসিদগী বিশ্বকর্ম্মনা বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথকী মূর্ত্তিশিং শাখিবনী। নবকলেবরগী মতমদা ইবুঙ্ঙোগী শ্রীমূর্ত্তিদা হাপচিল্লীবা পোৎশক অসি শাবরশিংনা অদুঙৈ লাচ্চবা নাপু মচুগী নূঙ (ইন্দ্রনীলমনি) অদুনি হায়রি। শাবরশিংনা ভগবান জগন্নাথ অসি শ্রীকৃষ্ণমক্কী অবতারনী হায়রি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থৱায় য়াওদ্রবা স্না-হকচাং অদু প্রভাস তীর্থদগী, বিন্ধ্যাচল চীঙজাউ লাল্লগা পুরীদা পুরকখিবনী হায়। মখোয় অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্না মরী লৈনবা সত্ত্বত শাগেগা হকচিন্নবা মরী লৈনৈ। অসুম্না দৈত্যপতিশিংনা "নবকলেবব" গী মাঙওইননা অমনবা দারু-মূর্ত্তিশিং অদু লৈরোন-চল্লী অমসুং থায়নঙৈদগী চৎনরকপা সংস্কারনচিংবা অদু পাঙথোকই।

জরা শাবরনা থম্বাল-লৈকা মাল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া-থম্বালবু শজিগী মনা-নি খন্দুনা তেন্না থাখিবা নুমিৎ অদু আষাড়গী কৃষ্ণ-চতুর্দশী হায়বদী থামম্ব মতম্নি। শ্রীকৃষ্ণগী

থম্বাল-লৈকা মানবা খূযা থম্বাল অদু উনা বানা মবক্তা অমম্বদা লৈবিবদু, নোংথাঙ কৃষ্ণগী মঙান্না যৈবদা, শজি-মনা ওইববোই নীঙদুনা তেন্না থৌগল্লুবনী। অদুনা থাইনগী ৱাবী (myth) অসিবু নিংশিংবা ওইনা হৌজিকসু নবকলেবব আষাডগী শিথবকপা ১৪ নি পানবদা (কৃষ্ণ চতুর্দশীদা) পাঙথোকই। ভগবান জগন্নাথ অমসুং দৈত্যপতিশিং অনীগী মবী অসি ইতিহাসনা প্রমান পীবা ঙমদ্রবসু, myth অমসুং legend - হায়বদী থাজনবী অমসুং চৎনবকপগী মতুংইন্না লেঙদনা অসুম লৈবি।

মথক্তংসু পঞ্জঞ্জবা অদুনী পুবীগী মন্দিব অসি আর্য্য অমসুং অন্যার্য্য অনী তিনশিন্নবগী যাম্না ফজম্রবা খূদমনি। অদুবু, জগন্নাথ মন্দিব অমসুং জগন্নাথ উপাসনাগী তোপনা ফজবা ৱাখল্লোন অমসু লৈবি। আর্য্যশিংগী চাউথোকচবা, মখোযশিংতনা অশেংবনি হাযবা বাখল্লোন, অদুগা অনার্য্যাশিংনা তোম্বনা লৈবগী ৱাখল্লোন অদু কবি অমত্তা লৈতে। পুবীগী মন্দিব অসিদী পূম্নমক অমত্তা ওইনা মান্নবা, পূম্নমক মৰূপ মপাং ঙাক্তনি। চাউখৎপা হাযনা মীওইবনা তান্নবিবা পম্বুং অদু যৌবনবী। জগন্নাথ্ উপাসনাবু থাগোন্নজবা কাঙলূপ অমসুং উপাজাতী কযানা অবাম্বা খূভম হাযবদু ফংনখ্রে।

শাববশিংনা মন্দিবগী মনুংদা মূর্ত্তিশিং অসিবু পূজা তৌবগী অচৌবা থৌদাং অমা যাই। জৈষ্ঠগী পূর্নিমা (ইঙাগী থানিল) নুমিত্তা মূর্ত্তিশিং অসিগী স্নান-যাত্রা পাঙথোকপা নুমিত্তগী হৌবদুনা থা মখায অমা চূপ্পা অবোনবা কা অমদা পূজা তৌই। মসিবু "অনবসব" হাযনা কৌই। মতম অসিদা ব্রহ্মানশিং অমত্তনা পূজা তৌবা চঙদে। হাযবিবা নুমিৎশিং অসিদা দৈত্যপতিশিংনা তৌবিবা পূজা মওং অমসুং মখোযনা থবকচিনবা মতৌ অদু যেংলুবগা মখোযনা মূর্ত্তিশিং অদুবু কযাম্না চঙখোন্না পূজা তৌবমগদগে হাযবা অদু লাযনা অদুম খঙবা ঙমগনি। মবম অসিদগী মতম অসিবু "অনবসব" হাযবদী পোথাবা ফংদবা মতম হাযনা থোল্লম্বা অসিমক চপ চাবী ওইনা থোক্তনি। মখোযনা মূর্ত্তিশিং অসিগী শ্রীঅঙ্গদা মখল মথেল কযাগী মনম নুংশবা থাউ তৈবী অমসুং মখল কযাগী লীক-কোন কযামুক শিবী। হাযবিবা থাখায অসিগী মনুংদা বৈদ্যিকী চৎনবী মওংগী অচা-অথক অমত্তা কত্তে। মূর্ত্তিশিং অসিদা সপ্নতগী উহৈ-ৱাহৈতমক কৎলী অদুগা প্রদার্সাশিং অদু মখোযনা খূঞ্জে। অসুম্না থাজনবী অমা লৈ; মদুদি মখোযনা লাইশিং অসিবু কযামুক নুংশিনা মচা-মশূগুম্না খনবগে হাযবদা, কৎকদৌবিবা উহৈ-ৱাহৈশিং অদু মখোয়না হান্না মহাউ তংথোকই। মসিবু সমর্পণ পূজা হাযনা খঙনৈ। মসিদী চুম্নগী

পূজা পদ্ধতিগী ওইবা নত্তে, অমবোমদা আদিবাসীগী ওইবা থম্মোইগা-থম্মোইগা শিন্নবগী ৱাখল্লোন্নি। সখাশিংনা হান্ননা মহাউ তংথোক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা কোন্না পিজবা শ্রীমদভাগবতকী ৱা অদুবু মসিনা নীঙশিংহল্লী। অনবসবগী মতমদা মূর্ত্তিশিং অসি মখোযগী পামজবা মওংদা দৈত্যপতিশিংনা লৈতেং কযামকম শেম্মী। অনবসব পূজাদা শাববশিংনা কযামুক লুনা-চান্না মূর্ত্তিশিং অসিবু খঞ্জবগে হাযবগী অবাবা খূদম্মি। দৈত্য হাযবগী অর্থসু খ্বইদগী নুংশিজবা হাযবনী।

অদুগীসু মথক্তা শাববশিংনা বথ যাত্রা হৌবমদাইদা কযামুক চাউবা থৌদাং লৌবগে হাযবদু মীযাম্না অদুম উবা ফংগনী। মূর্ত্তিশিং অদু মশা-মশাগী বথ তা লেঙখৎলবা মতুংদা, মখল-মথেলগী উঁহে-ৱাহৈ কযা কৎলী। বথ তা পাঙথোকপা পূজা অসি বৈদিক্কী মওংদা পাঙথোকপা নত্তে। মযাম্না বথ চিংলমদাইদা, মূর্ত্তিশিং অসি শাববশিংগী মওংদা ফিজেং লৈতেংই। শাববগী ফিজেংকী মওং-অমা ওইবিবা খ্বাঙলাক মূর্ত্তিশিংগী মখ্বাঙদা লাকই। "পহণ্ডি" হাযবদী বথ চিংবা মতমদা, দৈত্যবতিশিংনা খ্বাঙদা "পেটি" ফাদুনা "মালশ্রী" হাযনা খঙনবা ঈশৈ অদু শকই। আর্য্যশিংগী চৎনবী মতুংইন্নদি কাং অসি মমায নোংপোক ওন্দুনা চিংগদবনী। অদুবু, মূর্ত্তিশিং অসিগী বথ দী "ইশান" হাযবদী কৌব্রু ওন্দুনা চিংই। বথ অসি কৌব্রু ওন্দুনা চিংবা অসিমক্তা শাববশিংগী মমি যাম্না ফজনা তাই। বথশিং অসি চিংলিঙৈদা ডাহুকশিংনা বথকী মথক্তা অকাম-অপেৎকী ওইবা ঈশৈ কযা শক্তুনা, যন্ত্রনচিংবা খোংদুনা জগোই শাই। "পর্নসবব" হাযবা শাবব কাঙলূপশিংনা অসুম্বা ঈশৈ অসি শক্লবদী বথ দা লেঙশিল্লিবা লাই-তীন ফত্তবা কযাদগী ঙাকথোকপা ঙমগনি হাযনা থাজনৈ।

বথতা মর্ত্তিশিং অসি লেঙখাত্রিঙৈগী মমাঙদা দৈত্যপতিশিংনা মূর্ত্তিশিং অসিদা উবা নত্রগা উনা ৱানাগী ওইবা যন্ত্রনচিংবা কযামকম শিজিন্নবী। তান্ত্রিককী মতুংইন্না অসুম্না যন্ত্রশিববদী মূর্ত্তিশিং অসিদা চঙগদবা ফত্ত হাওদী কযাদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী হাযনা থাজনৈ। অসুম্বা পূজা মওং অসি শাববগী ওইবা ঙাক্লোন।

মঞ্চস্নান হাযবদী মূর্ত্তিশিংগী বেদীশিংবু শেংদোক-চামথোকপা অসি অযোকপা নত্রগা মখুম খুমজিনবা গুহাগী ঈশিংনা পাঙথোকই. বৈদিক কী ওইবা, ওইবল্লবদী তুবেলগুম্বগী অচেনবা ঈশিং নত্রগসু মখুম খুমজিন্দবা পৃথ্রি নত্রগা গুহাগী ঈশিংন

চামথোক্লমগদনী। মন্দিবগী অৱাং থংবদা, স্নাগী গুহা অমদা চহী-চূপ্পা লেঙলুবা তৌদনা ঈশিং য়োক্তুনা থম্মী। অসিগুম্বা ঈশিং অসিনা মূর্ত্তিশিং অমদি বেদী স্নান তৌবদা শীজিন্নৈ। শাববশিংনা "অনডবহ্" হায়বদী ঈচেল-নাইদবা নুমিৎ মঙাল ফাওদবা অমসুং অশূকপা উমংদা লৈবা ঈশিংবু অশেংবনী হায়না লৌই। থাজনবী অসিগী মতুংইন্না, মূর্ত্তি অহুম অসি চাইথনবগীদক্তা "সুনা-গুহা" (স্নাগী গুহা) গী ঈশিং যোক্তুনা থল্লিবনী।

দৈত্যপতিশীংনা ভগবান (মূর্ত্তি) শিং অসিগা পূন্না ফম্মিন্নদুনা "জ্ঞান্তিসাব" কৌবা চাক্লুকপু পূন্না চার্মিন্নৈ। মখোযনা মতম চূপ্পদা মূর্ত্তিশিং অসি কবিদা শোযখি ঙামখিগদগে হায়বসিগী কূপ্পা শেন্নজে। মবম অসিদগী আর্য্য অমসুং অনার্য্য অনীনা খূৎশম্মনা মন্দিবগী লাই অহুম অসি পূজা তৌর্মিন্নৈ। মথক্তা পঞ্জখিবা অসিদগী খঙবিবা যাবদী শাববশিংনা চহী অমদা থোকপা যাত্রাশিংগী মনুংদা অনীবক্তি মখোযগী ওইবা মওংদা পূজা তৌজবা ফংই। অতৈ যাত্রাশিংদী আর্য্য ধর্ম্মগী ওইবা মওংদা পাঙথোকই। অদুনা জগন্নাথ উপাসনা অসি আর্য্য অমসুং অনার্য্য তশেংনা হায়ববদা বৈদিক আর্য্য অমসুং বৈদিক অনার্য্য অনীনা মূক্লবা লৈতনা যানবা অমগী মখাদা পুবকপা অপূনবা উপাসনানী।

ভগবান অসিগী অহানবা ভক্ত বিশ্ববসুনা, নীলমাধববকী মূর্ত্তিবু বিদ্যার্পতিনা দর্শণ ফংজগে হায়বদা থিংলুবদগী অনীগী মবক্তা মূক্লবা মক্ত-হুনখি। শাববগী লাই নীলমাধবপু আর্য্যগী নিংথৌ ইন্দ্রদ্যুম্মনা আর্য্যাশিংতগী লাই ওইনবা হোৎনবর্ম্মী। মতাং অসিদা শাববশিংনা কন্না যেৎখি। কবম্বা কাঙলূপ্পা ঙমখিবগে হায়বদুদী হায়বা ঙমদ্রে। অদুবু, মখোয মখোযগী সংস্কৃতী হিংবগী নাওং কযাদী কাযহন্দনা কাঙলূপ অনীমক্লা চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নখি। ভাবতীয সংস্কৃতিগী অপীকপা শক্তম্মি জগন্নাথ সংস্কৃতীনা পীবিবা অবদান অসি। মখল মথেল কযাগী চৎন লোনচৎ, চৎনবী হৈনবী কযা, জাৎ বিজাৎ কযা পূল্লগা শেমখিবা, ওইখিবা ধম্মনী। ঈচেল কযা ফাংবা ভাবতকী সংস্কৃতী সভ্যতা কযা পূম্নমক ঈতিনফম অম ত্তদা তামিন্নদূনা ভাবতকী অমত্তা ওইবা সংস্কৃতী সভ্যতাবু উৎলিবদী জগন্নাথ মন্দিবদনি। ভগবান জগন্নাথনা ভাবতকী তোঙান-তোঙাম্বা সভ্যতা অমসুং সংস্কৃতীগী অপূনবা অমসুং অমত্তা ওইবা শক্তমদী ভগবান শ্রীশ্রীজগন্নাথ দেবনা লেঙবা, কক্ঙমদ্রবা সাক্ষী ওইদুনা লৈবি।

# মন্দির অমসুং মূর্ত্তিশিং

পুরীদা লৈবিবা জগন্নাথকী মন্দিব অসি ভবতবর্ষগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা ধর্ম্মগী ওইবা নীঙশিং ফুডানী। মসি পুরীগী সমুদ্র-খোঙবান্দা লৈ; অদুগা মসিবু অশেংবা মফম হাযবদী তীর্থ-ওইনা লৌনবা মবম্না "শ্রীক্ষেত্র" নত্ত্রগা "পুরুষোত্তম ক্ষেত্র" হাযনা খঙনৈ। ভূগোলগী মতুংইন্না পাবদা মন্দিব অসিনা লৈবিবা মফম অসি চপচানা অক্ষরেখা (Latitude) ১৯°-১৮′ ১৭′′ অদুগা দ্রাঘিমা (Longitude) ৪৫°-৫১′-৩৯′′ গী কক্লফমদনী। হাযবিবা মন্দিব অসি ভাবতকী মরু-মরুওইবা সহবশিংগা লম্ন্নী কয়ামরুম্না শম্নহল্লী। পবম পবাগী চৎনবী মতুংইন্না মন্দিব অসি সোমবংশী শাগেগী যযাতি অনীশুবা মযাম্না যযাতি কেশবী হাযনা খঙনবা নিংথৌনা হৌজিক লৈবিবা মফম অসিমক্তদা মন্দিব অসি শাখিবনী। অতোপ্পা থাজনবী অমগী মতুংইন্না, উবিষ্যাগী মন্দিব অসি অনন্তবর্মন ছোড়গঙ্গাগী মশূনীপা অনঙ্গভীমদেবনা শাবম্বা য়াই হাযনা খন্নবি। নুঙদা অমসুং শেল মযেক্লচিংবদা হক্লম্বগী মতুংইন্নদি, হৌজিক্কী মন্দিব অসি ছোড়গঙ্গানা শাবম্বনী হাযবসি চপচানা প্রমাণ তৌবে। অসুক চাউবা মন্দিব অসি যযাতীনা হৌবম্লগা ছোড়গঙ্গানা লোইশিল্লম্বা যাই হাযনসু খন্নবী। অদুবু চিংননিঙাই ওইবা ৱাফম অমদি মন্দির অসি শাবগী মতাঙদা অনঙ্গভীমদেবতবু থাঙ্গৎলে হাযবগা ছোড়গঙ্গাগীনা শুকপন পল্লমদবা অসিনী। অসুম্না চযেৎননিংঙাই ওইবা ৱাফম অসিগী মরুওইবা মবম অমদি অনঙ্গভীমদেবনা মন্দিব অসিগী অযাম্বা শরুক লোইশিনবদা থৌদাং যাখিবা -নত্ত্রে হাযবগা লোইশিল্লমদাই তাঙ্কক্তা মাযপুননা থৌদাং যাখিবনা ওইবম্বসু যাই হাযনা ফোঙদোক্লবক্লি।

উবিষ্যাগী মন্দিব অসি খৃষ্ট-কুমশিংগী ৬ শুবা শতাব্দীদা খব পিক্তক্লা হৌবম্বদগী, হৌজিক ঐখোযনা উবিবা ফীভম অসি মথং মথং তাবকপনী। মন্দিব অসিগী "বিমান" কৌবা মপূঙওইবা শরুক্কী মমাঙ্দা শরুক অহুম জগমোহন, নাট্য মাণ্ডব, ভোগ মাণ্ডব শাবগী ৱাখলদি অদুম লৈজবগসু, থাযনঙৈগী ওইবা ইহান-হান্না উবিষ্যাদা শাখিবা লাইশঙশিংদী যাম্না পীক্লম্মী। নুঙ্গপাক তবেত্তনা লোনখক্তুনা শাবা মন্দিব মচা অসি মহেন্দ্র চীঙদা লৈবম্মী। মন্দিব অসি যাম্না পীকই অমসুং মসি গুপ্তগী মতম অদুৱাইদা শাবম্না যাই হাযনা থাজনবী।

উবিষ্যাগী কোবাপট জীলাগী মনুংচন্না লৈবা পদ্মপুব কৌবা খুঙ্গং অদুদা নীল কণ্ঠেশ্বরগী মন্দিব মচা অমা লৈ। পদ্মপুবগী অৱাং নোংপোক থংবা মার্যকৈদা কযাদি ব্রাংফাত্তবা চীঙদোং অমা লৈ , মসিগী মতোন্দা হৌজিক্কী অসিগা মান্নবা মান্দিব মচা অমসু লৈ। হৌজিক্কী লাইশঙ অসি মহেন্দ্রপর্ব্বতকী মথক্তা শাবা মন্দিব অসিগা মওং মতৌদা চাউবাক্লা মঙ্গে। মসিগী মন্দিব অসি যাম্না কুইববা মতমগী মন্দিব ওইনা তৌই।

উবিষ্যাগী মথং মথং চত্থবকপা যুমশা মওংদী ত্রি বথ গী মওংনী। অসুম ওল্লকপা অসিনা যুমশা মওং অসি ত্রি বথ দগী পঞ্চবথ মওংদা লাকখি। হাযবিবা পঞ্চবথ মওংগী খ্বাইদগী ফজবা মওংদী জগন্নাথগী মন্দিব অসিনী। পঞ্চবথ মওং অসিদা যাওবিবদী অনুবথ অনী, কনক অনী, বাহা অমা অসিনী। মন্দিব অমা শাবা হাযবসিগী মনুংদা চেল্লীবা ঈচেলদী মূর্ত্তি অমা লেঙশিনবা অমসুং মূর্ত্তি অদুগী নুংঙাইনবা মওংদা সেবা লংবানচিংবা তৌবিবা হাযবা অসিনী। শম্না হাযববদা অকে অমৌ কযাগা লোযননা, নিংথৌ অমগী ম্না শঙ্গাযগী মওংদা শাজবাজ তৌবা হাযবসিনা মপূচনী। মূর্ত্তি অদবু নিংথৌ অমগুম্না খর্ল্লা। মবম অসিনা মাযাম তিনযম নএগা যমযম জগমোহন, শাগেতি ঈশৈ পাগুথোকযম নট মাণ্ডব অমসুং লূক হাযম অসিনচিংবা অসি লৈবা তাই। অদুগী মথক্তা শগোল শামু, স্না লূপাগী লৈতেংকযা, ম্নগা অমসং সিল্প কী পোষাব, অদুগা লেনবা কা অদুনা মতোনবা,বা বিমান লৈবা তাই। অসিগুম্না মযাম অসি জগন্নাথ মন্দিবদা শুনবা যাওই। মথক্তসু হান্না পঞ্জব্রবা অদুনী পঞ্চবথগী মন্দিব খূংশা অসি উবিষ্যাদা যাম্না নীর্ভযিজনা, মপূঙ যানা লৈখি। হৌজিক লৈবিবা পুবীগী মন্দিব অসি শাবা মতম অসিমক্তদা ভূবনেশ্বব অমসুং মূখালঙ্গমগী মন্দিবশিং অসিসু চপ মান্নবা শাখিবনী। লিঙ্গাবাজগী মন্দিবগী মওং অসিসু পুবীগী মন্দিব মওংগা চপ মান্নবা শাখিবনী। অদুবু লিঙ্গবাজগী মন্দিবদা যাওদবা কযা পুবীগী জগন্নাথ মন্দিবদদী যাওই।

জগন্নাথকী মন্দিব অসিদী যাম্না বাংনা থোনগৎলবা যূস্ফমদা শাই, অদুগা লিঙ্গবাজগী মন্দিবনা যাম্না নেমথবা যূস্ফমদা হৌই। লিঙ্গবাজগী ফক্লাংদা হূচ্চন্দুনা শাবা, লাই মচা-মচা লাৎফমশিং অসি গঙ্গাগী মতমদদী যাওবমদে, কোন্না হাপচিল্লকপা ওইনা তৌই। ইহান হানবদদী "বেখা দেউলা" অসিতমক লৈবন্মী। মমৈদা গঙ্গাগী মতমদা জগমোহন, নট-মাণ্ডব অমসুং ভোগ-মাণ্ডবনচিংবশিং অসি হাপল্লিকখিবনী। পুবীগী জগন্নাথ মন্দিব অসিদী হান্নদগী হৌনা কাজাউ অহুমসি অদুম যাওজবক্লে। অদুগা মন্দিব

অসিগী নাকল অহুমদা দেউলা হায়না খণ্ডনবা অপীকপা মন্দিব মচাশিং অসি অসুম য়াওবক্লে অমসুং মন্দিব মচাশিং অসিদা পার্শ্ব দেবতাশিং অসি লেঙশিল্লী।

জগন্নাথ মন্দিব অসিসু পঞ্চবথগী মওংদা পগাই (যুমশা মওং অমা) গা লোয়নবা যাম্না ফজনা শেমশাববা মওং অমনি। পগজগী গজসিংহ্ ফজনা হুকই অদুগা ঝম্পসিংহ নত্রগা চোংবগী মওং মানবা নোংশাগী মওংসু মফমচানা যাম্না ফজনা উবা ফংগনী। উবিষ্যাগী যুমশাবোলগী চৎনবী মওংদা বাড়া - খুদম ওইনা পাড, কুম্ভ, পট্‌কনি অমসুং বসন্ত হার্যবিবশিং অসি মচা খায়না লৈ। বন্দন অমসুং জঙ্ঘ হাযবিবশিং অসি মফম চানা চানা অদুম মবৈ। অমবোমদা হাযবগা, নাসব বেখা মন্দিবদা ফংবা পঞ্চবথগী মওং অসি চপ-চানা শাই। বিমান নত্রগা ব্রহৈ অমবোমদা হাযবগা মথং মথং শাগৎলগা মতোন তমখৎপা মওং অসি উবা ফংগনী। অচৌ অচৌবা নোংশাশিংসু উবা ফংগনী। মসি কবিসু নত্তে, অমবোমদা তুমখৎলক্লিবা ফড়া অদু মফম চানা নীংথাযবক্তনবা মওংদা থম্নবগীদমক্তনি। উবিষ্যাদা লৈবিবা মন্দিবশিং অসিগী মনুংদা জগন্নাথগী মন্দিব আশিনা খ্বাহদগী ঈবাং বাংই। মসি লম্বাগী লৈমাযদগী ফুট ২১৪ ইঞ্চি ৮ ব্রাংই।

লঙ্গবাজ অমসুং কোনবক মণ্ডিব গুম্না জগন্নাথগী মন্দিব অসি যাম্না হেন্না কলাগী মওংদা হক খোংপা তৌদে। অদুন্ জগন্নাথ মন্দিবদা হকই খোংলিবশিং অসি অতৈদগী পঙুনোপ নোঙ্গদী ওতদে। বিমান্দা থানা তৈথ্রবা চুনম (শুন) গা লৈবোল অদু হোগাযবদা থেংনবা নবণ অমসং বাযগী মূর্তিশিং অসি, চহীবোমদদী খব নৌতক তৌববসু, উবিষ্যাগী শিল্প কলাগী খ্বাইদগী ফজবশিংগী মনুংচনবা যাই। থুমহী যাম্না চেনবা সমুদ্রগী ঈশিংনা যৈবদা চাহৎপদগী শুকথোক্লবা হাযদুনা ফক্লাংশিং অসি প্লাষ্টব যাম্না থানা তৌই, অদুনা ফক্লাংশিংদা হুকপা লাইশিং অযাম্বা প্লাষ্টবগী মবোল মখাদা লোতুনা লৈখ্রে। অদুম ওইনমক চণ্ডফমগী মাঙ্গোলদা হক খোতুনা লৈবিবশিং অসিদী চাংদম্লিংঙাই লৈতবা মখৈ ফজৈ হায়না লৌবা যাই।

মন্দিব আসগী থোঙ মবি পাল্লী। অদুগা লাপ্পা চপ মান্নবা চেকপল অনীনা মবোল অনী থোক্লা খায। মবম অদুনা মন্দিব অসি চেকপল অনীনা খাবা দ্বি-আভবণ হাযবা লাইশঙ মওং অদুনী। খা-ভাবতকী শ্রীবঙ্গম মন্দিবনা, বৈষ্ণবশিংগী মমিংচৎলবা লাইশঙ সপ্তভাবণ হাযবদী চেকপল তবেৎনা খাবা বৈষ্ণবশিংগী লাইশঙ অদুনী। জগন্নাথ মন্দিবগী মপালগী চেকপলনা মেঘনাদ চেকপল কৌই। পাক-চাউবনা ফুট ৬৬৫ অমসুং

ফুট ৬৪০ নি। মনুংথংবা চেকপল অসিনা ফুট ৪২০ x ৩১৪ পাকচাউই, কুর্ম্মবেধা কৌই। মপান থংবা চেকপল অসিগী অৱাংবদী মচৌ-মচা খব নাই। ফুট ২০-২৪ ফাওবা অৱাং-অনেম নাই। চেকপল মথক অদু লাম্বলদা তৌবগুম হোবায মযাদৌনা পবেং শানা লৈ। থোইদোকপা মওং অমনা থায়নগী উবিষ্যাগী মন্দিবশিংদী কোম্বোং অমা নত্রগা অনীতমক পাল্লম্মী। কোনাবক মন্দিবনা কোম্বোং অহুম পাল্লী। অদুবু জগন্নাথ মন্দিবগীদি মনুং অমসুং মপালগী চেকপল অনীমক্তা থোঙ মবি-মবি পাল্লী। থোঙ মবি পাল্লিবা অসিগী মবম - মখাগী অসুম্না অর্থ তৌবা যাই। ভগবান জগন্নাথ অসি নিংথৌবেলনীনা মাগী স্না-শঙ্গাযদা কেনা মৌনা লৈবগী মতৌ উৎলী, মবম অদুনা মাগী পবিকোব অসি থোঙ্গাল অদুম্না পানবা তাই। অহানবগী চঙফম খোঙ অসিবু সিংহদ্বাব কৌই। মসিনা তাক্লিবনা মতীক মগুণ লৈ হাযবা তাকপনী। হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী মতুংইন্না যেহ্লৌঙেদগী লাই কোযবা (পনিক্রমা/প্রদক্ষীনা) তৌবা অসি চৎনৈ। অসুম্না মন্দিব অসি কোযবদা যেৎওইননা চৎপা তাবনা নোংপোক, খা, নোংচুপ অমসুং অৱাং অসুম্না লোইশিল্লী।

খা-থংবা স্ন থোঙ অসিনা শগোলনী হাযনৈ। মসিনা নিংথৌ অমনা শা লান্দা থৌবা অদু উৎলি। নোংচুপথংবা স্নথোঙ অসিনা ব্যাঘদ্বব হাযনা মিংথোল্লি হাযবদি "কৈগী থোঙ" কৌবা অসিনা ফোঙদোক্লিবনা নুংগী ওইবা ৱাদা, হৈনিংবা ঈচঙথৌবা অদু উৎপনী। অৱাংথংবা থোঙনা "হস্তিদ্বাব" শামুগী থোঙ হাযবদী চাওখৎপা তানবা অদুবু উৎলী। অদুগা উবিষ্যাদা থাজনবাগী মতুংইন্না স্নথোঙশিং অসি ধর্ম্ম (নোংশা), অর্থ (শামু), কাম (শগোল) অমসুং মোক্ষ (কৈ) নি হাযবা তাক্লি। অদুগা অতোপ্পা থাজনবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙাম্বা স্নথোঙগী তোঙান-তোঙাম্বা ভাব পুথোকই। মাযকৈশিং অদুদি ঃ- ধর্ম্ম (নোংপোক), যজ্ঞ (খা), বৈবাগ্য (নোংচুপ), ঐশ্বর্য্য (অৱাং) অসুম্না। স্নথোঙশিং অসিবু পূজাবীশিংনা নোংমত কাংদনা পূজা তৌবা হাযবা অসিসু থাদোকপা যাদবা শিল্লম্মী। ধর্ম্মায স্বাহা, যজ্ঞায স্বাহা, বৈবাগ্যায স্বাহা অমসুং ঐশ্বর্য্যয স্বাহা হায়দুনা থোঙশিং অসিদা মথং মথং পূজা তৌই।

**তাইবংপানবগী মপূনী হাযনা লৌনবা জগন্নাথনা মাগী ভক্তশিংদা স্নথোঙ মবি অসিগী থোঙদদগী চতুর্বর্গ অসি যেল্লী। ইবুঙ্ঙোনা যেনবা বর্গশিংদী ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হায়বনাচিংবা মবি অসিনী।**

মপাল অমসুং মনুংগী চেকপলশিং অসি কবম্না মতমদা শাখিবনো হাযবগী ঐতিহাসিক ওইবা প্রমাণ ফংদে। অদুম্নদি ওইবগা মন্দিবগী চৈথবোল কুম্বাবা মাদল পঞ্জিগী মতুংইন্নদী, হাযবিবা চেকপলশিং অসি ১৫ শুবা শতাব্দীগী মমাঙদা ঙনখৎনা শাবদী ওইবম্লেহি। জগন্নাথ মন্দিবগী স্নথোঙ অসিগুম্বা অমত্তা ১১ শুবা শতাব্দীগী মমাঙদা শাবা লৈখিদ্রি। চেকপলশিং অসিনা অসুক ৱাং-চাউনা শাবগী মবমদী, মন্দিবশিং অসি লানবনগুম্না শীজিন্নবম্মী হাযবা অসি উৎলি। মসিগী খূদমদী মুসলমানশিংনা লান্দাবকপা খূদিংগী লাম্মী নত্রগা প্রজা মীযাম্না মন্দিবগী চেকপল অকোযবদা হেক হেক লোৎলম্মী। স্নথোঙশিং যাম্না ফজনা যেক-খোত্তুনা শাই; অদুগা নবগ্রহগী মূর্ত্তি কযামকমসু উবা ফংগনি। স্নথোঙ খূদিংমক্তা শিব, বিষ্ণু, হনুমান, দুর্গা অমসুং নবসিংহগী মূর্ত্তি মচা-মচা হক্তুনা লৈবা থেংনগনী। লাইশঙগী চিদায মবিদা গুহা তৌদুনা লৈবসু থেংনগনী। সিংহদ্বাব স্নথোঙ চঙবা মতমদা অকন স্তম্ভ (যূম্বী) অচৌবা অমা থেংনগনী। হার্যবিবা যূম্বী অসি কোনাবক মন্দিবদগী মবহত্তাশিংনা পুবকপনী। সিংহদ্বাবগী অহানবা তবনাগী যেৎ-থংবদা পতিত্তপাবন, হনুমান, গণেশ, কাশী বৈশ্বনাথ অমসুং নৃসিংহগী মূর্ত্তি থেংনগনী। সিংহদ্বাবগী অহানবা চেকপল' লানশিল্লবা তুংদা অনীশুবা পবিকোব যৌবদা থাক ২২ গী কৈবাক অমা থেংনবিগনী। মসিবু বাইসিপাচকা হাযনা কৌই।

খং-থংবা স্নথোঙদগী খব চঙশিল্লগা নবসিংহগী মূর্ত্তি অমা মমায অৱাং ওন্দুনা লৈ। মসিদগী অমুক খব চঙশিল্লগা সডভূজ হাযবদী মখূৎ-তকক পানবা গৌবাঙ্গ মহাপ্রভূগী লাইশঙ মচা অমদা লৈ। মূর্ত্তি অসি স্থাপন তৌবা পঙকুই কুইখিদ্রি। নোংপোক থংবা মার্যকৈবোমদনা জগন্নাথকী বসযঘব (ৱালহৌশঙ) লৈ। ৱালহৌশঙ অসি লৈবঙ চাম চামনা খূজিং ওইনা লৈ। মসিদা জগবন্ধুগী মহাপ্রসাদী মী লাক্ষ অমগী মতম অমত্তদা হৌবা ঙম্মা। নোংচুপ থংবা স্নথোঙগী অহানবা তোবনাদা - বামেশ্বব, মহাদেব, শ্রীজগন্নাথ, দ্বাবকানাথ অমসুং বদ্রিনাথকী মূর্ত্তিশিং স্থাপন তৌদুনা লৈ। অনীশুবা তোবনাগী নাকল অনীমক্তা লেকোর্নশিং লৈ। মসিদগী ইবুঙ্ঙোগী নীতি সেবাদা চঙবা লৈ শূশিং হেকই। লৈকোনগী যেৎ থংবদা চক্রনাবাযণ অমসু সিদ্ধেশ্ববগী মূর্ত্তি লৈ। অদুগা ওইবোম থংবদনা ধবলেশ্বব-মহাদেবগী মূর্ত্তি লৈ। চক্রবু তোঙানব লাইগী মূর্ত্তি ওইনা লাৎপা অসি উবিষ্যাগী তোপ তোপ্পা খূদর্মনি। অবাং স্নথোঙগী যেৎথংবা শকক্তা অহানবা তোবনাগী মখোঙদা শীতলা দেবীগী অপীকপা লাইশং

অমসু লৈ। মফম অসিব্রাইদা মুনা-কুহাঁ মফম অসিদগী ভগবান জগন্নাথগী স্নান-যাত্রা মতমদা অভিষেক তৌনবা ঈশিং চফু ১০৮ শোকই। অনীশুবা তোরনাদগী খর থাপুক্লা খোংনাং পান্বী অমা হৌই। হায়রিবা খোংনা পান্বী অসিগী অকোয়বদা চনবা লৈতোঙ মথক্তা মমিং চৎলবা কোয়লী-বৈকুণ্ঠ নত্রগা কৈবল্যা-বৈকুণ্ঠ কৌবা মূর্ত্তি অসি লৈ। মতম অমদা, মফম অসিদা নীলমাধব অসি লৈরম্বী হায়নৈ।

মফম অসিদগী মনুংগী চেকপল (প্রকোর) হায়বদী কূর্ম-ভেড়া হৌরে। হায়রিবা প্রকোর অসিদা আভরণ দেবতাশিং (মরুওইবা মূর্ত্তিবু কোয়শিনবা লাই-ময়াম) লৈবা হৌরে। মসিদগী নোংপোক পাংনা মথক কূপ্পা খোঙলম্বী অমা ভোগ-মাণ্ডব তান্না চৎত্রী। হায়রিবা লম্বী অসিদা চাকথোংবা (পূজারী/শুআর) নত্রগা সুপাকারশিংনা ভোগ-মাণ্ডব তান্না ভোগ পুথোক-পুশিন তৌই। ভোগ-মাণ্ডবকী থোঙ অহুম পাল্লী; থোঙ খূদিংগী নবগ্রহ য়েক্কুনা লৈ। মথক্কূপ্পা লম্বী অসিগী খ-নোংপোক্তা অগ্নিশ্বর মহাদেবগী মন্দির লৈ। মূর্ত্তি অসিনা ৱালহৌশঙ অসি পান্নে অমসুং ঙাকশেল্লী হায়না থাজনৈ। নোংপোক অমসুং খা থংবদা সত্যনারায়ণ, বাটগোপাল, সর্ব্বমঙ্গলা, বালকুণ্ড, বটবিহারী জগন্নাথ, শ্বেত-গণেশ, সত্যভামা অমসুং কল্পবট (৬) লৈ।

ৱালহৌশঙদা লূক হৌবগী মওং অসি খ্বাইগা মান্নদে। করিগুম্বা মৈফমদনা চফূ ৯ মথং-মথং লোনখৎনদুনা লূক হৌই। তান্ত্রিক শাস্ত্রগী মতুংইন্না ৯ নত্রগা ৯ না পুরিবদা তাবা মওংদা লূক হৌবা অসি মহাপ্রসাদকী অচুম্বা মওংনী। ইচম-চম্বা মফমদা লূক হৌবা অসিদী মহাপ্রসাদীগী মনুং চনবা যাদে। মৈথক্তা চফূ ৯ অসি থাঙ্গৎলবা তুংদা বৈষ্ণবাগ্নিগী তত্ত্ব পানশিল্লী। বৈষ্ণবাগ্নি-হোমগী মতুংদা লূক হৌবা হৌই। বৈষ্ণবাগ্নিগী মওংদী মখাগী অসুম্না তৌই ঃ-



মচা লৈ। থাজনবীগী মতুংইন্না ভগুগণেশ অসি পুবষোত্তম্না কাঞ্চি জয় তৌববা তূংদা পুবকখিবনী হায।

পবিক্রমা চৎপা মতমদা থেংনবা মব্ধওইবা লাইশিংদী লক্ষ্মী দেবীগী মন্দিব মচা অমনি। হাযবিবা মন্দিব অসিদা যাম্না ফজনা হকখোৎপা কযামুক থেংনগনী। মন্দিব মচা অসি, মপূওওইবা মন্দিব শাবগা ঈবোযননা ছোডগঙ্গনা শাবা ওইবমগনী হাযনৈ। ভুবনেশ্ববী অমসুং লক্ষ্মীগী লাইশঙ্ অনীগী মবক্তা নীলমাধববকী লাইশঙ মচা অমসু লৈ। মসিদা জগন্নাথগী উগী মূর্তি অমা লৈ। মসিগী ভবার্থনা নীলমাধব অসি উগী মূর্তিদগী ওনখিবনী হাযবা তাকপনী। লক্ষ্মী মন্দিবগী ওইবোম থংবদা নবগ্রহগী মূর্তি মযাম শাদুনা লৈ। মসিব্ পাণ্ডাশিংনা নুমিৎ খূদিংগী পূজা তৌই। মসিগী মথংদা সূর্য্যগী মন্দিব লৈ। মন্দিব অসিগী অবাংখংবদা লক্ষ্মীনাবাযন, দধিবামন, বাম সাতা, পাতালেশ্বব অসিনচিংবগা মূর্তিশিং লৈ। মসিদগাদ যাম্না মামং চৎলবা মহাপ্রশাদীব্ নুংগী যোনবা আনন্দবাজাব বৌবা কৈথেল লৈখ্রে।

মন্দিব অসিগী হকখোৎপগী লঙ্গে আস মাবকৈ অহুমথোক্লা খাযদোকুনা যেংনা যাহ। বিমানগুম্না ভোগ মাণ্ডব অসিসু পঞ্চবথ্ পিঢাদেউলানা অনুবহ পাগশিংদা যাম্না ফজবা হাযবদু থোক্তে। মসি নাপু মানবা নূঙযোপ (sand-stone) না শাবনা। অদুগা, অঙাংবা (ochre) মচুনা যেক খোৎলি। ববণ্ডগী কু লা (niches) শিংদ হক খোঙুনা থম্লিবা লাইশিং অর্থ যাম্না চেল্লী। পনবা যাবা খবদী ববণ্ডগী মথকথংবা শব্ধক্তা যেক্লিবা দোল যাত্রা উৎসবকী মওং, শন্দম্ব থক্তা লেঙশিনবা শিব-মূর্তি, শজিক চাবিবা ষনবাশিংবু যেংদুনা লৈবা বাঁশী থোনবা কৃষ্ণগী মূর্তি পনবা যাই। উবিষ্যাগী নিংথৌনা যাত্রা ১২ দা শব্ধক যাবগী তোঙান তোঙানবা মওংগী ফীভর্মশিং হক্কুনা লৈ। যাত্রিকশিংনা যেংনবা যাত্রাগী অহকপাশিং অসিব্ কৌতুক যাত্রা হাযনা খঙনৈ।

অঙাং ওইবিভৈদগী পাখং ফাগৎলকপা মতাং ফাওবগী কৃষ্ণ লীলা খিবিকপু উত্তুনা তাকপা ওইনা ভোগ মাণ্ডবতা লে। মাসদগী হেন্দোক্লদুনা পূক্লিং ইবাং তৌহনবা মূর্তি কযামকম অমসু লৈ। ফক্লাংদা হাক্ল-খোৎলবা অসি নওবা অযেকপা লাইশিংদী ভোগ-মাণ্ডবতা অমত্তা উদে। অদুমকপু, অঙকপা মওং অমদী মাইকৈ-তবা কোল্লিবা লাইশিং, মখোয মখোযগী শাদোংগা লোযননা অমসুং মখোযগী শক্তিশিংবু উত্তুনা তাকপা অহকপা লাই তবা লৈ। মখোযশিং অসি দিকপাল হাযনা খঙনৈ।

মথংদা খন্নবা য়াবা অমনা নাটমাণ্ডবনি। মসিগী মনুংদা, নোংপোক থংবদা, ময়াম্না শকখণ্ডনরবা গরুড়-স্তম্ভ (যূপ্নী) লৈ। মফম অসিদা লেপ্লগা মরুওইবা মূর্ত্তি অহুম দর্শণ তৌবা ফংই। ভক্তশিংনা যূপ্নী অসিগী মনাক্তা লেপ্লগা লাপ্না দর্শণ তৌই। হায়নবা অমা লৈ মদুদি, যূপ্নী অসিগী মনুংদা সমন্তক-মণি-লৈ। মরম অদুনা জগন্নাথগী ভক্তশিংনা যূপ্নী অসি কোল্লগা মশাদা লৈবা অনাবা খিবিকপু কোই হায়দুনা যূপ্নী অসিবু মশাদা কোল্লী। গরুড় অসি চাইথবগী জল (ঈশিং) অদুনা ভক্ত ময়ামগী স্নান ওইনৈ। থায়নৈডেদগী নাট-মাণ্ডব অসিদা দেবদাসীশিংনা জগোয় হেক-হেক শারম্মী। হৌজিক্তি জগমোহনদা ওইনা শারে। গরুড়-স্তম্ভগী মনীঙথংবা ভোগ-মাণ্ডবকী ফক্লাংদা মূর্ত্তি ময়াম অমা হক্তুনা লৈ। মসিবু যাত্রিকশিংনা য়াম্না য়েংনৈ। ফক্লাং অসিগী অতেপ্লা নাকল অমদা বিষ্ণুগী অবতার ১০ হক্তুনা লৈ। অবতার ১০ অসিগী অহকপা লাইশিং অসিগী অঙকপা অমদি জগন্নাথবুসু বুদ্ধদেবগী অবতার অমা ওইনা য়াওশিল্লম্বা অসিনী। অদুগা জগন্নাথ অসি বুদ্ধগী অবতার অমা ওইনা লৌবা অসিনী। হক্লিবা লাইশিং অসি অনৌবা ওইনা তৌই। মসি কলি যুগতা জগন্নাথনা নীলাচলদা বুদ্ধদেব ওইনা শায়োনগনী হায়বা পঞ্চসখাগী ঈথিল মাল্লী। অদুবু থায়নগী পুরাণশিংদা, কাব্যশিংদা নত্রগা পূজাবিধিশিংদা জগন্নাথ অসি অবতার (শাইয়োন) নি হায়বা অমত্তা য়াওদে। "ইবুঙ্গেঙাদী অবতার পূম্নমক্কী অপূনবা শক্তম্নি।" হায়না পঞ্চসখাশিংগী মনুংদা অমা ওইরিবা অচুতানন্দ দাসনা, মানা ইজবা লাইরিক "শুন্য সংহিতা" দা ইরি। ব্রাহ্মণশিংগী সাহিত্য অমত্তদা ইবুঙ্গেঙাবু বুদ্ধদেবগী অবতারনী হায়না করিগুম্বা মতাং অমত্তদা পন্দে। তৌববুদী, ইন্দ্রভূর্তিনা ভগবান জগন্নাথ অসি বুদ্ধদেবগী শাইয়োননী হায়। অদুগা মন্দির অসিদা লৈরিবা চৎনবী কয়া অমসুং লাইরিক-লাইশু কয়াদগী থিরুবা মতমদদী ইবুঙ্গেঙা অসি বুদ্ধদেবগী অবতার (শাইয়োন) নত্তে হায়বা অসি ময়েক শেংনা তাক্লি।

ফক্লাংগী অতোপ্পা নাকল অমদনা নিংথৌ পুরুষোত্তম দেবনা লান চৎপা মওংগী লাই যেকই। বল্লভদ্র অমসুং জগন্নাথনা মথঙশীৎনা শগোল-অমুবা অমসুং শগোল অঙৌবা তোংদুনা লেঙবা; শঙ্গোম য়োনবী মাণি-কী গোপালুনীনা শগোল মমাঙদা থৎপগী মওং ফোংদোক্তুনা উৎপা লাইসু য়েকই। নিংথৌ পুরুষোত্তমদেবনা কাঞ্চিলান্দাবা চৎপদা অরোনবা ফীজোল থোন্দুনা লেঙলিবা বল্লভদ্র অমসুং জগননাথ অনীবু থ্বালীনি মানিকীনা মচীন-মনাও অনিদা শঙ্গোম পীথক্লিবনী হায়না লৌনৈ। নাট মন্দিরদা হৌজিক

হৌজিক্কী ওইবা লাই কয়ামরুম অমসু য়েক্লি। শঙ্করাচার্য্যনা ভগবান নরসিংহদা খুরুম্বগী মওংসু উৎলী।

খ্বাইদগী মনুংথংবা গর্ভগৃহ নত্রগা মনিকোটাগী মমাঙদা জগমোহন লৈ। মফম অসিদগী ভক্তশিংনা ইবুঙ্ঙোবু দর্শণ ফংজৈ। মথক্তা পঞ্জখ্রবা গর্ভগৃহ নত্রগা মণি-কোটা বিমান হায়না খঙনবা অসি ইবুঙ্ঙোগী মন্দিরগী মরুওইবা মফম্নি। মফম অসিদা জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রা অদুগা সুদর্শণগী দারু-মূর্ত্তিশিং, ৱাংখৎনা শাবা রত্ন বেদী নত্রগা মহাদেবী কৌবা বেদী মথক্তা লৈ। বেদী অসি ফুট ১৬ শাংই ১৩ পাকই অমসুং ফুট ৪ ৱাংই। থাজনবী অমা লৈ মদুদি রত্নবেদী অসিগী মনুংদা শালগ্রাম চক্র লাক্ষ অমা ফুমখি হায়না। মনিকোটাগী চঙফমদা জয় অমসুং বিজয় কৌবা দ্বারপাল অনী লৈ। রত্নবেদীগী অকোয়বদা ভক্তশিংনা পরিক্রমা চৎপা য়ানবা মফম ফজনা থাকই। রত্নবেদীগী নাকলদা ভোগ থম্মী।

মন্দির অসি যোগগী পুরুষ হায়না লৌই। যোগগী চৎনবী মতুংইন্না লম্বী ৮ নি। অদুগা যোগী অমনা থাক ৮ অসি ঙাক্লা চৎপা তাই। মতৌ অসুম্না লাইশঙ্ অসিসু অষ্টাঙ্গ হায়বদী অঙ্গ ৮ - খূদম ওইনা - প্রভাগা, বন্ধন, জঙ্ঘ, গণ্ডি, গর্ভ, বেকী, খাপুরী অমসুং কলশ হায়দুনা মথং মথং থক্তগী খারোমদা হাইথরকপা তাই।

বিমান হায়বদী লাইশঙদা পূজা চৎনরিবা মূর্ত্তিশিং অসি মখল অনীনি ঃ অমনা আরচা অমসুং তত্ত্বঃ অদুবু মন্দির মনুংদা হক্লিবা মূর্ত্তিশিং অসি মখল অহুম্নী। মখোয়শিং অদুনা ঃ-

(১) শাস্ত্রগী মতুংইনবা ধ্যান মূর্ত্তিশিং;

(২) শিল্প-শাস্ত্রগী মতুংইন্না হকপা আবরণ তত্ত্ব মূর্ত্তিশিং;

(৩) লৈতেংগী ওইবা মূর্ত্তিশিং।

মথক্তা পনখ্রিবা কাঙলূপশিংদা চনবা য়াবা লাইশিংদী ঃ নারাযণ, অনন্ত, পুরুষোত্তম, বিমলা, লক্ষ্মী, ভূবনেশ্বরী অসিনচিংবশিং অসি অহানবা কাঙলূপ্তা চিংই; ক্ষেত্রপাল, তপস্বি-মহাবীব, বৈকুণ্ঠশ্বব, পাতালেশ্বর অসিনচিংবনা অনীশুবা কাঙলূপ্তা চিংই; অদুগা গোপেশ্বর, গঙ্গা, জয়-বিজয়, রামভিষেক; যোগনারায়ণ অসিনচিংবনা অহুমশুবা কাঙলূপ্তা চিংই। বিমানগী মপান্দা খা,ৱাং, নোংচূপ্তা পারশ্বদেবতা (মশা

ওইবা লাইশিং) লৈ। মখোযশিং অদুদি ঃ বামন, ববাহ, নৃসিংহ অসিনচিংবনী। পার্শ্বদেবতাশিং অসি মখোল অনী কানা শাবা পিডা দেউলাগী মথক্তা থম্মী।

জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রাগী মূর্ত্তি অহুম অসি ধ্যান অমসুং মূর্ত্তি শাবগী শাস্ত্র মতুংইন্না শাখিবা নত্তে। ভগবান পুরুষোত্তম জগন্নাথকী পরম পবাগী ওইবা অমসুং দার্শণিক ওইবা কযানা উৎলিবদী "ইবুঙ্গো অসি উহনবসু, উহন্দবসু ইঙমদা ঙম্বা অদু গুন্না শক্তিনি। প্রকৃতি পুরষ অনীমক তূনা লৈবা ভগবাননি।"*[১] হার্যবিবা বাফম অসীমক বিষ্ণুধর্ম্মত্তব পুবাণসু শৌগৎলী।

তন্ত্রশাস্ত্রগী মতুংইন্না ৩ ক্ত অমনা পবাত্মাগী চপচাবা মওং অমা লাকশিনগে হাযবিবদী ইচম চম্বা ৩হিবংমী অমগুম্না খোঙ, খুৎ, মীৎ, নাকোংনচিংবা অমত্তা থাওবোইদৌবনী। ইবুঙ্গো মহাক্তি সংসাবিকতগী তোঙান মওংদা থঞ্জগদবা ওই। মন্দিব অসিদা যাম্না ৬ব্লিংঙাই ওইবা মওংদা অহৌ-অবোই নাইদবা মওং অদুবু যেং৬দোকপা শকযম ওহনা তৌই।

কবম্না পোৎশক্তগা শাবনো হাযবদু থন্ননিংঙাই ওইব্রা হাযনা নীঙৈ। মূর্ত্তিশিং অসি নিম কৌবা ভ অদুনা শাবনী। লাইশঙদা লাৎনর্বিবা মূর্ত্তিশিং অসি হৌনশা ওইনা উ না কযা শানদে। অদুবু ভাবষ্য পুবাণগী মতুংইন্নদী বিষ্ণুগী বিগ্রহ শাবদা খ্বাইদগী শেংবা অমস, মগুণ লৈবা উদি, নিমগী উনি হার্যনৈ।

পুবাণ অসিমদ্বী মতুংইন্না, তোঙান তোঙাম্বা বর্ণগী মীওইশিংনা ঈশ্ববগী বিগ্রহ শাবদা শাজনগদবা উ মখলশিংদী খৈন্নৈ। মখোযশিং অদুদী ব্রহ্মণশিংদা শেংবা উশিংনা সুবদাব, শমল, মধুকা, চন্দন আসনর্চিংবা, ক্ষেত্রীশিংদা শেংবা উ শিংনা অবিষ্ট, খাদবা, তিন্দুকা, অশ্বথ। বৈশ্যাশিংগী ওইনা শেংবা উ শিংনা, খাদিযা, চন্দন অদুগা শুদ্রগী ওইনা অশেংবনা হাযনা লৌনবা উ শিংনা কেশব, সবঞ্জব, আমব, শাল আনাচংবনী। অদুমবপুবণ খদিংমক্তা শেংবা উ শিংদী নিম্ব, শ্রীপর্ণ, পানাস, অর্জ্জুন হাযবির্বশিং অসিনী। মবম খুদিংমক অসিদগী মযাম পূম্নমক্না খুকমজবা থাবা জগন্নাথ অমসুং মাগী লোযনবশিং অসি নিম হাযবা উ অদুনা শাবিবনী।* অদুগীসু মথক্তা বৈখান সাগমগী মতুংইন্না উশিং অসি নীপা, নুপী অমসুং অনীমক নত্তবা অসুম্না অহুম থোক্লা খাযদোকই। নিম হার্যবিবা উ অসি নীপাগী কাঙলুপ্তা চল্লী। মবম অদুনা খ্বাইদগী লিংবা উ মখলনি হাযনা লৌনৈ। অদুনা জগন্নাথকী বিগ্রহ নিমগী উনা শাবিবনী।

---

* বিষ্ণুপুবাণ অধ্যায় ১ শ্লোক ৪।

* ভবিষ্য পুবাণ অমসু বৈখ্যা সাগম অধ্যায ৬ লাং ১৮ ২০

বৃহৎ সংহিতাদা দাক (উ) না বিগ্রহ (মূর্ত্তি) শাবগী মগুণ যাম্না ৱাংনা থাঙ্গৎলী। হাযবিবা উ-গী বিগ্রহ লাচ্চবনা, লাৎলিবা মীওইশিং অদুদা মখল মবীগী কান্নবা ফংজে। মদুদি ঃ- আয়ু (পুন্সি নুংশাংবা), শ্রী (লন্থুম), জয (মায পাকপা), মসিগী মতাঙদা বৃহৎ সংহিতাদা অসুম্না ইবি ঃ-

"আয়ু, শ্রীবলজযদা দারুমযি মৃণমযি এথা প্রতিমা।
লোক হিতাযা মনিসযি সৌববনায় পৃষ্টি তদ ভবতি॥
বজতমযি কিবতিকাবী প্রজাভিবটিম কবোটি তামবা মযি।
ভূলাভম্ তু মহান্তম শাঙ্গৈলী প্রতিমা অহ্ব লিঙ্গ॥"

অদুগা অঁতে অতোপ্পা পোৎশক্না বিগ্রহ শাদুনা লাৎপনা মথক্কী অমা নত্রগা অনী অমসুং মনি-মুক্তানচিংবদী যাম্না ফংই।

অসুন্বা ৱাখল্লোন মযাম অসিনা থৌহিনশিন ওইদুনা উবিষ্যাগী নিংথৌশিংনা নিম হাযবা উদুনা বিগ্রহ কযা শাবম্মী। অঁতে লাইবিকশিং খূদম ওইনা বৈখান সাগম, কাশ্যপশিল্প, বিষ্ণু সংহিতনচিংবদা উনা বিগ্রহ শাবগী ৱা পল্লী।

শিল্প-শাস্ত্রগী মতুংইন্না মূর্ত্তিশিং অসি কাঙলূপ অহুম থোক্না খাযদোকই। মদুদি, চল (লেঙবা যাবা); চলাচল (লেবসু যাবা, লেঙদবসু যাবা), অচল (লেঙবা যাদবা)। অদুগা অমুকসু মূর্ত্তিশিং অসি স্থানকম, আসনম্, শযণম হাযবদী অবেপ্পা, অফম্বা অমসুং হিপ্পুনা লৈবা; অসুম্না অমুক খাযদোকখ্রে। মহৌশানা মন্দিবদা লেঙশিন্দুনা লৈবা মূর্ত্তিশিংদী মপান্দা কযা পুথোক্লদে। কবি গুম্বা পর্ব্বদীন তাবকপা মতমদা মপান্দা পুথোক্লবা মূর্ত্তিশিংগী অবচা নত্রগা উৎসব নত্রগা কৌতুকাবেবা হাযবশিং অসিনী। অদুবু শ্রীশ্রীজগন্নাথকী মুলবিগ্রহশিং অসি বত্নবেদীদগী চহী অমদা অনীবক মপান্দা লেঙথোকই। অমুক্না বথযাত্রা উৎসবতা অদুগা অমুক্না স্না-যাত্রাদা। স্না-যাত্রাগী মতমদা মূর্ত্তিশিং অসি অভিষেক তৌই।

মসিদগী ঐখোযনা খঙবা ঙম্বদী শ্রীশ্রীজগন্নাথ অমসুং মাগী লোবনবশিংগী মূর্ত্তিশিং অসি চলাচল হাযবা কাঙলপ অদুগী মনূং চল্লী। উনা শাবা বিগ্রহশিং মচু মমেন তৈদ্রবদী, পূজা তৌবা মতিক ওইদে। মবম অদুনা বিগ্রহশিং অসিগী মচু অসি শিল্প-শাস্ত্রগী অমসুং অগমশিংগী মতুংইন্না অঙ্গবাগ কৌই।

দেবেসস্য অঙ্গম শ্বেত সৌববণম্।
শ্যামঞ্জনম চ সববনাম শ্যামা বর্ণম বা কবযেৎ ।। *

নিলাদ্রি মহোদযগী মতুংইন্না জগন্নাথকী মূর্ত্তি অসি চক্রযন্দ্রদা যূম্ফম ওই। মূর্ত্তি শাগদৌবিবা উ অসি শব্দক অনীথোক্লা খাযদোকই। থক্তা ভাগ (শব্দক) ১৪, খাদা ভাগ (শব্দক) ১৮। মযায থংবা (জাম্য) ভাগ (শব্দক) অসিনা পব (ইঞ্চি ১০ / লৈইহনগদবনী। থন্বাল মানবা চবণ অনীনা পব ১৫·/, লৈহৌবিবা ভাগ ১৪১ /,, অসিদা পব ৫০১ , হাপচিল্লগা ইবুঙ্ঙাগী শ্রীমূর্ত্তিগী অপূনবা অৱাংবা অসি পব ৮৪ নী। পাম্বোম অনী অসি শব্দক ১২ নী। অদুগা মযামগী দর্শণদী ফংদবা লোত্তুনা লৈবা পব না ২৮ নী। মযাম্না উব যাবা পাম্বোমগী শব্দক্লা পব ৮ নী। নাতোনগী শব্দক্লা পাম্বোমগী হাযবদী পব১/ ওইগদবনী। নাতোনগী অবোইবা শব্দ ঙগী কোক ফাওবনা পব ২৫ / , ওইগনি। মাযথোঙগী অকোযবনা পব ৩০ ওইগদবনী। হৃদি হাযবদী থবাক্তা পব ৫ অমনা ব্রহ্ম হাপচিন্নবা খাক্কদবনী। খা থংবা শব্দক্তি ফজনা শাগদবনী।

জগন্নাথকী বর্ণ অসি চক্র মানবা অদুগা চক্র যন্ত্রগী মতুংইন্না শাবা মবম্না, জগন্নাথবু চক্রধাবা হাযনা মিংথোল্লী। বল্ল ভদ্রগী মূর্ত্তিনা শঙ্খযন্ত্রগী মতুংইন্না শাবনী। মবম অদুন, ইবুঙ্ঙো বল্লভদ্রগী বণ অসি মৈইবুং (শঙ্খ) গী মতৌগুম্না ঙৌই। বল্লভদ্রনা নিনবা অসি পব ৮৫ নী অমসুং শব্দক ৩২ থোক্লা খাযদোকই। মাযথোঙনা পব ২ অদুগা লাইবক্কী শব্দক্লা পব ৫ নী। অদুগা ব্রহ্ম বীজ হাপ্পবা থবাক্কী শব্দক্লা পব ১০·/. নী। (মাসদগী কৃপথবা কযা লৌব। হেন্না কৃপ্পা খঙবিনীঙবশিংনা লাইবিক অসিগী যূম্ফম ওহাববা মুল লাইবিক অদুদা যেংবিগনী)। ইবেম্মা সুভদ্রাগী মূর্ত্তি অসিদা যূম্ফম ওইবদা পদ্ম যন্ত্রনী। মসিনা তাকপদী সুভদ্রাগী বর্ণ অসি লক্ষ্মীনা খোঙ্গনেৎনবিবা পদ্ম (থম্বাল) গী মচু মানফম থোকপনী। ইবেম্মনা নিনবনা পব ৫২ নী অদুগা মাযথোঙনা পব ১৫ নী। লোত্তুনা লৈবিবা থম্বাল-লকা মানবা চবণ অসি পব ১৭ নী। সুদর্শন অসিনা গদাযন্ত্রগী যূম্ফমদা শাবনী। সুদর্শণগী অশাংবনা পব ৮৪ অমসুং অকোযবনা পব ২১ নী। (পব ১= ইঞ্চি ১)। চপচানা পথাপ থাদুনা ওনবা ঙমদ্রবসু মূর্ত্তিশিং অসিগী পাক-চাউবা অসি চাউবাক্লা মখিন্নে হাযনা লৌবা যাই।

---

* বৈখান-সাগম - বর্ণা শম্স্কবম অধ্যায় ৩৪ লাঃ ৪৬

মতাঙ অসিদা যাম্না খন্ননিঙ্ভায ওইবা বাফম অমনা মূর্তিশিং অসিগী নযণ (মীৎ) শিং অসিনী। ইবুঙ্ঙৈদা জগন্নাথকী নযণ অসি কেইবপ কোয চকাদোল নী। বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রাগীদি কোয়দে, থম্বাল লৈনাগুম খব যুংশাংনৈ। পূম্নমক অসি ১২ শুবা শতাব্দীগী মূর্তি শাবগী মবমদা ইবা লাইবিক কযাগী মখাপোন্না শাবা ঙাক্তনি। অদুনা শ্রীশ্রীজগন্নাথকী নযণ অসি নুমিৎ থাগী মওং মালহল্লীবনী।

ঐখোযনা খন্নবিবা মূর্তি অসি নত্তবা শ্রীক্ষেত্রগী পবিকোবদা মূর্তি কযামকম লৈ। মখোয খুদিংমক্কী মওংশিং তোঙান তোঙান্না থাববদী লাইবিক অসি চাউখিদ্রা খন্দুনা মমিংতা ওইনা পঞ্জবে। মদুগীদমক্তা পাঠকশিংনা ঙাকপীগনী। মূর্তিশিং অদুদু বিমলাদেবী, ভূবনেশ্বরী, লক্ষ্মী, মাধবা, ত্রিবিক্রমা বামন, নৃসিংহ, ববাহ, ক্ষেত্রপাল, দ্বাবপাল, দিকপাল। হাযবিবশিং অসিগী মথক্তা যক্লাংদা হক্কুনা শাবা অদুম্নদী ওইবগা শ্রীশ্রীজগন্নাথকী উৎসব মেলাগী মওং তাকপা দৃশ্যশিং খুদম ওই ঃ (১) দোলোৎসব, (২) কুমাবোৎসব, (৩) স্নানোৎসব, (৪) দুর্গামাধভোৎসব, (৫) বিজযোৎসব, (৬) অভিষেকোৎসব, (৭) সুনিউৎসব, (৮) গঙ্গনোৎসব, (৯) নন্দাৎসব (১০) নবকেলী উৎসব, (১১) নৃতোৎসব অমসুং (১২) বাজোৎসব। অদুগী মথক্তা দ্বাদশ যাত্রাগী মনুংদা মবি অমগা যক্লাংদা হক্কুনা লৈবা উই।

ভোগমাণ্ডবকী অবাংথংবা শরক্তা যাম্না অর্ঘচেনবা লাইগী মূর্তি অমা হক্কুনা লৈ। লাই অদুদী দুর্গামাধবকী লাইনী। লাই অসিদা জগন্নাথগা লোযননা শিব দুর্গাসু পূন্না হক্কুনা লৈ। মসিনা উপাসনা পূম্নমক অসি অমত্তনী হাযবা তাক্লি। হাযবিবা মওংগী লাইশিং অসি কোনাবক মন্দিবদসু উৎলী। হাযবিবা চিত্রবট অসিদা নিংথৌ অমসুং মাগা লোযনবী নৃপীশিংগী মূর্তিসু উৎলা। অদুগা যাম্না ঙক্লিংঙাই ওইবা অমনা মকোক চোম্বা লাইনিংবা অমগা নিংথৌগা মখূৎ শোন্নবসু উৎলী। মসিদা উৎলবা নিংথৌ অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন ওইবম্বা য়াই। অদুগা মবেতা চোম্বা লাইনীঙবা অসিনা শাবব মকোক বিশ্ববাহু ওইবম্বা যাই হাযনা থাজনবি।

পণ্ডিত কযা অমদি দার্শণিক কযানা জগন্নাথকী মান্দবদা অকাম অপেংকী ওইবা মূর্তি কযা হক্কুনা লৈবিবা অসিগী মতাঙদা নাতৈ হুক্তে হাযবগী মত কযা যোঙদোক্লবা যাওই। ধর্ম্মগী ওইবা মন্দিব কযাদা অসুম্বা মূর্তি কযা যেকপা অসিগী মতাঙদা খব

শেংদোকপগী দবকাব লৈ। অসুম্বা নুপা-নূপীগী ওইবা অকাম্বা দৃশ্য উৎপা নত্রগা যেকপা অসি জগন্নাথ মন্দিবদতা নত্তে। থাযনগী অমসুং মযায ওইবা যুগকী লাইশঙশিংদা অসুম্না কাম পোকহনবা মূৰ্ত্তি কযা যেকপা অসি ঐখোযনা তত্তনা থেংনৈ। খব ওল্লিঁঙে যুগতদী অসুম্বা পী-পা হক্তিন্নবগী মূর্ত্তিশিং অসি যাম্না পীকনা, দর্শণ তৌবা লাকপা মীওইশিংনা পাক উবোইদবা মফমদা যেক্কুনা থম্মী। অদুবু খব থেঙথবকপা যুগতদী অসুম্বা মূর্ত্তিশিং অসি যাম্না মযেক শেংনা, মযাম্না উগদবা মফমদা যেকপা অসি চৎনবী অমা ওইনা তৌনবক্লে। কোনাবক, জগন্নাথ অমসুং খুঞ্জবাহ্গী মন্দিবশিংদদী অসুম্বা মওঙ অসি চত্থনবক্লে।

ব্রহ্মমসহিতা, অগ্নী অমসুং মৎস্যনচিংবা পুবাণশিং, ৱাইখানা সাগম নচিংবা, আগম নচিংবা লাইবিকশিংদা ঈবাং-তৌনিংঙাই ওইবা মৈথুনশিংগী লাইশিং অসি মন্দিবগী ফক্লাংগী মপানথংবা শকক্তা হক্কুনা থমগদবনী হাযনা ইবি। মন্দিবগী শাখা (শকক) মবিগী অবোইবা শকক্তা মৈথুন (পীপা হক্তিন্নব) গী মূর্ত্তিশিং অসি যেক্কদবনী হাযবি মদুগী মবী লৈনবা শ্লোকতি ঃ (মিথুনানী বথ বল্লীভিঃ শাখা সেসম বিভূষযেট)॥ শাখাশিং অসি শকক মবী থোক্লা খাযদোকই - (১) উর্ধ, (২) মধ্য, (৩) অন্ত ঃ অমসুং (৪) অধঃ অসুম্না॥

ভাগবত পুবাণগী ৱবী অমগী মতুংইন্না ইন্দ্রদেব ব্রহ্ম হত্যাগী মবান অমা ফংখি। মহাক্কী পাপ অসি মশুং মবি থোক্লা খাযদোক্লগা কাঙলূপ মবি হাযবদী (১) লৈপাক, (২) ঈশিং, (৩) উ অমসুং (৪) নূপীশিংদা যেন্থোকখি। নূপীশিংদা পীখিবা শকক অদুগী মতুংইন্না নূপীশিংনা মতম লৈবা খাবিক্তা নুংশি নুঙোলগী খৌবাংবা অদু শকক যাজবা ঙমগনি। অদুবু থাগী মশা শেংদবা নুমিৎশিং অদুদী মখোযদা থুংখিবা ব্রহ্মহত্যাগী শাপ অদুগী মহৰ্যনী। ইন্দ্রদেবনা পীবা যাথংগী মতুংইন্না পী পা অনী হক্তিন্নবা মতমদা নুপীশিংনা নুঙ্ঙাইজবিঙেদা অযেৎপা খিবিক পীবোইদবনী। হাযবিবা ৱাফম অসি গর্ভধাবণ প্রকাবণগী পাবস্কব গুহ্যসূত্র হাযবা লাইবিক অদুনসু শৌগৎলী। অদুনা মিথুন হাযবদী পী-পা হক্তিন্নবগী মূর্ত্তি যেকপা মন্দিবগুম্বা যুম-কৈদী ইন্দ্রগী ব্রজনফাওবা শোকহনবা ঙম্লোই। অসুম্না মন্দিবদা মিথুনগী মূর্ত্তি যেকপা অসি মহৌশাগী তমথিবা খুদোংথীবা কযাদগী ঙাকথোক্লবা পাম্বৈনী হাযনা লৌনৈ। তান্ত্রিক্কী সংসাবদদী মিথুন অসি কযামুক মকওইবগে হাযবদা মখোযসি পূজাফাওবা তৌনৈ। তন্ত্রবাজতন্ত্র অমসুং

কৌলাবলীতন্ত্রনা অসুম্না হায মদুদি ঃ "মিথুনগী মূর্ত্তি যাঙ্খেদা পূজা কৎকদবনী।" অনঙ্গত্রযোদশীদা জগন্নাথ মন্দিবগী মিথুনগী মূর্ত্তিশিং অসি পূজা তৌই হাযবসি মযাম্না অঙকপা অমা ওইনা লৌবীবা যাই। ইহান হানবমক্তদা জগমোহনগী মপাঙ্গুংবা যেক্লিবা অনঙ্গতুবাগী মিথুনগী মূর্ত্তিশিং অসি পূজা কৎলী।

মাক্সপোল ফৌচেট, ষ্টেল্লা, ক্রামবিশ্চ, এম: এম: গাঙ্গুলী, এস: কে: সবস্বতিনচিংবা পণ্ডিত কযানা ভাবতকী মন্দিব খবদা ইবাং পোকনিংঙাই ওইবা মূর্ত্তি কযাশিং অসিগী মবমদা যাম্না কূপ্না নৈনৈ। মেক্সপোল-ফৌচেটনা, জর্জ্জ গেট্রকী মত লৌদুনা অসিগুম্বা ইবাং পোক্লিংঙাই ওইবা মূর্ত্তিশিং অসি "ওঁম" হাযবা খোঙ্হোক অসিগী খূদম্নি হাযনা ফাওবা হাযবি। পী পা হক্তিন্নবনা অমনা অমগী অপাম-খৌবাংবা অদু কোকহল্লী, অসিগুম্মদনা "ওঁম" হাযবা অসিনা খৌবাংবা অসিগী মহূৎ শিন্দুনা শীজিনৈ। হিন্দুগী নুতি নুতিগী ওইবা পুন্সিদা নুংশিনবা অমসুং অধ্যাত্মিককী ওইবা ব্বাখল্লোন অসি হিন্দুশিংগী মূর্ত্তি শাবগী শাস্ত্রদগী খাইদোকপা যাদে। ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ হাযবা চতুববর্গ অসি হিন্দুশিংনা যৌনবা হোৎনবা হাযবসি অর্থ যাম্না লৈ। কাম হাযবসিনা খৌবাংববু, অপাম্ববু অমসুং প্রেমবু ফোঙদোকই।* অদুগা কাঙবু খবনদী অসিগুম্বা মূর্ত্তিশিং অসিনা সাধকশিংবু তত্তনা অপনবা পীবিবা কামগী মশক ওইবা মাযাবু উৎলিবনী হায। মন্দিব অসি পাবিক্রমা তৌবা মতমদা, মখোয মখোযগী পূক্লিংদা লৈবা মাযা অদুবু লাকশিনবা ঙম্লবদী ব্রহ্মবু পাকশন্না উজবা ঙমগনি হাযবি। ব্রহ্ম নত্রগা জগন্নাথদী , ইবাং পোক্লিংঙাই ওইবা মূর্ত্তিশিং লৈতবা আনন্দময কোঠাদা ঙাঙ্হোইবি। মন্দিব অসি পঞ্চকোশ হাযবদী ফক্লাং মঙানা কোযশিল্লী। ব্রহ্ম নএগা ভগবানগী প্রতিমাদি ইবোই লোইবা কাখল মনুং হাযবদী আনন্দকোশতা লৈ। মবম অদুনা জগন্নাথকী শ্রীমূর্ত্তিবু দর্শণ ফংজবা গরুডস্তম্ভ (যূম্বী) যৌদ্রিঙৈদা সাধক হাযবদী ৬ও অমনা লাইবেম্বা লাইবেম্বী কযা যেকপা মফম কযা ফাওদুনা চৎপগী চৎনবী কযা লৈ।

অদুবু মিথুনগী মূর্ত্তিশিংবু শ্রদ্ধা লৈবা অমসুং মকওইনা লৌবা উপনিষদকী ব্বাখল্লোন অসি বৈজ্ঞানীক ওইবা ব্বাখল লৈবা মী অমগী মফমদদী কযা থাজবোই অমসুং থাজফমসু খোক্তবনী।

---

* The erotic sculpture of India by Maxpol Fouschet pp 11 12

# মন্দির সেবা, পূজাগী মওং অমসুং উৎসবশিং

পুরীদা জগন্নাথকী কা হেন্না চাউববা মন্দিব অমা শাবা, অদুগা মূর্ত্তি অহুম স্থাপন তৌরুবা অসিনা, মতম্না অসুম হৌজিল্লকপগী মতুংইন্না মখোযশিং অসিবু ফজনা ঙাক-শেনবা অমসুং পবিং পথাপ চুম্না নিযম অমগী মখাদা পূজা তৌবা হাযবা তঙাইফদবা ওইরকখি। অদুগা মন্দিব অমবু নিযম অমগী মখাদা নীঙথিবা মওংদা পূজা তৌবা হায়বা অসিমসু তবাইবা থবক নত্তে। নুতি-নুতিগী ওইবা পূজা মওংদা অনৌবা কযা অমা হাপচিল্লকই। অদুনা মন্দিব সেবা অমসুং শাসন মওংদা অহোংবা কযা লাকপা অসি সংসাব অসিবু ঙাকপিবিবা ইবুঙ্গোঙানি হাযনা লৌই। অদুগা, মপূঙ ওইনা উবিষ্যাগী বাজাবু ঙাকপি শেনাববা ইবুঙ্গোঙানী হাযনা লৌনখ্রে। মবম অদুনা, ভগবান অসিবু "সংসাবগী মবুঙ্গোঙ" হাযবা উপাধি অসি পীখ্রে। হিন্দু ভক্ত সমাজদা ইবঙ্গোঙা অসি ধর্ম্মগী ঈথিল পীনাববা অমসুং ধর্ম্মবু লম তাকপীবা অমা ওইনা লৌখ্রে।

উবিষ্যাগী নিংথৌশিংনা, মন্দিবগী পূজা মওং অসি ফজনা পাংথোক্লবা কুপ্না যেংশিল্লী। মবম অসিদগী মতম মতমগী ওইবা নিযমাবলী কযামকম শেম্লকাখ। অসুম্না নিযমাবলী কযামকম অসিনা জগন্নাথ মন্দিবগী চৎনা লোনচৎ ঙাকপদা অমদি থকশি খাসি নাইবদা যাম্না মতেং ওই।

হন্না পঞ্জখ্রবা অদুনী, হৌজিক লৈবিবা মন্দিব অসি ছোড়গঙ্গাদেবনা ইহান হান্না শাখিবনী। মহাক্না মন্দিব অসি চলাইনবা নিযমাবলী কযামকম শেম্লম্মী। অদুদগী অনঙ্গভীমদেবনা উবিষ্যাগী নিংথৌ হেক ওইবা মতমদা মন্দিব অসিবু ঙাকশেন্নবা অমসুং মমৃত্তানা চলাইনবা হায়দুনা চৎনা পথাপ কযামকম শেমখি। মবম অসিদগী ঐখোযনা যাম্না শেংনা হাযবা ঙম্মী, মদুদি অনঙ্গভীমদেব-না পানৈঙদগী হৌনা মন্দিব অসি নিয়ম কানুন কযানা পুনবা সংস্থান অমা ওইনা লৌখ্রে। অনঙ্গভীমদেব যাম্না মগুণ লৈবা নিংথৌনি অমসুং পোমিৎসু য়াম্না নীঙথিনা উবম্মী; মবম অদুনা লাইশঙ অসিদা অনৌবা পুন্সি অমা পুবক্ত্রিবামখৈদী থকশি-খাশি পুবকপা যাবোই হাযনা খল্লম্মী। মন্দিব অসিগী তোঙান তোঙানবা মাযকৈদা ফজনা মশক থোক্লবা হাযদুনা ভগবান জগন্নাথদা মহাক্না লম কয়া দান তৌবম্মী। স্না-লূপাগী লৈতেং কযা কৎলম্মী, অদুগা ছত্তিসনিযোগ কৌবা

প্রথা অসিবুসু হৌদোক্লম্মী। মর্মাঙ্ডেঙদা চৎনবম্বা চৎনবীগী মতুংইন্নদী সেবক মাপলতমক লৈবম্বনী। মখোযশিং অদুদি ঃ- (১) চরুহোতা, (২) পাত্রহোতা, (৩) ব্রহ্ম, (৪) আচার্য্য, (৫) প্রতিহাবী, (৬) পুষ্পালক, (৭) দ্যাত, (৮) ধোবী অমসুং (৯) নাপেৎ অসিনচিংবনী। মন্দিব অসি চলাইবদা অকায-অতোই থোক্তনবা হাযদুনা মখোযশিং অসিদা অকক্লবা মথৌ শিন্নবম্মী। মসিনা মন্দিব অসিগী শেঙ্কুমগী লমদা থোইদোকপা অকায-অতোই থোক্লমদে। ছত্তিসনিযোগগী নিযোগ অহুম লৈবম্মী, মখোযশিং অদুদি ঃ- মমিং ওইনা পনব তাববদা, প্রতিহাবী-যোগ সুওব অমদি মহাসুওব-যোগ অমসুং ভিতবচু নি যোগ নি। হার্যবিবা লেযশঙ অহুম অসিনা মন্দিবগী মনাই মশলশিংদা শিন্থা কযা পীবম্মী। অদুগা, অবানবা তৌবশিংদা কবম্বা চৈবাক পীগদগে হাযবা অদুসু লেপ্লম্মী। অমগী থবক্তা অতোপ্পা অমনা খূৎ থিংজিল্লমদে। কাঙলূপ থবগী মত মতুংইন্নদি নিযোগ খূদিংমক্কী নাযক অমমম লৈবম্মী। হার্যবিবা নাযকশিং অসিগী মনুংদগী অহুম অমদি যাম্না মকওইবা থৌদাং পুহল্লম্মী। মখোযশিং অদুদী অধিনাযক (প্রেসিডেন্ট), কার্জী (সেক্রেটর্বী) অমসুং কবণ (একাউন্টেন্ট) নি। তশেংনা হাযববদা মন্দিব অসি চলাইবগী থবক পুবম্মী। ছত্তিসযোগ গী মনুংচন্না নাযক খবা অমস্ লৈবম্মী। মখোয অদুদী মমিং পনবা তাববদা ছত্তিসযোগ নাযক, বিতবত্ নাযক, তলচু নাযক অমসুং বডপাঙ্গানি মখোযশিং অসিবু অধিনাযক হাযনসু কৌই। মখোযগী মথক্তা মহানাযকশিং লৈবম্মী। কর্বি গুম্বদা, কনা গুম্বা বাগাবী (মন্দিবগী মীনায) না অবানবা তৌবর্দা মীনায অদুগী মকোক ওইবিবা নাযক অদুদা ব্রাকৎকদর্বান। অসি গুম্বা মতাঙদদি নিংথৌনা ব্রাবোই পীবা ঙমগনী।

অনঙ্গভীমদেবগী মতুংদা সূর্য্যবংশগী নিংথৌশিং লাক্লে।

জগন্নাথ দেবগী পবম-পবাদগী চৎন-পথাপ কযা অসিনা নীঙথিজনা ঈথিল পীববা কপিলেন্দ্রদেবনা পানবা মতমদা মন্দিব অসি ফজনা চলাইনবা থৌবম-পবেং কয়া পাযখৎলম্মী। অতৈ নিংথৌশিংগুম্না মহাক্তি লৈপাক্কী ব্রাযেল থৌদা অমসুং মন্দিবগী মবমদা কা-হেন্না পামশিনবা লৈবমদে। মহাক্তি শ্রীশ্রীজগবন্ধুদা যাম্না শ্রদ্ধা লৈবা নিংথৌনি। মবম অদুনা লৈবাক ঈবাং থোক্তনবা, শান্তি লৈনবা যাম্না চেকশিন্না শেন্নখি। **পূম্নমক অসিগী প্রমাণ ওইনা মহাক্লা মন্দিব অসি নীঙথিনা চলাইবগী মতাঙদা মানা নূঙদা করিদা হক্তুনা থনম্বা অসিনা ওইগনি।**

প্রতাপরুদ্রদেবনা পানবা মতমদা জগন্নাথকী মন্দিরদা য়াম্না নুঙ্ঙাইবা অহোংবা অমা লাকখি। কবি জয়দেবগী পুন্সি অমসুং কবি অসিগী পোথোক্না য়াম্না কল্লবা ঈথিল অমা পীরম্মী। মদুদি, কবি অসিনা ইবা গীতগোবিন্দমগী শৈরেংশিং অসি নুমিৎ খূদিংগী মন্দিরদা থীগদবনি (শক-শোনগদবনি ) হায়দুনা নিংথৌ অসিনা হৌদোক্লম্মী। মহাক্কী য়াথং মতুংইন্না বৈষ্ণবকী তোঙান তোঙানবা কাঙলূপশিংনা তোঙান-তোঙানবা মওংদা পূজা কচ্চবা য়ারম্মী। মতাঙ অসিদা খঙজিনবা য়াবা ৱাফম অমদী গীত গোবিন্দমগী অকক্কবা পন্দুপ খরা অকক্কবা মতমদা শক-শোনগদবনী হায়বা নিংথৌগী য়াথং অসিনী। মসিনা তাকপদী, ধর্ম্মগী ওইবা চৎনরোল খরগী মতাঙদা হিন্দু সম্প্রদায়শিংগী মরক্তা চয়েৎনবা খরা লৈরম্মাল্লে হায়বসি ঐখোয়না খঙজিনবা য়াই। অসুম্না গীতগোবিন্দগী শ্লোকশিং অসি নোংমগী মনুংদা পূঙজা নাইনা তাঙ্কক-তাঙ্কক নাইনা শক-শোনবা অসি হৌজিকসু অদুম চৎথরি।

প্রতাপরুদ্রদেবনা মন্দির অসি নীঙথিনা চলাইনবা থবক-থৌরম কয়া পাঙথোক্লম্মী। বৈষ্ণব সম্প্রদায় তোঙান তোঙানবশিংদা শিল্পা কয়া পীরম্মী।

অদুমকপু ভোয় শাগেগী নিংথৌ রামচন্দ্রদেবগী মফমদা মন্দির অসিগী মতাঙদা তৌবিমল খঙবা উৎফমথোকপা কয়ামুকলৈ। মহাক নৎলমদ্রবদি করিগুম্বদা ইবুঙ্ঙোগী মূর্ত্তিশিং অমসুং জগন্নাথকী মন্দির অসিফাওবদা লৈরমখিগদ্রা নত্রগা লৈরমলোইদ্রা চিংননিঙ্ঙাইনী। মহাক্না, হান্না লৈজরম্লবা প্রথা কয়া অসিদা অনৌবা পুন্সি অমা হাপলম্মী হায়বমক যাই।*

উরিষ্যাগী ইতিহাসতা মতম অদুদা অহোংবা অমা লাক্লম্মী। হায়রিবা মতম অসি মোগলশিংনা ভারত-তা পানবা মতম্নি। মোগল নিংথৌরেল আকবরনা উরিষ্যা রাজ্য অমসুং জগন্নাথ মন্দিরগী চলাইরিবা মওং-মতৌশিং অসি য়েংশিন্নবা, মানসিংহবু মহাক্কীত দুত ওইনা থারকখি। মন্দিরগী থৌওংশিং অদু উবদা মানসিংহ পূঙপেল-পেল্লম্মী। অদুবু মোগলশিংনা মন্দিরগী ৱায়েল-থৌদাদা খূৎ-থিংজিনবগী মওং অমদী যাত্রিকশিংদগী খাজনা মওং অমা লৌবা হৌরম্বা অসিনী। মসিবু "পিলগ্রীম-টেক্স" হায়না খঙনরম্মী।

---

*মগুলাপঞ্জী

মোগলশিংগী মতুংদা মহাবাট্রাশিং লাক্লম্মী। মখোয় অসি হিন্দুনী ; মবম অদুনা মোগলশিংনা মন্দিববু ম'ও তাক্লবা যেংলম্বা মিৎযেং অদুগুম্না মখোযদি কবিমতা তৌবমদে। শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোযননা মখোয়না জগন্নাথবু যেংশিল্লম্মী। মহাবাট্রাশিংনা "যাত্রিক-খাজনা" কোক্লবা কবিমতা তৌবমদে। অমবোমদা, মন্দিব চলাইবদা খুৎলোযনবা থবক কযামকম পাঙথোক্লম্মী। মখোযনা অঠবনালা কৌবা থোং (Bridge) অসি শাবম্মী।

বৃটিশ শাসনগী মতমদা মন্দিবগী শাসন অসি যাম্না হেন্না ফজহনখি। মখোয়না মন্দিব অসিগী শেল থুমগী ফীভম ফগৎনবা খুৎলৈ থুনা পাযখৎলম্মী। য়াম্না কূপ্পা খন্নববা তুংদা মন্দিব অসিগী পৃথিবিবা শেনফম অসি সবকাবনা পুথোক্লবদী খুদোংচবোই হাযনা লেপ্পবম্মী। অদুবু যাম্না ঙকপা বাফম অমদি, পৃথবা শেনফম সবকাবনা পীবা হাযবা অসি বৃটিশ পার্লিযামেন্টনা যাম্না কয়া যাবমদে।

বৃটিশ সবকাবনা অহানবদদি যাত্রিক খাজনা (Pilgrim Tax) অসি অদুম লৌবম্মী। অদুবু, মমৈদদী মসি লৌথোকখি। হাযবিবা মতম অসিৱাইদা মন্দিবগী শাসন অসি নিংথৌদগী লৌথোক্লে হাযবগা সবকাবনা হাপ্পা সুপবিন্টেণ্ডেণ্ট অমনা যেংহনখি। মবম অমনবু ওইবে, অমাবু ওইবে মমৈদনী মন্দিবগী শাসন অসি নিংথৌদা নৌথৌননা অমুক শিন্নখি।

মতম অসিফাওবদা জগন্নাথকী মমল যান্নবা ফিজোল অমসুং লীক্লোলগী হিসাব অমত্তা থম্নমদে। মসিবু হৈনথোকখিবা যাই হাযদুনা, হিসাব অমা ফজনা থম্নবা বৃটিশশিংনা যাম্না নীঙথিনা হোৎনখি। অদুগা মন্দিব অসিদা কাবকপা পৈশাশিং নিযম চুম্না শীজিন্ননবা হাযদুনা কলেক্টব অমা হাপ্লম্মী। অদুবু মমৈদদী বৃটিশনা পার্যশিল্লম্বা থবক কযা অসি নিংথৌদা অমুক হন্না শিন্নখি।

জগন্নাথ পুবীগী মন্দিব অসি যেংশিন্নবা সংস্থা মবি লৈবম্মী। মখোয অদুদি ঃ (১) পুবী নত্রগা উবিষ্যগী বাজ্য অমসুং নোংপোকলোমদা লৈবা মাগী মখা থাবা খুল্লাকপশিং, (২) মন্দিবগী থবক পান্নবশিং (৩) আখ্রাশিং অমসুং সধাবণ প্রজাশিং, (৪) বাজ্য সবকাব অসিনচিংবনি। মখোযশিং অসিনা মথৌ নীঙথিনা তৌবিঙেদদী মন্দিবদা অকায়-অতোই থোইদোকপা লৈবমদে। অদুবু, মখোযনা মথৌ নিঙথিনা পাঙথোক্তবা মতমদদী খুদোংচাদবা কযাগা মাযৌক্লে।

পুবীগী নিংথৌশিংনা, জাৎ-বিজাৎ হায়বা থিদনা মন্দিব-সেবাগীদমক্তা মীওই কযামকম হাপ্লম্মী। মখোযশিং অসি নুতি-নুতিগী সেবাদা যেংশিন্নবা নিযম অমগী মখাদা থম্লম্মী। কাঙলূপ-কাঙলূপশিংদা তোঙান-তোঙাম্বা থবক শিন্নবম্মী। অসুম্না থবকশিং অসি খাযদোক-খাযদোক্কুনা শীল্লবা মবম্না মন্দিবগী সেবাদা গনতান্ত্রিক ওইবা মওং অমা লৈবম্মী।

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না বৈষ্ণববাদ (Hinduism) কী তোঙান তোঙাম্বা সম্প্রদায, কযা পুবীদা লৈবকখি। মবম অদুনা মঠ কযা, আশ্রম কযা লিংখৎনবম্মী। ভগবান জগন্নাথকী সেবাগীদমক্তা তোঙান-তোঙানবা থৌদাং কযা শিন্নবম্মী। অমগা অমগা যেংশিন্নবা তৌদনা মচীনথৈঙেদদী জগবন্ধুগী সেবাদা থব্রাই যাম্না যাওনবম্মী। অদুবু পুবীগী বাজা অমসুং মঠশিং অসিনা মথৌদা খবা কোমথোক্লবকপগী মতাংদদী মন্দিব পুবদা যাম্না মওং চাদবা অমা থোবকখি।

মন্দিব শাসনগী মতাঙদা চযেৎনবা থোকপা খূদিংমক পুবীগী নিংথৌদা হান্না তাকই , মহাক্না অমুক মুক্তি মাণ্ডব (পণ্ডিত সভা) তা তাকই। সভা অসিনা ধর্ম্মগী ওইবা বাবোই খূদিংমক পী। অদুগা পূজা-পদ্ধতিগী মতাঙদদী পূজা-পাণ্ডাশিংগা তাঁনৈ। মখোযশিং অসিবু বড়পাণ্ডা হাযনা খঙনৈ। মুক্তি-মাণ্ডবশিংগী মব্রা মপাউ ইনবা হাযবা অসি হৌজিকসু অসুম চৎনবি। ধর্ম্মগী ওইবা মতাঙদা মহানযকশিং অসিনা বিচাব লোযশঙনি। ব্রাযেল থৌদা (Executive) গী মতাঙদনা অধিনাযকশিং অমসুং ছত্তিস নিযোগশিংনী। মদুগী মকোক্না নিংথৌনা ওইবে। অদুবু হৌজিক্তি শিন্থা পূম্নমক অসি টেম্পল মেনেজমেন্ট কমিটিগী মখূত্তা শিন্নবে।

বৃটিশনা পাল্লিথৈঙেদা মন্দিবগী শাসন মওং অসি যাম্না ফবম্মী। অদুবু ভাবতনা নীঙখা তম্লকথৈঙেদগীদি ফীভম অসি যাম্না শোকচিল্লকপদগী ইংকুমজা ১৯৫২ দা জগন্নাথ টেম্পল এক্ট ১৯৫২ পাস তৌবা তাখি। ভাবত সবকাবনা মিৎযেং চঙবা অসিনা মন্দিবগী শাসনদা খবমথৈদী ফগৎলকখি হাযববু চপচানা অফবা হাযবদুদী ওইবকখিদ্রে। মবম অসিদগী জগন্নাথ মন্দিব অসি সবকাবনা পূল্লপ যেংশিনবগী দবকাব লাকখি।

মথক্তা পঞ্জখ্রবা মঠ মযাম অসিনা কবম কবম্বনো; কবি কবি থবক তৌবগে হাযবা অদু খঙজিনবা কান্নগনী।

(১) উবিযা মঠ ঃ মঠ অসিগী মথৌদী থা/থা খূদিংগী থোকপা উৎসবশিংগী ভোগ, চানথক্লবা খিবিক শীল্লাঙবা, বিমলা দেবীগী শাড়ী অমুবা লাঙবা; জগন্নাথকী থাকখল অদুগা ইবুঙ্ঙোগী মোন্দুম মোন্তেক শীল্লাঙবা, সিংহাসন শেংদোকপা অসিনচিংবনী। অদুগী মথক্তা ব্রাহ্মৌশঙ অমসুং পূকৈগী থোঙ থোঙনাউ শিনবনী।

(২) শঙ্করাচার্য্য মঠ ঃ মঠ অসিগী মথৌদী জগন্নাথকী পূজা পদ্ধতি কযা পূজাবীশিংদা তাকপি তিকপিবা। হাযবিবশিং অসি পাস তৌববশিংদতা মখোযশিং অসি পূজাবী ওইবা যাবে হাযদুনা উপাধি পী। অদুগা নিংথৌগী অযাবা লৌবগা পূজাবী ওইহল্লম্মী। চৎনবী অসি হৌজিক্তি তোকখ্রে। থৌদাং অসি মূক্তি মাগুপনা পাযশিনখ্রে।

(৩) বামানুজ মঠ ঃ মঠ অসিগী মথৌদি মূর্ত্তিশিং অসিদা হুমাই থৌগল চঙবনী। অতোপ্পা অমনা উৎসবনাচিংবগী অচা-অথক (ভোগ) লাঙবনী। মঠ অসিগী অতোপ্পা খুদোংচাবা অমনা লাইগী ভোগ প্রসাদী ফংবা অসিনী।

জগন্নাথ মন্দিবগা মবী লৈনবা অতৈ অতোপ্পা মকুওইবা মঠশিংদী জগন্নাথবল্লভ, বাঘবদাস, - শ্রীবামদাস, উত্তবপর্শ্ব, দক্ষিণ পর্শ্ব মঠ অসিনচিংবনী। মখোযশিং অসিগী মনুংদা মন্দিবগী তোঙান-তোঙাব্বা পর্ব্বদিন কযা শীল্লাঙবদা যাওবা মবম্না জগন্নাথ বল্লভ মঠ অসি যাম্না মরু ওই।

বৃটিশনা মন্দিব অসি পাযশিনবা মতমদা তোঙান-তোঙানবা সম্প্রদাযগী মঠ কযা লৈবম্মী। মসিগী প্রমাণদি পুবীদা লৈবম্বা মঠশিংগী মহন্তশিংনা, মতম অদুগী গর্ভনব জেনেবেল, লোর্ড ব্রেলেসলীগা ইনবা চিঠি (ইংকুমজা ১৮০৪, জুলাই তাং ২৪) দগী খঙবিগনী। চিঠি অদু সংস্কৃত লোন্দা ইবনী অদুগা সাহি তৌনবদনা তোঙান তোঙাব্বা মযেক-তেলেগু, উবিযা, তামিল, কন্নবিঞ, সংস্কৃত, বেঙ্গলী, হিন্দীনা চিংবনা সহি তৌই। মখোযশিং অদুদী ঃ-

১। কৃষ্ণচন্দ্র মোহাপাত্র, ছত্তিস নিযোগ নাযক উবিযাদ
২। জগন্নাথকী, জগন্নাথ বল্লভ মন্দিবগী অধিকাবী সংস্কৃত-তা
৩। গুরুমুখ দাসজী ”
৪। বম্মাহন্ত বমবভ্রদাস ”
৫। সুবদাস গুরুজী ”

৬। শ্রীইন্দ্রবলজী সংস্কৃত তা

৭। শ্রীবাম ”

৮। শ্রীগোপালজী ”

৯। ছযতন্দাসজী মহন্ত বড অখড ”

মখোযশিং অসিনা সংস্কৃততা সহি তৌই। ”

১০। শ্রীমৎ বত্ননুসিংহচাবী স্বামী, কনাডী ”

১১। মহন্ত সৌমৎজমত্রজী সংস্কৃততা সহি তৌই। ”

১২। শ্রীবাজগুৰু উঃ তিৰুমল পিৰিদী বেক তচাবী - স্বামী - তেলেগু

১৩। শ্রীবাম শ্রীবামজী মহন্ত ছোতসহু ”

১৪। বডসন্ত বামসেবকদাসজী - সংস্কৃত

১৫। শ্রীবাম শ্রীবামদাসজী ”

১৬। শ্রীবাধাৰ্খষ্ণ কৃষ্ণচন্দ্র দোবগোস্বামী - বেঙ্গলী

১৭। শ্রীশ্রীওলানন্দ দেব গোস্বামী ”

১৮। শ্রীগোপিনাথ দেবী গোস্বামী ”

১৯। শ্রীবাম অধিকাবী নাবাযণ দাস সংস্কৃত

২০। শ্রীবাম শ্রীমহন্ত জযবামদাসজী ”

২১। জগন্নাথ বাজ গুৰু ”

অদুগা অঁতে অঁতে অসিনাচংবনী।

মসিনা তাক্লিবদী পুবাগী মান্দবদা বৃটিশনা যেংশিন্দ্রিঙৈদা মঠ কযামকম অমসুং মহন্ত কযামকম লৈবম্মী হাযবা অসনি।

ধৰ্ম্ম শাস্ত্রগী মতৃংইন্না স্থাপন তৌববা বিগ্রহ অমগী যাত্রা নত্রগা উৎসব পাঙথোকপা হাযবসি তঙাই ফদবনি। অসিগুম্বা যাত্রা অমসুং উৎসব পাঙথোকপদা লৈপাক অসিগী কাচিন-কোযাদগী লাকপা যাত্রিক কযানা শোভা যাত্রাদা ইবুঙেঙানা লেঙথোবকপা অদু উজবদা ঙৰ্মখে লৈতনা হবাউবা পোকচৈ। অদুগীসু মথক্তা শেইনাইববা, লাযনা পক্লবা, চহী মঙম-শাল্লবা ইবুঙেঙাগী মন্দিবদদী চঙবা ঙমদবা কোঙ্গায অমা যাওবিবনী। মীওইশিং অসিনা ইবুঙেঙাগী দর্শণ ফংজনীঙবদী হাযঙমদবনী। অসি গুম্বা মীওইশিংবু পেলহন্নবগীদমক্তা উৎসব যাত্রা কযা অসি পাঙথোকই। অদুগীসু

মথক্তা মন্দিরশিংদা অসুন্না যাত্রা পাঙথোকপনা মৈহৌ লাংপোক্কী, ঈশিং-ঈচাউগী, চাক-তাংবগী অমসুং লাথনা লাইচৎ কযাদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী হাযবসিসু থাজনৈ।

পাঙথোক্লিবা উৎসবশিং অসি নুমিৎ মঙানিগী, তবেৎনিগী নত্রগা মাপলনিগী ওইবা যাই। কবিগুন্না মতাঙদনা থা তক্বক নত্রগা চহী অমা ওইবসু যাই। জগন্নাথ মন্দিবদা তোঙান তোঙানবা মখলগী উৎসব নত্রগা যাত্রা পাঙথোকই। হাযবিবা উৎসব নত্রগা যাত্রাশিং অসিগী মনুংদা অর্চ্ছ মূর্ত্তিশিং শোঙযাত্রা লেঙথোকই। অসুম্না স্থাপন তৌদুনা মূর্ত্তি লেঙথোকপা অসিবু মুলবেবা হাযনা জগন্নাথ মন্দিবদা খঙনৈ। মপূঙ ওইবা যাত্রা ১২ দং লৈখচ্চবি ঃ অদুগা অতৈদী চুম্নতগী মমিংতা ওইনা মমৈদা পঞ্জবে।

নিলাদ্রি মহোদযগী মতুংইন্না, ভগবান জগন্নাথ জৈষ্ঠ পূর্ণিমা নুমিত্তা পোকই। শ্রীহর্ষনা মাগী লাইবিক "নৈশধ চবিত" কৌবা লাইবিক্তা পুরুষোত্তমগী উৎসব অসিগী মতাঙদা পল্লী। মনম অসিদগী নুমিৎ অসিদা স্নান যাত্রা পাঙথোকই। জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা অদুগা সুদর্শণগা লোযননা স্নান বেদী তান্না পুই।

শোভাযাত্রা অসিবু পর্হণ্ড নত্রগা পহন্দি বিজয হাযনা খঙনৈ। পহণ্ডি হাযবা ৱাহৈগী অথ পণ্ডিত কযানা তোঙান তোঙান্না পীনবা গোৎনৈ। কাঙবু খবনা ৱাহৈ অসি "প্রস্পন্দ" হাযবদী লেঙবা হাযবদগী লৌথোবকপনী হাযনা মত পী। "পহণ্ডি" হাযবা অসি সংস্কৃতকী ৱাহৈ পদহগুনা হাযবদী তপ্না তপ্না চৎপা হাযবদগী লৌথোবকপনী হায। অদুগা পণ্ডিত বিনাযক মিশ্রগী মতুংইন্নদী প্রস্পণ্ড হাযবা ৱাহৈদগী থৈথবকপনী হার্যাব। (শ্রীক্ষেত্র লাঃ ১৬৩)। অদুগা অতোপ্পা খবগী মত্ মতুংইন্না মসি "পাণ্ড্য বিজয" দগী থৈথবকপনি হাযবসু যাওই। "স্নান-বেদী" (চাইথফম বেদী) অদু মনি-মুক্তানা থাম্লবা উ পান্বীশিংগী চিত্রবট অদুগা লৈশূগী লৈকোন ওইনা শেন্নী। ফীবান অমসুং তোবনা অসির্নচিংবসু থেৎলী। শ্রীমূর্ত্তিশিং অদুসু লৈ শূনা ফজনা লৈতেংই। মখল মখা কযাগী মনম নুংশিবা থাউ, ধূপ-নচিংবা মখল-মখা কযাগী পূঙ-শেল যন্ত্রগী খোঞ্জেল্লক্তা মূর্ত্তিশিং অসি "পহণ্ডি" লোঙথোবকপা মতমদা ভক্ত লীশিং লীশিংনা ইবুঙ্ঙো দর্শণ ফংজনবা চীক্লু-চাযনা ঙমদবমখৈ ক্রক ক্রক ইন্নৈ। মমাঙগী নুমিত্তা শীতলা গুহাদগী স্নানা শাবা পাত্র ১০৮ অমসুং কোবিগী পাত্রদা শোক্লকপা ঈশিং ভোগ-মাগুবতা থম্মী। স্নান-পূর্ণিমা নুমিত্তা স্নান-দেবী তান্না ঈশিংশিং অসি পুবকই। মসিবু জলাধিবাস হাযনা খঙনৈ। ইহান হানবদা মূর্ত্তিশিং অসি অঙাঙবা

মচুগী মকুপ খব তৈশিল্লী। অদুদগী স্নান বেদী তান্না পুবকই। অদুদগী মূর্ত্তিশিং অসি মৃগাগী ফিনা কুপশিল্লী। ঈশিং হৈথে। তাঞ্জা অসিদা পবমন শ্লোক থী। চাইথববা তুংদা মূর্ত্তিশিং অসি গণেশ মানবা ফীজোন থোল্লী। মসিবু গণেশ বেষ কৌই। অসুম্না হায়নবা লৈ মদুদি স্নানযাত্রাগী গণেশ পূজক পণ্ডিত অমা পুবীদা লাকখি। নিংথৌনা মাগী পণ্ডিত্বদা পেল্লদুনা মনা-মথুম কয়া কৎখি। নিংথৌনা মুর্ত্তিশিং দর্শণ তৌকসি হায়বদা মাগী ইষ্টদেবতা গণেশ নত্রবদী দর্শণ ফংজনিংদে হায়না পণ্ডিত অদুনা তাকপিখি। অদুবু স্নান বেদীতদী যৌকসি হায়ববদা অঙকপা মতৌনী ; শ্রীমূর্ত্তিশিং অদু গণেশকী মূর্ত্তিশিং ওইনা লৈবন্নে। অদুম্না পণ্ডিত অদুদা দর্শণ পীনবিখী। মবম অসিদগী স্নান যাত্রাদা গণেশবেষ থোল্লিবনীসু হায়নৈ। অদুগা অতোপ্পা লৌবা যাবা অমনা চাইথবদা শ্রীমূর্ত্তিশিংগী অঙ্গবাগ (মচু) অদু শিথবকপা মবম্না ভক্তশিংনা দর্শণ ফংবদা হঙ্গৈইবা ফাওবা অদু কোকনবা হায়দুনা গণেশকী ফীজোল থোন্দুনা অশেংবা মূর্ত্তিশিং লোৎশিনবনিসু হায। অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা জগবন্ধুগী ইহান হানবা চহী অমগী যাত্রাদী স্নান যাত্রানা ওই । মবম অসিদগী শ্রীবিষ্ণুমক্কী মওং লৌবিবিবা গণেশপু ইহান হান্না পূজা তৌবা মবম্না শ্রীমূর্ত্তিশিং অসিসু শ্রীশ্রীগণেশকী ফীজোল থোল্লিবনী হায়নসু হায়নৈ।

স্নানযাত্রাগী মতুংদা, জগন্নাথকী মূর্ত্তিশিং অসি নুতি নুতিগী ৩ওইনা পাঙথোকফম থোকপা পূজা ফাওবা পাঙথোক্তনা নুমিৎ ১৫ নি চূপ্পা কনা অমত্তা উহন্দনা থমগনী। হায়বিবা নুমিৎশিং অসিদা মূর্ত্তিশিং অসি মন্দিব মনুংদা লৈবা বত্নবেদী থক্তা অদুম থমগনী। মতম অসিবু "অনবসব" হায়বদী পূজা তৌবগী মতীকচাদবা মতম হায়না খঙনৈ।

সোড শকলা ঃ সৌম্য পুরুষ ঃ
পঞ্চদশানি মাসঃ কামমপঃ
পিবপময়ঃ প্রাণো ন বিপত বিছিস্যাতি ইতি ॥

(ছন্দযোগ উপনিষদ অধ্যায়ঃ ৬ শ্লোক ৭-৯)

অর্থঃ "ঐনা নুংশিজবা মীওইশিং অসি কলা ১৬ না শাবনী। নুমিৎ ১৫ নির্দা মখোযনা কবি অমত্তা চাদবা ঙম্মী , নখোযনা হেক ঙমজবা মখৈ ঈশিং থকউ, মবর্মদি ঈশিংদা প্রাণ যাওই; অদুনা ঈশিং থক্লিমখৈদী কবিসু তৌবোই।" অনবসবগী মতমদ

মূৰ্ত্তিশিং অসিদা প্রাপনক হায়বদী ঈশিংদমক কৎলী। মথক্তসু পঞ্চখ্রবা অদুনী ঈশিংনা চাইথবদা মূৰ্ত্তিশিং অসিগী বর্ণ অসি চামথখ্রবনী। হায়রিবা নুমিৎ ১৫ নি অসিগী মনুংদা (সবর নিংথৌগী চাদা-শূদা ওইবা) "দৈত্য" শিংনা মূৰ্ত্তিশিং অসি অঙ্গরাগ তৌই। অদুগা মতিকচাবা মওংদা লৈশী লৈথোল্লী। মূৰ্ত্তিশিং অসিবু রং-তৈনবা অমসুং কে-মৌনবা মতম অসি নুমিৎ ২/২ গী ওইবা তাঙ্কক ৭ থোক্লা খায়দোকই। অরোইবা নুমিৎকী নোংমা অসিনা রং-তৈবা লোইশিনবগী ওইনা খাকই। ১৬ নিশুবা নুমিৎ অসি পূজা তৌবদা মতিক চারবা মওংদা শেম-শারবা, দর্শণ তৌবা য়ারবা নুমিৎনী। অসুম্না ভক্তশিংদা দর্শণ পীবা য়াবা, স্নানগী যাত্রাদগী থীরগা ১৬ নি চনবা নুমিৎ অসিবু নেত্রোৎসব নত্রগা নবযৌবন (অনৌবা মপোক) হায়না খঙনৈ। শিল্পশাস্ত্র নত্রগা আগমগী মতুংইন্না "চক্ষুরুমিলন" হায়বদী মিৎকপ থোকপা হায়বা পূজা অসি পাঙথোক্লকবতদা মূৰ্ত্তিশিং অসি পূজা তৌবদা মতীক চারে। "অনবসর" গী মনুং অসিদা দৈত্যশিংনা মূৰ্ত্তিশিং অসিদা সূপ্নতগী উঁহে-ৰাহৈ অমসুং শঙ্গোম-মপাল য়াওবা ঈশিংদমক কৎলী। মখোয়গী মততা মূৰ্ত্তিশিং অসি হকচাং ঈবা মতাঙনি। অদুনা পোথাবনী হায়না লৌই। মূৰ্ত্তিনা হকচাং ঈবা মনুং অসিদা রাজ-বৈদ্য নিংথৌগী অমাইবা অমাইবীশিংনা অথন্নবা হীদাক লাংথক্কা লোয়ননা লায়েংই।

হৌজিক্তি ঐখোয় জগবন্ধুগী কুম খূদিংগী আষাঢ়গী পানখৎলকপা নীনিচনবা নুমিত্তা পাঙথোকপা রথ যাত্রাগী চাউরবা উৎসব অদুগী মরমদা নৈনদুনা য়েংসি।

নোংজুথাদা রথযাত্রা পাঙথোকপা অসিগী অর্থ য়াম্না লৈ। মুনি ঋষিশিংনা বরষ (চহী) হায়বা অসি বরষা নত্রগা নোং অমসুং অঙকপা ফংনা নোং হৈথবা অসিদগী লৌবনী হায়। নোং হায়বসিনা তাইবং মীওইপানগী হরাউ-তয়াম্বা অমসুং পাঙ্গল-শক্তিগী পাউজেল পুবা খূদম্নী। "শতপথ ব্রহ্মণ" পুরান্দা -নোংচুবা মতম, বর্ষা ঋতু অসিবু অঙকপা ফংনা শীঙথাবি। মরম অসিদগী রথ যাত্রা অসি নেংজু থাদা পাঙথোক্লবনী।

নোংজুথা হাযবসি চহী অমগী ঋতুশিংগী মহূৎ শিল্লী। নোংপোকলোমদগী শিৎলকপা নুংশিৎনা বসন্ত ঋতুগী মহূৎ শিল্লী। নোংখোঙ ফৃয়না চুবা নোংজুনা বর্ষাঋতু, নোংলক্তা নোংথাং কৃপ্নবুনা শবত ঋতুগী মহূৎ শিল্লী; নোংজু লেপ্পা মতমবুনা হেমন্ত ঋতুনী হায়না লৌনৈ। অদুগা অশাবা অমসুং অইংবা মতম্বুনা গৃষ্ম ঋতু অমসুং

শীত ঋতুবু খঙনৈ। মরম অসিদগী নোংজুথা হায়বা অসিনা মহৌশা লাইরেম্বীগী ঋতু ৬ অসিবু মতূৎ শিল্লী। "শত্তপথ ব্রহ্মণ" গী অনীশুবা খণ্ডদা, রথ অসিগী হৌরকফমগী নুংঙাইরবা ৱারী-শীংবুল অমগা লৈ। থায়না মর্মাঙ্‌গুদা ভগবানগী রথ অসি স্বর্গদা লৈরম্মী হায়নৈ। তাইবং মালেম অসিদা উবা শুকফং ফংলমদে। ৱারী শীংবুল অসিগী মতুংইন্না স্বর্গগী নিংথৌ ইন্দ্রগা; লাই হিংচাবা বৃত্তাসুরগা খৎনঙেদা, রথ অসি মালেমদা লৈবা হৌরকখি। ইন্দ্রনা শাউদুনা মাগী বজ্রনা হিংচাবগী হৃকচাংদা হুনবা মতমদা, বজ্র হায়বা খুৎলাই অসি শরাক মরি থোক্লা কায়খি। অহুমশুবা শরাক অদুনা রথ ওইখি। রথ হায়বদী কাং হায়বনি নুমিৎ অদুদগী হৌনা মালেম অসিদা শাবা হৌখ্রে। ইন্দ্রদেববু নোং অমসুং অখাক অরাউগী লাই ওইনা খঙনখ্রে। মাগী খুৎলাইদগী রথ অসি ওইখিবা মরম্না, রথ যাত্রা অসি নোংজুথা হৌগৎলকপদা পাঙথোকপা মতীক চায় হায়না লৌনৈ।

ভগবান জগন্নাথকী রথকী মমিং 'নন্দী ঘোস" অদুগা "গরুড়ধ্বজ" হায়নসু কৌনৈ। অদুগা ভগবান বল্লভদ্রগী রথকী মমিংনা "তালধ্বজ" হায়না কৌই। করিগীদমক "তালধ্বজ" কৌখ্রিবনো হায়বা অসি লেপ্লদা অরুবা অমা ওইনা থোক্লি। বল্লদেব অসি ভগবান বিষ্ণুনা মোনখাংনবা পোকপা শিবা নাইদ্রবা "শেষ" কৌবা লীল অদুগী শায়োন্নী। ভগবান বল্লভদ্রনা মাগী সিংহাসনগী মখাদা তাইবংপান পূম্ববু উবা ঙম্বা শকয়েং মিংশেল অমা থম্মী হায়না থাজনৈ। ভগবান বল্লভদ্র শকয়েং মিংশেলগুম্না অমকপা লৈতবা অমসুং থম্মোই শেংবা ওইবা মরমদগী তালঙ্ক হায়না কৌবনী অদুগা শকয়েং মিংশেল অসিনগা "তাল" (মখা) দা থম্বা মরম্না, মাগী রথকী মমিং "তালধ্বজ" কৌরিবনী। শকয়েং মিংশেল অসিগী মওং অমা রথ অসিগী ফীরান্দা য়েক্কুনা লৈ। সুভদ্রাগী রথ-পুনা "দেবদলন" নত্রগা "পদ্মধ্বজ" হায়না খঙনৈ। লক্ষ্মীদেবীগা অমত্তনি হায়না লৌনবী ইবেম্মা সুভদ্রা অসি পদ্ম (থম্বালগী লাইরেম্বী) হায়নসু খঙনৈ। লম্বুম চাওখৎপা অমসুং শ্রী (অরেম্বা) হায়বা গুণময়ামগী খূদম্নি হায়দুনা সুভদ্রা ইবেম্মবু লৌনৈ। মরম অদুনা ইবেম্মনা লেঙখৎপা রথ-বু থম্বালগী মওঙনি হায়দুনা "পদ্মধ্বজ" হায়না কৌই। রথ যাত্রাগী মমাঙগী নুমিত্তা রথশিং অসি পূজা তৌই অমসুং নুংশিৎ কৌবা লাই অমসুং অতৈ অতৈ লাইরেম্বা লাইরেম্বী কয়াবু কৌথৈ। লাইশিং অসিনা "রথ" কাংশিং অসি নুমিৎ মাপন্নি-চুপ্পা শেন্নদুনা লৈ হায়না থাজনৈ। মরম অদুনা রথ-শিং অসি লাইগী শায়োন চঙলবনী হায়না থাজনৈ। পরম-পরাদগী চৎনরকপগী মতুংইন্না মীশক-মীওই খাক্তনা রথ-শিং অসিদা পংতোং-তোংবা, পঙকা-কাখৎপা য়াদে।

পুবাণশিংদা বথশিং অসি কাখৎকে (তোংগে) হাযববদী মার্যকে অসোম-অসোমদা ওন্দুনা কাখৎকদবনি হাযবনচিংবা অকৃপ্পা নিয়ম কয়ামকম লৈ । রথশিং অসিদা লেঙশিল্লিবা লাইশিংদগীদি, নুমিৎ ৯ নি চূপ্পা অসি অশোয-অঙাম থোক্তনবা শেন্নবনা হেন্না লুনা চেকশিন্না হোৎনৈ। বথ-শিং অসি চিংবা মতমদা বথশিং অসিদা লেঙশিল্লিবা পার্শ্ব দেবতাশিংগী ফিজেৎ-নমখাংশিং অমসুং লৈতেংশিং অসি শোযদ ঙামদনবা যাম্না কন্না চেকশিন্না হোৎনৈ।

বথ-কী থৌবী পাযদুনা চিংবা মতমদা পাঙ্গল ফূদোক্তুনা নত্রগা কবেম কথাইনবা অমা যাওনা বথশিং অসি খংচিং খংচিং চিংদনবা যাম্না চেকশিন্বা ৱাহৈ হার্যনৈ। কাং হাযবদী বথ-শিং যাম্না কন্না চিংবা অসি চৎনবী ৱাংমা লানবনী। শ্লোক অমনা অসুম্না হায ঃ-

বথদী তপ্পা তপ্পা চিংফম থোকই  
পুণ্যগী মশক চাকাসু তপ্পা তপ্পা লেঙই;  
বিশ্ব-প্রেমগী নুংশিবা খোজ্জেলগা লোয়নননা ।।

("স্নেহ-স্নেহ বথো নেযো  
বথ স্নেহ টু চক্রন" " সূর্য্যপুবাণ )

মতৌ অসুম্না লাইযামশিং অসি বথ-তা লেঙশিল্লী অদুগা মখোযগী ফমফমশিংদা ফমদেংদুনা লৈ। মবম অদুনা বর্থাশং অসি তপ্প তপ্পা চিংলবদী ভগবানশিং অসি ইঙনা-তপ্পা লেঙশিন্দুনা লৈ। কবিগুন্বা বথশিং অসি খংচিং-খংচিং চিংলবা অমসুং অশোয অঙাম থোক্তুনা বথশিং অসিদা অতেক-অকায থোক্রবর্দী লৈপাক্কী অমসুং তাইবংপানবগী অশোয অঙাম কযা যাওই।

উবিষ্যাগী বথ যাত্রাবু দর্শণ তৌনবগীদমক্তা ভাবতকী কাচিন কোযাদগী ভক্ত নত্রগা যাত্রিক কযা লাকপদা নত্তনা পৃথিবীগী মফম খূদিংমক্তগী যাত্রিক কযা লাকই।

মূর্ত্তিশিং অসিদা অখন্নবা ভোগ কৎলবা মতুংদা, মূর্ত্তিশিং অসি অমমমতা ওইনা বথদা লেঙশিল্লী। বথ যাত্রাগী মমাঙগী নুমিত্তা বথশিং অসি শেম-শাদুনা (সজাযদুনা) সিংহদ্বাবগী মমাঙদা মমায অৱাংপাংনা থেন্দুনা থম্মী। বথশিং অসি মথং-মনাউ নাইনা শ্রীবল্লভদ্রগীনা মমাঙথানা অদুগী মতুংদা মথং মথং শ্রীসুভদ্রা অমসুং শ্রীজগন্নাথকীনা

তুংদা লেংদুনা থম্মী। মূর্ত্তিশিং অসি লেঙথোক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা লৈ শূতনা শেল্লবা কোকথোন অমমম শেল্লম্মী। মূর্ত্তিশিং অসিনা মন্দিবদগী লেঙথোবকপা অসিবু "পহন্দি" হায়না কৌই।

শ্রীজগন্নাথকী বথ অসি "নন্দিঘোস" কৌই। ফুট ৪৫ ৱাংই; ফুট ৭/৭ কা ব্যাস (diameter) ওইবা চাকা ১৬ না চিংই। "নন্দিঘোস" অসি নাপু (যইঙঙ্) মচু তৈ। হিগোক (blue) মচু তৈবা "তলধ্বজ" কৌবা শ্রীবল্লভদ্রগী বথনা ফুট ৪৫ বাংই অদুগা অঙাঙবা মচু তৈবা ইবেম্মা সুভদ্রাগী বথনা "দর্পদলন" নত্রগা "দেবীবথ" কৌই ফুট ৪৩ ৱাংই। বথতা কাপ্লৈবা ফিশিংগী মচু অসি মূর্ত্তিশিং অসিনা থোল্লিবা ফিজেৎকী মতুংইন্না শঙবনী। শ্রীকৃষ্ণবু "পিতাম্বব" হায়না খঙনৈ, মবম অদুনা ইবুঙ্গেঙা জগন্নাথকী বথকী মচু নাপু ওইবিবনি। বল্লভদ্রনা থোল্লিবা ফিজেৎকী মচুদী "নীলাম্বব" নি মবম অদুনা ইবুঙ্গেঙাগী বথকী মচু হীগোক ওইবিবনী। ইবেম্মা সুভদ্রাদী অঙাংবা ফীজোল থোনবী শক্তি মাতানী হায়না লৌনৈ ; মবম অদুনা ইবেম্মা সুভদ্রাগী বথকী মচুদী অঙাঙবা ওইহল্লিবনী। মূর্ত্তিশিং অসি সনা হৎলবা ফিজেৎ কযামকম্না লৈতেংই।

মূর্ত্তিশিং অসি বথতা হেক লেঙখৎপগা চিংবা যাদে। জগন্নাথ মন্দিব শাবম্বা শূথাঙনী হায়না লৌনবা পুবীগী নিংথৌনা দলাই তোংদুনা লাক্লগা, হৌনবী মতুংইন্না আর্চা পূজা তৌববা তুংদা, বথশিংগী ফম্বাকশিং মথং মথং ৱাই শীৎকনী। মসিবু "ছোবা পনহবা" হায়বদী বথকী ফমথক ৱাই শীৎপা হায়না খঙনৈ। অদুগী তুংদতা বথশিং অসি চিংগদবনী।

যাইফ মীৎকুপ্পি হায়না খঙনবা মীৎকুপ অদু লাক্লবা তুংদা ভক্ত লীশিং লীশিংনা অচৌবা থৌবীশিং অদু পাযদুনা চিংগনী। বথশিং অদু বডা দাণ্ডা নত্রগা অচৌবা সবক্তা তপ্পা তপ্পা চিংবনা, লম্বীগী লোইশিল্লকপদা লৈবা গুণ্ডিচা মন্দিব তান্না চিংগনী। বল্লভদ্রনা অহলনীনা, মাগী বথনা হান্না চিংগনী। বথ অসিগী তুংদা সুভদ্রা অমসুং জগন্নাথকী বথনা খ্বাইদগী তুংদা ইনগনী।

গুণ্ডিচা মন্দিব, ইবুঙ্গেঙাগী লৈকোন্দা নুমিৎ ৭ নি লৈববা তুংদা "বহুবাযাত্রা" হায়না খঙনবা উৎসব অদুগী মতুংইন্না অমুক হন্না বথশিং অসি শ্রীমন্দিব তম্না চিংলকই (ঐখোযনা কাংলেন হাযবিবা অসিনি)। একাদশী নুমিত্তা মূর্ত্তিশিং অসি সুনাবেষ

থোল্লী। বথশিং অসি শাবা লোইবগা উৎসর্গ তৌবা হাযবসিসু ধার্ম্মীক ওইবা থৌদোক অমনি। বথশিং অসি অক্ষয-তৃতীযা নুমিত্তা "বনযজ্ঞ" হাযনা কৌবা পূজা অমগা লোযননা শাবা হৌই। অদুগা বথশিং অসি শানবা শাল হাযবা উ অদু দসপল্লা নিংথৌনা কৎলৈ। (হুজিক্তি উবিষ্যাসবকাবনা কৎলে)। নীলাচল হাযবা মফম অসিগী তোপ-তোপ্পা ধর্ম্মগী ওইবা বিধী অমসুং অশেংবা কযামকম লৈ। হাযবিবা বিধী অমসুং নিযমশিং অসি ধর্ম্মগী ওইবা গ্রন্থ কযানা শৌগৎলী। অসুম্না অক্ষয তৃতীযা হাযবা নুমিৎ অসি সত্য-যুগ হৌবা নুমিৎনী, মবম অসিগীদমক্তা নুমিৎ অসিদা বথশিং অসি চহী খূদীংগী অক্ষয তৃতীযা নুমিত্তা শাবা হৌবনি হাযনা লৌনৈ।

বথকী মওং অসি উপনিষদতা অসুম্না হায ঃ

"আত্মানম বাথিনম বিদ্ধি শবীবম বথমেভ তু ।।"

ভগবানগী সর্ব্বশক্তিমান ওইবা মগুণ অসিবু বেদ, তন্ত্র অমসুং পুবাণশিংদা যাম্না নিংথিজনা শৈথাই। শ্রীমদভাগবততা ভগবানগী অবতাব ২৪ গী মনুংদা মহাক্কী ইহান হানবা অবতাব অসিবু জীব স্বরূপনী হাযনা শাঁওথাই। জীবস্বরূপ অসিদী অহৌ অবোই নাইদবা ভগবানগী অপুর্ব্বতাবনী।

বথকী অপূনবা শওম অসি মালেমগী জবজীব পূম্নমক্কী হকচাংনা হাযনা লৌই। বথ অসিদা পবত্মানা মাগী চতুর্ব্যুহ হাযবদী বাসুদেব, সঙ্কর্শণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ হার্যাববা লাইশিং অসি বথ অসিদা স্বর্গদগী কূপথবক্তুনা তোংলৈ হাযবগী থাজনবী অমা লৈ। হার্যাববশিং অসি পণ্ডিতশিংগী মতনি। কাঙবু খবনা জব সংসাব (mortal world) অসি মহাপ্রলযগী মতুংদা শাবা হৌখিবনী হার্যনৈ। অক্ষয তৃতীযা হাযবা অসিদী সত্যযুগকা মবী লৈনবা মবম্না বথ হাযবদী তাইবং জীব পূম্নমক্কী হকচাংগী কুযোমশিং অসি শাবা হৌবগী খ্বাইদগী যাইফবা নুমিৎনী হাযনা লৌনৈ। অদুগা অক্ষয-তৃতীযা হাযবা নুমিৎ অসি হীদাক-লাংথক্কী ওইনা শীজিন্নগদবা পান্বীনচিংবগী মরূ হুনবদা খ্বাইদগী ফবা নুমিৎনীসু হার্যনৈ।

জাৎ-বিজাৎ, ধর্ম্ম-বিধর্ম্ম হাযবা লৈতনা বথদা লেঙশিল্লিবা মূর্ত্তিশিং অসি খূৎনা শোকপা যাই। মসিনা তাকপদি শ্রীজগবন্ধুগী মফমদদি শোক্লা পন্নবা যাদবা ফত্রবা চৎনবী অসি লৈতে।

গুণ্ডিচা মন্দির তান্না চৎপদা রথ, মনুংদা মূর্তিশিং অসি লৈরিঁগুদা, অদুগা বহুড়া যাত্রাগী (উলতরথ) কী মতমদা, মূর্তিশিং অসিদা মৈ চঙদবা পোৎ, খূদম ওইনা শঙ্গোম, ঘীনচিংবা কৎলি, অদুগা মরক্কি নুমিৎ ৭ নি অদুদী জগন্নাথ মন্দিরদা তৌবগুম মৈ-চঙবা অচা-অথকপশিং কৎলী।

নুমিৎ ৯ নি চূপ্পা পাঙথোকপা অধম যাত্রা (হায়বদী লাইবক থীরবাশিংগী অৱাবা কোক্লবা উৎসব) অসিবু য়াম্না কূপ্পা থিজিল্লবদী, ইবুঙ্ঙোগী চরণ অনীদা য়েক্লিবা খূদম ৯ অসিনা ফোঙদোক্লি।

মথংদা পায়খৎ চগদৌবিবা অসিনা পুরুষোত্তম ক্ষেত্রগী শ্রীশ্রীজগন্নাথ অমসুং মাগী লোয়নবশিংগী রথ অহুমশিগী খূৎশাগী মওংনী। ইবুঙ্ঙোগী রথশিং অসি চাকা ১৬/১৬ পাল্লী। মসিনা তাক্লিবদী ভগবানগী কলা ১৬ অদুবু ফোঙদোক্লি। মথক্তসু পঞ্জখ্রবা অদুনি ইবুঙ্ঙোগী রথশিং অসিগী মমিং নন্দিঘোস কৌই; অদুগা রথ অসিবু চিংই হায়না থাজনবা শগোলনা সঙ্খিকা, রোচিকা, মোচিকা অমসুং জ্বালিনী কৌই। কলা ১৬ নী। অরা নত্রগা ধরা (axle) ১৬ নী রথ অসিগী মরুওইবা ঋষিনা পাগুনী।

সুভদ্রাগী রথকী মমিংনা দেবীরথ নত্রগা দেবীদলন কৌই। রথ অসিগী চাকা ১২ অসিনা চহী অমগী থা ১২ গী খূদম্নি। রথ অসিবু চিংলিবা শগোল মরিগী মমিংদী প্রজ্ঞ, অনুজ্ঞ, ঘোরা অমসুং অঘোরা মরি অসিনী। কলা ১২ নী। অরা নত্রগা ধরা ১২ নী বথ অসিগী মপূঙ ওইবা ঋষিনা যজ্ঞবল্ক কৌই। বল্লভদ্রগী রথকী মিংনা তালধ্বজ কৌই। রথ অসিবু পুরিবা চাকা ১৪ নী। মসিদা তাক্লিবদী ব্রহ্মাগী মপুন্সি চতুর্দশ মনবন্তরনী হায়বা তাক্লী। বল্লভদ্রা হায়বা ইবুঙ্ঙোসি জর-সংসার (mortal world) পূম্নমক্কী মপূনী, মরম অদুনা ইবুঙ্ঙোগী স্না-হকচাং অসি চাউই। মরম অদুনা ইবুঙ্ঙো মহাক্তি বিরাটনী। বথ অসিগী সার্থীনা তালধ্বজ হায়না খঙনৈ। মসিবু চিংলিবা শগোলশিংদী ঋগ, যযুর; সাম, অথর্ব্বনী। মসিদা কলা ১৪ লৈ। মসিনা সংসারগী মরোল ১৪ বু খঙহল্লি। ধরা (axle) ১৪ নী। অদুগা রথ অসিগী মপূঙ ওইবা ঋষিনা অঙ্গীরানী।

আষাঢ়গী পানখৎলকপা একাদশী নুমিত্তা শযণ উৎসব পাঙথোকই। মমাঙগী নুমিত্তা "অধিবাস" কী থৌবম পাঙথোকই। হায়রিবা নুমিৎ অসিগী নুমিদাংদা স্নানা শাবা মূর্তি অহুম মথংশীংনা জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রাবু মহূৎশিনবা; লক্ষ্মী নারায়ণ,

অনন্তবাসু দেব অমসুং ভূবনেশ্বরী হায়না কৌবা মূর্ত্তি অহুম নিংথিজনা শেম শাববা শযণ-কক্ষদা পুশিল্লগা ফমুং মচা অমমমদা চেপহল্লী। মখোযশিং অসি মখোয মখোযগী মগুণগী মতুংইন্না মখূৎ মবি লোঙই। মখোযনা চেপ্লমদাইদা "হে ইবুঙ্গো ঃ তাইবংগী যাইফনবগীদমক্তা থা মবিদী চেপ্লিবো" হাযদুনা হাযজৈ। মদুগী তুংদা মখোয মখোযগী ফমুংদা চেপহল্লী।

নুমিৎ (সুর্য্য) না দক্ষিনাবাযণদা লৈবা মতমদা "দক্ষীন যাত্রা" হাযনা কৌবা উৎসব অমা পাঙথোকই।

মযাম্না খঙনবিবা ঝুলন যাত্রা ভগবান জগন্নাথদেবগী পবিকোবদা পাঙথোকই। ফজনা শেম শাববা লৈতেংলবা মুর্ত্তি মাগুপতা শ্রাবণগী দশমীদগী পূর্ণিমা ফাওবা ঝুলন যাত্রা পাঙথোকই। উৎসব অসিগী মনুংদা ফজনা লৈতেংলবা অহাইবী দলদা মদনমোহন ফজনা লেঙশিল্লী। হার্যবিবা উৎসব অসি অতৈ অতৈ, মঠশিংদসু পাঙথোকই।

হবিবাসব নুমিৎ হাযবদী ভদ্রপদগী শুক্লা একাদশীদা পার্শব পবিবর্তন (হাযবদী যাওনবা) হাযদুনা উৎসব অমা পাঙথোকই। হাযবিবা নুমিৎ অসিগী নৃমিদাংবাইবমদা, হৌনবী-বিধীগা লোযননা, ভগবানবু যাওনবীনবা হাযজৈ।

কার্ত্তিকর্কী পানখৎলকপা একাদশী নুমিত্তা মতম শাংনা চেপ্লীকবদগী লেঙখৎপিবো হাযনা হাযজৈ। উৎসব অসিবু "প্রোবধন যাত্রা" হাযবদী যাকাযবগী যাত্রা হাযনা কৌই।

মাগষীবগী পানখৎলকপা তব্ধর্কান চনবদা মূর্ত্তিশিং অসি নিংথম্বগী অকম্বা ফীজোল হোংই। যাত্রা অসিবু প্রাববণ উৎসব হাযনা খঙনৈ।

পৌষগী পুর্ণিমা নুমিত্তা, পৌষাভিষেক হাযবা যাত্রা অমা পাঙথোকই। হাযবিবা উৎসব অসিদসু, স্নান যাত্রাদা তৌবগুম্না, অধিবাসনচিংবা তৌই। মনম নুংশিবা ঈশিং চফূ কযা ভোগ মাগুপতগী বত্নবেদী তান্না হোল্লী। অভিষেক অসি বাম, সীতা, লক্ষ্মণবু মহূৎশিনবা ওইনসু তৌই। মবম অদুনা উৎসব অসিবু বামাভিষেক হাযনসু খঙনৈ।

নুমিৎনা খাবোমদা লৈথবকপা মকব সংক্রান্তি নুমিত্তা উত্তবাযণ যাত্রা পাঙথোকই। অদুগা অতোপ্পা মকওইবা যাত্রা অমনা দোল যাত্রানি। মূর্ত্তিশিং অসিগী

মহূৎশানবা অর্চবেবাশিং দোল বেদী তান্না পুদুনা থৌবী পান্দোং হাইবগী উৎসব অসি পাঙথোকই। মসি বসন্তোৎসব কৌই অমসুং উৎসব অসি নবাসংহদেবগী মশূ ইবুঙ্গো মযাম্না অভিনব ইন্দ্রদ্যুম্ন হাযনা মযাম্না খঙনবা বামচন্দ্র দেবনা হৌদোক্লম্বনী হাযনৈ। "দমনম" কৌবা যাত্রা অমসু পাঙথোকই, মসিদা "দমনম" কৌবা পাম্বী অদু মূর্ত্তিশিং অসিদা কংলী হাযবিবা যাত্রা অসি চৈত্র থাদা পাঙথোকই।

চহী খূদিংগী নুমিৎ ২১ নি চূপ্না পাঙথোকপা যাত্রা অমনা চন্দন যাত্রানি। মসিগীদমক্তা জগন্নাথ মন্দিবদগী নবেন্দ্র পৃখ্রি তান্না চৎপা লম্বী অমসুং যুমকৈ পূম্নমক লৈতেংই। মবক মবক্তা তোঙ্গঙ কযামুক শাই। মসিদা মূর্ত্তিশিং অসিনা লেঙলকপদা হেক হেক পোথন্ই। সেববশিংনা নবেন্দ পৃখ্রি (সবোবব) তান্না মদনমোহন, লক্ষ্মী, সবস্বতী মূর্ত্তিশিং দোলাইদ পুবকই। অতে মন্দিবদগা অতোপ অতোপ্পা মূর্ত্তিশিংসু পুবকই। নবেন্দ্র সবোবব যৌববা তুংদা মূর্ত্তিশিং অসি অঙাংবা অমসুং অঙৌবা মচু তৈবা হি অনীদা লেঙখৎলী। মতাং অসিদা খঙজিনবা যাবা অমনা মদনমোহন, লক্ষ্মী অমসুং সবস্বতীনা অঙৌবা হিদা লেঙখৎলী। বামকৃষ্ণ অমসুং পঞ্চশিবনা অঙাংবা হিদা লেঙখৎলি। মর্ত্তিশিং অসিনা লেঙখৎপা হিশিং অসি সবোবব অসিদা হঙ্গৎ হন্দা হোল্লী।

পুবীগা জগন্নাথ মন্দিবগী পাবকোবদা তোঙানবা মন্দিব অমদা লক্ষ্মী দেবী লাংলী। থাজনবীগী মতুংইন্না লক্ষ্মীদেবী তাইবংপানবগী মপনী হাযনা লৌনৈ। অদুগা মবোল অহুমগী লহুমগী মবেম্মনী হাযনৈ। ৫ জনবীগী মতুংইন্না অমসু লোক সাহিত্যদা ইবা মতুংইন্না ইবেম্মা অসি টবিযাগী মৌশিংগা চপ মান্নে। ইবেম্মনা লক হৌই অমসু মতৈশিং, মনাওশিং, মচন ইবেম্মাশিং পূম্নমকপু পিজ পিথক তৌই। অদুগা উবিযাগা মৌশিংগুম্না মতৈগী মনাক্তা সূকচঙ চঙদে। মবম অসিদগী মতৈ ইবুঙ্গো বল্লভদ্র লৈবা মফমদা সূকলেঙ লেঙশিন্দে। শক চু চঙখোনবী ইবেম্মনা অদুগা অতৈ নুপাগুম্না যাম্না শাউগল্লী অমসুং খম্বন চাউই। ইবেম্মনা শাউই হাযবাসি, জগন্নাথনা গুণ্ডিচা মন্দিবদা লেঙখ্রবা তুংদা ৫ নি চনবা "হেবা পঞ্চমী" অমসুং গুণ্ডিচা মন্দিবদগী হল্লকপা নুমিৎ পূর্ণযাত্রা নুমিত্তা ইবেম্মগী ওইনজবা অসি ফজনা উংলী।

বথ যাত্রাদা শ্রীজগন্নাথকা লোযনবীবা অসি মযাম্বা বল্লভদ্রা অদুগা মচল ইবেম্মা সুভদ্রানী। মতৌ অসুম্না ইবেম্মা লক্ষ্মীদী হুন্দোকপিবম্নে। মবম অদুনা নীঙবা কাযববী

লক্ষ্মীদেবীনা, অশাউবগা লোযননা, নম্মন খুম্নিংবগী মতাগুম গুণ্ডিচা মন্দিব তান্না লেঙ্ঙী। মসিবু "হেবা পঞ্চমী" হাযনা খঙনৈ। মসি অসুম খঞ্জবদা ইমা লৈপাক মণিপুবদা লক্ষ্মী কৈথেল কাবা হাযনা চৎনবিবা অসি ওইগদবা মাল্লী। মতৌ অসুম্না লক্ষ্মী দেবীবু "অধিবা নাযীকা" লৈতাদ্রবী, পূক্নিং লাঙতক্লবী অমা ওইনা উৎলী।

নুমিৎ ৯ নিগী তুংদা ভগবান জগন্নাথ হল্লকপা মতমদা ওইনচাউবী ইবেম্মা লক্ষ্মীনা থোঙ হাংউ হাযবা যাদ্রে। "লক্ষ্মী নাবাযণ ভেঁট" হাযনা কৌদুনা, পুবীগী নিংথৌনা ইবুঙ্গেঙা ইবেম্মা অনীবু উননবা শীল্লী। ইবেম্মবু লৌকনবা শামু থায অদুবু ইবেম্মনা লেঙ্ঙকউ হাযবা যাদে। অদুবু ইবুঙ্গেঙানা অমুক হাযজববদা, ইবেম্মনা ইবুঙেঙাবু ওক্লবা দোলাই তোংদুনা লেঙথোবকই। ইবেম্মগা ইকাইবা অদুবুদী লাযনা থেমজিনবা যাবমদে। ইবুঙ্গেঙানা ইবেম্মদা থোঙ হাংদোউ হাযজবদা ইবেম্মানা অসুম্না খুল্লকই ঃ "ইবুঙ্গেঙাদী মবোল অহুমগী মপুনী, অদুনা মযম অসিদা লেঙাবিবক্লিবা কবিগীনো ।" নচল ইবেম্মা মথন্ত খন্নীবল্লবদী যাম্না চীকহৌবগনি, অদুনা নচল ইবেম্মা পুবগা লেঙাবিখ্রে।" মদুদা ইবুঙ্গেঙানা অসুম্না খুল্লকই ঃ "ইযাম্ব ইবুঙেঙা বল্লভদ্র, নঙগীদী নতৈ ইবুঙ্গেঙগা লোযনদুনা চৎলিবনী অদুনা কবম হাযনা ইবেম্মা চৎকদৌবিবনো ।" ইবুঙ্গেঙানা ইবেম্মবু থেমজিনবা ওইনা, মমল যাম্লবা খুদোলপোৎ কযা পীব, অদুবু ইবেম্মনা মাদী লাযববীনিনা অসুম্বা খুদোলপোৎশিং অসি লৌবা মতীক চাদে হাযনা খুমঁজে। মমৈদা ইবুঙ্গেঙানা কন্না হাযজবা অদুদা, ইবেম্মনা থোঙ হাংদোক্লগা ইবুঙ্গেঙাবু মন্দিবদা চঙহল্লী।

অসুম্না চহী খুদিংগী কাংলেন নুমিত্তা কুম্মৈ অসি হেক হেক পাঙথোকই। দেবাদাসীশিংনা ইবেম্মা লক্ষ্মীগী মহূৎ শিন অদুগা দৈত্যশিংনা ইবুঙ্গেঙাগী মহূৎ শিন্দুনা অৰায অখুম কযা তৌই। ব্ৰাহ্মণশিং অসি সংস্কৃত লোন্দা ঈশৈ ওইনা শক্নুনা অৰায অখুম তৌই অমসুং মশীঙ থীঙমদ্রবা ভক্তশিংনা বস্বাদন তৌই।

বথ যাত্রাদা লক্ষ্মীদেবীনা জগন্নাথগা লোযননা গুণ্ডিচা মন্দিবদা চৎপা যাদবগী মবম অমনা গৌডিয-বৈষ্ণবশিংনা পীবি। মবম অদুদী হন্দক ইবুঙ্গেঙানা লেঙলিবা অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবনদা লেঙবনী। বৃন্দাবন হাযবা অসিদী মাধুর্য্যগী মফম্নি, অদুগা ইবেম্মা লক্ষ্মীনা ঐশ্বর্য্যগী শক্তম্নি। মবম অদুনা, ইবেম্মনা গুণ্ডিচা মন্দিবদা

লেঙবা য়াদবনী হায়রি। মসিগী মতাংদা চৈতন্যগা স্বরূপ দামোদর গোস্বামীগা ঙাংনশানবা কয়া অমা লৈ। (চৈতন্য চরিতামৃত মধ্যলীলা অধ্যায় ১৪)

অতোপ্পা ব্বারী অমগা লৈ। মদুদি, তাঞ্জা অমদা লক্ষ্মী দেবীনা শোক্ল-পন্নবা য়াদবী অমগী মখূৎ চারুবগী শ্রীবল্লভদ্রনা য়াম্না শাউখি। অমরোমদা শ্রীজগন্নাথদা ইবেম্মা লক্ষ্মী লুহোঙলকপা মতমদা, ব্বাশাকখিবা অমা লৈ। মদুদি, শগোলশেন নুমিত্তা কনাগুম্বনা লক্ষ্মী দেবীবু পূজা তৌরবদী লৌগনী হায়বসিনী। অদুনা বল্লভদ্রনা শাউবসিদগী ইবেম্মা লক্ষ্মী শাউদুনা লেঙখ্রে। ইবেম্মনা শাউবদগী মপোৎ-মঁচৈ লোইনা পুখ্রে। জগন্নাথ অমসুং বল্লভদ্র চানিঙ্ঙাই থক্লিংঙাই ফাওবা লৈশিল্লক্রে। অরানবা অসি খঙলক্কুনা বল্লভদ্রনা ইবেম্মগী খূৎ-চাখি। মদুদগী হৌরদুনা জগন্নাথ মন্দিরদা শোক্ল-পন্না য়াদবা হায়বসী অমুক লৈখিদ্রে।

হায়রিবা উৎসবশিং অসিগী মথক্তা "রুক্মিনী হরণ" হায়বা অমসু চহী খূদিংগী পাঙথোকই। উৎসব অসিদা সেবকশিংগী মনুংদগী শীশুপাল শাবা অমা য়াওই। মহাক্না মদনমোহন হায়বদী জগন্নাথগা লান শোক্লবগী মওং উৎলী। মদন মোহননা ঙমদুনা শীশুপাল শাবগী যোংগী মঁমৈ অদু জগন্নাথকী দোলাইদা পুন্দুনা থম্মী। মদুদা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা য়াম্না নোক-খেদুনা নুঙাইবা কুম্মৈ অমা তৌই।

# নবকলেবর

মূর্ত্তিশিং অসি মবক মবক্তা অমুক মুক শিন্দোকই হাযদুনা মথক্তস পঞ্জখ্রবনী। চহী অমদা থোকপা আষাঢ (জুলাই) থাদা পূর্ণিমা অনী তাববদী মূর্ত্তিশিং অসি শিন্দোকই। থাবান্দা পাবা চহীগা, নুমিত্তা পাবা চহীগা অনীগী খেন্নবা অসি কোক্লবা হাযদুনা "মলমাস" হাযদুনা পণ্ডিতশিংনা চহী ৩/৩ খূদিংগী লেপই। মসিবু অধিমাস হাযনসু খঙনৈ। হাযবিবা মতমসিগী মনংদা ধর্ম্ম কর্ম্মগী ওইবা থবক অমত্তা পাঙথোকপা যাহন্দে। অদুবু শাস্ত্র খবগী মত মতুংইন্নদী, অধ্যাত্মিক ওইবা মার্যকৈদগী যেংলবদী "অধিমাস" হাযবা অসি খ্বাইদগী ফবা থা নি, মবম অদুনা মসিবু পুরুষোত্তম মাস হাযনসু খঙনৈ। অসুম্না অধিমাস তাবা চহীদা "নবকলেবব" পাঙথোকই। হাযবিবা মতাঙ অসি চহী ১২ নএগা ১৯ গী মনুংদা অমুক মুক তাই। হৌখিবা চহী ১০০ মুক্তা মনুং অসিদ' ইং ১৮৬৩, ১৮৯৩, ১৯৩১ অমসুং ১৯৫০ দা নবকলেবব অমুব অমুক তাখি। অদুগা চহী ১৯ গী মতুং ইং ১৯৬৯ দ অধিমাস অমুক্তা তাখি। হৌখবা চহী ১৯৯৬ তসু নববকলেবব তাখ।

চৈত্রগী পানখৎলকপা ১০ নি পানবদা গজপতি মহাবাজনা যাথং পীববদা, বিদ্যাপতি অমসুং বেদগী মবমদা যাম্না হৈথোই শিংথোইবব ব্রাহ্মণ অমসুং পাণ্ডতশিংনা উ (দারু) থিবা চৎনবা থৌবাং তৌই। চৈত্রগী শুক্লা দশমী নুমিত্তা জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রাগা মধ্যানগী ধূপ কৎলবা তুংদা, মহা পাত্রশিংনা "অঞ্জমালা" নত্রগা যাথং পীবগী মশক ওইবা লৈ পবেংশিং ফংজৈ। অদুগী তুংদা মহ পাত্রশিং অমসুং দৈত্যপতিশিংনা "অঞ্জমালা" নত্রগা লৈ পবেংসিং অদু পুবদুনা অনবসব পিণ্ডি তান্না চৎলী, অদুগা থৌদোক অদুগীদমক্তা ওইনা শান্দুনা থমখ্রবা অনৌবা ফীজোলশিং হোংদোকই। অদুগী তুংদা জগন্নাথ বল্লভ মঠতগী দৈত্যপতি ২৩, দেউলকর্ণ, তাটৌ, লেনকা অদুগা উ শূবা মবিনা ককটপুবদা লৈবা মঙ্গলা দেবীগী মন্দিব তান্না চৎলী। লেনকাশিংনা চক্র পুই, শাস্ত্রদা জ্ঞানী ওইববা ব্রাহ্মণ মবীনা মযামদুদা অমুক যাওশিল্লে। পুবীগী গজপতি মহাবাজনা, মঙ্গলগী মশক ওইববা, চেঙ, যুবী, ফি নচিংবা দৈত্যপতিশিংদা কৎলবা তুংদা, মূর্ত্তি শানবা উ (দারু) অদু থিবীনবা জঙ্গল তম্না লেঙবীনবগীমক হৌনবী মতুংইন্না হার্যজে। মঙ্গলা দেবীনা মঙতাক ওইনা হাযবা যাথং

ফংজববা তুংদা উমংদা নিম পাম্বী থিনবগীদমক মযাম অদু শমজী-মবি খাযদুনা চংলী। উ অসিমক্তি তিঞ্জঙ-লাইচঙদবা, উচেক-ব্রাযানা মকোল শাদবা, মশা-মবি লোংবা উ ওইগদবনী। উ অসিগী মখোঙদা লিল অমনা য়েংশিন্দুনা শঙদুনা লৈবমগদবা ওইগদবনী। অনকপদা তুবেল অমা চেনবা, লোযননা পোংলোইফম অমসু লৈবমগদবনী। অসিগুম্বা উ অমা ফংবা মতমদা দৈত্যপতিশিংনা উ অদুদা মখোযনা পুবকপা লৈপবেং অদু কংকনি। মখোযনা উ অদুগী মনাক নত্রগা অকোযবা অদু ফজনা শেংদোক্কনী। মনম নুংশিববা ঈশিং অদু চাইথোক্কনী। উগী মনাক অদুদা যজ্ঞ তৌনবা লৈতোং অব্রাঙবা অমা শাগনী। তৌগদৌবিবা যজ্ঞ অসিবু "বন যজ্ঞ" কৌই । ব্রহ্ম, অধ্বর্যু, হোতা অদুগা উদগাতা হার্যবিবা অচার্য্য মবি অসিনা যজ্ঞ অদু পাঙথোক্কনী। দৈত্যপতি বিদ্যাপতি অদুগা লাক্লিবা উ শূবর্শিংনা যজ্ঞ অসিদা যাওগনী। দৈত্যশিংনা নুমিং শুর্মনি চুপ্পা। তুমিন্না যন্ত্রগা ৩প তৌদুনা লৈগান। বন যজ্ঞ অসি লোইববা তুংদা, বিদ্যাপতিনা উ অদু সনানা শাবা শীঙজংনা শোক্কনী। অদুগী তুংদা উ শূবর্শিংনা উ অদু মকক মকক ওইনা কর্ক্ননি। মূর্ত্তিশিং শাগদবা উককশিং অদু তোঙান তোঙান্না থমগনি। কাংখোঙ মবী পানবা নৌনা শাবা গাডী অমদা উককশিং অদু হাপচিনগনী। গাডী মথঙা থাঙ্গংলবা উককশিং অদু মুগা ফি অমনা কুপশিনগনী। সেবকশিংনা মীযামগা লোযননা গাডী অদু পূবী তম্না অচৌবা শোভাযাত্রা অমগা লোযননা পুবক্কনি। উকক মবি অদু খা থোঙলোমদা চঙলক্লগা মন্দিবগী পবিকোব মনুংদা পুশিল্লক্কনি। অদুগা কোযলি বৈকুণ্ঠদা থমগনি। স্নান পূর্নিমা নুমিত্তা অশেংবা উককশিং অদু অবিবা মূর্ত্তিশিং অদুগা মতম অমত্তদা স্নান তৌগনি। অদুগী তুংদা উককশিং অদু দারুগৃহ কৌবা মরুম অমদা পৈদুনা থমগনি। ব্রাহ্মণ ১০৮ না হৌনবী পূজা কংলবা তুংদা মূর্ত্তি শাবগী থবক পাযখংপা হৌগনি। মফম অদুদা মী অমত্তা চঙবা যাদে। মূর্ত্তি অদু শাবা লোইববদা, মূর্ত্তিশিং অদুবু অহুম্লক কোযবগা মন্দিবগী মনুংদা লৈবা অনবসব পিণ্ডিদা পুবক্লগা থমগনি। কৃষ্ণ চতুর্দশী নুমিৎকী অহিংদা "ঘট পবিবর্ত্তন" হাযবদি অবিবা মূর্ত্তিশিংদগী অনৌবা মূর্ত্তিশিংদা হোংজিন্নগী থৌবম অসি পতি মহাপাত্রাশিংনা পাঙথোক্কনি। মহৌশানা ব্রহ্ম হোংবগী থৌবম অসি পতি মহাপাত্রাশিংগী মনুংদা অহল খুন্টইদগী ওইবনা পাঙথোক্কনি। অদুম ওইনমক ব্রহ্ম অসি মখুংনা শোকপসু যাদে, যেংবসু যাদে। অদুদগী অবিবা মূর্ত্তিশিং অসি যমুং যানুংগা লোযননা "কোযলি বৈকুণ্ঠ" দা ফুর্মাজিল্লী। শুক্লা

দশমী ফাওবা দৈত্যশিংনা মী শিখিবা ইমুংগুম্না ঙাহেন-চাকহেন তৌগনী, একাদশী নুমিত্তা "সূদ্ধিক্রিয়া" হাযবদী যূমশেংবগী তৌবম পাঙথোক্কনী।

জগন্নাথ মন্দিবদা চৎনবা মওং অমনা মহাস্নান হাযবা ক্রিয়া অসিনী। মহৌশানা সুব্রাবাশিংনা ইবুঙ্ঙাগী ভোগশিং অসি পুই। মন্দিব মনুংদা ভোগশিং পুবিঙৈদা, কনা অমত্তনা শোক পনবা যাদে। মখোযদা ফি-থাবা লম্বী অমদা চৎলী, চীন্দা-চীনবুন লাকই। কনা গুম্বা শোক-পনখিবা যাওববদী মহাস্নান অমুক পাঙথোক্কনী অদুগা ভোগ পূম্নমক অদু লৈনুংদা ফুমজিনগনি।

মূর্তিশিং অসি পূজা তৌবিঙৈদা পূজাবী অমসুং লোযনবা খব নত্তনা লাইনুংদা কনা অমত্তা চঙবা যাদে। অহনদী লাযবদুনা পিক্রবা অঙাং অমা লাইনুংদা চঙলূববদী মহাস্নান অমুক হন্না পাঙথোক্কনি। লাইনুংদা ঈ মবিক অমা ফাওবা উবা যাদে। কবিগুম্বা উববা অমদী থেংনববদী মহাস্নান পাঙথোক্কনী। ভোগশিং অদু লৈনুংদা ফুমজিনগনী, মন্দিবগী কাচিন কোযা পূম্নমক শিঙোক চামথোক্কনী। অসুম্না অমাংবা থবক তৌবম্বা মীশক অদু মাতিক চাবা চৈবাক পীগনি।

মন্দিব মনুংদা হাৎন শুনবা থেক্রবদি মহাস্নান পাঙথোক্কনি।

নুমিদাংগী তৌফমথোকপা পূজানচিংবা লোইববা তুংদা মন্দিবগী মকওইবা থোঙ সিংহদ্বাব লোনশিনগনি। নুমিদাংদা মীনাই মীশনফাওবা কনা অমত্তা লাইনুংদা লৈহৌবা যাদে। মী চাথ নান্থবা লৈহৌব্রা হাযবা যেংনবা - লাইমনাই খবদা অখন্নবা শক্তিগা লোযননা শিন্নে।

চহী খূদিংগী মূর্তিশিং অসি মখল মখা কযাগী বেষ থোল্লী। চাউবাক্লা ৫০ দগী হেল্লম্বা যাই, অদুবু মক ওইবশিংদী (১) গণেশ বেষ, (২) গজধাবণ বেষ, (৩) বড়া শৃঙ্গাব বেষ, (৪) কাঞ্চিকাবেবী বেষ অমসুং (২) পদ্মাবেষ হাযবশিং অসিনা মপূঙনী।

# পূজাগী মওং

মওং লৈতবা নিবাকাব ওইবা তাইবং পানবগী মওংবু, পূজাগী মতমদা "আকাব" (মওং) অমা হাপচিনবগী মতাঙদা খবদং খন্নবা মতাঙ চায হাযনা খঞ্জে। বিষ্ণু পুবান্দা অসুম্না হাযবি ঃ-

"প্রকৃতিব বিকৃটিস্তস্যাকপেন পবতমনঃ
অলক্ষ্যম্ তস্য তদ্রুপম প্রকৃতিস্মা প্রীকৃর্তিতা
সাকাবা বিকৃতিবঞ্জেযা তস্য সর্ব্বম জগৎস্মৃতম্ ।।"

(সর্ব্বব্যাপী ওইবা ঈশ্বরগী মওঙ অনীলৈ, অমনা পৃথিবীগী মওঙ প্রকৃতি অদুগা অতোপ্পা অমনা ইবুঙেঙা মহাক্কী অওনবা মওং বিকৃতি। প্রকৃতি হাযবা অসিনা ইবুঙেঙা মাগী থুগাইবা যাদবা, খাযদোকপা যাদবা মওঙনী। বিকৃতি হাযবা অসিনা মহাক্না তাইবংপান অসি শাদুনা লৈবিবা আকাবগী মওংনী। মহাকপু খুকমজবা অমসুং অবাধনা তৌজবা অসি ইবুঙেঙা মাগী "আকাব" মওঙ অদুদা পাঙথোক্কদবনী।)

অন্তববেদী অমসুং বাহিববেদী হাযনা খঙনবা পূজা মখল অনীলৈ, হাযনা মথক্তা পঞ্জুখিবা পুবান অসিদা হাযবি (॥। 1 2 3)। যজ্ঞ অমসুং বলিদানগী মতমদা পাঙথোকপা ঈশ্বরগা পূজা অদুবু অন্তববেদী হাযনা খঙনৈ। জগন্নাথ পূজাগী মতাঙদা মথক্তা পঞ্জখিবা অদুনী। মর্দুদি, জগন্নাথকী মূর্ত্তি অসি ইন্দ্রদ্যুম্ন নিংথৌনা অশ্বমেধ যজ্ঞ পাঙথোক্লবা তুংদা শাখিবনী। অদুগা পূজাগী মওং অসি অহুম্নী। মানসি পূজা, (থম্মোইনুংদা কৎপা পূজা), হোম পূজা অমসুং বেব পূজা (মূর্ত্তি পূজা)। হাযবিবা পূজাশিং অসিগী মনুংদা মূর্ত্তি পূজা অসিনা খ্বাইদগী ফবা পূজাগী মওংনী হাযনৈ, মবমদী ভক্তশিংনা মানা মানা ওম্বা মতুংইন্না, লৈ শুনচিংবা কচ্চদুনা পূজা পাঙথোকপা ঙমজে। অসুম্না তৌববতদা মওং খঙদবা ভগবান পূজা তৌববুদী শকপান্নবা, মীৎমক্লা দর্শণ ফংবা যাবা মূর্ত্তি পূজা তৌবনা খ্বাইদগী ফৈ হাযনা খন্নবি। ভক্তশিংগী ভক্তি অদু মপূঙ ফায, কনশিনবা হেল্লী। মবম অসিদগী মূর্ত্তি পূজানা খ্বাইদগী মহয চাউই হাযনা লৌনৈ। জগন্নাথ পূজা অসি

পুরুষোত্তমদেবগী গোপালার্চনাবিধি, ছোড গঙ্গা দেবনা ইবা নীলাদ্রিনাথ পূজাবিধি, নীলাদ্রি পাণ্ডানা ইবা নীলাদ্রি মহদয অদুগা দুর্গোৎসব চন্দ্রিকা হাযবিবা লাইবিকশিং অসিগী মতুংইন্না পাণ্ডথোকপনী। মথক্তা পঞ্জিবা লাইবিক অনী অসি হৌজিকসু খুৎই ওইনা উৎকল বিশ্ববিদ্যালযগী লাইব্রেবীদা লৈবি।

মতম্না অসুম হৌজিল্লকপগা লোযননা জগন্নাথ পূজাগী মওং অসি নোংমা নোংমগী লুশিনবা হেঞ্জিল্লক্লি। শতাব্দী কযা হৌখিবগা লোযননা ভগবানগী পূজা পদ্ধতিগী মওং মথং মথং হেনগৎলকখি। মমাংঙৈগী পূজাগী মওংগা হৌজিক্কী পূজা মওংগা তিনশিন্নবা হেনগৎলকই। খুদম ওইনা হাযববদা, হৌজিক্কী যুগ অসিদা মূর্তি অসি পৌবাণিক্কী মওংদা লৌববসু, প্রণব-পূজাগী মওং, তান্ত্রিককী যন্ত্র পূজা অমসুং বিজয-মন্ত্রগী পূজা পদ্ধতি অদু অদুম চত্থবি।

খেষ্লোক ১০ গী মন্ত্র "ওঁম গোপীজন বল্লভায স্বাহা" হাযদুনা জগন্নাথ পূজা তৌবদগী হেন্দোক্লদুনা খোষ্লোক ১৮ না শাবা "ওঁ ক্লীং কৃষ্ণায গোবিন্দায গোপীজন বল্লভায নমঃ" হাযবা মন্ত্র অসিসু শোল্লি। "ওঁম" নত্রগা "প্রণব" অসিনা বৈদিক্কী ওইবা ৱাখল্লোন অদুগী মচেৎনী, ক্লীং হাযবা অসিনা তন্ত্রগী ওইবা মওং উৎলী, অদুগা লেমহৌবিবশিং অসিনা পৌবাণিক অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মওং অদু তাক্লি। মন্ত্রশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা ৱাখল্লোনগী মওং অদু উৎপদা নত্তনা, যানশিন্নবা পূজা মওং অমসু যামনা লাযনা উবা ফংই।

জগন্নাথদেবগী পূজাগী মওং অসি শরুক খবনা বৈদিকক্কীনি, শরুক খবনা তান্ত্রিক অমসুং পৌবাণিকনী। বৈদিক্কী ওইবা শরুক্লা ব্রহ্মগী শক্তম ওইবা প্রণবপু খুকমজবা অসিনী। তান্ত্রিকী ওইবা মওংনা ন্যাস মখল কয খুদম ওইনা শডঙ্গন্যাস, কেশবভাদিন্যাস, ষৃষ্টিথিসংহাবন্যাস, মাতৃকান্যাস অসিনচিংবা। যন্ত্রদনা শ্রী অমসুং ভূবনেশ্ববী, কৃযা (মূদ্রা) অমসুং বিজমন্ত্রনচিংবা। যেংশিনবা যাবা অমনা সৎচক্র (সৎচক্রভেদ) মন্ত্র শোন্দুনা অমাঙ-অতা থোক্কদবা কযা তাষ্লোকখিবা অসিসু যোগ তন্ত্রগী পূজা মওং অমনি। মবী লৈনবা ধ্যান্যাস অমসুং মন্ত্রশিংনা পৌবাণিক ওইবা মওংদা জগন্নাথ দেবগী মওং, শক্তি অসিনচিংবা কযা উৎলী। পূজা মওং কযা অসিনা ইবুঙ্ঙো অসিবু মহাক মহাক্লা পামজবা মওংদা ভক্তশিংনা পূজা তৌজনবগী খুদোংচাবা অদু ফংহল্লী।

জগন্নাথ, বল্লভদ্র, সুভদ্রা অদুগা সুদর্শণ হায়রবশিং অসি তান্ত্রিক যোগদগী হৌবকপনি। পৌবাণিক অমসুং বৈষ্ণবকী মওংদা মপূঙ-মরৈ ফাবকপনি। মূর্ত্তিশিং অসি মবি ওইজববসু অমত্তনি হায়না লৌই। মরম অদুনা, চৎনবী অমগী মখা পোন্না পুবোহিত অহুম্না মতম অমত্তদা শ্রীমূর্ত্তি অসিবু নুতিগী সেবা তৌবদা চপ মান্নবা তৌবিবনী।

মমাংঙৈগী মতমদা মূর্ত্তিশিং অসি তোঙানবনী হায়না খল্দে। অমবোমদা. ব্রহ্ম নত্রগা পুরুষোত্তম হায়বা ভগবান অদুগী তোঙান তোঙানবা খুদমনী হায়না লৌই। মূর্ত্তিশিং অসিগী মনুংদা নীপা অনী, নূপী অমা অমসুং নীপা-নূপী অনীমক্কী শক্তম লৌবা সুদর্শণ হাযবা অসিনী। নীপা-নূপী থোক্না খাযদোরকপা অসিদী তুংদা ওইবকপা উপাসনা অমনি হায়না খল্লী। মসিগী ৱাফম অসি বিসিস্তা দ্বৈবাবাদী বমানুজাচার্য্যনা পল্লন্নবনী। মবম অসিমক্না ওইবম্না তাই জগন্নাথ মন্দিবদা পাঙথোক্লিবা পূজাগী মওং অসি পঞ্চবাত্র মওংগীনি। অদুগা, মূর্ত্তিশিং অসিনা চতুর্ব্যূহগী প্রথানী হাযনা বাচস্পতি মিশ্রনা ১৬ শুবা শতাব্দীদা মাগী তীর্থচিন্তামনিদা হাযল্লিবা অদুনী।

ব্রহ্মাপুবাণনা হাযবা মতুংইন্না জগন্নাথ. বল্লভদ্র, সুভদ্রা অমসুং সুদর্শণ হাযবিবশিং অসি মথংশিংনা  বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন অমসুং অনিরুদ্ধ হাযবা পঞ্চবত্রবাদকী মরু ওইবা ব্যূহ মবি অদুগী মহূৎ শীল্লি। অদুবু বত্রবেদীদা মূর্ত্তিশিং অসি লেঙশিনবগী মওংদী চতুর্ব্যূহগী মওং অদুগী মতুংইন্নদী পাঙথোক্তে। মবমদি, বেদীদা মূর্ত্তিশিং অসি মথং মনাউ নাইনা থম্বগী মওংদি  বল্লভদ্র, সুভদ্রা, জগন্নাথ অমসুং সুদর্শণ অসিনী। মবম অসিনা পুবীগী জগন্নাথ মন্দিবদা চৎনবিবা পূজা পদ্ধতিগী মওং অসি প্রণভ পূজাগা খবা ওইন্ন-তৈনবদী অদুম মবৈবে।

ইবুঙ্ঙো জগন্নাথ অসি দারু ব্রহ্মনী। হায়বদী, ইবুঙ্ঙোগী মূর্ত্তিশিং অসি উনা শাবনী। মসিমক্তি নূঙ অমসুং ধাতূ ৱাত্তুনা তৌবা নত্তে। মসিগী মরুওইবা মবমদী মূর্ত্তি হাযবা সিমক্তবু ধাতুনা নত্রগা নুঙনা শাবগী শাস্ত্রগী ওইবা বিধি লৈতে। হৌজিকসু হৌনশা ওইনা চহি ১২ খুদিংগী মূর্ত্তিশিং অসি অনৌবা অমুক অমুক শিন্দোকপা মতমদা ৱাখল্লোন অসি নিংথিনা ঙাক্তুনা থম্মী। মবম অদুনা দারু মূর্ত্তিশিং অসি শাবদা অসুক যাম্না ঙৌখিনা তৌবিবা অসিনী। মতাঙ অসিদা আদিবাসীশিংনা উ পূজা তৌবগা খেন্নবা খবদী থমফম থোকই। মবমদি, জগন্নাথকীনা উ পূজা তৌবনী; অদুগা আদিবাসীশিংনা

হৌদুনা লৈবিবা অহিংবা উ পাম্বীবু পূজা তৌবনি। মতৌ কবম তৌবদগী দাব্ধ পুজাদগী ব্রহ্মপূজাদা ওন্থবকখিবনো হায়বসি মমাঙগী পন্দুপশিংদা পঞ্জখ্রে।

পণ্ডিত খবগী মত্ মতুংইন্নদী জগন্নাথ পূজা অসি শাববশিংনা লাৎলম্বনী, মবম অদুনা জগন্নাথ পূজাদা শাববশিংগী মমি যাম্না ফজনা তাই হায। কাঙবু খব-অমনা, উ-ৱাদা হকপা(totem) বু পূজা কৎপা শাববশিংগী উপাসনা মওং অমনি হায়না থাজৈ।

দাক ব্রহ্মগী ৱাখল্লোন অসি যাম্না মকওইবা ৱাফম অমা লাক্লি। মতাং অসিদা প্রণব পূজাগী ৱাফম অসি তঙাই ফদবা লাকই। মবম অসিদগীত ব্রহ্ম অমসুং প্রণব অনীসি অমত্তনি হাযনা লৌই।

স্কণ্ডপুবাণগী উৎকল কাণ্ডদা যাম্না মযেক শেংনা তাক্লি।*

"ইতিস্তুত্ব সুবেসনম্ দেবম প্রণব্ ৰূপিনম্
প্রনতঃ প্রণবম্ মন্ত্রম্ যজাপ পুবতো হবেঃ।।"

নীলদ্রি মহোদযসু ৱাফম অসিদা যাম্না চঙখোনবা মত অমা পীবি।

সর্ব্ববেদেষু মন্ত্রেষু নাযকো যঃ পবিকৃত ঃ
প্রণভ প্রণতানামতু ব্বর্ণাবে বিদাবানঃ
ত্রি মাত্রা শার্ধমাত্রশ্চ, বিন্দুনাদ সমনবিতঃ।।

প্রণভকী মবী লৈনবা মাত্র অহুম অদুগা মাত্রা তঙ্খায লৈ হাযবসিদী জগন্নাথকা মবী লৈনবা 'নাদবিন্দু' নী। মবম অসিদগী ইবুঙ্ঙো অসিবু "নাদ বিন্দু সমনবিতাঃ" হাযনা অবাহন তৌই। "অ" কাবনা লৈনাশিং অসিদা যাওবা অহানবা মাত্রানী, "উ" কাবনা মনুংচন্না লৈবা অনীশুবা মাত্রনী, "ম" কাবনা অহুম শুবা মাত্রানী অদুগা মসিনা মকুদা লৈ। অর্ধ মাত্রানা কর্ণ-নামকনী। মবম অসিনা অর্ধমাত্রা অসি সুভদ্রানী হায়বদা হাযমনবা থোক্লোই।

মথক্তা হাযজখিবা অদুগুম্লদনা মূর্তি মবী শুববসু জগন্নাথকী মন্দিবদা মতম অমত্তদা পূজাবী অহুম্না পূজা তৌই, মবিশুবা পূজাবী যাওদে। মসিগী মবমদি, মবিশুবা মওং জ্যোতির্বক্ষ নত্রগা তুবীযা নত্রগা নিবাকাব; মবম অসিদগী মহাকপু হকথেংননা

* উৎকলকাণ্ড (স্কণ্ডপুবাণ) অধ্যায ২৪, শ্লোক ১৪ ১৫।

পূজা তৌবা ঙমদ্রিবনী। অমরোমদা শকনাইবা মওং অহুমতমক পূজা তৌরিবনী। সুদর্শণ অসিদী "জ্যোতিব্রহ্ম" নত্রগা তুরীয়া হায়বদী অ-রূপ-নী হায়বদী মশক মওং নাইদে চুম্নগী খূদমতনী। মসিদী বিশ্ব তাইবংপান অসিগী থরায়নি। মসিনা জীব পুম্নমকসি অমত্তনি হায়বা অসি উংলী। "তুরীয়া" গী থাক্তুদী রাখলগা পোৎশক্কা হায়বদি উপাসককা উপাস্যগা অনিগী মরক্তা খেন্নবা করি অমতা লৈত্রে। মরিশুবা থাক অসিবু তোঙান্না উৎপা তারবদী শেরান্ননা উৎপা ওইনা থোক্কনী। মরম অসিদগী সুদর্শণগী মাঙদা পূজারী অমত্তা ফমদ্রিবনী। সুদর্শণ হায়বা থাক অসিদী রাখলনা যৌঙম্বগী রাংমদা লৈবা পূক্লিংতনা লাকশিনবা ঙম্বগী রাংমদা লৈখ্রে। মতাঙ অসিদদী তাইবংগী লোল অমত্তনা ফোংঙম্বগী রাংমদা লৈখ্রে।

হৌজিক্তি ইবুঙ্ঙোগী পূজাগী মতাঙদা মচা-খায়না খন্নবা মতাঙ য়ৌরে। পরশুরাম-কল্পসুত্র অমসুং শ্রীমদভাগবতকী মতুংইন্না - বৈদিক, তান্ত্রিক অমসুং মিশ্র (য়ানশিন্নবা) গী মওংদা ওইনা পূজা মখল অহূম থোক্না পাঙথোক্কদবনী।

ভাগবত পুরাণনা অসুম্না হায়রি ঃ-

"বৈদিকস্তনত্রিকো মিশ্র ইতি মে ত্রিবিধোহ্ মখঃ
এয়েণ নীপ্সিতৈনৈভ বিধিনা মাঃ সমরচয়েৎ ।।"

অমুকসু মহাভারততগী লৌথোক্লদুনা পরশুরাম কল্পসুত্রনা অসুম্না পল্লী ঃ-

"আমণায়াগম বেদায় শুদ্ধসুধায় তে নমঃ ।।"

মথক্কী অসিদা আমণায় হায়বগী অথদী বেদনী। অদুগা "আগম" গী অর্থনা তন্ত্রনী। মরম অদুনা ভগবানবু পূজা তৌবগী মওংদী বৈদিক অমসুং তান্ত্রিক অনীমক্কী য়ানশিন্নবা মওংবুনী। ভাগবতনা মখা তানা অমুক হায়রিবনা ; "মোক্ষ ফংজনিংবা মীশক খূদিংনা ভগবানবু বৈদিক অমসুং তান্ত্রিককী মওংদা পূজা তৌগদবনী।" মরম অসিদগী জগন্নাথ মন্দিরদা পাঙথোক্লিবা য়ানশিন্নবা মওংগী পূজা মওং অসি শাস্ত্রনা য়াবা খ্বাইদগী ফবা পূজা মওংনী।

জগন্নাথকী পূজা অসি অয়ূক অঙনবদগী হৌরগা অহিংগী অথেঙবা য়ুথক ফাওবা পাঙথোকই। জগন্নাথদা ঈশ্বর অমসুং নিংথৌ অমদা কৎফম থোকপা উপচার খূদিংমক পাঙথোকই। মদুনা তাকপদী ইবুঙ্ঙো মহাক্তি মীওই খূদিংদগী খ্বাইদগী চাউবা মীওইনী হায়বসি উংলী।

অয়ূক অঙনবদা দুনদুভী বাদ্য (পূঙ-রৈ) অদুদগী ভীতরচো মহাপাত্রানা নাই অমগা লোয়ননা লাক্লেগা ইবুঙ্ঙোগী জয়-বিজয়-দ্বার কৌবা থোঙজাউ অদুদা ঙরাং নুমিদাংগুম্বদা চাজূম নমদুনা থমখিবা অদু য়েংই। চাজূমগী ফিভম য়েংলবা তুংদা মহাক্কা লোয়ননা পালিয়া মেকাপ, প্রতিহারী, অখণ্ড মেকাপ অমসুং মুদুলিনচিংবনা মরুওইবা থোঙজাউ অদু হাংদোকই। মসিগী তুংদা মৈ অমা পায়রগা মূর্ত্তিশিংনা লৈরিবা মফম অদুদা করি করি অমাং-অশোয় লৈবগে হায়বা অদু মুন্না য়েংশিল্লী। অদুগী তুংদা গর্ভগৃহগী চাজূম অদু লৌথোকই অমসুং থোঙ অদু হাংদোকই। অদুদগী মখোয় পূম্নমক্না "মনিমা, মনিমা" (হেভগবান ঃ হে ভগবান ঃ) হায়বা খোম্হোক অসিগা লোয়ননা, সিংহাসন তম্না পুল্লপ চঙর্মিন্নে অদুগা সিংহাসনগী নাকল অনীমক্তা মৈ চূখৎলী। অদুদগী মখোয়না ঙরাং নুমিদাংগুম্বদা কৎখিবা য়ুবী-অনৌবা, মনম চাইরবা ঈশিং, ক্লানচিংবদু লৌথোকই অমসুং পুক্কেদা থমজিল্লী। অদুদগী স্তোত্রনচিংবা থীবা হৌই।

মসিগী মতুংদা মঙ্গলারাতিকা হায়বদী মূর্ত্তিশিংদা ঘীগী বর্ত্তি ২১ না কৎলী। অদুগী তুংদা পিস্তকারাতিনা মতুং তাই। আরতি অসি কৎলিঙৈ মনুংদা সুপ্রভাৎ স্তোত্রম (ইবুঙ্ঙো হৌদোকপগী মন্ত্র) নচিংবা থী অমসুং বৈষ্ণবশিংনা মঙ্গলাবাদ্যম হায়বদী মঙ্গলগী মশক ওইবা যন্ত্র কয়া য়ে, খোংই। অসুম্না লাইশিং অসি লেঙখৎলে। তড়প কৌবা ফীজোল মখল অমা কৎলী। অদুদগী অরিবা ফীজোল অদু হোংদোক্লগা অনৌবা ফীজোল অমা হোংই। নুতি নুতিগী ওইবা অয়ূক্কী থৌরম পবেং, খূদম ওইনা চীন-যা-লৈ শেংবা দন্তধাবন অমসু জিবহাল্লেখন অসিনচিংবা পাঙথোকই। মতম অসিদা মচু কয়া তৈববা মূর্ত্তিশিং অদু স্নান তৌই। স্নান তৌবগী মওংদী হকথেংননা ঈশিং চাইথববদী বর্ণশিং অদু কোক্কদবা মরম্না মূর্ত্তি অহুম অদুগী মমাঙদা মিংশেল অহুম খাল্লি অদুগা মিংশেল অদুদা ঈশিং হৈথে। অদুগী তুংদা শ্রীমূর্ত্তি অদুদা অনৌবা ফীজোলনা লৈতেংই অমসুং স্না-লূপাগী লীক্কোন অমসুং লৈ-পরেংনচিংবা কয়া লৈতেংই। অসুম্না পাঙথোকপা পূজাগী মওং অসিবু "অবকাশ" হায়না খঙনৈ।

মসিগী মতুংদগীদি দর্শন ফংনবা অমসুং মূর্ত্তিশিংবু খুৎথেংননা শোকপা য়ানবা ভক্তশিংবু লাইনুংদা থাজিনবা য়াবে। মসিবু উরিষা লোনদা সাহান মেলা (সধারন মেলা নত্রগা সাধাবণ দর্শণ নত্রগা মীয়ামদা দর্শণ পীবা) হায়না থঙনৈ। মসিগী মতুংদগীদি মূত্তিশিং অসি অনৌবা ফীজোল থোল্লী।

মসিগী তুংদা ৱালহৌশঙ্ শেংদোক্কনী অমসুং বৈষ্ণবকী পুজা পদ্ধতি মতুংইন্না "হোম" পাঙথোক্কনী অদুগা লূক-হৌবা হৌগনী। অদুগী তুংদা সুর্য্যদেব অমসুং দ্বারপালশিংবু পুজা কৎকনী। অদুগী তুংদা অযুক্কী চবাৱানবগী পোৎলম গোপাল বল্লভ নত্রগা বালভোগ কৎলী। হায়বিবা অসিদা কৎকদবা পোৎলমশিংদী খুদম ওইনা স্বামন্দা, পাপুড়ি, মাখন, শঙ্গোম অফমবা, কবোক, যুবীনাশাবা কোবা, যুবীগী পেচেডি, লফোয, মতম মতমগী উঁহে ৱাহৈশিং, যুবী অশংবা, শীতলভোগ অমসুং ক্কা অসিনচিংবনি।

মহৌশানা ভোগশিং অসি অনবসব পিণ্ডিগী মতম হাযবদী অযুক্কী পুং ৭-৮ যাওবদা কৎলী। বালভোগ-কী মতুংদা মন্দিরগী গর্ভগৃহদগী চন্দন অবগলী ফাওবা শেংদোকই। অদুগী তুংদা তেবা হাযনা কৌবা যুখল অমনা চন্দন অবগলীদা খঞ্জিন্দুনা মূর্ত্তিশিং অসি অতে অতেনা উদনবা হোৎনৈ। মতাঙ অসিদা অযূক্কী পূজা সকালধূপ নত্রগা অহানবা ধূপ কৎপা তৌই। সকালধূপ অসিদা ষোড়শোপচার পূজা হাযনসু খঙনবা উপাচর (পূজাগী মওঙ) ১৬ কৎলী। মতম অসিদা আলপনা ৫ দা হাযবা মতুংইন্না মফম ৫ দা পাঙথোকই। ইবুঙ্ঙো জগন্নাথকী পূজা তৌবিবা পূজারী অদুনা লক্ষ্মী, বিশ্বধাত্রি (ভূদেবী) অমসুং সুদর্শণগীসু পাঙথোকই। অদুগা অতোপ্পা পূজারী অনীনা মথংশীংনা বলভদ্র অমসুং সুভদ্রা পূজা তৌই। অদুগী তুংদা মূর্ত্তিশিং আসদা মথেল ২১ গী ভোগ কৎলী। ভোগ কৎলিঙৈদা অনৌবা মওং খবসু উবা ফংগনি। মূর্ত্তিশিং আসদা পে-থৌগল তৌই, অদুগা কাওহাই চারমসু থৌগল তৌই। মসিগী মথক্তা দেবদাসীশিংনা যন্ত্রনাচিংবা খোংবশিংগী তাম্থা চানা জগোযসু শাই। ভোগশিং অসি বত্নবেদীগী মমাঙদা গর্ভগৃহদা কৎলী। অদুগী তুংদা মূর্ত্তিশিং অসিগী ফীজোল হোংই। মসিবু "মৈলামলাগী" হাযনা খঙনৈ। মসিগী মথংদা তৌবা পূজা মওং অদুবু চত্রভোগ নএগা মাণ্ডপভোগ নত্রগা ভান্ধা ভোগ হাযনা কৌই অমসুং গরুড স্তম্ভগী মনীঙথংবদা লৈবা ভোগ মাণ্ডপতা পাঙথোকই। মসিদা কৎলিবসি পঞ্চপচার হাযদুনা পোৎলম ৫ জা চন্দন অতকপা, লৈ, ধূপ-থাউমৈ, নৈবেদ্য অসিনচিংবা পোৎলম ৫ অসি কৎলী। হন্দক কৎলিবা ভোগ অসি মঠশিং অমসুং সাধবণ-ভক্তশিংসু খুনবা অদুম যাই।

মধ্যভোগ হাযবদী নুমিৎযুংবদা কৎপা ভোগ ঃ অসিবু অনীশুবা ধূপ নত্রগা অনীশুবা ভোগ হাযনসু কৌই।

হন্দক্কী ভোগ অসিনা মূর্ত্তিশিংদা কৎপা ভোগ অসি মথেল ৫৬ নি। মসিগী অহেনবা ওইনা মথেল ১০০ ফাওবা কৎনৈ। মসিগী তুংদা মূর্ত্তিশিং অসিগী ফীজোন হোংই। অদুগা দোলাই অহুম লাইশিংগী মমাঙদা থম্মী। দোলাইশিংগী নাকলদা ক্বা, যুবী অশংবা, মনম নুংশিহনবা ঈশিং থম্মী। অদুগী তুংদা কর্পূবগী আবতি কৎলী। মসিনা ইবুঙ্গোশিং অসি নুংথিল চেপকদৌবিবনী হাযদুনা থৌবাং তৌবনী। মন্দিবগী থোঙ লোনশিল্লী। নুমিদাংবাইবমদসু অযুক্তা তৌবগুম্না ভিতোবছো মোহাপাত্রশিংনা থোঙদা নম্বা চাজুমশিং অদুগী ফিভম কায কাযদে যেংলবা তুংদা থোঙশিং অমুক হোংদোকই। অদুগী তুংদা সন্ধ্যা আবতি কৎলী।

সন্ধ্যা ধূপনা হৌবগা পূজা আস কৎপা তৌই। আবতি কৎলবা তুংদা মূর্ত্তিশিংগী ফীজোল অমুক হোংই। মূর্ত্তিশিং অসি ষোড়শোপচাবগী মতুংইন্না পূজা কৎলী। পূজা অসিগী মনুংদা আবতি মবিবক কৎলী। সন্ধ্যা ধূকপী মতুংদা মূর্ত্তিশিং অসি মুগাগী ফীজোল হোংদোকই অমসুং ত্রক্কবা জা চন্দন নাইলৈতেংই। মসিব চন্দন লাগি হাযনা কৌই। অদুগী তুংদা বীনা যন্ত্রগা লোযননা গীতগোবিন্দম্ শক শোল্লী। অদুগী তুংদা বড় সিংহাব বেশ কৌবা মীৎ-থক্লা যজববা ফীজোলনা লৈতেংই। মখল মখা বযাগী ভোগ কযা মূর্ত্তিশিং অসিদা কৎলী। হার্যাবিবা পূজা মনুং অসিদা চান্দ্রকা কৌবা লৈগা কোকথোল থোল্লী। অদুগা অখন্নবা ওইনা তুলসী মালা থোল্লী। মমাঙদা তৌখিনগুম হন্দক্কী মতাং অসিদা মখল মথেল কযাগী ভোগ জগন্নাথদা কৎলী। বড়সিংহাবেশদা মকওইনালৈ শূ কৎলী। নুমিৎযুংবা মতমদা তৌবগুম্না হন্দক্কী মতাঙ অসিদসু দোলাই অহুম, যুবী অশংবা অমসুং মনম-নুংশিহল্লবা ঈশিংনচিংব কৎলী।

কাঙনচিংবা চীক্তনবা ধূপ-নচিংবা কত্তুনা কাঙমৈ খুই, পুষ্পালক, পুষ্পাঞ্জলী কৎলী, লক্ষ্মী নাবাযনগী মূর্ত্তি উৎসব (অর্দ্ধনাবীশ্বব) দোলাইথক্তা লেঙশিল্লী অদুগা যুবী অনৌবা, ক্বানচিংবা কৎলী। অদুগী তুংদা উৎসব-বেবা, দম্বক আসনদা লেঙশিল্লগা জয় বিজয় দ্বাবগী মনাক্তা থম্মী। মসিগী মতুংদা যন্ত্র মখল কযাগী তাম্বাদা গীতগোবিন্দ শক্কুনা দেবদাসীশিংনা জগোই শাই। সন্ধ্যা পূজাগী হেনফদ্রবা মতাঙ অমনা পুবীগী নিংথৌ নত্রগা মাগী প্রতিনীধিনা খুত্তা সনাতনাশাবা চৈশু পাযদুনা লাক্কনি অদুগা প্রহবাজা (নিংথৌগী পুবোহিত মকোক্লা) বেদগী মন্ত্রশিং থীগনি। অদুগী তুংদা লক্ষ্মী নাবাযণগী

মূর্ত্তি অদু পুক্কে নাক্তা পুবক্কনি। নুমিদাংদা তৌবা থৌবমশিংনা অসুম্না ওইগান মদুদি, অখণ্ডদীপা (থাউমৈ) মুথৎকনি। "মনিমা, মনিমা" হায়না পালিযা প্রতিহারশিংনা শোনগনি, থোঙ লোনাশনগনী শো লোল্লবা তুংদা বাযখু অদু লৈখোম্না যোম্লগা তেবছে মোহাপাএনা মদন মোহানগী চাড়ূম নমগনি। মসিনা লাই চেপখ্রে হাযবা তাকপনি।

পুরোহিত বামনশিংনা নিত্যপূজা হাযবদি নুমিৎ খুদিংগী পূজা কবম্না পাঙথোকপগে হাযবা অদু খণ্ডজনবদা যাম্না কান্নগনি। লাইগী পূজানাচংবা তৌদ্রইভদা পুরোহিত শিংনা বেদগী অমসুং তন্ত্রগী ওইবা থৌরম কযা পাঙথোকই। মদু নত্রবদি মখোযি লাইগী সেবা চংবা যাদে। মখোযনা ইহান তানবদা মঙ্গলাচরণগী মন্ত্র থ গা[illegible]। অসুম্না তৌরবতদ মখোয [illegible] তৌন যাদে। [illegible] তুংদা বেদাব অমস[illegible] তান্ত্রন সন্ধ্যা[illegible]। মসিনা [illegible] অম[illegible] তন্ত্রগী ওইবা [illegible] স্নান [illegible]। বেদার স্নান [illegible] তন্ত্রগী মন্ত্র [illegible] অদনি [illegible]। [illegible] তৌনা। [illegible] অদদ [illegible] এনা স্নান তৌরাবর [illegible]। [illegible] কৃষ্ণ [illegible]। [illegible] অদু [illegible] অদনা স্নান তৌরবন হাযনা লৌগন। [illegible] আসিনা [illegible] "[illegible]" হাযবদা [illegible] অরপ্তুং অমস[illegible] অমনাচংবা পাঙথোক্কান। অদদগাদি, নুমিৎ ২। কৌবা গ্রহশিং [illegible] ইষ্ট দেবতাব [illegible] অমসু মূলামন্ত্র শোনগন।

আসনা ম[illegible]দা চথরবকপা পূজা মণ্ডপদা অচমন, সন্ধ্যা ন্যাস [illegible] এগা হকচাংগী মথম ৬ শোকপা ন্যাস। শোক্নব মফমশিংদা থবাক, কেক, শিখা, মীৎ অন অমসুং লহবক্কা মথাযথংব শর্বাক্ক। মাসগী তুংদা কবচ অমসুং একজটা মন্ত্র শোনগনী একজটা মন্ত্র শোনা শোম্না হূৎ ওইদগী যেত্তা ঈশিং শিনগনী অমসুং পুরোহিতকী মকোক্তা ৭ লক থীক্কনা অদুগা অবেম্বা ঈশিং অদুনা বক্রশালদা চাইশিনগনী। মসিগী তুংদা গাযত্রীমন্ত্র শোন্দ্না সূর্য্যদেবদা অর্ঘ্যস কৎকান। মাসগী তুংদা বৈদিককী অমসুং তান্ত্রিক্কী ওইবা তর্পন কৎকনা। বৈষ্ণবী দেবী কৌথগনী, কৃষ্ণ, গুরুপতী অমসুং ইষ্টদেবতাশিংদসু তর্পন কৎকনী। গুরু, পরমগুরু, পরাৎপরগুরু অমসুং মামং লৈববা বৈষ্ণবশিং নাবদ, উদ্ধব অসিনাচংবপসু কৌথগনি। মতাঙ অসিদা খণ্ডাজনবদা যাম্না নুঙাইগদবা অমনা "ঐনা কৃষ্ণ ভগবান্দা তর্পণ কচ্চাব" হাযবা মূল মন্ত্র আস শোন্দুনা, তর্পন ২৫ বক

দনা মাঙপকী মনুংদা লৈবা পাম্বোম ৪ পানবা ইবুঙ্ঙো ওইনা খনগান। অহিংগী মতমদনা ভাগবত পুৰাণদা যাওৰিবা পাম্বোম ৪ পানবা বাসকৃডা শান্নবা ইবুঙ্ঙো অদু ওইনা নীঙজগনি। "ওঁম নমো ভাগবতে বাসুদেবায" হায়বা খোম্লোক ১২ গী ওইবা দ্বাদশাক্ষৰ মন্ত্ৰনা বল্লভদ্ৰ খুৰুমজগনি। অদুগা ইবুঙ্ঙো অসিদী বিৰাট* হায়না খঙনবা মৰম্না পুৰষসুক্তাগী শ্লোক থীদুনা খুৰুমজগনি।

সুভদ্ৰাদী ভূবনেশ্বৰী ওইনা লৌবা মৰম্না একাক্ষৰ মন্ত্ৰ "ওঁম হ্ৰীং ভূবনেশ্বৰযৈ নমঃ" হায়বা মন্ত্ৰ অসি শোন্দুনা খুৰুমজগনি। মূৰ্ত্তিশিং অসি জাৎ খুদিংমক্কা চৃশিন্নহন্নবা অমসুং প্ৰণব-নি হায়বা খঙহন্নবা, হৰি-হৰ উপাসনা না যাবা মতুংইন্না খুৰুমজগনি। ইন্দেম্মা অসিবু শ্ৰী অমসুং দেবী সুক্তগী মওংদা খুৰুমজগনি। সুদৰ্শণবুনা সপ্তাক্ষৰ হায়বদী খোম্লোক ৭ কী মন্ত্ৰ শোন্দুনা খুৰুমজগনি। ইবুঙ্ঙো অসিগী মন্ত্ৰদী "ওঁম সহস্ৰহু হুং ফট" হায়বা মন্ত্ৰ অসিনী।

মূৰ্ত্তি অহুম অসি পূজা তৌবদা প্ৰণব ন্যাস অমসুং মন্ত্ৰ অসি তঙাইফদনা শীজিন্নবা অসি খঙজিনবা যাই। ক্ষেত্ৰগী মন্দিৰদা শীজিন্নবিবা প্ৰণবকী ন্যাস মন্ত্ৰ অসি নীলাদ্ৰি নাথস্য পূজাৰ্বিধিগী মতুংইন্না পাঙথোকই। মদুদি :

"ওঁম অকাৰ সত্ত্বগুণম্ শুক্লবৰ্ণম্ নমঃ নভৌ
ওঁম উকাৰ ৰজোগুণম ৰক্তবৰ্ণম্ নমঃ হৃদযে
ওঁম মকাৰ তমগুনম্ কৃষ্ণবৰ্ণম্ নমঃ মূৰ্দ্ধ্নী।"

মথক্তা যাওথ্ৰিবা অ, উ, ম হায়বা অসিনা বল্লভদ্ৰ, সুভদ্ৰা অমসুং জগন্নাথবু মথংশিংনা মহৎশিল্লী অমসু, মখোযগী বৰ্ণসু প্ৰণব ন্যাসতা যাওৰিবা খোম্লোক্কী মচুগা চপ মান্নে। অদুনা মূৰ্ত্তি অহুমগী বৰ্ণশিং অসি ন্যাস মন্ত্ৰনা পীৰিবা মচুশিংনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লেই।

প্ৰপঞ্চসাৰ, মেৰু অমসুং শাৰদা-তিলকনচিংবা তান্ত্ৰিক কী লাইৰিককশিং অসি কূপ্পা নৈনববা তুং, জাতী খুদিংমক্কী মনীঙ থুংনবা হায়দুনা ভূবনেশ্বৰীগী উপাসনা অসি শঙ্কৰাচাৰ্যনা লৌখৎলম্বনা অমসুং তাক্লম্বনি হায়না লৌবা অসি যাম্না মকওইবা বাৰ্যম্নি। উপাসনা অসি হৌদোকাপৰম্বনা - বৈষ্ণৱশিংনা সৰ্ব্বশক্তিমান ওইববা শ্ৰীহৰি (বিষ্ণু,

---

* প্ৰপঞ্চসাৰ সংগ্ৰহ - লমায ১৭৫-২৭৮।

জগন্নাথ) বু মখোযগীনি হায়না খঞ্জে, শৈব্যাশিংনা হব (বল্লভদ্র) অমসুং শাক্তাশিংনা ভবনেশ্বরীবু মখোয মখোযগী লাইনি হায়না খঞ্জে। গোবর্দ্ধন মঠতা অর্দ্ধনারীশ্বর- লিঙ্গ লাচ্চববসু মখোযগী মক ওইবা লাইদী গোপালকৃষ্ণনী। হবি হবগী চাউব চাউববা মূর্ত্তি কয়া উবিষ্যাগী মন্দিবশিংদা শোযদনা থেংনর্বিগনী। খূদম ওইনা পঞ্চববদা মুখলিঙ্গমগী সোমেশ্বর মন্দিব, উবিষ্যগী বোলাঙ্গিব জীলাদা লৈবা হবি শঙ্কব মন্দিবগী ফক্লাংশিংদা হক্কুনা লৈবা মূর্ত্তিশিংনী। ভুবনেশ্বর লিঙ্গবাজ মন্দিবগী ইথিল অসিনা মতমগী মতুংইন্না উপাসনা অসিবু মীযাম্না পান্না হেনগৎলকখি। বাফম অসিগী মমি হৌজিক ফাওবদসু ঐখোযনা থেংনর্বি। গকড যূন্বীদা শল্লাবা অমসুং গকডগী মূর্ত্তি শাদুনা থল্লিবা অদু থেংনবিগনি। মান্দব আসগী মতোন্দা ত্রিশূলগা মহূত্তা পিনাক ধনুসু থেংনাবগনা।

গন্ধবাদীদা লৈবা মতোল তনী লোঙবা মন্দিব অসিনা উবিষ্যাগী হবি হব মান্দবগী খ্বাইদগী যজবা সাক্ষ্যান। মন্দিব অসি খৃষ্ট ১৮ শুবা শতাব্দী অদুবাতগী ওইনা লেপ্পা যাই। মন্দিব অসিগী মতোন্দা খূদম (emblem) খবসু লৈ। মন্দিব অসিগা মতোন্দা শিব সিদ্ধেশ্বরগা শিব লিঙ্গ লৈ। অদুগা, নালমাধবকা বিষ্ণু মান্দব দনা চক্র উবা হ্‌গনী।

জগন্নাথকী পূজা পদ্ধতিগা অকপ্পা মবম, পুরুষোত্তমগী মবমদা কোনা মান দ ইবা "পোথি গোপ লাচন বিধি" কৌবা অদদগী লাযনা খঙবা ঙমগনী। তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মগা মত চৎপা কাঙবগা আচার্য্যাশিংনা লাইশিং অসিবু দর্শন তৌবা লাবাখ। অদুবু শঙ্কবাচার্য্য তংদাত লাকখিবাশিংগা মনুংদা মক ওইনা লৈদুনা, মাগী শক্তিম নাট্যমন্দিবদা যোক্কুনা লৈ। মসনা তাকপদী পুবীগী লাইশঙ মও অসি শঙ্কবাচার্য্যনা হেন্না খবাব তাখ ত যনা লৌবা যাই। বিশিষ্টাদ্বৈতগী বাখল্লোনিন তৌদোকাপবম্বা বামানুজাচার্য্যসি পুবাদা লেপ্লবিবক্তনা পঞ্চবাত্র মওংগী পূজা মও লৌনবা নিংযৌদা হাযত্তবম্মী, অদুবু মাযপ কপা ৎমাখদে। মবম আসদগী "আল্লাবনাহ মান্দব" কৌবা, পুবীদগী নাইল ১২ লাপ্প লৈবা ব্রহ্মগাবি কৌবা মফম অদুদা শাদুনা পঞ্চবাত্র পূজাগী মওং অদু কাযদনা চংখি। বিশিষ্টাদ্বৈত মতকী মমিং লৈববা মঠ অমা ওইবিনা "এমাবা মঠ" না মন্দিব অসিগী সেবা চংলী।

ধর্ম্মগী ওইবা চযেংনবা হোবকপ মতমদা মুক্তি মাঙপ বিচাব লোযশঙনা অবোইবনি হাযবা অসি মন্দিব "বাযেন থৌদা" গী পন্দুপ্তা পঞ্জখ্রে। অসি গুন্না বিচাব

অসিদা পুরীগী গোবর্দ্ধন মঠকী শঙ্করাচার্য্যনা সভাপতি, থৌবুরেল ওই। মাগী সহি অমসুং মুহোরগী মখাদা রায় পুম্নমক হায়দোকই। কনাগুম্বা অমবু মন্দিরগী পুরোহিত ওইনা হাপ্পা মতমদা নিংথৌনা গোবর্দ্ধন মঠকী শঙ্করাচার্য্যগী পুরোহিত ওইগদৌরিবা মীশক অদু মশা-মগুং তীঞ্জেল লায়চেন্দে হায়বগী প্রমাণ পত্র লৌগদবনী। মঠ অসিদা শঙ্করাচার্য্যগী নূঙঙৌগী মূর্ত্তি অমা লৈবা অদু থেংনবিগনি। শঙ্করাচার্য্যনা পুরীদা লাক্লবা তুংদা, উপাসনা অসিগী মতাংদা অহোংবা খর পুরকখি হায়বদু মসিনা তাক্লি। অসুম্না হায়নবা অমা লৈ মদুদি, জগন্নাথষ্টকা হায়না কৌবা অষ্টক অসি শঙ্করাচার্য্যনা লেঙবনী অমসুং মসি উরিষ্যাগী মীয়াম্নসু য়াম্না পাম্লে। মসি শঙ্করাচার্য্য গ্রন্থাবলীদা য়াওই। অদুবু কাঙবু খরনদী মসি চৈতন্য বাবাজীনা ইবনিসু য়াই।

শ্রীজগন্নাথকী মন্দিরদা উবা ফংবা য়াম্না নুঙাইনিঙই ওইবা পূজাগী মনুংচনবা মশা ওইনা তৌরবসু, থৌওং অমনা তান্ত্রিক কী পঞ্চাকার থৌরম খর পাঙথোকপা অসিনী। কাম পোক্লিঙাই ওইবা থৌরম অসি লন্নাই লন্নাইগী তৌবা ওইনা উই। তৌদবা য়াদে হায়বগী থোইদোকপা নিয়ম লৈতে। ময়াম্না খঙনরিবা পঞ্চমকারশীংদীঃ- (১) মৎস্য (ঙা), (২) মাংস (শা), (৩) মদ্য (য়ু), (৪) মুদ্রা (পৈশা) অমসুং (৫) মৈথুন (হকতিন্নবা) অসিনচিংবসিনী। অহানবগী মৎস্য অসি ইীঙ থাক্লুনা থোংবা মনা-মশীংনা মহূৎ শিল্লী। অনীশুবা মাংস অসিনা শিং (অদপতিদি) য়াওনা থোংবা মথেল মখল অমনা মহূৎ শিল্লী। অহুমশুবা মদ্য (য়ু) গী মহূৎনা শেঞ্জেংগী পাত্রদা হাপ্পা যূবী অনৌবগী মহী কৎপনা ওই। মরিশুবা (মুদ্রা) শেলগী মহূৎনা কান্তি হায়না কৌবা চিনিগা য়ামগা তিন্নদুনা শাবা পোৎশক অমনা মহূৎ শিল্লী। মঙাশুবা মৈথুন (পী-পা হক্তিন্নব) গী মহূৎনা দেবদাসীশিংনা শাবা - "উৎকছনৃত" কৌবা জগোইনা ওই। অদুগা অতোপ্পা খরগী মত মতুংইন্না অপরাজীত কৌবা লৈ অদুনা শিনবসু য়াই হায়নৈ। লৈ অসি নুপীগী যোনিনী হায়না লৌই। অসুম তৌনা জগন্নাথ পূজাদা তান্ত্রিককী ওইবা পোৎলম অসি স্নাগী মহূত্তা য়াইঙংনা শিনবগুম, অনুকল্প ওইনা পোৎশক খরনা মহূৎ শিন্দুনা পাঙথোকই। অদুগা য়াম্না নুংঙাইবা ৱাফম অমনা শাক্তগী মওংদা বীমলা দেবীগী মমাঙদা হামেংনচিংবা বলি কৎলী। অসিগুম্বা বলি অসি চহী অমদা অহুম্লক্লুম্বা শরত ঋতুগী মহাষ্টমী তিথিদা বীমলা দেবীগী মমাঙদা কৎলী। ইবেম্মা অসিবু দুর্গানী হায়না খন্দুনা সপ্তমীদগী নবমী ফাওবা ঙা-সূ কৎলী। অতোপ্পা খঙজিনবদা নুঙাইগদবা মওং অমনা

মন্দিব অসিগী অধিদেবতা অসি নর্বসিংহ্নী হাযনা লৌই; মবম অসিদগী লাইগী পূজাদা খঙদে, ব্লালহৌবদনি খঙদে ইহান-হানবমক্তদা নবসিংহ্দা পূজা কৎলী। মসিগী নুংগী ওইবা অর্থ লৈ। "নৃসিংহ তাপিনী উপনিষদ" কী মতুংইন্না নৃসিংহ অসি ব্রহ্মগী খূদমনি অদুগা জগন্নাথ অসিনা হকথেংনবা ব্রহ্মনী।

ভগবান জগন্নাথ হাযবা অসি সর্ব্বব্যাপী-নি; ইবুঙ্ঙো মঙোন্দা হিন্দুশিংগী মকওইবা লাই মঙা - নাবাযণ, রুদ্র, গনেশ, সুর্য্য অমসুং দুর্গা অসি পুল্লপ পূন্না লৈ। ইবুঙ্ঙোনা মন্দিবগী বত্নসিংহসন-দা লেঙশিনবা মতমদা, মহাক নাবাযণ নী, নবকলেববগী মতমদনা ইবুঙ্ঙো মহাক অসি রুদ্রণী; স্নান-যাত্রা মতমদনা ইবুঙ্ঙো মহাকপু গজানন (গণেশ) ওইনা লৌই। বথ যাত্রাগী মতমদনা ইবুঙ্ঙো অসিবু সুর্য্যনাবাযণ নী হাযনা লৌগনি। অদুগা ইবুঙ্ঙোনা শযণ যাত্রাদা নীংঙাইবা লৈতনা চেপখ্রবা মতমদনা দুর্গা-নী হাযনা লৌগনি। মতৌ অসুম্না হিন্দু ধর্ম্মগী লাই পূম্নমক অসি মঙোন্দা খোং খোপ্পা পূল্লবনী। অসুমতৌনা শৈব্য, শাক্ত, গনপত্য, সাত্তবা অমসুং বৈষ্ণবনাচংবগী লাইযাম খিবিক্লা পূল্লবা সর্ব্ব শক্তিমান ওইববা ভগবান নী। উবিষ্যাদা মহাবিনাযক, কোনাবক, পুবী, বিবাজ (জযপুব) অমসুং লিঙ্গবাজ হাযাববা মফমশিং অসি পঞ্চদেবতা হাযবদী লাই ৫ মথংশাংনা গণেশ, সুর্য্য, বিষ্ণু, দুর্গা অমসুং শিবা হার্যাববা লাই ৫ অসিগী মকওইবা তীর্থশিংনী।

জগন্নাথ উপাসনা অসি ধর্ম্ম কযামকমনা যানশিন্দুনা শেম্বগুল্লদনা, ইবুঙ্ঙোগী পূজাগী মওংসু তোঙান-তোঙানবা প্রথা কযাগী দর্শণ খিবিক্লা পুল্লপ তাশিন্দূনা শেম্বনী। অখন্নবা ওইবা খব পনবা তাববদা নুতি নুতিগী ওইবা পূজাদা অমসং সেবাদা অভেদ, ভেদ, ভেদাভেদ অমসুং অচিন্ত্য ভেদাভেদ-কী ফজববা ঈথিল অমা উবা ফংই। খূদম ওইনা পঞ্জববদা, মীপূমতিংনা ইবুঙ্ঙোগী মহাপ্রসাদ ফংবা মতমদা "অভেদ" গী মমি ফজনা তাই। অদুগা অমবোমদনা, ইবুঙ্ঙোদা নৈবেদ্য কত্রিঙৈগী মমাঙদা থওইনা খনগৎলবা সুপকবশিং নত্তনা অতৈ কনা অমত্তনা শোকপা যাদে অমসুং পাযবসু যাদে। মতাঙ অসিদনা "ভেদ" গী ভাব (ঈথিল) ফজনা উৎলে। ইবুঙ্ঙোদা জল (ঈশিং) কৎপগী মতাঙদনা "ভেদাভেদ" কী চাউববা ফজববা খূদম অমা উবা ফংগনী। মবমদি, কৎকদৌবিবা ঈশিং অসি সুদ্রশিংনা মন্দিব তান্না পুবকই অদুগা গবাবডুশিংনা বত্নবেদী তান্না পুশিল্লী। অবোইবদা "অচিন্ত্যভেদাভেদ" কী খূদম্না চহী ১২ নত্রগা ১৯ গী মতুংদা

অমুক-অমুক্তা থোকপা “নবকলেবব” পূজাগী থৌবমদা থেংনগনী। শাববশিংগী নিংথৌ বিশ্ববসুগী শূথাঙনী হাযনা খঙনবা দৈত্যশিংনা শ্রীমূর্ত্তি অসি শাবদা তেঙবাংই। মখোযশিং অসিবু ইবুঙ্ঙোগী শাগে-নাতৈনি হাযনা খঙনৈ। অদুম্নদী ওইবগা মূর্ত্তিশিং অসি পূজা তৌবদা মখোয যাওবা যাদে। পূজা প্রণালীগী মওংদা ফীজেৎ-লৈতেং অমসুং সনা-লূপাগী লীক-কোন্নচিংবা থোনবদা য়াওবা যাদে অসিগুম্বা পূজাগী ওইবা চয়েৎনবা মওংশিং অসি হেক যেংবা মতমদদী অঙকপা অমা ওইনা থোক্কনী অদুবু অপাকপা মীৎযেংগা লোযননা য়েংলগদী জগন্নাথ উপাসনা-গী নুংদা চেল্লিবা ধর্ম্মগী ওইবা, সংস্কৃতি কযাগী অমত্তা ওইনা তা-তিন্দুদা থোকপা-দাশণীক ওইবা উপাসনা মওং অদু শোযদনা থেংনগনী।

জগন্নাথ মন্দিবনুংদা থাল্লিবা থাউমৈ খুথান অসি পন্দবা যাদবা মতাং অমনী। থাউমৈ মওংশিংসি নিযম মৈগী মখাদা থাল্লিবনী। অযূম নুমিদাং নাইদনা থাউগী মৈনম থাল্ল। মৈনমশিং অসি মন্দিবগী তোঙান তোঙানবা মফমদা, তোঙান তোঙানবা থৌদোকশিংদা থানবা মখল মথেলগী মৈনমশিংনী। গরুড স্তম্ভদসু থাউমৈ থাল্লী। মনৈম মখল অহুমনি : (১) মশালা দিহুদি, (২) চক্রদিহুদি অমসুং (৩) চামুদিহুদি। সুদ্র সেবকশিংনা মশালা অমসুং চক্রদিহুদি থৌগল্লী। অদুগা চামুদিহুদি-না ব্রাহ্মণ সেবকশিংনা কায।

মন্দিব মনুংদা থোইদিং থাউ অমসুং লশিংনা তাদুনা শেম্বা (সলিতা) দোশীগী মৈনম তত্তনা থাল্লী। জয বিজয দ্বাবদগী কলাহত (মনূংথংবা পূক্কে) ফাওবদা থাউমৈ ৯ থাল্লী। অদুগা কলাহত-তগী সিংহাসন ফাওবনা থাউমৈ ২৭ থানগনী। মশীং ৯ অমসুং ২৭ আসিনা মথংশীংনা গ্রহ ৯ অমসুং নক্ষত্র ২৭ পু মহূৎ শিনবনী।

দেউড়িমশাল-গী মখোক অসি পীথ্রাইনা শাই, মতোন্দা ফিনা যেৎলী। মসি থাউদা লুপ্লগা মৈ চূয। মসি পূঙশীঙ খঙদনা অদুম চাত্তুনা লৈ। কবিগুম্বা থাউ কংলকপা মতাঙদা “কাহালী” কৌবা থাউ চফূদা লূপ্পী।

চক্রদৌড়িমশাল- গী খূৎ পাইফম্না য়োৎনা শাবনী। খূৎ- পাযফম মতোলদা মচীন মঙা নত্রগা তবেৎ লৈ। মসি ফি-না যোমশিল্লী। মসিদা থাউ হৈজিল্লগা মৈ চূয।

মসিদী অখন্নবা থৌদোক নত্রগা শোভাযাত্রাদা শীজিন্নে। দেউডিমশাল অসি মূর্ত্তিশিংনা শোভাযাত্রা লেঙথোকপদা শীজিন্ননবনী।

বত্নসিংহসনগী নাকলদা যুংদুনা লৈবা যূপ্বী অহুম অহুম পূন্না যূপ্বী তবক্তা অখগুদীপ হায়বদী মূৎপা যাদবা মৈ থাল্লী। মার্গশিবা থাগী এযোদশী; অমাবস্যা অমসুং প্রতিপদ-তা "মহাদ্বীপ" শিং থাল্লী। লাই-মনাইশিংগী মনুংদা ছুনবা হায়না খঙনবা কাংবু অদুনা মন্দিবগী শব্দক অহূম ঃ জগমোহন, নাট্যমন্দিব অমসুং বিমন কৌবা অদুগী মতোন্দা কাখৎলগা থাউমৈ থাল্লী। ছুনবানা মৈ অদু পাযদুনা অহুম্নক হাইবগা থাউমৈ অদু থাল্লমগনী। অদুগী তুংদা মৈগী কুম্মৈ চন্দ্রৌদিয়া হায়বদু পাঙথোক্কনি। অসুম্না মৈ অদু ৱাংনা থাঙক্তুনা নিংথৌগী পুন্সি নুংশাংনবা বব নিগনী।

## "লোইশিনবা"

মতাঙ অসিৱাইদা লাইবিক অসি লোইশিনবা যাবে। হৌবদগী তত্তনা পঞ্জদুনা লাক্লবা, কাউবিবোইদবা ৱাযম অমদি, লাইবিক অসি Dr K C Misra না ইবা মাগী thesis The Cult of Jagannath হায়বা অসিদগী লৌথোকচবনী। Dr K C Misra না ইবা লাইবিক্তগী শোকচদবা মতাঙদী ৭ শুবা পন্দুপ "Theology" মবমদা ইবা অদুনি। মসির্মদি সাধাবণ প্রজাদা থোইনা হেন্না কান্নবোইদবা মবম্না অমসুং লাইবিক অসি চাওথোর্কখিগদবা ওইবনা, থওইনা চীথজববনী। অদুগা, থাদোকপদা লাইবিক্কী গুণ দি হন্তবোইদবা Appendix খবা মাসগী মতাঙদী খব কূপশিন্না থিবিনীঙবশিং অমসুং বসঞ্জশিংনা পঞ্জবিবা লাইবিক অমসুং অতৈ-অতৈ মবী লৈনবা লাইবিকশিংদা যেংশিনবীগনী হায়বসি তোল্লবনা পনফম, অমুক লৈত্রবা ৱাফম্নি। অদুমকপু "ওঁম" গী মবমদা পনবা অমসুং মসিগা মবী লৈনবা ৱাফম খব পঞ্জবমদ্রগদী, পাযখচ্চবিবা লাইবিক অসি মপূঙ ফাবা ৱাৎকনি হায়না কিজবদগী মসিমদী হুন্দোকচবা ঙমজদ্রে। মদুদি প্রণবকী মতাঙ অসিনী।

অচ্যুতানন্দ দাসনা প্রণব কী মবমদা অঙকপা ৱাফম খব পন্নীবি। মহাক্কী মত মতুংইন্না বত্নবেদী সিংহাসন্দা লেঙশিল্লিবা সুদর্শণ, জগন্নাথ, বল্লভদ্র অমসুং সুভদ্রা হাযবিবা মূর্ত্তিশিং অসি ওঁমকাব যন্ত্রগী থক্তা পূন্না লেঙশিল্লিবনী। যন্ত্র অসি মন্ত্র নত্রগা খূদম ৫ না শাই। কবি অসিগী মতুংইন্না মখোযশিং অদুদী - নাদ, বিন্দু, দণ্ডক, তাবকা অমসুং কুণ্ডলী হাযবা ৫ অসিনা পূনবনী। পূন্নমক অসিনা পূনশিল্লগা "ওঁম" হাযবা ভাবত-সংস্কৃতিগী মক ওইখ্রবা খোন্থোক অসি থোকই। হায়বিবা "ওঁম" অসিদী শ্রীশ্রীজগন্নাথ মশামক্কী কযাৎনী। মন্ত্র মণ্ডা অসি জগন্নাথ ইবুঙ্ঙোগী হৌবকফম ওইবা শক্তম্নী। জগন্নাথ উপাসনাগী হৌবকফম ঈফূৎনী। মখোয অদুদী মখাদা কচ্চবি ঃ

| মন্ত্র | ধর্ম্মগী ওইবা নীতি মূর্ত্তি | বীজমন্ত্র |
|---|---|---|
| ১। নাদ | মূল প্রকৃতি, সিংহাসন - | প্লীং |
| ২। বিন্দু | মূলব্রহ্ম, সুদর্শণ | ধ্লীম |
| ৩। দণ্ডক | বিষ্ণু, জগন্নাথ - | ক্লীম |
| ৪। তাবক | ব্রহ্ম, সুভদ্রা - | স্লীম |
| ৫। কুণ্ডলী | শিব, বল্লভদ্র | হ্লীম |

মথক্কী অসিনা "ওম" মন্ত্র ৫ অমসুং পোৎশক ৫ অদু উৎলি। মণ্ডা অসিনা বিশ্বব্রহ্মণ্ড অসিবু কোল্লী। অসুম্না "ওঁমকাব" যন্ত্র অসিনা জগন্নাথবু উৎপদা নত্তনা মশামক "ওঁমকাব" না। মবম অসিদগীনি জগন্নাথ না অসুক যাম্না সর্ব্বশক্তিমান ওইবিবা, অসুক যাম্না মগুন লৈবিবা।

লোইশিঞ্জবে।

# এপেন্দিক্স নং (১)

শ্রীজগন্নাথ কৎপা খুদিংমক ঈশ্বরনা খূৎথেংননা লৌবিববা শেংলবা প্রসাদনী হায়না লৌই।

ভগবান জগন্নাথ পুরীগী নিংথৌরেলনী খ্বাইদগী অথোইবনী। পুরীগী নিংথৌশিংনা মখোয মশামক জগন্নাথকী মনাইনী হায়না লৌজে। মরম অদুনা, মণ্ডোন্দা কৎপা ভোগশিংদি নিংথৌরেলদা কৎপা ভোগকুম্না মখল মথেল কয়নি। যাম্না ভৌখিনা অমসুং শ্রদ্ধাগা লোয়ননা মথেলশিং অসি ইবুঙ্গোদা কৎলী।

ভোগশিং অসি মখল অনীথোক্না খায়দোকই। (১) "সমখুড়ী" হায়না খঙনবা, মন্দিরগী ব্রালহৌশঙমক্তদা থোং থাকপা মখল অমা। (২) মন্দিরগী পারকোবদদী থোংবা ব্রালহৌশঙমক্তদী থোংদবা মখল, অনিসিনী। অহানবগী মখলদা চেঙ, শঙ্গোম, হব্রাই অমসুং অতৈ অতৈ মনা মশীংনা থোংনবা। অনীশুবা মখল "নিসমখুড়ী" ভোগনা গেহু, যাম, ঘী, চিনি অঙাঙবা, তার্লামশ্রিনা থোংবনী। অদুগা মতাঙ অসিদা পঞ্জহৌদবা যাদবা অমনা ইবুঙ্গোদা কৎলোইদবা মনা মশীং, যেনশাং নাপীশিংদী খোংদ্রুম, ভেলান্দ্রি, আলু, খামেন অশিনবা, তীলহৌ, চনম, অবাথবী, কাবণ, কোলমনি, কোবী, খোংদ্রুম অখাবী, শেবোং, শেবোং লীম্নাম্বী অসিনী।

ইবুঙ্গোদা চহী অমদা নুমিৎ খূদিংগী মথেল ৫৬ তি কৎলী। তাবা যাদে, হেনবদী যাই। ইবুঙ্গোগী ব্রালহৌশঙ অসি যাম্নসু চাউই অদুগা যাম্নসু তক তনাল্লী। ভগবান জগন্নাথকী চাকখুম অসি কযামুক চাউবগে হায়বদা মী লাক্ষ অমা অমুক্তদা পীজনবা থোং থাকপা যাই। অদুনা মসি ভাবত তদা নত্তনা মীবমগী মীওইশিংনা ফাওবা অঙকপা ওইনা থোকই। মযাম্না হায়নবা অমা লৈ মদুদী ঃ

"সডা বস বাঞ্জন নানা জাতি
ছপন্ন ভোগ, লাগে দিনবাতি।"

হাযবদী মহাউ তকক্কী মথেল যাঁষ্ট্রেতকক নুংতিগী অযুক নুমিদাং খাক্তনা কত্তবা যাদে।" অদুগা অতোপ্পা ব্রাফম অমনা "মকব সংক্রান্তি" নুমিত্তা মথেল ৮৬ কত্তবা যাদে। মখেল ৮৬ অদুদী পঞ্জদ্রে। (Dr K C Misra গী লাইবিক্তা থেংনবীগনি।)

অতোপ্পা খঙজিনবদা কান্নগদবা বাযম অমনা ইবুঙ্গোদা "পখাল্ল" হাযবদী (watered rice) চেঙ্ অতীঙবা নোংমদা অহুম্লক কৎলী। দ্বিপহ্বধূপ (অযূক্কী চাক্লেন) কৎপদা মালিকাগী মনম চাইববা চেঙ অতীঙবা কৎলী। সন্ধ্যা ধূপ হাযবদী ইবুঙ্গোনা নুংথিল চেপ্লুববা তুংদা কৎপনা শঙ্গোম অফম্বা, শিংগা লোযননা শেম্বা পখাল্ল নী অদুগা বডশৃঙ্গাব ধূপ (নুমিদা, চবা) গী মতুংদা কৎপনা শিং, জিব', ঘী অমসুং চিনি থক্লবা পখাল্ল নি।

ঋতগী মতুংইন্না কৎপা ভোগশিংদী ঃ

১। বৈশাখ/জ্যৈষ্ঠ (এপ্রিল, মে, জুন) গী তংখাযদা কৎকদবশিংনা নৃতি নুতি কৎপা অদিগা অহৈনবনা, (ক) দহি, পখাল্ল (চেঙ অতিঙবা অমসুং দহী), (খ) ছেনা মানডুআ, (গ) সাগ (মনা মশীং থোংবা, (ঘ) বিবিপিঠা (শগোল হবাই তক্লগা শেম্বা তল মখল অমা), (ঙ) পনা বিষ্ণুব নত্রগা সংক্রান্তি নুমিত্তা "ঘৌতি" (যাম, শঙ্গোম অফম্বা, শঙ্গোম মপাল অমসুং চিনি অপাংবনা শেম্বা মখল অমা)।

২। আষাঢ (কাং চিংবা মতম জুন জুলাই) দনা অধবপনা কৌবা থক্লবা মতী মখল অমা কৎলী। হাযবদী চিম্বালবু থুমহনবা হাযবনী।

৩। শ্রাবণ (ঝুলনগী মতম) দনা অমালু অমসুং খিবি কৎকনি।

৪। ভাদ্র (জন্মাষ্টমী August-September) দনা শ্রাবণ দা কৎপশিং অদু অদুম কৎলে।

৫। কার্ত্তিক (October/November) দনা অযূক অঙনবগী বাল ধূপ তা থুম যাওবা কবোক্লম্বা খবা কৎলী।

৬। পৌষ (December/January) দনা (ক) অয়ূক অঙনবদনা পহিলি ভোগ কৎকনি। মসিদা কৎকদৌবনা খিচুরী-নী। মতাঙ অসিদা ৱারী অমা লৈ। মদুদি, লক্ষ্মীদি য়ূমদা চৎখিবা মতাঙ থোকপনা, মমা যশোদানা মজাইবুঙ্গেঙা চানবা খিচুরী হৌবনী হায়বা অসিনী। (খ) বকুল অমাবস্যাদনা - হৈনৌমপাল অনৌবা, ঘীদা ঙৌথোক্লবা চেঙগী য়াম্না শাবা গৈহ্ অমসুং ঘী তোৎপা নাড়ী কৎকনী।

৭। মাঘগী মকর সংক্রান্তি (চাউরাক্লা জানুৱারী ১৩-১৪) দা - মকর চাউল্লা (ফজনা নীকথোক্লবা চেঙ, শঙ্গোম, শিং, গোলমরিচ, তালমিশ্রি, য়ুবী, শঙ্গোম অফম্বগী মপাল, কর্পুর, কিসমিস, লফোয়- অমুনবা অসিনচিংবনা) কৎলী।

৮। ফাল্গুন (ফেব্রুৱারী/মার্চ্চ) কী য়াউশং দোলযাত্রা মতমদা চানাগজা, খান্দবরি, চানা লাড়ি (হৈনৌ অশংবা মচা), ডহ্‌ন চোরি, অরিসা, কান্তি অমসুং কারি কৎকনি। শা-ঙা নত্তবগী বলি - মযায়থংবা যুগকী তান্ত্রিক সিদ্ধান্ত, তারা রহস্যগী মতুংইন্না ভগবান জগন্নাথ্ অসি কলিকা নত্রগা দুর্গা ওইনা খল্লী।

"কলৌ কালি কলৌ কৃষ্ণঃ
কল্লৌ গোপাল কালিকা।"

[কলিযুগতা, কলি অমসুং কৃষ্ণ (গোপাল) হায়বনচিংবা অসি মরুওইবা লাইশিংনী অমসুং গোপাল (কৃষ্ণ) মশামক কলিকা-নী]

মরম অসিদগী চৎনবী মতুংইন্না সংক্রান্তি অনি হায়বদি মকর সংক্রান্তি অমসুং দক্ষিনায়ণ সংক্রান্তিদা মনা-মশীঙ অমসুং চীঞ্জাক ওইবা বলি কৎলী। বলি অসিদা কৎপা পোৎশক্তি- শগোলহৱাই, শিং, হিংনা শেম্বা তন্দুরি-তল নত্রগা শঙ্গোম অফমবা অমসুং তালমিশ্রি নত্রগা অশীনবা থাকপা শিং-মহী, য়ুবী অমসুং চিনি। অদুবু মকর সংক্রান্তি নুমিত্তদী তঙাইফদনা অয়ূক্কী চারাগী তুংদা বলি নীপাল্লক কত্তবা য়াদে।

**ধূপঃ- (ভগবান্দা লূক কৎপা)**

অয়ূক ঃ- মূর্ত্তিশিং অসিদা কৎপা মথেলদী গোপাল-বল্লভ, ফৌন পোকপা কবোক, চিনিনা য়োম্বা য়ূবী, বদাম মখল-মখা, মাখন, খুৱা, মন্দা-পপুড়ী, হৈনৌ, লফোয়, পুংদোল, য়ুবী মকূপ অসিনচিংবনি।

অযূক্কী চবারানবদা কৎপা অসিবু বাজ ধূপ কৌই। মসিদা কৎপশিংদী ঃ- কাত্তুএ ঝিলি কাস্তি, তন্দুরী, শিং-মহী, মনা-মশীঙগী ভৌথোং, চেঙ-কবোক, হৱাই অমসুং মখল-মথেল কযাগী যেঞ্জাংনি।

নুমিৎ যুংলমদাইদা কৎপা ঃ- ভোগ মাণ্ডপ ধূপ কৌই। মসিদা চাক, তল অমসুং মখল-মথেল কযাগী যেঞ্জাং কৎলী।

নুমিৎ য়ুংবা অমসুং নুমিৎযুংবা মতুংদা কৎপা ঃ- ওবিযা হায়দুনা (চাক, থুম, ঘী অমসুং কোমলা মহীদা শেম্বা) চাক মখল অমা, যেঞ্জাং, তল, অথুম্বা- মহী, কাকবা, আবিসা, মবিচচ লাড়ু, কফোই, লফোয অমসুং গোলমবিচনা শেম্বা মহী মখল অমা কৎলী।

নুমিদাংবাই ঃ সন্ধ্যা ধূপকী মতমদা কৎপা মথেলশিংনা - চাক অমসুং চেঙ আতংবা, মরপ্লি, কনসা পুলি, থোনর্মানি, মান্দ্রবা, বসার্বালি, সুবাবী, হবাই অমসুং অইতে অংথোংবা যেঞ্জাং নাপীশিংনী।

নুমিদাং ঃ মসিদা কৎপশিং অসিবু বড়সিংহাব ধূপ নত্রগা শয়ন ধূপ কৌই। মসিদা কৎপশিংদী থুম্মল্লবা আতংবা চেঙ, লফোয, বল; লফোয কংথৌ, ভোগাক্ষীর, চেঙথা, শঙ্গোম, চিনি অমসুং মকা মবাংনা শেম্বা মরি মখল অমা, চাবি মেদ, যুবী অনৌবা অমসুং হীদাকমনা যাওদবা শুনুগী মহূতা জাবদ্রাদনা থেব কা মতম অসিনাচিংবনী।

ইবুংঙোগা বালহৈশিংদা হৌবা অচা অথকশিং অসি থবাই থবাকন পুরিসনবা যাদে। চহি কয়া লৈশং শীনবা চৎনবরকবা নিয়ম অমগা মথা পোং লাইমাচদা পুশিল্লা। বালহৈশিংদগী লাইমাংও তান্না সাবরা অমসুং মহাপ্রসাদশিংনা অচা-অথকশিং অসি পুগনী। মখোয নাখনা থালনা চেংদে, মপাঙ্গল বল্লী অমসুং তুখোঙ শেংনা নাল্লী। তিল খা চোংদনবা, হকথেংনা শ্রব থৌদনবা পুন্নগা লাকই, লাংতোন খুমই। মখোয়না চৎপা মতমদা কনা অমত্তগা শোক্ক পঙবা যাদে। মহাপ্রসাদশিং অসি লেংবান্দা পাবোং নাদুনা পুই। অদুগ মহা খাংদবা অকংবা মহাপ্রসাদশিংনা "খবা" কৌবা কম্বা মওং মানবা সত্র অমদা হাপ্লগা সন্নাবা শিংনা খুবাক অনীনা পমদুনা পাশল্লী।

ধূপ খূদীংগী মাঙগৈহনন্না প্ৰধিহারী (ধূপকী দমক্তা অখন্ননা লৈবা প্ৰতিহারী হায়না কৌবা, মন্দিরগী সেবাকারী) কৌবা অমনা ৱালহৌশঙ্ তান্না চৎলগা সুৱারা অমসুং মহাসুৱারাশিংদা চৎলগা অসুম্না হায়রুই ঃ-

"য়ে ঃ সুৱারি অমসুং মহাসুৱারিশিং ঃ (পাঙথোক্কদৌরিবা ধূপ অদুগী মমিংগা লোয়ননা) অমৃত মনোহি ভোগশিং ইবুঙ্গোগী মাঙদা পুশিল্লকউ।"

ৱাহৈশিং অসি তারবা তুংদা সুৱারশিংনা ভোগশিং অদু লাইমাঙদা পুশিল্লকই।

মহাপ্ৰসাদ অসি ব্ৰহ্মমক্কি হায়না খন্নে। ভারতকী মফম খূদিংমক্তা মহাপ্ৰসাদপু ভগবান-নী হায়না খন্নে। কয়ামুক লুনা তৌবগে হায়বদা খৎন-চৈনবদা মহাপ্ৰসাদ অসি পায়দুনা ৱাশৈক্নে। মহাপ্ৰসাদশিং অসি ইবেম্মা লক্ষ্মীনা হৌরগা রত্নবেদীদা লেঙশিল্লিবা ইবুঙ্গো-ইবেম্মশিংনা হকথেংননা লৌরবা অদুগুম্বা পোৎশক্কি হায়না লৌনে।

জগন্নাথদেবগী কংহল্লবা চাক অসি নীর্মল্যনী হায়দুনা ভারতকী অমসুং মপানগী যাত্ৰিকশিংনা য়াম্না লূনা অমসুং ঙৌখিনা লৌই। উরিষ্যাগী মীপূম খূদীংনা নীম্ৰল্য অসি ময়ূম-ময়ূমদা থম্লে অমসুং চাক চাদ্ৰিঙৈগী মমাঙদা হেক হেক চানে।

কাৰ্ত্তিক - হায়বদি মেবা থাদা উরিষ্যা রাজ্য অমদী অতোপ্পা রাজ্যশিংদগীসু লুখ্ৰাবী ওইরবী নহা-অহল খূদিংমক্লা পুরীদা থা অমা চূপ্পা লৈদুনা মহাপ্ৰসাদ অসি লৌননবা চহী খূদীংগী মীয়াম পৈদুনা লৈনবা অসি হায়রুদুনা কান্নদে। তশেংনা হায়রবদা মসি অখন্নবা থৌদোক অমনি।

মন্দিব অমা শাবা মতমদা নিরামিষ মথেল ৮৫ থোংবা হায়বা অসি ভারতকী চা-ঈশিং থোংবগী খ্বাইদগী ৱাংবা কলানী। নিরামিষ থোংবদা মখল কয়াগী মথেল লোঙবা অসি হিন্দুশিংগী চাক-ঈশিং থোংবগী চাউরবা কলা অমনী। মথেলশিং অসি হোংদবা মরম্না করম্বা মথেলনো হায়বা অদু লায়না খঙবা ঙমই। উরিষ্যাগী নিংথৌশিং অমসুং ইনাক-কৈরাক খুনবা নিংথৌশিংনা মথেলশিং অসি খৃষ্টগী চহী চা ১১ দগী হৌনা চাদুনা লাক্লে। করিগুম্বা মতাঙদদী মথেল কয়ামরুম অমসু হাপচিল্লকখি।

অসূম হাযনা ভগবান জগন্নাথ না
ননাই ঐঙোন্দা তাকপিবম্বনী।"

মসি তাবা মতমদা, খোন্থোক অমত্তা ওইনা খুম্লকই ঃ "জগন্নাথ না অসুম্না তাকপিববদী ঐখোয খুদিংমক প্রসাদী অদু খূনগনী।"

"যাদ অস্মানাজ্ঞা পযিস্যাতি দেবঃ
তদ অস্মাভস্তোদ ভোক্ষ ভার্মাতি ঃ।
সত্য যুগে ইন্দ্রদুম্নায সাক্ষাৎ শ্রীমূখাৎ
অস্যাম দত্বা দ্বাদশযাত্রা অস্যাপযটা
তদস্মাকম্ যদ্যাঙ্কাদিযতে তদা ভোক্ত্ব ত্যাসাৎ ॥"

চথা সত্য যুগ ভগবান মশামন্না থ তবানিথোইদা যাত্রা তবানখো ই প ভগ্যান্নন ইন্দ্রদাম্ন ।ও ইদ তাকাপববম্মা । মবম অদুনা, ভগবান মশামন্না তাকাপবম্লবদা এখোযন শাযদনমব প্র দা অদ খনগন ।

অসম্ন ঞ্জান না শার্নানতে মতম আস মতুদা জগন্নাথ দর্শণ তৌনবগামক মবোত থোক্তবা ব্রাহ্মণ খ র মযম অদদ খুংলম্মা। মখোযব্ ভবদা ব্রাহ্মণ খবনা মখে যেদা খ দান্ন হল্লগা চ ইবম্মী । "মবোল থোক্তবা ব্রহ্মণশি অসিনা প্রসাদী আস য জবদগা কাবত্তম্বদা লেন থাম্লক্লবদী, ঐখোযস্ শোযদনা চাগনা।"

অডকপা ইধবদুন মবোল থে তবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা মহাপ্রসাদী অদগী মনাক্তা যঙ্গা, চখাম অমা হুক্লগা উবুঙ্ঙা মাগা মিঙ্খো শোনগদবনী হানবন্মা। মহা প্রসাদ অদু হেক যংবগা মবোল থোক্তবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা মহাপ্রসাদপু থাগত্তনা শৈবেং অনিখক থীবকই ।

"অবে বিদ্বান মগ্যানাধিগত বেদার্থ নিগমান
মযা ভুক্তে হ্যক্তে মম পবিত্রৈশ্চদ মামনুত্তে।
তস্মিন দেহে নসিন্নভবতু ভবন্তো বংঘ্রুনা
গঙ্গ্যা পেযম মব তন গল্য নব্যা কাঞ্চতং ॥"

(হো ! নশা নথন্তবু পণ্ডিতনি হায়না চাউথোকচবশা ! নখোয়দা বেদ অমসুং অতৈ শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈজদে। ঐনা মহাপ্রসাদ অসি ফংবা মতমদা ঐগী মরী-মতা পূম্নমকসু অদুম খূল্লবনী। নংনা মহাপ্রসাদ খূল্লিবা কাণ্ডবুবু হঙ্গোইরোইদবনী। মরমদি, মহাপ্রসাদনা মখোয়বু মাংহনবা তৌদে। অপুম-অশা অমসুং পৎ-পূল্লবা অশিবা মীগী হকচাংনা থল্লবফাওবদসু গঙ্গাগী ঈশিংবুদী মাংহনবা তৌদে।)

লাইরিক লাইশু হৈখিদ্রবা ব্রহ্মণ-না অসুম্না হায়রগা মহাপ্রসাদী অদু চাউথোক্লা অমসুং থাজবগা লোয়ননা খূনখি। অসুম হায়না তৌদুনা মফম অদুদা তিল্লিবা ব্রহ্মণ অমসুং লম্বোইবা খূদীংনা মহাপ্রসাদপু চিংনবা লৈতনা খূনখি। শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা মহাপ্রসাদ ফংলুরবা মখূৎশিং অদু ঈশিংদা হামদোকপগী মহূত্তা মকোক মকোক্তা নানশিন্নরম্মী। মতম অদুদগী হৌরদুনা জগবন্ধুগী প্রসাদপু - মহাপ্রসাদ হায়না জাৎ-বিজাৎ হাযবা থিদনা শ্রদ্ধা-ভক্তিগা লোয়ননা খূনবা হৌনখি অমসুং হৌজিকসু খুন্নরি।

# এপেন্দিক্স নং ২

জগন্নাথ উপাসনা অসিনা উবিষ্যাগী রাজনৈতিক ধর্ম্মনৈতিক, সমাজিক অমসুং অর্থনৈতিক-কী মতাঙদা মমি খোৎ খোপ্পা তারবম্মী। ধর্ম্ম অমসুং মখোয মখোযনা পূজা কচ্চরিবা দেবতা অদুনা লম অদুদা লৈরিবা মীওইশিং অদুগী বাখল্লোনসু লেপ্পি। ব্রাযম অসি জগন্নথ উপাসনাগী মতাঙদসু অদুম চুমদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না কাঙলূপ কাঙলূপকী ওইনা লাৎনবা দেবতা, থাজনবা কযা অদু পুল্লপ পূন্সিল্লে হাযবগা অমওা ওইবগী বাখল্লোন অদু জগন্নাথ উপাসনা দা পূনশিল্লা। ভাবত তালৌরবা ধর্ম্ম, চৎনবা, থাজনবী কযাবু পুল্লপ পূন্না তাশিন্দনা জগন্নাথ উপাসনাদা লৈ। ভাবতকী মযম অঁৎদা চৎনবিবা ধর্ম্ম অমসুং থাজনবিবা অবতাব খুদিংমকপু ভগবান জগন্নাথকী তোঙান তোঙানবা শক্তম অমসুং অবতাব (শাযোন) নি হাযনা খঙনৈ। অদুগা ইবুঙ্গো মহাকপুদি অবতাব খুদিংমক্কী মপূঙ ওইবা শক্তম্নি হাযনা লৌই। পঞ্চসখাশিংগী মনুংদা অমা ওইরবা অদুগা উবিষ্যাগী দার্শনিক কর্বিশিংগী মবকত অমা ওইরিবা অচুত্যানন্দ না যাম্না চুম্না অসুম্না হাযবম্মী। মদুদি ঃ

> "অবতাব দশ এহি দাক রূপ অতিদারুবে সেলীন
> ঈশ্বব সাকশাতে লীলাব নিমতে বিজে বত্ন সিংহাসন।"*

ব্রাযম অসিমক্না জগন্নাথ উপাসনাগী মবমদা হিন্দু ধর্ম্মগী থাজনবীগী মতুংইন্না থবক ওইনা চৎনবা যাবা পুন্সি নাওং অদুবু নিংথিনা উৎলী। যাত্রিক কযানা তোঙান

---

* শুন্য সংহিতা অহানবা অধ্যায।
ঋগবেদ, ১০ শুবা মণ্ডল ১৫৫ সুক্ত।

তোঙানবা তীর্থশিংদা চৎলুবা যাই অদুনবপু, পুরীগী জগন্নাথ ক্ষেত্রবু দর্শণ তৌদনদী ঋগ বেদ-দা যাওরিবা মপূঙফাবা অবান খুভম অদুবুদী যৌব' ঙম্লেই।

"অদো যাদ্দারু প্লবতে সিন্ধোঃ পারে অপুরুষম্
তদা রভস্ব দুযহোনো তেন গচ্ছ পবস্তবম্ ॥"

১৩ শুবা শতাব্দীগী ব্যাখাকার শযণার্চয্যনা মন্ত্র অসিবু পুরুষোত্তম জগন্নাথ কা মরী লৈননা ব্যাখা তৌরদা ইবুঙ্ঙো মহাক অসি অবান খুভম যংননবগী অরোইবা পঙ্খেনী হায। জগন্নাথ্ উপাসনাগী ধর্ম্ম তত্ত্ব অসিনা উরিষ্যাগী সধারণ ওইবা সমাজিক অমসুং ধার্ম্মিক ওইবা পন্সিদা মরু ওইনা মচীন মনাউ ওইবগী লীপুন্না পুন্সিগী অরোইবা পল্লুংনি হায।

ইবুংঙো জগন্নাথদা কৎলিবা ভোগ মচাম অসিনা চাউববা উপমংশৈশিং লাইনীঙ লাইশোনশিংগী অপুম্বা শক্তম অদুবু উৎলী। মহাপ্রসাদ অসিনা ভারতকী কবিগুম্বা মথম অমত্তদসু থেংনবোই। চীঙ্গক ২ শব অসি মী ওইনা হিংবগী তঙাইফদনা চঙবা অমত্তা তাযবনা পোৎশাক্ক। চান ২ক্লবশিং অসি ঈশ্বরদা কৎপদ নত্তনা, সমাজদা মা মাগী থাক হাযবা খাযদনা মখোয মখোযগী অরাম খৌরাংবা অদু কৌক্লে। বত্র বেদা দা লেঙশিল্লবা ইবুংঙো অসিনা মাগী মনাই মশল হামসুং ভক্তশিংবু অরাম্বা কোরহনগে হাযবা মতাগুম, মহৎ 'তথোক্তনা' ভাইদুনা লৈবগুম, জগন্নাথকী মন্দিরদা চান থক্লবা মতম লৈরাখিবগা বাৎপা লৈতে। কুম কুমগী ওইনা যংবা চাবা যাবা চীঙ্গার মখল খূদংমক ইবুংঙোগী মশাইগোন্দা বাৎপা লৈতে।





**খাইদেম নবকুমার সিংহ আই:বি:পি:এস:**
আকাশবাণী, কলিকতা/ইম্ফালগী
এসিষ্টেন্ট ষ্টেশন ডাইরেক্টর ওইনা পোথাবরা

## অইবগী পোথোকশিং

### ১। "ঐগী সত্যগী চাংয়েং ৱারী"

(মহাদেব দেশায়না ইংরেজীদা হন্দোকপা
The Story of My Experiment with Trutn
হায়বা M K Gandhijee গী Autobiography গী মণিপুরী অনুবাদ)

### ২। নিংথৌ ঈডিপস

(গ্রীক্কী ড্রামা ইবা সোফোক্লেজগী মণিপুরী অনুবাদ)

### ৩। শ্রীশ্রীজগন্নাথ উপাসনা

(Dr K C Misra না ইবা The Cult of Jagannatha
কৌবা লাইরিক্তা য়ুম্ফম ওইবগা ইজবা)